# থিয়েটর অমসুং নুংশী বাখল



বি. কে. রাহংবা

# থিয়েটর অমসুং নুংগী রাখল

(An essay on Theatre, Fine Arts,
Literature and Relevant
Philosophies)

(2004)

বিঃ কেঃ রাহেংবা




# থিয়েটর অমসুং নুংগী রাখল


ফোংবা - খৃষ্ট কুম ২০০৪

অফোংবা - বিঃ কেঃ ব্রাহেংবা

W.D.U. গী ডাইমন্দ জুবিলিগা মরি লৈননা ফোংবা

মখুম - তোম্বা, ডাইরেক্তর-কালাক্ষেত্র মনিপুর

কোপীরাইট - বিঃ কেঃ ব্রাহেংবা

মমল - লুপা ১০০

কোপী মশিং - ১০০০

সেট - নেপসি কম্পুটর, ব্রাঙ্গোই

নম্ফম এঃ কেঃ প্রিন্টর, ইম্ফাল

# পদ্মশ্রী হৈস্নাম কাহ্নাইলালগী ৱারোল

থিয়েটরগা অমসুং মসিগা শাগোন্নরিবা নুং-লোলবু ইথোরক্লিবা লাইরিকশিংগা লৈনরিবা মরি অসি লৈহাও চেনবা ইংখোল অমনি। অদুবু মতম অয়াম্বদা ইথোরক্লিবা ৱাহৈ অদুনা থিয়েটরদগী লুপ্না অদুমক হেল্লি হায়বদি খল চাদে। য়েলহৌঙেগী নিংশিদুনা লাকইবা থিয়েটরগী লৌশিংনা থিয়েটরবু অহিংবা ওইহল্লি। অদুবু হিংহল্লিবা লৌশিং অদুবু ৱাহৈপরেংশিংদা ওহ্নোরকপা খুদক্তা ঐখোয়না খুদোংথিবা অমদি থেংনরি, মদুদি লাইরিক্কী লমায়শিংদো ঐখোয়না খঙবা ঙম্বগী ৱাংমদা ফোংঙমদ্রবা পাউখোং ওনখ্রে। হায়রিবা ৱাফম অসি বিঃ কেঃ ৱাহেংবগী লাইরিকসিদগী ৱা নত্তে, পৃথিবীগী ওইনা থেংনরিবা সমস্যানি।

রিবেল ফিলোসোফর অমদি প্লেরাইটশিংনা মখোয় মখোয়গী মতমদা মতম্না হোংহল্লকইবা মীওই পুন্সিদা পীরকপা চৈনাগী শাফুনা মখোয়দা মশাগী ওইবা নুংগী ৱাখল ইফুৎ কয়া ফাওরকখি। মদুনা লমজিংদুনা লিলা ওইনা ইথোরকখি। নুং-লোল কয়া ফোঙদোরকখি। বিঃ কেঃ ৱাহেংবনা চপচানা ঐতিহাসিক ওইনা নৈনদুনা তুরেলগী ঈচেল অমগুম নুংগী ৱাখলগী নৈনবোল ওইহনগে হায়বগী পান্দমদি থমদে। নৈনবা অমদি দরকার ওইরে হায়বদু ঐখোয়গী মনিপুরী থিয়েটরগী ফিভমসিদা ইঙ্গিৎ পীবতনি।

অদুগা লাইরিক অসিনা হৌখ্রবা লাইরিক ৱাংঙুরোল শুবা অমদি লিলা ইবশিংদুগী লিগেসি অমগী মওংদা শাফোংলকপনি হায়বশু হায়বা ঙমদ্রি । অইবনসু মদুগী পান্দমদু থমদে হায়না লৌই। থিয়েটবগী চপচাবা লিগেসি অমা হায়বা তারগদি সাহিত্যগী ঈরোলনুংদা লৈরিবা থিয়েটর অদুতা দত্তনা সাহিত্যদগী চোংখোকখিদুনা মনিংতম্লবা থিয়েটরগী শক্তম অমসুং সাহিত্য অদুবু পার্ফোমেন্স টেক্স অমা ওহ্নোক্তুনা প্রেক্তিস তৌবক্লিবশিং পুম্বা কুপ্না চেকশিন্না য়েংলগা শুপ্না চংখোন্না নৈনবা চংঙি। থিয়েটরগী প্রেক্তিসতি এমপাইরিসিজমদা শাগৎপনি। থিয়েটর হায়বসিমক এমপাইরিকেল প্রোসেস অমনি।

মপুং ফারকপা, মুল্লকপা হায়বসি মতম চংই। বিঃ কেঃ ৱাহেংনা লৌরক্লিবা থৌদাং অসি মনিপুরী থিযেটরগী প্রেক্তিসনর অমদি ভাবোক্তা ৱাখলগী তেংবাং খরদি পীবা ঙমগনি হায়বসি চেৎনা থাজজে। হৌখ্রবা থিয়েটরগী ইপা-ইপুশিংগী লৌশিং অদু খরা মখৈদি মমি লাকশিনবা ঙমগনি থাজজে।

ইম্ফাল, সেপ্তেম্বর ৩০, ২০০৪ — হৈস্নাম কাহ্নাইলাল

# ৱাহৈ খরদং

থায়না তাইবঙ মীনা ইচম চম্লিগৈ মতমদা মখোয়গী সেন্স ওরগানশিং অদু তরং-তরংলম্মী ; মখোয়গী মকোক্তা চয়েৎনবা কয়াগী ঈথিল চংলমদে। মতম অদুদা ফুরুপ ফুরুপকী ওইবা জগোই-ঈশৈনচিংবা কলাশিং পুংশেং-শেংনা থোরকখি। মতমগী মতুংইন্না মীওইবনা থেংনরকপা কয়াদগী নোলেজনা থাক ৱাংখৎলকপা, লুশিল্লকপগী মতিক আর্টকী ফোর্ম কয়াদসু অহোংবা কয়া লাকখি।

মৈতৈগী অরিবা নাৎতা উমংলাই কয়া লাৎলম্বা, মাইবা মাইবী লৈরম্লীবা, লাইমাং ফমদুনা মাইবীনা লাই তোংলম্লিবা, লাইবাও ফাওরম্লিবা, লাইশিংবু ঈরাৎপদা জগোই-ঈশৈনা মপুং ওইহন্দুনা লাই হবাওলম্লিবা, মুক্লা-কাংজৈ, লমজেলনচিংবা কয়া পাংথোক্লম্লিবা ; শরেল চন্নবা শা তাল্লম্বা, হল্লক্লগা শাগা থেংনবগী ৱারী - শাওং-শাথেক্কা কোন্ননা লিনরম্লিবা পুম্ন মক গ্রীক্কী অরিবা নাৎকা মান্নবা কয়া লৈরম্মী। অসুম্না মৈতৈ অমদি মনিপুরগী ট্রাইবশিংনা ফোল্ক আর্টকী পুক্কে চোন্না থম্মীরম্মী।

গ্রীক্তা 'ফাল্লস' লাৎলম্মী। মসিগা থিয়েটবগা মরি লৈনবর্কখি। ভগবান নন্দিকেশ্বরনা মহাক্লা লেংলম্বা 'অভিনয় দর্পন'গী ইহান হানবা শ্লোক্তা মহেশ্বর মহাদেববু খুরুমজখি। হিন্দুগী শিবনিংবশিংনা 'লিঙ্গ' লাৎলি। অদুগা শিববু ' নটরাজ' হায়নসু খংনৈ। মহাভুত মঙা, চন্দ্র, সুর্য অমসুং যজমান নিপাল আসিগী খোংচৎশিংবু অমত্তা ওইনা পুর্নসিল্লবা সকার শিবগী অষ্টমুর্তি (মিতম নিপাল) হায়র্বাদ সাত্বিক অভিনয়গী মখল নিপালগী মশক লৌদুনা রেগুলেট তৌই হায়না ঈন্দুশিংনা থাজনৈ। মরম আসিদগী নন্দিকেশ্বরনাখ্বাইগী ইহান হানবদা শিবগী মফমদা ভক্তি কৎলিবনি। পৃক্লিংগী লৈতাফম থিরকপা ইন্দ্ররাজগী অপাম্বা মতুংইন্না লৈশেম্বা ব্রহ্মানা নাট্য শাস্ত্র লেংলমদাইদা দেবাদিদেব মহেশ্বরগী পাওত্াক লৌখি। মরমদি ইবুংঙো মহাক্তি নৃত্য, নাট্য অমদি সঙ্গিতকী পুংথোয় থোয়রবা নায়ক অমনি, নটরাজনি, নাট্যলোক্কী

আদি গুরুনি। ব্রহ্মানা সুপ্লগী থিওরিষ্ট অমা ওইখিবতনি। মহেশ্বরগী পাওতাক মতুংইন্না ব্রহ্মানা মন্ত্রনা থল্লবা ঋগ-বেদদগী বাচিক অভিনয়, থবক থৌরম্না মপুং ওইবা যজুর্বেদদগী আঙ্গিক অভিনয়, শক শোনবগী হৌরকফম ওইবা সামবেদদগী সঙ্গিত নত্রগা গীতকী অভিনয়, পোংশেম যাদু-লাইব্রা-তিনব্রা পুথোকফম ওইবা অথর্ব বেদদগী সাত্ত্বিক অভিনয় হায়বদি 'রস' অমসুং 'ভাব' অসি থোইদিং মরিক মরিক্লা খুজিং ওইনা লৌথোরক্লগা নাট্যশাস্ত্র লেংখি হায়রি। শাস্ত্র অসিবু ব্রহ্মানা তম্বীখিবা ইহান হানবা তাইবঙমীদি ভরত মুনিনি।

লাইনা মীদা মহৈ তম্বীবা হায়বসি করম্বা মেদিউমদা তম্বীরমগদগে ? মসি ইন্সটিঙ্ক তা নত্রগা ইন্টুইসনগী মেদিউমদা ট্রান্সমিত তৌবা শোয়দনা ওইগনি। আর্ট হায়বসি ইউনিভরস অসিদা ট্রানসিদেন্টেল ষ্টেভ্রা তুংদুনা অদুম লৈজবনি। লাই হায়বসি শকউদবা নেচরগী ভাইতাল ইনর্জি, খর কুপথনা হায়রগনা নেচরগী হৌরকফম প্রাইমোর্দএল ইনর্জিগী শক্লোল অমমমবু মীওইবগী ব্রাখলদা তোঙান-তোঙান্না শাফোংলকপা পোৎশক অমনি। আর্ট হায়বসি নেচরগী কোপি তৌবা নত্তে নেচরনা অদুম আটিষ্ট অদুগী মেদিউমদা আর্ট অদুবু শাফোংহল্লকপনি। তৌবদবু মেদিউম অদু তরং-তরং লৈহন্নবা অকনবা শাজেল চংই। ইউনিভবসকী আর্টকী ইমবোদিমেন্ট অদুবু নটরাজ মহেশ্বর ওইনা পার্সোনিফিকেসন তৌদুনা মীওইবনা খংবদা অমসুং লৌশিনবদা নুংঙাইনবা কন্সেপত অমা ওইনা হীন্দুশিংনা লৌনরম্বতনি।

খেৎনবা লৈরবসু হীন্দুশিংনা ' শিব লিঙ্গ' লাৎনরকপগুম গ্রীকশিংনা থিয়েটরগা মবি লৈননা 'ফাল্লস' লাৎলম্ববসি খম্বদা নুংঙাইবা অমনি।

গ্রীস লোমদা ঈশৈ শক্তোরকখিবা জগোই শাদোরকখিবা, ইপিক, লিরিক্স লেংথোরকখিবা খুদিংমক লাইনিংথৌ জিউসকী মমোমলোয় মিউজনা লাই তোংশিল্লকপদগীনি হায়না লৌনখি। হিব্রুশিংগী প্রোফেটশিংনা মিষ্টিক এক্সপরিএন্স তগী প্রোফেসি কয়া ফোংদোরকখি। মতাং অসিগা মরি লৈননা 'লৌশিংগী মচাক লৌফম' হায়বা বৈষ্ণব ব্রাখল্লোনগী চেপটর অমা লাইরিক

অসিদা হাপচিনজরি। মসিসু মরি লৈননা ব্রাখল তৌবদা হেন্না নুংঙাইগদ্রা খনজদুনা হাপচবনি।

থিয়েটর হায়বসি কম্পোজিং আর্টনি, ফাইন আর্ট ,লিটরেচর, ম্যুজিক অতে অতে মদোম তোঙান-তোঙান লৈজবা আর্ট ফোর্মশিংনা রিএক্সন তৌনদুনা শেম্লকপা কেমিকেল কম্পাউন অমনি। মরম অদুনা লাইরিক অসিদা হায়রিবা আর্ট ফোর্মশিং অসিগী খরগী মরমদা ইরম্বা ব্রারেং খরসু য়াওহনজরি।

দর্শন শাস্ত্র হায়বসিদি অদুমক আর্ট খুদিংমক্তা ইচেন্দা চেন্নে। মী হায়বসি আর্টকীদি মপুং ওইবা সবজেক্ত মেটর অমনি। অদুবু মী হায়বাসিদা য়েংনরক্লিবা দর্শন শাস্ত্রশিংগী মীয়েংসি অমত্তা মান্নরক্তে। মোরেলিষ্টশিংনা, মোনার্কিজমনা, ফিউদেলিজমনা, বুর্জুৱাশিংনা, সোসিএলিষ্টশিংনা, রেসনেলিষ্টশিংনা, লাইনিং মখল খুদিংনা য়েংবা তোঙান-তোঙানবা মীয়েংদগী মী হায়বসিগী পিকচরসি খেংন-খেংনা অদুম য়েক্লরকই। মরক অসিদা একজিষ্টেন্সিএলিজমনা মী হায়বসি মহাক্কী বিইংদা ইম্ফেসিস পিরগা তোঙানবা মীয়েং অমনা য়েংবা হৌরকখি। মসিগী ইথিল নোংচুপলোমগী সাহিত্য অমসুং থিয়েটরদা ফজনা চংই। মরম অদুনা ইরেসনেল ম্যান হায়বা চেপটর অমা লাইরিক অসিদা হাপচিনজবনি।

আর্টিষ্ট খুদিংমক্তা মহাক্কী আর্ট অদু শাগৎলমদাই হেক মমাংদা মহাক্কী ইন্সটিঙ্কতা 'ইথিল' খর শোয়দনা পিরকই। শাগৎলিঙৈ মনুংদসু অদুম পিদুনা লৈ। 'ইথিল' হায়বা অসিমক 'স্পার্ম ' ওইনা লৌবা য়াই। 'স্পার্ম' অদুনা আর্টিষ্ট অদুগী নুংদা লৈজরম্বা 'ওভম' অদুবু ফর্টিলাইজ তৌরগা আর্ট অদুনা খোয়জি লাংখি। জীবদু পোক্লিঙৈদা খোইজিনুংদা শাওং শাবান নাইরকই। অসিগুম্বা ইমব্রাইওনিক পেরিওদ অসিদা চত্থবা প্রোসেস খুদিংমক ইনটুইসননা রেগুলেট তৌই, হায়না লৌই। পোকথোরক্লবা মতমদা ফম্বা, লেপ্পা, চৎপা, মরোল থোকপা ঙল্লক্লনবা য়োকখৎপগী থবক অমা চংই। মসিনা অনিশুবা ষ্টেজনি। মথংদা চাওরেপ তানবা, মথং মথং লাক্কুনা ময়ুম মকৈ পানবগী থাক য়ৌরকই। মসিনা অহুমশুবা ষ্টেজনি। ইমফেসিস পিনিংলিবসি

ইমব্রাইওনিক ষ্টেজ অসিদা অমদি মসিগী হেক মমাংদা করম্বা শাজেল (সাধনা) চংবগে হায়বদু থিবদনি।

লাইরিক অসি মচল শুদ্রবসু ব্রারোল খরদি লাম্বোকচরি। পাল্লিবসি মসিগী এক্সপ্লেনেসন নত্রগা ইন্টরপ্রিটেসন অদু নত্তে। মচী (ইসেন্স) অদু চিংথোকপনি, এবসট্রেক্সননি।

লাইরিক অসিগী ইডিটিং অমসুং কমপাইলিংগী মচৎ অসি অনকনভেনসনেল ওই ; লীলা ওইরম্লবদি এক্সপরিমেন্টেল প্লেনি হায়না খল্লখিবসু য়াই। হিরম তোঙান তোঙানবগী পন্দুপশিং অসি তোঙান তোঙানবা ভেরাইটিগী চুশাংশিংনি। ব্রাহৈ পরেংশিং অসিনা চু-তেমাশিংনি। শাইরগা মহীদু চুপ্পা তাই। অদুগা চুগুমশিংদুনা লংশেকপিখিবা তাই। অদু ওইরবদি পন্দুপশিং অসিগী লিংকেজ অমা ফন লাওনা চোংথোরক্কনি।

লাইরিক অসিগী মরমদা ব্রারোল খরদং পিবিউ হায়জরুবদা হরাও-হরাও য়াবিরকপা, পদ্মশ্রী কাহ্নাইলাল অমদি মখুমগী ডিজাইন পুথোকপিখিবা কলাক্ষেত্রগী ডাইরেক্তর শ্রীতোম্বা হাইস্নামগী মফমদা শিংঙমদ্রবা লমন তোল্লে হায়না লৌজরি।

লাইরিক অসি মমিংগা য়েংনবদা মপুং ফাবা অমদি ওইদে অশোয়বা কয়ামসু য়াওরমগনি। ফগৎহন্নবগীদমক্তা পিবিরকপা সজেসন খুদিংমক তরাম্না ওকচরি।

লাইরিক অসি ফোংদোক্লবা হোৎনবদা পুক্লিং থৌগৎপিখিবা অমদি থবক ওইনা মতেং পাংবিখিবগীদমক শ্রীথৌনাওজম শ্যামো, ডাইরেক্টর ব্রাঙ্গৈই দ্রমাতিক ইউনিয়ন অমদি শ্রীওইনাম দেবেন প্রোপাইটর নেপসি প্রিন্টর ব্রাঙ্গৈই, এঃ কেঃ প্রিন্টর, ইম্ফালবু হন্না হন্না থাগৎচরি।

বিঃ কেঃ ব্রাহেংবা

# হিরম লমায়

- ১ -

# থিয়েটর

*সেলদোন চেন্নি*

*থিয়েটর, মীওইবগী ওইনসু লাইগী ওইনসু :*

থিয়েটর হায়বসি মীওইবনা হিংলিবা খুহিং অসিবু থব্রাইরোলগী মঙাল (Spiritual light) না ঙানথোকহলগা উহনবগী আর্ট অদুবুনি।

নিংথিজনা লেংথোক্লবা প্লেশিং মথং মথং শাগৎলক্লবগী লম্বেল অদু ডাইওনাইসস খুরুম্বগী লাই থৌরম শিং অমসুং লাই-হরাওবগী কুম্মৈশিংনা ফাৎখি, মদুগী ফন-কুইরবা মতুংদা, গ্রীসতা, মখোয় (লীলাগী মীওইশিং) অসি খুন্নাইদা খুদোংচাবা ফংলবা অমসুং ইকাইখুম্নরবা মীওইশিং ওইরম্মী। তৌইগুম্বসুং রোমদনা, মখোয় অসি ইজৎ লৈতবগী লৈখুলগী লৈখা তম্না লংথবীরম্মী। মতুংদা অমুক, লৈঙাক (government) খরনা মখোয়বু ইকাই খু ম্নরকখি অমসুং মখোয়না নিংথৌশিং অমসুং লৈমরেলশিংবু নুংঙাইহল্লি - করি হায়নি মখোয়বু লোইশংশিংদা কুম্মৈগীদমক্তা লোইশং মছা (branch) অমা ওইনা লৌশিন্নবা য়াথং পিবসু য়াওখি, হায়জবসু য়াওখি অদুগা নাকল অমরোমদা অতোপ্পা খরনা মখোয়বু মথৌ লৈতনা থৌরেম তৌবা কাংবুনি হায়না শিধবিখি, করিবু হায়নি, নিংথৌ খরনাদ মখোয়বু মীনা পাম্নদ্রবা, হুরান চিন্থি তৌবা অমসুং থবক শুনিংদবশিংনি হায়না মরাল শিরগা লোয় থাখি অমদি ব্রায়েল তৌরগা চৈরাক পিখি। চর্চশিংনা মখোয়বু কৌখৎতুনা চর্চকী থবক ইনখাংদা শিজিন্নবা য়াবমখৈ শিজিন্নরগা অমুক খুন্নাইদুদগী ইন্থোকপিখি অমসুং চহিচা কয়া খৃষ্টিয়ানগী চৎনবী মতুংইন্না মখোয়বু শিরগা পোৎলোইবা ফাওবা য়াহনখিদে।

তাইবঙপানগী মপান্থোংগী পুন্সিবু খংকাও কাওখিবা নত্রগা মদুনা হেক হেক লেপখিবা মীকুপ মতেক খর ঐখোয়না হেক হেক থেংনৈ। অসিগুম্বা

মীকুপ অসোমলোমদনি ড্রামা পুন্নমক্লা মমায় লৈশিন্নরকখিবা। মসি থিয়েটরগী আর্টনা - মদু তমনা মার-মারদুনা চংশিল্লক্লিবা অদুগুম্বা মফজ (Beauty) অমসুং তশেং তশেংবগী মতৌ (Clarity) গী মনুংদা থৱাইগী ঈনোৎনা পাথরক্তুনা চেনশিল্লকপা অদুনি।

*কদাইদৈ, করম্বা মতমদগী থিয়েটর লাকখিবগে ?*

থাইনগী মীওইশিংনা মতম অদুদা অনিংবা ফোংদোকপা ঙম্নবগী পাম্বৈশিং মরাং কাইনা লৈরমদবা মরম্না, হৌজিক হৌজিক ঙাংনরিবা লোন অসিগী হৌরকফম ওইবা মপুং মরৈ ফাদ্রিবা ৱাহৈ খরখক শিজিন্নরগা অকক্ল বা শাথেক-শাওল খরগী পাম্বৈনা মখোয়গী হেন্না লুথবা পুক্লিং ইহুল (Deeper feeling) শিং চৎনবী ওইনা ফোংদোক্লরম্মী।

কম্বোদিয়াদা - থিয়েটর হায়বা মিং অসিমক মখোয়গী লোলদা থোনবা মিং অমা লৈ, মদুগী ৱাহম্বোক্লা জগোই শঙ হায়বসিনি। অসিগুম্বা থৌওং অসিমক ড্রামানা চত্থরকপদা নত্তনা, থবক থৌদৌ (Action) না ময়াংলেনগী মচাক ওইবা হায়রিবা আর্ট অসি মৈহৌরোল জগোইদগী হৌরকখি; অদুনা মতুংদা মসিনা শৈরেং (Poetry) গা শাগোন্নবকপা তাংকক্তুনা মসিনা অতোপ্পা মচাক (element) অমা লৌশিল্লকখি। মদুদি জগোইগী শাথেক শাওংনি। শৈরেং.... জগোই, অনিসি, মতুংদদি আর্ট পুম্নমক্কী মতিক চাওরবী মমা হায়বদু ওইরকখি। 'উগ' নত্রগা 'কর' হায়বা মখোযগী জগোই খুৎশা অদুদা শারিবা মীদুনা মশাগী ট্রাইব অদুগী নত্রগা মশামক্কী মশক খংহনগদবা খুদম (Totem) অদু উত্তুনা ইচম চম্না মশা মদোম ফাওজরকপা লৌশিং ইহুল (Instinct) কী থৌইলশিলখক্তগী ওইনা শাদোরকপা নত্রগা মহাক্লা ঙল্লকপা লাম্বেং অদু হ্রাওবা ফোংদোকপা খক্তা ওইনা শারকপা থোক্লবদি মহাক হৌজিক ফাওবা থিয়েটরগী ওইদ্রি। করিগুম্বা মহাক্লা লানফমদুদা করম্না লোন্না চংশিনখিবা, মহাক্কী য়েক্লবদুনা করম্না শাথেংনবা হৌরকপা মহাক্লা হকথেংননা লালদু শোক্লরকপা, অদুদগী

য়েক্লবদুগী খুলাই করম্না তাহনখিবা, হাৎপা অদুদগী মকোক ককথৎখিবা পুম্নমক্তু উত্তুনা মহাক্কী মাই পাক্লকপগী ওইনা জগোইদু শাদোরক্লবদি, মহাক দ্রামাগা য়াম্না নকশিন্নরক্লবনি। মবমদি দ্রামা হায়বদি গ্রীক্কী ৱাহৈ 'ড্রাম' হায়বা অদুদগী লাকপনি। ড্রাম হায়বদি 'ঐনা তৌখি' হায়বনি; মসি মব্দা পাংথোক্লবা থবক অমা' (a thing done) হায়না খংনরকখি।

শা-উচেকশিংগী শাথেক-শাওলশিংগী মতৌ তম্না তৌথোবকপশিং অদুসু ফজনা ফাগী চেলহনবা য়াই।

শক্তি পুম্নমক্না তিল্লবা খোইয়ুম লাইশিং নত্রগা শারোই-ঙারোইশিং, মখোয়, মখোযনা থাজনা লাৎচরুবা অদুগী মতুংইন্না শাহিং-ঙাহিং চারিঙৈগী তাইবঙপাল (তেংপানবা) অদু কাংলুপ-কাংলুপ নাইনা চৎনবী ওইনা খাইবস্মী। অমবু ওইববসু, অমবু ওইরবসু, তাইবঙমীগী চাওখৎপা যাইফবা হায়বসি মাগী মীচংদা তাইবঙ মপুনা লেপ্লিরকপা অদুগী মখা পোনখি। লাইশিংদুনা করিনা পেনবিগদগে হায়বদু মহাক্না তৌগদবনি, মহাক্না পাম্লিবা (বব) অদুসু মখোয়দা খংহনগদবনি, কুবিরকপশিং অদুগী ওইনা মহাক্না তৌবিমল উৎপসু খক চিংথবা তৌবোইদবনি। থাইনগী মীশিংনা, হৌজিক্কী চাওখৎলবা মতমসিগী ৱাখললোন্দা চথুনরিবা অসিগা মান্ননা ইবাৎ-থৌনি ইতৌ-তৌবমদে(থাইনগা হৌজিক্কা মান্নবমদে) হৌজিক্কী ওইনা হায়রগনা নোংচুপ আমেরিকা হায়বিবা মফম অসিদা লৈবা আমেরিকান-ইন্দিয়ান অমনা মযেক শেংদনা নত্রগা চেকশিন্দবগা লোইননা নোং তারক্লবগীদমক লাইদা থৌনিবখক্তা তৌদে; মহাক্না করিগুম্বা খরদি তৌগনি; মহাক্না মাগী লাইশিংগী মফমদা নোংজগোই অমা কৎকনি। অতোপ্পা ট্রাইবশিংনা নুমিৎ জগোয শাবসু য়াওই। চাক্তাংবগী খুদোংথিবা মাইয়োক্লরিবা ট্রাইব অমনা শজি- জগোয শাই। জগোয় হায়বসি অসুম্না শারোই-ঙাবোইশিংগী মরমদা পুক্লিং চংশিনবা অমদি ভক্তি লৈবদু উৎনবগী চংদ-য়াদ্রবা থাইনগী ওইবা মেথদ অমা ওইনখি। মদুদি অয়াম্বা মফমদা লাইশং খুদিংগী মমাংদা জগোয়শং অমমম থম্বা চৎনরম্মী। পাম্বী থাবগী, মহৈ লোকপগী, অনৌবা য়ু ইহান হান্না মহাও

তংবগী থৌদোক হেক হেক লাক্লমদাইদা পুম্নমক্লা অখন্নবা মওংগী কুম্মে-ফিয়োং অমদি লাই হরাওবশিং পাংথোক্লবগী ব্রা হেক হেক খন্নে। মতাং অসিব্রাইদগীদি Earth God শিং অমসুং Wine God শিংনা নমু তাইবঙমীনা শকখংলবা লাই ময়ামগী লাইলুপ (Pantheon) অদুগী মনুং চনশিনখ্রে।

লাল-জগোয়শিং অসি থাইনগী ট্রাইব পুম্নমক্কী মরক্তা থৌওইনা শাবা চৎনরম্মী। অহানবা ওইনা মসিগী ওইনা মখোয়দা পানদম অনিখক লৈবা মাল্লি : (১) শোক্লগদৌরিবা লালফম অদুদা জগোয় শারিবা মীশক অদুগী মীচংদা লাইশিংদুবু লেপহনবা (২) থৌনা ফবগী অমদি ইচং থৌবগী অয়ৌবী থাক অদু য়ৌরফাওবা লাল্লোইশিং অদুবু ঈথিল পিহনবা। লালদা ময়াইকানা ঙাওবা (War frenzy) অসিমক ড্রামা, লাইনিংলোল, অমসুং থবক ওইনা পাংথোক্কদৌরিবা পান্দম পুম্নমক্কা শেত্তোক্লবা য়াদনা য়ানশিন্নরিবা পারফোমেন্সগী টাইপশিং অদুগী মরক্তা লৌখৎপা য়াবা খুদম অমনি। লালগী জগোয়দগী (War Ceremony) লালগী কুম্মে অমুক লাক্লে। অতোপ্পা লালগী কুম্মে অমা নৈনরুরবদি খ্বাইগী ওইবা থাইনগী জগোয শাফম অদুদগী অসুম লাকপনা ড্রামানা মপুংফানা শারেপ ফারবা অমদি পুংতোপ তোপ্পা মশক অমা ওইনা মশক খংনা চোংথোরকখিবগী ফিলদ অদু য়ৌরকপা ঙমগনি। মী ফুরুপ অয়াম্বগী ফোল্ক লোরদা য়াওবা ফুনাক ব্রারি অমগা য়াম্না নক্লবা প্লোট অমা য়াওবা প্লে অমা প্রোফেসার এরনষ্টগ্রোসনা পুথোরকখি। মসিদা তোপতোপ্পা মখলগী অঙকপা মচাক অমা থেংনৈ।

লীলা অসিদা য়াওবা হাত্তোকপিরবা মীশকতু মনাওনিপানি খংলকপা অমসুং উচেক নুপীদুনা মশক-মওং ওল্লকপা (Metamorphosis) পুম্নমকসি ইচম-চম্না লালগী ব্রারি লীবা অমসুং শাদান-জগোয়শিং লাম্হোক্লনা লৈরম্মীবা হায়বদি লাল-ব্রারি অমসুং শাদান জগোয়শিং অসিদা থম্মোই নুংওনগীয়েৎশিন্নবা (emotional complecation) অমসুং দ্রামাগী য়েৎশিন্নবা (dramatic complecation) অমসুং দ্রামাগী ওইবা মরি লৈনবা মচলশিং য়ানশিন্নবা (dramatic complexity) হাপচিল্লকখি।

মসি ময়েক শেংনা চোংলকপা খুচোংশিংনি। অরোয়বা ওইনা ড্রামানা জগোইদগী হেন্না মরু ওইবা অমা ওইরকপগী ফিভম অদু য়ৌরক্লবগীদমক্তা জগোইগী মচলশিংবু পুকোক কোক্লা লংশেকখিবা য়ান্নবগীদমক্তা মতৌ করম্না হাপচিল্লক্লিবা ড্রামাগী ওইবা মচল অসিবু মথৌ শংখিবগে/ মপাঙ্গল কনখৎহনখিবগে হায়বদু অখন্ননা লাইনিংলোলগী লাই-থৌরমশিং (religious rituals) দা ফজনা উৎলি। অসুম্না তপ্না তপ্না অমাইবৈ শিনফম (priesthood) ঈহৌরকখি।

মথংদা অমাইবা কুম্মৈরোইশিং (Priest actors) থোবকখি। মখোয়বু অখন্ননা জগোয় অমসুং ব্রাঙাংদবী শাজৎ-শাওল (Pantomime) দা ট্রেনিং পি। মতম অসিদা ইথোক্লবা ড্রামাগী লোইন-শিল্লোল (Written dramatic literature) লৈবমদে। ঐখোয়না খংজবদা জগোয় অমসুং ড্রামাগী ওইবা খুয়েক (sketch) তা মাইখুম (Mask) উপপসি ট্রাইব অমদগী ট্রাইব অমদা শন্দোরকখি। তশেংবমক হৌজিক ২০ শুবা শতাব্দীগী ময়াই চনবা তাংকক অসিদা চাওখৎলে হায়রিবা মীওইশিংগী মপুক্লিংদা থিয়েটরদা থমলিবা ব্রাখল মওং অসিগা মান্নদবা তোঙানবা মওং অমদা ট্রাইবকী মীওই অমগী মফমদদি (চাওখৎত্রি) হায়রিবা মখোয়গী দ্রামাদুনা হেন্না লুশিন্না লৌখি। খোংথাং অমা শোয়খিবা হায়বসি মাগী ট্রাইব অদুদা লাল্লবা অমা ওইনা লৌনরম্মী অমসুং লাইশিংগী মফমদসু লংজবা অমা ওইনা লৌনরম্মী। মাওরিষ্ট হায়না খংনবা ট্রাইব অমগী মনুংদদি কবিগুম্বা লাই-থৌরম পরেং অমদা ব্রাহে অমতং চিথখিবা নত্রগা লান্না হায়দোকখিবা থোক্লবদি থৌরম পাংথোক্লিবা মহাক শোয়দনা শিরগনি হায়না লৌনরম্মী।

*ট্রেজেদি, মতিক চারবা গ্রীকশিং :*

গ্রীস লৈবাক্তা মীওইবা খুন্নাইনা অমুক্তসু থেংনদ্রিবা মওংদা খৃষ্ট মমাং ৬ শুবা অমসুং ৫ শুবা চহিচাশিংদা নিংথিজরবা পুন্সি খুলেন/খুহিং অমসুং আর্টশিংনা লৈরাং লৈশাৎ তমখিবা অমা লৈখি; মতম অসিব্রাইদনি

ট্রেজিদী পোকখিবা। মীওইবনা খ্বাইদে হেন্না ব্রাংলে, খ্বাইদে হেন্না পান্নরে, খ্বাইদে হেন্না ফজরে হায়না শিংথানখিবা। মখোয়না পাংথোক্লম্বশিং অদুদা গ্রীক মচাশিংনা হক্লম্বা থাক অদু অতৈ লৈবাকশিংনা য়ৌবা খক ঙম্লক্ত্রি। মপুংফানা চান্নরবা খল অমদা মখোয়না পুন্সিগা আর্টকা চুশিন্নহনখি।

হেল্লেনিক থিয়েটর (গ্রীক লীলা) নৈনরকপদা গ্রীক্কী পুন্সিদনা মচল অমা ওইখিবা অদুগা হৌজিক্কী মতমদনা পুংব্রাৎ ব্রাৎলবা পোৎশক অমা ওইরিবা লাইনিংলোল (religion) হায়বসিগী মরমদা খরদং ওইরবসু খন্নরমদনা চৎখিবা ঐখোয় ঙমদে। গ্রীকতদি ড্রামা অসি লাইনিং-ঈহুল (religious feeling) অমসুং লাইনিং-থৌদাং ঙাকপা (religious observance) দা তৎনা থানবা য়াদনা পুনশিন্দুনা লৈরম্মী। লৈরল্লিবা লাইনিং অসি লাইবু কিজনা নিংজবা অমসুং লোইনবা ইয়া য়াবা লাইনিংনি; মসিনা মখোয়দা হেক্তা ঈথিল পিবা ঙম্মী। তৌইগুম্বশুং মসিগী ওইনা তৌদবা য়াদে হায়বা অকনবা নিয়ম পংলৈ লৈরমদে। অসিগুম্বা লাইনিং অসিদা গ্রীক্কী পুন্সিগী য়ুমফম ওই। লাইনিং অসি মশিং য়াম্বা মীশিংনা য়ান্নদুনা চৎপা অদু কনাগুম্বনা য়ানিংদ্রবসু চৎতবা য়াদবা (conformance) কী লাইনিং মখল অদু নত্তে, মসিদি লাইগী থৌরম পাংথোকপগী কুম্মৈ-ফিয়োংশিংগী ওইবা লাইনিংনি। মসিনা মী অমবু মশামক লাইগা মান্নবা মীশক (God like) অমা ওইবা য়াহল্লি। য়ুম-কৈ শাবদা লাইয়েকপা হকপা লাইশিংগী থৌগল খুতৌদা, আর্টিষ্টশিংগী ইনৌ নৌবা মওং-মতৌ শাগৎনিংবগী হৈনবী (creativeness)পু শাজেল তৌবা দ্রামাগী মচত্তা চত্থবা লাই-থৌবমশিং (dramatic rituals), জগোয় অমসুং মপুং ফারবা থিয়েটরগী খুপুথোকশিং; পুন্নমক অসি মীয়ামগী থম্মোইদা লৈজবা থব্রাইলোলগী ওইবা অমসুং ভক্তিগী ওইবা পুক্কৈশিং (spiritual and devotional sources) দগী হৌগৎলকপনি। দ্রামানা হেক হৌরকপদগীনা অথেংবা কমেদি ফাওবদা, শেংনা পাংথোকপা কুম্মৈফিয়োংগী ওইবা পোশক অদুগী শরুক অমা ওইরিবা লাইনিং (religion) গা অসুম লোনদিন্নদুনা লাকখি।

যু শুংবদা শিজিন্নগদবা অঙ্গুব লোকপগী পান্থা নকশিল্লবা মতমদা গ্রীক লাইহবাওলোইশিং (Greek revellers) গী খুৎপু খুৎপু মতৌ কবম্না কুম্মৈ পাংথোকসিগে হাযবদু খন্নবা হেক হেক খুন্দিনৈ। মখোযনা সহ্‌বগী লমজাওশিংদা লিশাং শিৎনা চৎলি ; খুঙ্গংগী উরক ব্রাবকশিং ফাওদুনা মীযাম পুন্না হাই- হুমদুনা চৎলি নত্রগা খুদক খুদক্কী ওইনা dancing ring দা কোইনা জগোয শায, ঈশৈ শকই। মখোযনা যু হান্না থকই, অদুগা অনৌবা লাইবা ওশিং (new gospels) হেক লাকপা খুঁদং চান-চানবা চাংদা যু অদু শকুক অনি অনি হেন্না অমুক থর্কচিল্লি। অদুদগী যুগী লাই, ডাইওনাইসসকী মফমদা, মবুংঙো মাবু শৈথাদুন, ঈশৈ শকই। মখোযনা মবুংঙো মাগী মফমদা থাজপবৈ থম্মী, ভক্তি লৈ হাযবগী ব্রাশক শক্তুনা, শাকৎ-যুকৎ কৎপা হৌবকই। অদুদগী ইবুংঙো মাগী মতিক মযাই (spirit) অদুনা মখোযদা হেক চংখিবগা মখোযসু লাই তোংবা হাযবদু ওইবকই। অসুম্না মঙাল ফংলবা মীশর্কাশিং অদুনা মবেংজুমগা মবেংজুমগা ঙাশিন্নদুনা লাওখোংদুনা, ঈশৈ শক্তুনা, নোকখেবগী মওংশিংদা হবাও কুম্মৈ (revel) শিং পাংথোকই। অদুগা লাইওইদুনা তবংদা তাওদুনা, divine ecstasy নত্রগা সমাধিগী ঈবৈদা লুপথখি। তাইবঙ মীদা তোংলিবা চীংঙু লাই অদু মশা খিংকৎলকই, মঙাল পিথোবকই। লাই তোংলবা মীশক্তু খুন্নাইগা চুশিন্নবকই অমসুং ঈথিল ফংলবা অমা ওইবকই।

অসিগুম্বা মতম অসিদনি জগোযদা খংদে, শৈবেংদা খংদে ঈশৈ নোংমাইদা খংদে আর্টনা অপেনবা ফংজখিবা। নিপাগী ফিনুং কযাৎ অদুমক্কা চপ মান্ননা নত্রগা হাযফেৎ মান্ননা শাবা 'ফাল্লস' (হিন্দুগী লিঙ্গগুম্বা) অদু অঙ্গুব লোকপগী থবক থৌবমগী অমসুং Earth God লাৎপগী থৌবমশিংগী ওইবা ইচম চম্না চংবা পোৎলম অমা ওইবর্মী। অশেংবা দ্রামানা ভক্তিগী কুম্মৈশিংদা মতোল চোংখৎলর্কাখবদু মতম অদুগী থৌদোকশিং অসিদনি। অঙনবা মতমগী গ্রীকশিংনা থব্রাইবোলগী ওইবা পুন্সি (spiritual lives) দা চপচাবা ফিবেপ লেপথোক্লবগী মচাক অমা ওইনা ফিনুং কযাৎ (sex) তা

চপচাবা মফম পিখি। মহে য়ালহনবা ঙস্বগী অমসুং পাম্বী থাবগী লাইশিংদা থম্বা ভক্তিশিং য়াওরিবা মখোয়গী কুম্মৈ ফিয়োংশি অসিনা ড্রামাতিক আর্টনা মপুং ফারকপগী থবক্তা তৌনিংঙাই য়াম্না লৈখি।

মশাগী মগুন অমা নত্রগা অতোপ্পা মগুন অমা য়েংলুরগদি ডাইওনাইসস অসি মপুংফারবা ট্রেজদি অমসুং কমেদিগী হেন্না চুশিন্ননা হায়রগনা সাটির প্লেগী মপানি হায়বা য়াই। (Satyr হায়বসি তংখাইনা মী, তংখাইনা হামেং ওইবা লাইনি অমরোমদনা হকতিন্নবগী ঈথিল কন্না পিবা মহাক অদুনি) মহাক অসি অরিবা মতমগী জগোয় অমসুং ইরাৎ থৌনিগী মতাংদা ঐখোয়না থেংনখ্রবা লৈহাও চেলহনবা ঙস্বা নত্রগা মীরোলহনবা ঙস্বগী অমসুং লৌরোক হৈরোক্তা মরিক চুমহনবা ঙস্বগী লাইশিং অদুগী মথাং থাংথরকপা লাই অমা ওইনা খন্নবা য়াই। অহোইনদুম মহাক্লা মগুন হেন্না চেল্লি। তাইবঙ-মী অমা ওইনা নত্রগা কনাগুম্বগী নুংদা ফাওরকপা খ্বাইদগী ৱাংলবা তরং (ecstasy) গী হৌরকফম অমা ওইনা মাগী মশক তাক্লকপা মতমদা মহাক অসি লাই-মগুন চেল্লবা খ্বাইনা য়ানরবা আর্ট (Divine popular art) কী মপা অদুগী মচা ওইনা য়াম্লা অঙকপা মওংদা পোক্লকপা মাল্লি। মহাক্কী ঙল্লিঙৈগী মমিংশিংদি 'বাকচস' অমসুং 'ইআকচস' হায়বসিনি। মমিং অনি অসিনা মহাক অসি য়াম্না হৌনা লাওথোকপা ঙস্বগী বোর ফংলবা লাই অমনি হায়বগী নাকচেপকী ৱাহন্থোকশিং (connotations) খর পুই। করম্না কুম্মৈ পাংথোকলোইশিংগী খুৎপুনা, লেংবা-খোৎপা অমসুং জগোয় য়াওদবীদা 'ইআকচস! ইআকচস! হায়না হৌনা লাও-খোংবা ঙমখিবগে ? নুংদা তরংগী ইহুল য়াওরমদনা শাকৎ-য়ুকৎ (sacrifice) হেক্তা লোয়রগা ময়ুমদা হলহনখিবা য়াওবগে ? মীয়াম খোংচৎ অমদা চুম্নদা খোংনা চৎপা য়াওরগা অমসুং ঈশৈ খর শকচিন্নরগা, ফাগী খর তৌশিন্নরগা কনাগুম্বা অদুগী মথৌ হেক্তা লোইখিবরা ? লোইখিদে খুদক্তবু ওইরবসু অভিনয় তৌগনি। লাই মগুন চেল্লবা ঈথিল (Divine inspiration)

অদুনা পান্নিবসি অহানবদা এক্তিংবু এক্ট (অভিনয) তৌবা; মথংদনা এক্তিংগী আর্ট (অভিনয কলা) অদুনি। মসিবু কনম্না ওইবকখিবনো ?

এরিষ্টোটলনা চহিচা অনিগী মতুংদা ট্রেজদি অমসুং কমেদি পোকখিবগী পুবোল শিং মওং অসুম্না ইবন্মী ‘ ট্রেজদি অমসুং কমেদি অনিমক শুংদোক্ত্রিবা অমসুং মাংজৌননা হিবি কোলহৌদবী মওংদা শাহৌবকখি, অহানবগী অসিনা (ট্রেজাদ)না ডিথিবেম্বগী ঈশৈ হনবদগী অদুগা অকোনবগী অসিনা (কমেদি)না ফাল্লস শৈশক্কী ঈশৈ হনবদগী।’

*ডিথিবেম্ব :*

মসি হামেং ঈশৈ হাযর্বনি। কবিগীদমক হামেং ঈশৈ হাযখিবগো হাযর্বসি - লাই-থৌবমগী মনাংদা হামেংবু শবেন চনবা অদুদগী ওইবম্নসু যাই নত্রগা অছেবা (কবি) অদুগা হামেং অমা মনা ওইনা হেক হেক পিবা অদুদগীসু ওইবম্বা যাই নত্রগা ডাইওনাইসসকী ভক্তশিংনা ওইবিবা কোবগা অদুনা হামেং মউলগী ফিজোল শেংপা/লিংপা অদুদগী হাযবা ওইবম্নসু যাই। তাংদাংবা খংনদ্রি।

খৃষ্ট মমাং চহি ৫৩৫দা ইহান হানবা ট্রেজদি তান্নবদা ইকাবিযাগী থেসপিসনা খ্বাইদগী হেন্না ফজবগী মনাদু লৌখি। কোবসকী মকোক নত্রগা ঈশৈহনবা অমা লৈবম্বদুগী মথক্তা এক্তবগুম্বা অমা হাপচিনখিবসি মহাক্কনি হাযনা লৌনৈ। মসিগী মতুংদগীদি অনি অসি ডাইলোগতা অৱাই -অখুম তৌনহল্লকখি; অমসুং এক্তব অদুনা তোঙান তোঙানবা মাক্স শিজিন্নদুনা, ফিজেৎ তোইনা হোংদুনা- মখল মখাগী কেবেক্তবশিং ইমপ্রোভাইস তৌবা তাখি। অসুম্না ট্রেজদিগী ড্রামা আস অনি ফাংবা যুমফম হাযবদি ৱাঙাংদনা লেঙ- ওৎপা (mimatic) ড্রামাতিক আর্ট অমসুং লোইন-শিল্লোনগী ওইবা (literary) ড্রামাতিক আর্ট অনিসি মপোপ কাইহন্দনা শমজিন্নবগা তেক্ত কাইদনা লিংখৎখি। মতম অসি ফাওবদি, প্লে টেক্স অদু যাম্না মওং তাদ্রি কোবসকী লীদব অদুগা এক্তব অদুগা শিল্লোন-শিজিন তৌদুনা ঙাংবা শকপা শৈবেংগী পবিং অমদগী পংহেল হেল্লমদে। থেসপিসনা টেবল অমদা

কাখৎলি, মদুদগী মহাক্না কোরসকী লীদর অদুদা ব্রা ঙাংই। (টেবল অসি হামেং বলি তৌবদা শিজিন্নবা অদু ওইরম্বা য়াই। টেবল অসিমক হেন্না ব্রাংখৎপা টেজ অমা লাকপগী ইহান হ্নবা খোংথাং অমনি হায়না কুইনদগী খন্নরকখি অদুমওইনমক মতুং চহি কয়া ফাওবগী মনুংদা ওকেষ্ট্রাগী লৈফম অদুদগী হেন্না ব্রাংখৎপা প্লেটফোর্ম টেজ লৈরম্মী হায়বগী অশেংবা প্রমানদি লৈতে)

থেসপিসনা মচুতানা অমসুং ময়েক লানা অনৌবা অমা পুথোকখিবা (Epoch making innovation)অসিগী মতুং চহি তরা শুবদনি এসকাইলস পোকখিবসি। মহাক্না অনিশুবা এক্তর অমমুক পুশিল্লকখি। সোফেক্লিসনা খৃষ্ট মমাং মঙাশুবা চহিগী মনুংদা মপুন্সি পুল্লপ হিংলমখি। মহাক্না অমুক অহুমশুবা এক্তর হাপকৎখি। ট্রেজদিনা অসুম অসুম শারেপ তানখৎলক্লিঙৈ মতম তাংকক অসিগী মনুংদা খোংজেল তপ্না তপ্না এক্তরনা ড্রামাদা মরুওইবা মফম অসুম অসুম কনশিল্লকই। তপ্না চৎলক্লিবা খোংচৎ অসিবু কুপথনা য়েংশিল্লুরবদি, কুইনা কাওথোক্লরুরবা তুংদা কোরসকী জগোই অসি ড্রামাগী থব্রাইমক ওইবা চংদ য়াদবা ফিচর অমা ওইরম্মীকো হায়বা অচুম্বদু থিবদা ফংগনি। থেসপিসকী মতম অদুফাওবদি কোরস অসি ড্রামাগী ময়াংলেন ওইবা মচাক অমা অসুম ওইখি। এক্ত তৌরিবা শরুক অদুবুনা প্লে অদুগী ইন্টরলুদ (থৌদোক অনিগী মরক) ওইনা লৌনরম্মী, অদুবু জগোয় অদুবুনা মপুং ওইবা ডিজাইন ওইনা শক শোন্নরম্মী। মরি মথং মথং লৈনরিবা থৌদোকশিং (episodes) অদুনা অসুম অসুম ব্রারি পরিং (প্লোট)কী মশক লৌশিল্লকখি। এসকাইলসনা কোরসনা মকোক থোংনা লৈবগী ফিভম অদু ককথখি, অসুম্না সোকোক্লিসগী মতম খক্তনি কমপেক্ত ওইবা এক্ত তৌবা ব্রা ঙাংবা ড্রামানা অহানবা মফম কনখিবসি। ....... মতম অসিফাওবদি খর ব্রাংখৎপা ষ্টেজ লৈরমদে।

ট্রেজদিদা, অব্রাংবা থাক্কী অব্রা-অনংগী পুক্লিং ফিভম অসি থমজিনলম্লিবা অদু করম্বা পোৎশকননো ? ভাবোকশিংবু লাইশিংগা নকশিন্নহল্লম্বা, অশোনবা, নুংশিনদবা, অমসুং ব্রাখল থেনববু তাইবঙ মীওই পুন্সিদগী চামথোকপিখিবা, থব্রাই চাওখৎহনবদা অমদি লাইগুম্না মীনুংশি

পোকপদা অযেংবশিংদা ঈনোৎ হাপকৎখিবা অসিগুম্বা চীংলেম্বা গ্রীক ড্রামাশিংগী অবোনবা লাইৱাদু কৰিনো ?

অহানবমক্তদা থিয়েটব অদুগী মনুংদা অমগা অমগা চাংদম্লনা পুথোবকপা অদু মওং তাহনখি, চীংলেমবা শৈবেংশিংগা লেমজববা ড্রামাগী ৱাবি অদুগা লম্বা পানহনখি, মপুম ওইবা মওংদু মফম মতম চানা তৌবকপা এক্তিংদা, শক-শোনবা খুশোলদা অমদি কোবসকী তাল চাববা শাথেক শাওলশিংদা শাগৎলকখি। পাকচাওববা অমসুং চীংলেম্না চোই-চাংদা থল্লবা প্লে হাউস অদু কুম্মৈ অদুগা চুশিন্ননা শাবম্মী। কনাগুম্বা লনাই মীওই অমগী শক্তম লাংবা অদুবু ইচম চম্বা তেন্না খংনুং নুংঙাইহনবা ৱাবি মংক কী মওংদা ৱাবি ওইনা লিথোক্তুনা নত্রগা যেকথোক্তুনা খিযেটববু থাক হন্থহনবা তৌদবা মবম্না মসি কুইনা চৎলক্ল বা থিযেটব হাযবদু ওইখি। ট্রেজদিনা খোংজেল যাংনা অকনবা পুক্লিং ঈহুল (passion) গা লোইননা, চীংলেমনা, মচু তানা তৌদ-যাদবা অমগা লোইননা অসুম লাকখি। মসি মশাগী মপুংমবৈ ফাবগী থাক অদু যৌবদুনা ড্রামাগী লিটবেচব নত্রগা এক্তিং নত্রগা সোঙং নত্রগা জগোয খুশাগী ঙমখৈ লান্না চৎখ্রবা আর্ট অমনি।

*কমোদি, গ্রীক্স নত্রগা বোমান:*

খৃষ্টকী মমাং চহি ৪২৩, যেন্নিংথাগী নুমিৎ অমদা ডাইওনাইসসগী থিযেটবগী ওডেন্সতা ঐখোয ফম্লি হাযনা খল্লো। অদু ওইববদি, মালেম ওইনা লৌবা ওকেস্ট্রাগী লৈফমগা, স্বর্গ ওইনা লৌবা শংমাইগী মতোন (Proscenium Top) অনিগী মবক মযাইৱাইদা অযানবা থুমোক অমদা সোক্রেটিস শাবিবা এক্তব অমা ফমদুনা লৈবদু ঐখোয উগনি। মসিদগী ঐখোযনা গ্রীক ট্রেজদিগী হেন্না মবাক পাকথোক্লবা অচুম্বা অমা খংবা ঙম্লক্কনি। ইশম শম্না হাযববদা প্লে অদু লীলা মীশক মশেল মুকসিনবা (charactor conflict) নত্তে, একসন অমসুং ফিভম-মতম (Situation) গী ড্রামানি হাযবা হেক্তা খংবা ঙমগনি।

লাইশিংগা মরি লৈনবা কুম্মোশিংদা ডাইওনাইসসপু ঈরাৎপদা মথৌ তৌরিবা, ঈশৈ শক্লিবা, হরাও মথোয় কানা চোংফন্দুনা শান্নরিবা, মীয়ামদা ওনশিন্দুনা ফাগী তৌশিল্লক্লিবা অমসুং য়ু খরুংশিং অমদি 'ফাল্লস' অসুম পুরদুনা চৎলিবা, য়েংবদা অঙকপা হেক্তা পোল্লগদবা ফিজেৎ-জাৎ জাৎ শেৎল্লিবা,মাক্স উপলিবা লাইহরাওলোয় শঙ্গু শঙ্গুশিংদু নৌহৌনা নিশিংবিরবদি, মতৌ করম্না অসিগুম্বা খোংচৎশিংসিনা কোরস অমা ওইরকখিবনো অমসুং লীদর অদুনা চোংথোরক্তুনা ফাগী মী (clown) অমা শারক্তুনা ওইববসু নত্রগা খুৎপুদুদা য়াওশিন্দুনা ব্রাঙাংদবী শাথেক শাওং উৎতুনবু ওইরবসু মতুং তাবদা মহাক অদুনা অথৌবা পাইরক্কী লৌশিং চেনবা ফাগী হৈবা মী (comic spartee) অমা ওইনা করম্না থোবকখিবগে/ ওইরকখিবগে হায়বদু ভাবনা লামশিনবদা খংবা ঙমগনি। ফিজোল জাৎ-জাৎ শেৎচিল্লগা লাইহবাওলোয়শিং অসি মফম অয়াম্বদা তোইনা থেংনৈ তৌইগুম্বসুং মদু নত্তবিদা করিগুম্বা মফম খরদা চথবা মখোয়গী খুদক খুক্তা শেমশাবা কুম্মৈ (impromtu celebration) নত্রগা তৌশিন্নবা খুউৎ (masquarade) অদুবুদি কোমস অমা হায়না খংনরকখি। অসিগুম্বা কোমস অমগী ঈশৈ অদুবু 'কোমস ওড' হায়রম্বদগী কমেদি হায়বা মমিংশি লাকখি। অসিগুম্বা লাইহরাওলোয়গী ঈশৈ অসিনা মথং-মথং থংথরক্তুনা কুম্মৈ নুংঙাইরবা ড্রামা অমা মতম পুন্নমক্কী ওইনা ওইরকখি।

এবিষ্টোফনিসগী মমাংদা ডাইওনাইসস কমেদিদা মখল অমগী শুংদোরকপগী থৌরম চথরকখিবা লৈখি। কোরস অসিগী থৌশিল অসুম অসুম শেমদোরকপনা মমৈথংদা মসি মীওই কুনমরিনা শারকখি; প্রোলোগতগীনা এক্সোডি ফাওর্বাসি, এক্সন সিনগা লেরিক্স(শৈরেং) গা শিল্লোন-শিনজিন তৌনদুনা চগোম-চগোম্না লীলা পরিং চথবী অমা চৎনরম্মী; অমসুং মতাং অমদনা হিদান্নবা (contest) নত্রগা চক্রি য়েৎনবা (Debate) হাপচিল্লকপগী মতাং অমসু লাকখি; অদুগা অতোপ্পা মতাং অমদনা (Parabasis) হায়বদি অইবগী ব্রারোল পিবগী থৌওং অমসু হাপচিল্লকখি। প্লোট নত্রগা মসিগা নকসিন্নরকপা করিগুম্বা অমসু পুশিল্লকখি।

*অরিবা কমেদি :*

এরিষ্টোফনিসকী মমাংদা ফাওবা ক্রাতিনস অমসুং ইউপোলিসকী খুত্থাংদা কমেদিদা পান্দম থম্লরকখ্রে। মসি লৈঙাকলোনগী ওইনা করেম্নবা (Political Satire) ওইবা য়াই নত্রগা লোইনশিল্লোলগী নত্রগা খুন্নাইগী শকনাইবা মীশক অমবু শকওং কাইনা মতৌ তন্বা (travesty) ওইবা য়াই নত্রগা চৎন-নাৎ অমবু করেম-কথাইবা অমসু ওইবা য়াই অদুবু মাইকৈ অসোমদা অখন্নবা মীশক অমবু ব্রাচোপ য়াওনা হকচিন্না চৈদুনা শিধরকপা (personal invective), মরাল শিবদা শারোই-ঙারোইগুমলকপা অসিনা ঐখোয়বু অচুম-অরানগী অচাবা মরম (reason) গী ব্রাংবা লান্না পুরকপগুম তৌই। তশেংনমক মসিবু farce (ওইথোক্লোইদবা থৌদোক পরিংনা ফাগী তৌবা লীলা) অমসুং foolery (অচুম্ববু মমৈ মকোক ওন্থোকপা অপঙ-শাজৎনা ফাগী তৌবা লীলা) হায়না খংনরকখি। লাইশিং ফাওবা শ্বরুপ থিবা মওংদা মখোয়গী শক্তম্লাংদুনা মতৌ তম্লরকখি। মতাং অসিব্রাইদনি এরিষ্টোফনিস থোরকখিবদু। মহাক্কী খুত্থাদা চাংচৎ ওইনা মরুওইরিবসি মাগী ব্রাখল মওং নত্রগা মাগী মচিন থৌরবা 'পারোদি' (কা হেনজিন্না অতোপ্পগী মতৌ তমদুনা করেম্নবা) অদু নত্তে; তশেংনমক ফরবা থায়নগী মতম অদুগীদমক ময়েক শেংনা নুংঙাইজদবা ফোংদোক্তুনা অমদি মমল লৈনা ফিভম শেল্লিবা নাৎশিং অদুবু খুমাং চাওশিন্না পাম্নরকপগী ব্রাখল অদুবু নিন্দা তৌদুনা মহাক মশামক্লা মশামকপু রেএক্সন্নরি (অয়েৎপা) অমা ওইনা মাগী প্লেশিংদা য়াম্না ফজনা উথোরকপা অদুনি। অদুবু মহাক অছেবা অমনি অদুগা মাগী লিরিক্স (ঈশৈ ময়েক) শিং অয়াম্বনা মপা লৈতনা শুম্মৎনিংঙাই ওই; মহাক্কী পুক্লিং খুশেম (কল্পনা) না অঙকপা শহুম অমদা মশামকপু হুমদোক্তুনা পুথোকখি। থোইদোক হেন্দোক্লা অয়াংবা শৈরেংদা শৈদা (light verses) তা থারকপা মাগী খুথা য়াম্না থুন্মী। অসুম্না শৈরেংদুগী তাওথরক্লিবা পরেংশিং অদুদা অমসুং মথং-মথং থোরক্লিবা অয়েকপা শক্তমশিং অদুদা পাইরক্কী লৌশিংনা মরু--মরাং ওইনা থাকচিল্লি, মনিংতম্না তাওথরকপা শৈরেং শৈদা

অদুবু অথৌবা লৌশিং অমসুং য়ক-য়ক লাওবা নোক্ল-মচাক (witing & biting comedy) না ফিজেৎ লৈতেংবদা অদুক্কী মতিক চঙখোল্লি হায়বগীদমক 'এরিষ্টোফনিক' হায়বা ৱাহৈ অসি হৌজিকফাওবা শিজিন্নরি।

মহাক্কা প্লে য়াংখৈদগী হেন্না খুদোল তম্বীরম্মী। মহাক চাওরাক্লা খৃষ্ট মমাং ৪৪৮ দগী ৩৮৫ ফাওবা হিংলম্মী।

এরিষ্টোফনিসকী মতমগী শক্তম খুলাম্থোক (representation) গী ফিভম করম্বা মওংদা লৈরমগদগে হায়বগী ৱারোল ইফং ফংনদে। মতম অসিৱাইদা; ট্রেজদিদা তৌবগুম, এক্তরশিংদু নিপা ওাক্তা ওইরম্মী। মখোয়গী ফিজেৎ লৈতেং কা হেনজিন্না খ্বাইগী ফিজেৎকা মান্নদবা, ভাবনা শাবগী ওইবা নত্রগা য়েংবদা অকিবা নত্রগা নোক্লিংবা পোকপা (grotesque) ওাক্তা ওইরম্মী, অদুবু 'ক্লাউদস' অমসুং ইউরিপিদিসকী ' দ ফ্রোক্স ' কু স্বা প্লেশিংদদি খ্বাইনা ফজনা শকখংনরম্বা মীশক সোক্রেটিসগুম্বগী শক্তম লাংলকপদদি শিজিন্নরিবা 'মাক্স' অদু হেক্তা খংগদবা মওংগী কেরিকেচর শিজিন্নদুনা শাই। .. মতম অসিগী থিয়েটর খরদি নত্রগা মতুং খজিক তারকপা মতমদদি খর ৱাংখৎপা প্লেটফোর্ম ষ্টেজ শিজিন্নরম্মী।

*ময়াই থংবগী কমেদি :*

মতুং সেনচুরি তংখাই অমা হেনবগী মতমদা গ্রীক কমেদিদা তাল্লক্কী ওইবা খুহোংদোক (transitional type) অমা য়াম্না কন্না চথনরকখি। অসুম্না মতম তাল্লক্কী ওইনা হোংদোক হোংজিন তৌখ্রিবা কমেদিশিং অসিবু মিদল কমেদি হায়না মতম খর মিংখৈলোল পিরকখি । মতম তাংকক অসিৱাইদদি প্লেশিংসি অকক্লবা হিরমগী প্লে ওইবা হন্থরক্লে, কা হেঞ্জিনবগী মওংসু ৱাংথরক্লে - অদুতা নত্তনা ইকাইহনবা চোপহনবগী খোংজং তাথরকখ্রে। ইন্টর্লুদ, দিবেত অমসুং পারাবসিসসু প্লে-ফ্রেমদগী লৌথোক্তুনা লংথোকখ্রগা কোরসকী মফমসু পিকথহনখ্রে; অওইবমক হোংলক্লিবা খুহোংদোক অসিনা মরম ওইদুনা অশেংবা এরিষ্টোফনিক কমেদিগী শৈরেংগী

ওইবা মফজ (লিরিক বিউতি) অদুসু মাংহনখ্রে। ঐখোয়না বেলে-বর্লেক্স হায়না কৌনবা মচাক অদুসু মশক উখিদ্রে। (Ballet berlesque হায়বসি জগোয-ঈশৈনা মীতৌ তমদুনা করেন্নরগা নোক্লিংবা পোকহনবা লীলাগী মওংনি) অদুবু মতাং অসিদা কমেদিনা ফংলক্লিবা অনৌবা মহয়দি পরিং কায়দনা ড্রামাগী খোংচৎ চত্থবা(dramatic continuity) থৌদোক খুৎশেমদা পুংয়ান য়ানশিন্নবকপা( Plot complexity) অমসুং তাইবং মীগী মচৎ মতৌদা পুক্লিং চংশিল্লকপা (Human interest) অসি যাওশিল্লকপা অসিনি। অদুমকপু হেক য়েংবদা অকিবা নত্রগা নোক্লিংবা পোকহনবা অমদি ওইদপাদনা নোকহনদুনা করেম্নবা পোকহনবা গ্রোসটেক্স অমসুং ফার্সকী মাক্সশিং অদুদি অদুম চৎনখি।

## মেনান্দর (খৃঃমমাং ৩৮২-২৯৯)

### (অনৌবা কমেদিগী মকোক ওইবা অইবা)

*অনৌবা কমেদি :*

মতম তাংকক অসিদা মীওই ৩৯ মুক্না (ব্রাৎলবসু, হেল্লবসু) মমুৎতানা খংদনা মিদল কমেদিবু লৌখৎতুনা চাং য়েংনবন্নগা মসিবু থাদোকখি। অদুবু মেনান্দরদদি মিদল কমেদিসি লৌখৎখি; মগাক্না ইউরিপিদিস ত্রেজদীদগীসু কান্নবা মচাক খবসু লৌখৎখি। অসুন্না মহাক্না গ্রীক থিযেটরগী পন্দোম লোম্নবা শক্লাইবা অইবা হায়বদু ওইখি।

নিশিংবিরম্বা য়াই, ইউবিপিদিসনা ট্রেজদিসি লাইশিং অমসুং লিনরক্লবা ব্রারিগী অকন-অথৌ (লিজেন্দবি হিরো) শিংগী লমদমদগী মীওইপোক্কী থম্মোই ঈহুলদা পুক্লিং পুংলুপ লুপশিনবগী লমদম তাম্না পুথবিরকখি। হৌজিক কমেদিনা মসিগী হান্নগী দাযিত্ব ইরৌ লৌদনা পুংনুং নুংঙাইথোকপা (irresponsible gaiety) অমসুং কা য়াম্না হেন্দোকপা (extravagance) অদু থাদোকখিনবা থৌবাংদা লৈরে। থাদোক্কদৌরিবশিং অদুবু পুনশিল্লবা তাইবং মীগী ওইবা ব্রাবিশিংবুন (unified human

story) গী চুপ্লিনা খুর্জি লাকশিন্দুনা থম্বা তাই। অসুম্না মেনান্দরনা নিতিজারগী থোক্লিবা অওইবা পুন্সিবু ময়েক শেংনা নৈনবা, কেরেক্টরশিং অদুনা মরন্নাই তাহল্লবা তাইবং-মী অদু ওইহনবগী মহুৎতা অসিব্রাই লম্বীগী মতাই অমদা হেক্তা নহাক্লা থেংনগদবা মীশক অমগুম্বগী মখল অদুনা ওইহনবা; প্লোট খুশেম্না আর্ট অমা ওইহনবা, পুক্লিং ইরাং হৌহনবা দৃশ্যশিং ফাওবা পুশিল্লকপা অদুগুম্বা মখলগী প্লেশিং খুদোল তল্লকখি। ইশম শম্না হায়রবদা মসি মোর্দন কেরেক্টর কমেদি তম্না, কমেদি ওফ মেন্নরস তম্না কাল্লকপা শাংলবা খোংকাপ অমনি। লৈরম্বা কোরস অমসুং অতৈ পুম্নমক অদু অমুক য়াওরক্তবা অসি খংবদা ব্রারবা খুথৈ (intricate diversion) অমনি।

*রিনাইসাঁ ঃ*

থিয়েটরনা মতম কুইনা শিথরুরবগী মতুং মমৈথংদা পারমা কৌবা ইটলিগী লম অমদা প্লে হাউস অমা লিংখৎলকই। মসিবু ইহান হানবা মোর্দন থিয়েটর হায়না খংনৈ। মরমদি মসিদা শিজিন্নরিবা ষ্টেজ অসি প্রোসিনিউম ফ্রেমগী ষ্টেজনি। শংমাইদা উচন-চনবা লীলা ফম্বাক অসি লাকপদগীদি সিন য়েকপা হৈবা পেন্টর অদু থিয়েটরদা মপাঙ্গলসু য়াম্না লৈবা, য়াম্নসু মরু ওইবা মীশক অমা ওইরকখি।

*সেক্সপিয়ার :*

অসুম অসুম লাকপনা সেক্সপিয়ারগী মতম লাক্লে। (সেক্সপিয়ারগী মরমদদি খ্বাইনসু ইখং খংনরবনি) মহাক্কী মতমদা গীলদ এক্তরশিংদা অব্রামল পিনরে। লাইগুম্বা শাবা এক্তরশিংদনা পেনী ৬ অদুগা লুসিফের হায়বদি সৈতানগুম্বা শাবদনা পেনি ৮ পি।

*মোলিয়ার :*

কমেদি হায়বসি, খুনোকতুনা নুংশিবিবা পোকহনবা নত্রগা করেম্নবা ফাওহনবগী মওংদা লাক্কদবা অনোকপগী ড্রামানি। কমেদি অমনা

কদাইফাওবা নিংথিজবগে হায়বদু চাংয়েংগে হায়রবদি মদুনা কদাইফাওবা য়ৌনা ৱাখল থোকপা খুনোক নোকহনবা ঙমবগী চাং লৈবগে হায়বসিদা য়েংবা তাই। ইথা থাজরমদবদুনা খংওই ওইরকপা, কা-হেন্দোক্লা খাংফাং ফাংজিন্নরকপা অমসুং হকচাংগী শাথেক্লা শান্নদুনা, মদুনা অরুবা ৱাখল পোকহল্লুবগী ৱা নত্তনা নোক্লিংবদি অদুম পোকহনবা লীলাদু ঐখোয়না ফার্স হায়না খংনৈ।

অশেংবা কমেদিদি মহৌশানা মশাগী অশোইবশিংগা কমনসেন্সগী অচুম্বগা য়ৈখাইনবা অদুগুম্বা লমচত্তগী, ফত্তবা থবকশিং অমসুং মীওইবগী মচৎকী অশোনবশিংবু নোক্লনবা পুখৎলকপা অদুদগী লাকই।

*রোমান্টিসিজম :*

চর্চ অমসুং লেটিন হৈবশিংনা ঙাংনবা লোন অদুগা মান্নদনা রোমানস লোল হায়না খংনবা অমবু মমা লোলদৌনা ঙাংবা মীওইশিংগী তোপ-তোপ্পা লিটরেচরদগী রোমান্টিসিজম লাকই। ময়াই থংবা যুগকী রোমানসেস হায়না খংনবা নুংশি নুংঙোল অমসুং এদভেনচরগী মওং অদু লিটরেচর অসিনা ইহান হান্না লৌখি; মীংখোল অসি পুন্সিগা নকসিননবা শিংজু ময়ানগী দ্রামা ওইবা এন্তি ক্লাসিক্তা পিবা অমা মাল্লি। অদুবু প্লেরাইটনা টার্ম অসি পাকথোকহনবগী মহুত্তা খুজিলহল্লি, রোমান্তিক হায়বসি পুন্সিবু লুথহনবা অমা ওইবগী মহুত্তা পুন্সিদগী থাপ্লা চৎখিবা করিগুম্বা অমা, কুংশিল্লবা এভেনচরস এক্সপরিএন্স অমগী মহুত্তা মদুদগী নাম্থোকপা অমা ওইনা শেমখি।

Hugo না রোমান্টিসিজম অসি লোইন-শিল্লোলদা মনিং মখা তৌবগী লিচৎ অদু নত্তনা অতৈ অমা নত্তে হায়।

ঐখোয়না 'রোমান্টিসিজম' করিনো হায়বসি ৱাখল খরা পাকথোক্লা অমসুং হেন্না ফজনা য়েংসি। মসিবু ঐখোয়না য়াবা তাববদি ঐখোয়গী মিৎতা ড্রামাটিষ্ট মখল অমা শঙ-শঙ উবা ফংলক্কনি। হায়রিবা

ড্রামাটিষ্ট অসিদি ব্রাখল খুৎশেম (কল্পনা)গী মাইকৈদা য়ৌশিন্না চংশিল্লি, থিয়েটরগী ওইবা এক্সনবু মওং তাহনবদা, কেরেক্টর খনবদা অথিংবা লৈতে; ইথোরকপদা ইতৎ-তত্তনা, মীওইবগী মতিংগী মরেপ হেন্না লুথবা পুন্সিদা মরি মখোং পিদুনতা লৈ। ফিজিকেল ষ্টেজিং অমসুং এক্তিংগী মচাক খুদিংমক শিজিন্নে। লৌশিং কয়াৎশিংদা শোয়দনা য়ং-য়ং লাওবা ঈথিল পিগদবা ফজবা অমসুং ঈশিং ঈরিক খিকচিনগদবা ব্রারেং খংদে শৈরেং খংদে, তুমিন্না লৈবা খংদে অপান্বা অদু খনগৎলি। মরম অদুনা মসিবু চঙখোল্লবা অমদি মীওইবৈ মশক তাক্লবা ড্রামা অমগী অতোপ্পা মমিং অমনি হায়বা য়াই, অসুন্না সেক্সপিয়ারনা রোমান্টিসিজমগী পুংথোয় থোয়রবা আর্টিষ্ট অমা ওইনা চোংথোরকখি। রোমান্টিসিজমসি ১৮৩০ ফাওবদি মাই পাকখি।

*ৱেল মেদ প্লেশিং :*

Scribe না ড্রামাগী ফোর্ম অমা শাগৎখি। অদুবু মসিগী চুনগদবা term করিনা ওইহনগদগে হায়বদা চঙক্লদুনা লৈখি।হায়রিবা মতমসিদা ইবসেন্না Scribe গী ফোর্ম অসিদা মাগী সোসিএল প্লেশিং ইথোরকখি। ড্রামা হায়বসিদি হরাও-নুংঙাইহনবগীদমক্তনি-অসিদগী হেনবা করি অমমুক লৈরমখিনি ? কনাগুম্বা অমনা করি ওইরক্কনি খংদ্রিবা অরিবা কমেদিগী চাওরাকপা মচাক (outline) শিং লৌখৎলগা, মচাকশিংদুবু নোকহনবগা, পি তাহনবগা চপচানা থংনহনবা, হেক্তা অমুক পুংতোৎ তোৎশিনবা অদুগুম্বগী মওং অদু তারক্লবা নুংথংনা য়ৈ য়ৈদুনা শাগৎলসি, মদুদা অমুক হেক্তা ঙকহনবা, থোৎনৌহনবা অমসুং খোইথুম্লবগী মতৌ কয়া অমা হাপচিল্লসি - মসুম তৌরবদবু-আর্টপু হুন্দুনতা লৈবা (philistine) অমনা মসিদা করি অমুক হায়রকখিনি।

মসিগী মতুং তারকপদা, থম্মোয়-ঈথিল ফাওহনবা ড্রামাগী ওইনা পিরকপা অকনবা শাফু (emotional dramatic effectiveness) গীদমক পিনেরোনা শাগৎলকপা ফোর্মুলা অদুনা ইল্লকই। মতাং অমদা মহাক্না ইরম্মী : ' থিয়েটরগী পিথোরকপা মগুন(theatritical talent)

হায়বসি ডাইলোগকী মপান্না ৱারি অমা লিবা খক্তা নত্তনা নহাক্কী কেরেক্টর শাগৎপা ঙম্বগী শক্তিদা লৈ। অৱাবগী ওইরো নুংঙাইবগী ওইরো, ওইফম থোকপা emotion গী চাং অদু য়ৌখৎহন্দুনা ৱারিদু মশাগী নিংথিনা শেম-শারবা ফোর্ম অমসুং ওর্ডরদা লিথরকউ। মদুসু চুম্নগী থিয়েট্রিকেল রিপ্রজেন্টেসন অমগী পংখৈশিংগী মনুংদা লৈগদবনি। মদুগী প্রদকসন অদু থিয়েটরগী মতিক লৈরবা ফংসন অমনি।'

## Frey Tag কী
## ড্রামাগী টেক্নিক (১৮৬৩)

প্লে অমবু মচা খায়দোক্তুনা কুপথনা য়েংলবা মতুংদা ফ্রেয়তেগনা মখাগী কয়াৎ অসুম্না খায়দোক্লম্মী।

(১) Exposition (শক তাক্তুনা উৎপা)

(২) First clash (য়ৈখাইনবা অহানবা)

(৩) Rising action (এক্সন ৱাংখৎপা হৌরকপা) নত্রগা complecation (চয়েৎনশিলক পা)

(৪) Climax (পন্দোম লোম্বা)

(৫) Falling action (এক্সন নেমথরকপা) নত্রগা anti -climax (পন্দোলদগী অসুম নেমথরকপা)

(৬) Denouement (পরৈ হন্দোকপা) নত্রগা Catastrophe (মাং তাকপা প্রলোয়)

*থিয়েটরনা অতৈ আর্টশিংগা মরি লৈনরকপা :*

খৃঃ ১৯০০ অসি থিয়েটরনা মসিগী খোংচৎতা অনৌবা য়াওল অমগা লোইন্না নিউ থিয়েটর হায়না শক ওল্লকপগী টরনিং পোইন্টনি।

আর্টিষ্ট অমত্তনা পোৎ খুদিংমক চপচপ মান্ননা শাবা ঙমদে। শাগ্রবা পোৎ অমনা পোকহনবা অপেনবা নত্রগা পিরিবা আপিল অদু চপমান্ননা য়াওহন্দুনা অদুগুম্বা পোৎ অমা শাবা ঙমদে। আর্টিষ্ট অমবু ময়ামদগী তোঙানখ্রবা মীশক অমা ওইনা, খ্বাইগী চৎনবীবুসু থওইদ্রবা মীয়ামগী লাইখুরুমকমদা, Sombreres নত্রগা condurays নচিংবা টুপী তুরাং খর উপশিন্দুনা, মশম মনাগীসু থৌশাদনা লৈরবা মীশক অমা ওইনা মীয়াম্না উনরি।

মহাক্কা 'ecstasy' অমদা পোৎশিংবু য়েংগদবনি, খংহৌদনা মিকুপ অমদা প্রকৃতি নত্রগা পুন্সিদগী করিগুম্বা খর মশাদা ফাওরকপা, খংঙকপা তাই।

*ভাবোক :*

ভাবোক্কী মমাংদা পুথোরক্কুনা মপুংমরৈ হেক ফাহন্দ্রিবমখৈ থিয়েটর অদুগী আর্ট অমত্তা লৈত্রি হায়না লাওথোকপা মীশক খর লৈ। ব্রাফম অসিগী মরিদি ঐদি থাঙ্গেশেংনা করিমত্তা হায়জবা ঙমজদে। মসি ঐঙোন্দদি মেতাফিজিকেল ক্যএসন অমা ওইনা থোকই; ওডিএন্স সাইকোলোজিগী ব্রাফমদা কুপথনা চংশিল্লুবা অমসুং অখন্ননা crowd response তা থব্রাই য়াওশিল্লুবগী থোইনা কান্নদে হায়বসি ঐখোয় খ্বাইনা য়ান্নরবনি। অদুমক্তদা থিয়েটরদা ওডিএন্স অমনা অতৈ আর্টতা তৌনদগুম আর্টনা ভাবোকশিংদা পিরক্লিবশিং (gives) অদুনা create তৌবদা অসুম্না মতেং পাংদুনা flow অদুদা য়াওশিল্লি হায়বা অসিমদি ঐখোয়না শক খংগদবনি। মদুগী ব্রাংমদা করিগুম্বা আর্ট অমদা ইন্দিভিদুএল অদুগী রেসপোনজগী মচৎ অদুদা খরমখৈদি করি তোংজবা লৈবগে হায়বদু ঐখোয়না থিজিনবা য়াই। মসিনা ঐখোয়বু

হেন্না জ্ঞান তানা অমসুং নুংঙাইনা ষ্টেজগী প্রদকসন অদু য়েংবা ঙমহনগদবা মাল্লি।

*ষ্টেজ :*

মোর্দনিষ্টশিংনা হায় - ষ্টেজ অসি মহুৎশিন্দুনা লাম্হোকপা পোথোক (respresentative production) ওইবগী মহুত্ত চপচানা লাম্হোকপা (presentational ) গী মেডিউম অমা ওইহনগদবনি। যুগ অমগী মতম লিশাংশিংনা মসিনা সিন য়েকপা আর্টিষ্ট অদুতনা লৈহনবা ঙম্না মহৌশাগী ওইবা নাক যেৎ (natural surrounding) গা নকশিন্নবা নাকয়েৎ অমদা চুন্নদা পুন্সিগী মহুৎশিন্দুনা লাক্লি। হৌজিক্কী মতম অসিদগীদি, থিযেটবনা পুন্সিগী মতৌ তম্বা ওইনা তাৎপাৎ তৌশিন্নববোইদৌবনি অমসুং হিবম খুদিংদা থিযেটবনা অওইবৈ মশক্তা তৌশিন্নবা জাল (illusion of reality) শাগৎপদা নিশান থাবোইদবনি। ষ্টেজ অসি ষ্টেজনি হায়না অদুম লাওথোক্লগদবনি (অদুগা realist শিংনদি অওইবা মফম উৎনবগীদমক্তা ফিজং খক হাযগৎলগা প্লেটফোর্ম অদু লোৎশিন্নবা হোৎনৈ), চৎনরক্লবা কাংলোন (convention) শিং, মহৌশাই মতৌ মান্দবশিং (unnatural ness), পু যাবগা অমুক কাওখ্রগদবনি। ইনৌ নৌনা শাগৎলকপা ষ্টেজ আর্ট (creative stage art) অসি চপচানা লৈজবা মগুনশিং (formal qualities ), থিয়েটরগী পোৎচংশিংগী মহৌশা লৈজবা মচৎতগী থোবকপা অমসুং আর্টিষ্টগী থবক-থৌওং (action) গী ওইনা লৈজরবা ব্রাখল ফিরেপ (concept), খোংজেল (flow) অমসুং খুউৎ (show) দগী থোরকপা, যক লাওবা ড্রামাটিক ওইবা চৈথেং (sheer dramatic impact) তগী থোরকপা পোৎশকশিং অদুদা ইমফেসিস পিরগা লানথোরক্কদবনি। কুপথনা য়েংলবা পোৎশকশিং, ফোতোগ্রাফকুম্না অমুক হন্না নৌনা শাগৎলকপা (photographic presentation) পুন্নমক মমল অসুম অসুম হন্থরক্কনি। অয়েংবশিংবু তশেংনা থোকপা থৌদোক পবিং অমা য়েংলিবনি হায়বা মশাবু থাজহন্নবা ত্রিক শান্নশিনবগী মহুৎতা মহাক খ্বাইনা তোৎরিবা পুন্সি অসিগী মথক্তা লৈবা কল্পনা অমসুং থব্রাযরোলগী ওইবা থম্মোয়- ঈহুলগী তবং অমদা

তাওদুনা থিয়েটরগী ওইনা নুংঙাই ময়াই কাখৎনা থিয়েটর হোল অমগী মনুংদা লৈরি হায়না মবুক্লিংদা ফাওহনগদবনি। থিয়েটরগী আর্ট হায়বসি ষ্টেজদা অওইবৈ মশক (reality)বু য়েকথোকপগী আর্ট অদুনি।

*রিএলিজমবু নৈনবা :*

ষ্টেজদা উৎলিবা শক্তম (stage picture) অসি ফোতোগ্রাফ অমা ওইরক্লে। মসি ইবসেনগী মরেপ লুথবা পান্দমতনা থল্লবা ড্রামা মওং অদুসু ওইসনু নত্রগা বর্নাদ শোগী মচিন থৌরবা পাইরক লৌশিংগা লোইনবা ৱাখল লৌশিংগী ওইবা ড্রামা অদুসু ওইনু, ইহান হানবদা মসি রিএলিষ্টিক প্লে ওইগনি, অদুগা অনিশুবগী ওইনা হায়রগনা মসি ৱাখল খনবগী ড্রামানি অমসুং অতৈদগী খব হেনজিন্না মরু ওইবনি।

১৪৯০দগী ১৯১৫ ফাওবা মসিগী মমাংদা অমসুং অমুক্তসু থোকখিদ্রিবা মওংদা ষ্টেজ অসি অইবা অদুখক্তগী ওইদুনা লৈখি। মসি ১৯ শুবা সেঞ্চুরিগী মতমদা থিয়েটরগী লিটবেচবগা শেক্তোক খাইদোক্লদুনা থমখিবা অদুবু য়ানিংলক্তবা বিএক্সন অমদগী ওইবকহল্লস্বা যাই। হেন্না মার্নাশিল্লিবনা, রেএলিজমগী এজ অসিনা অশেংবা থিয়েটরগী শুস্মৎযাই (true theatrical appeal) তৌদ-য়াদবীদা হাক্তোকপিবে ; মসিনা তাক্লিবদি থাম্মোয়-ইরাং হৌহনবা ফজরোলগী ঙম-পাংবা (emotional aesthetic attainment) অদু হুন্দোক্লল্লগা আষ্টিশিংগী মখুৎতগী ৱাখল লৌশিং লৈবা (intellectual) শিং মখুত্তা ষ্টেজ অসি ট্রানফার তৌথোকখি। থিয়েটর হায়বসি অরানবা চুমথোকপা শংলেন অমা নত্তে, অদুগী মহুত্তা অহোয়নদুম থম্মোয় নুংওলগী অকনবা পুক্লিং ঈহুল ফাওবগী নুংঙাইবা তরংদা তাওবা (Ecstacy) গী শংলেননি।

*ইবসেনদা মিয়েং মচা অমা :*

খাইনদুনা লৈরবা নুপী অমবু মাগী পাষ্টরনা, লুহোংবদা শক্লখিবা

ৱাশক্কী অশেংবা অর্মাদ হৌড্রিক্ হৌড্রিক পাখং শাবেপ ফাবক্লবা মচানিপা অদুগী যেংদুনা মাগী ইকাইনাইদবা মপুবোইবা অদুগী মনাক্তা চত্তুনা হনজিন্নবা তক্লখি। হনজিনখি অদুবু নিপাদুগী হেবিদিতিগী ওইনা যাওবক্লবা লাইনা অমসুং মাগী হেবিদিতি ওইনা মচাদসু থংথগ্রবা ইকাইখংদনা নুপীদা চোপশিনবা মচৎ অদুনা ওডিএক্সতসু কেবেক্টব অদুগী ওইনসু খাংদুনা লৈথবা ওমদ্রবা যান্না তর্মথিববা ফিভম মতা (horrible situation) অমা পুবকখি। মসি থোকখি মাগী প্লে 'ঘোষ্ট' তা। অসিগুম্বশিং অসিনি ইবসেনগী খুইগী নুংদা চেল্লিবা ৱাখল ঈচেল (idea)। মখোযশিং অসি হৈশিংলবা কবেক্টব খুযেক্কা লোযননা মীনুংশি পোক্লা শিজিন্নবকই; তৌইগুম্বশুং সিটুএসনশিং অমসুং প্লোটশিংবু চপচানা লেপথোবক্লিবসি লীলা মীশকশিংগী ওইনা লৈবা মাগী ৱাখল ফিবেপ (character conception) না নত্তে, ৱাখল ঈচেল (idea) অদুনর্ননি।

*বনাদ শোগী মতাংদা অমুক :*

মহাক্কী বিএলিষ্টিক প্লেশিং অসি হৌখ্রবা মতমদা ষ্টেজ আটকী ওইনা অদুক্কী মতিক মগুন চেনবা হাযবদুমক ওইবগুম্না তৌবম্বা অদুগুম্বা তাইবঙ মীওইপোক্কী ফোং-ফোং শাববা মশেক মণ্ডলগা ঈবোইননা থিযেটবগী মচৎ চৎপা হাযবদু ওইদে, হাযবদি থিযেটবিকেল ওইদে (লীলাদা লীলা ওইদে)। ওইবম্বা যাই বোমান্টিক ওইবা ৱাখলনা পংশা শাজিননবা খিযেটবগী নাকল অমা মহাক্লা লৌথোক্লিংখিবা। 'ষ্টেজগীখক্তা ওইমনবা (staginess) অদুদগী নাম্ভোক্লবা সোফোক্লিস অমসুং সেক্সপিযাবনা মযেক শেংনা থিযেটবিকেল ওইহল্লম্বশিংদু মহাক্লা লাক্কুনা লংথোকখি।

তশেংনমক বিএলিষ্টিক ইবা অসিদদি অতৈ অতোপ্পা অইবশিংদগী হেন্না ঐখোযদা হেন্না হবাওনিংঙাই ওইবা, ৱাখল লৌশিংগী ওইনা পুক্লিংদা নুংঙাইবা হেন্না পোকহনবা ঙম্বা খুদোলশিং মহাক্লা ঐখোযদা তম্বীবম্মী - খুদম ওইনা কানাদাদা যান্না পাম্নখিবা ' দ ডেভিলস ডিসাইপল ', 'ম্যান এন্দ সুপবম্যান' অসিনচিংবা।

## অঙনবা কুনশুবা চহিচা ঃ

খ্বাইদৌ হেন্না পনবা য়াবা ওইনা লৈরক্লিবসি রিভোলবিং নত্রগা টর্ন টেবল স্টেজনি। মসিদদি প্রোসেনিউম ওপনিংদা পুথোরক্লবা খুদক্তা সীন ডোজন তংখাই অর্মদি বেদিদা পানশিন্দুনা থম্বা য়াই; অদুগা ব্রেগোন স্টেজনা সীন্ন অমা ওডিএন্সকী মমাংদা উৎলিঙৈদা অতোপ্পা মথংগী সীন অমা পানখৎতুনা তৈয়াবিদা থম্বা যাই। ফিজং চিংথবিঙৈ নত্রগা চিংশিল্লিঙৈদা মফম চানা ইর্নশিনবা য়াই। তৌইগুম্বশুং হেন্না ফগৎলকপগী মওং অসিনা সুপ্নগী অরিবা যেংবদা মিৎকী কুম্মৈনা থনবা সেত্তিং নত্রগা নোক্লিংবা খর ব্রাৎপা বিএলিষ্টিক সেত্তিং (অওই অওইবা পোৎশকতনা পানখৎপা সেত্তিং) অদু শিজিন্নবদা খবা কোমথোকহনবগী ব্রার্তনি। মথং-মতুং তাবকপা তাংকক অমদদি মখল অনিমকসিদা লৈরম্বা পিকচর সেত্তিংগী মান্নবক্তবশিংদু নমথবকপা তাবকখি। তৌবদবু মফমগী অহাংবা, যুমকৈ অমসুং লাইট ইনৌ নৌনা শাগৎতুনা শিজিন্নবগীদমক ওপেবাগী ওইনদি অদুম লেংদনা থম্নহৌই।

*অনৌবা স্টেজগী থিওরি :*

অদোলফে অপ্লিযানা হায়খি - স্টেজ হাযবসি চুম্নগী কা মতেক অমদগী (মচিন খব উৎপা অদুদগী) খর খেৎনহনবা দরকাব ওই; অসিগুম্বা যুম-কৈগী মচলশিং ইযাও য়াওদনা অমদি মপুং ফারবা লাইটকী কন্ট্রোল শিজিন্নবগা, এক্টর অমসুং প্লে অদু অতৈ অতোপ্পা থিয়েটরগী মখল অদুদা শিজিন্নরিবা মরেপ লুদুনা পাক চাওজরগসু পোৎ-চৈ ময়াম অমনা পুংচাই চাইথোক্লবা স্টেজ অদুদগী হেন্না ফগৎনা অশেংবা যেংবগী ফজবগা লোইননা সেত তৌথোরকপা ঙম্মী।

অদোলফে অপ্লিয়া অমসুং গোর্দন ক্রাইগ হায়রিবা মীশক অনি অসিনা স্টেজ সেত্তিংগী মতাংদা ২০শুবা সেনচুরিগী অঙনবা শরুক্তা অহোংবা

পুরক্লিংবগী ৱাখল ঈহুল অদুদা ঈথিল পিখি। অওইবমক্তি মখোয় চুমজবনি, অদুবু অতৈগা মখোয়গা মিয়েং মান্নদবদু য়াশিন্নসি হায়বা য়ান্নদবদগী লান্না লৌনবা, মবৈবাক্তুগী তাম্থোকপিবা অমসুং মদোম তরক তাহৌবনচিংবা কয়া মাইযোক্লদুনা মখোয় লাম্থেংনবকখি; তৌহগুম্বশুং ১৯২০গী অদুৱাইদদি আর্ট থিযেটব অমসুং লিতল থিয়েটবশিংবু মওং তাহন্নবা হোৎনখৎলক্লিবা অহোংবা পাম্বা 'রেডিকেল' হায়না খংনবা মখোয লিশিং-লিশিংগী মচিবান্দা মখোয়গী মমিং শোনবা হৌরকখি।

*এক্সপ্রেসসনিজম লাকপা :*

স্থুইদেন মচা ওইজববসু জর্মন্দা হেন্না লীলা পাক-শন্না তৌখিবা August Stringberg না Hautmamn বু বিএলিষ্টিক নত্রগা নেচবেলিষ্টিক্কী হৈশিংলবা মীশক (Metier) অমা ওইনা মাইপাক্লম্বদগী এক্সপ্রেসসনিজমগা নকশিন্নবা ড্রামা মখল অমদা মাই পাক্লবা থৌগৎখি। তশেংনমক মঙ লীলা (Dream play) অমবু অসিগুম্বা লীলা মওং (genre) অসিগী ইহান হানবা পিবা য়াবা খ্বাইদৈ ফবা খুদমনি হায়না হায়নৈ অমসুং অওইবর্মক্কি ওইনা মসিগুম্বা প্লেশিং অসি এক্সপরিমেন্টেল অমদি স্পীসিএল থিযেটরশিংনা লোয়বা নাইদনা ষ্টেজদা পুথোরকখি।

মতুং খব লৈরগা থোরকপা অমদি অনিশুবা মালেম লাঞ্জাওগী হেক মতুংদা অখন্ননা মশা খিংগৎনবকপা এক্সপ্রেসসনিষ্ট প্লেরাইটশিংনা অকনবা ঈবাং অমা থোকহনখি। মখোয অসি পান্দমদা বিভোলুসন্নরি ওই অমদি ঞ্জান তানা বিএলিজমবু শিংন্নবা থোবক্লিবা রোমান্টিসিষ্টশিং নত্রগা সিম্বোলিষ্টশিং নত্রগা অতৈ গ্রুপশিংদগী হেন্না মখোযনা থাইনগী ৱাখল্লোনশিংদা তমথিনা মাংতাকহন্নিংঙাই ওই।

*এক্সপ্রেসসনিজম :*

এক্সপ্রেসসনিজম হায়বসি হেন্না পাকথোক চাওথোক্লবা আর্টকী ৱাখল মিয়েংদা মবুক্লিংদা ফাওবকপা পোৎশকশিংদু য়েকথোকপগী মহুৎতা আর্টিষ্ট

অদুগী থম্মোয়-ঈহুল অদু ফোংদোকপনি, কুপথনা য়েংলুবদৈ উরকপা অওইবা অদুদা শাফু পিশিনবগী মহুত্তা ফোর্মদনা হেন্না মরুওইশিনহনবনি, মিৎশিংসিনা উশিনবা ঙমবগী পনখৈ নাইবা(লিমিটেসন) অদু লাম্থোরকপনি; পুন্সিবু য়েকথোকপা নত্তে, হকচিনহনবনি / কুংশিনহনবনি ; থিয়েটরদা পিরিবা ওইরক্লিবা খুহ্কচল (emphasis) অদু ষ্টেজ আর্টগী অখন্নবা মগুন লৈরবা পাম্বৈশিংদু ইনৌ নৌনা শাগৎতুনা শিজিন্নবা (creative use) অদুদা পিবদগী হোংদোক্তুনা, শাজৎ-শাথেক, মচু-মমেল, মঙাল খুপি, এক্তিং (শক্তম খুলাং)লোইননা ব্রাহৈশিং অমসুং মখোযগী ব্রাহম্থোকশিংদা পিদুনা মহুৎ শিন্দুনা পুথোবকপগী মহুৎতা হকথেংননা লাম্থোকপগী খুপুথোক অদু ওইনা পুথোকপনি; চপচানা অওইবগী মতৌ (actuality) অদু থুগাইবনি, থম্মোই ইহুলগী ওইনা ইফেকটিভ ওইবা মচলশিং অদু মওং কাইনা পৈখৎপনি। রিএলিজমনা ষ্টেজদা ওইথোকহনবা ঙমদবা পুম্নমক এক্সপ্রেসসনিষ্ট অদুনা ওইথোকহনবা ঙম্মী; মনিংতম্বা ফংলে হায়দুনসু মহাক্না ষ্টেজ অসিবু গ্রীসতা নত্রগা ইলিজাবেথর্কা লন্দনদা শিজিন্নবগুম শিজিন্নরোই; তৌইগুম্বশুং মতমগী পুন্সিবু নৌনা হকচিনহন্নবগী পান্দমদা প্রোজেক্ট তৌগনি। মহাক্না আশা তৌই মদুদি বিএলিষ্টিক মেথোদকী মযা থৌবা অমসুং চপচাবী (percision) অদু ফাজিন্দুনা থল্লগা থাইনগী চঙখোনবৈ মতৌ অদু অমুক হন্না ফংগনি অদুগা অনৌবা মকুংশিন অমসুং অনৌবা মাইওন নৌনা ফংগনি অসিনি।

এবনেষ্ট টেল্ল অমসুং জোর্জ কাইজব-জর্মনগী শিংথানবা য়াববা এক্সপ্রেসসনিষ্টশিংনি। জোন হোৱার্দ, লোসন, ইউজিন ও' নীল অসিনচিংবা অসিনা আমেরিকাগী। ইটলিগী লুইগী পিরান্দেলো, R.U.R.(Rossemers Universal Robot) ইবা কার্ল কাপেকো শিংথানবা য়াই।

অঙনবা এক্সপ্রেসসনিষ্ট প্লেগী খ্বাইদৈ মমিং চৎখিবা প্লেদি মতমসিগী পুন্সিবু লেপতনা অমদি থুনা পংহোংদা হোংলিবা পের্টন্দা (Kaleidiscopic ওইনা) নৈনবা 'ফ্রোম মোর্ন টু মিদনাইট' হায়বা Kaiser না ইরম্বা অসিনি।

*লীলা খুপুথোক্লা আর্ট ওইবকপা :*

গোর্দোন ক্রাইগ ডিজাইনবসুনি, এক্টবসুনি, ডাইবেক্টবসুনি; মহাক্লা ১৮৯০গী পোথোক্লা অসুক্কী মতিক খেংনখ্রবা, ষ্টেজগী যাম্না ফজখ্রবা পিকচব অমসুং সিন খব পুথোকখি। মদুদি মহাক অসিবু মপুম ওইনা নুংশিনা অমসুং তাইবংপান পুম্বনা ১৯শুবা শতাব্দীগী বৃটিশ ষ্টেজগী আইদোল (idol) ওইনা ইকাইখুম্নবিবী ইল্লান টেববীগী মথন্তা পোকচবা মজা-ইবুংঙো ওইজববফাওবদা বৃদ্ধি তংখাই চোইবর্বনি মদুদগীসু খব হোঁজিনখ্রবনি হাযনা মীনা তাংনখি। ১৯০৫ দা মহাক্কী অহানবা লাইবিক্তা ইখি :

‘থিযেটবগী আর্ট হাযবসি এক্টিংসু নত্তে, প্লে অদুসু নত্তে, মাস সীন অদুসু নত্তে, ডগোয অদুসু নত্তে; মার্সদ মসিব্ লেংশিনবদা চংলবা পোৎচংশিং অদুগী মচল লোইনমক যাওবনি : মখোযশিং অদুদি এক্টিংগী থবাই ওইবিবা এক্সন, প্লে অদুগী হকচাং ওইবিব বাহৈশিং , সীন অদুগী থম্মোই ওইবিবা লাইনশিং অমসুং কলবশিং, ডগোযদুগী মচা (essence) ওইবিবা তুন তালশিং.... । হাযখ্রিবসিগী অমখক্তনা অতৈ অমদগী হেন্না মক ওইশিনবা নত্তে : অখন্নবা কলব অমখক্তনা অতৈ কলবশিংদগী হেন্না, পেন্টব অদুগী মফমর্দাদ মকওইবা নত্তে; ম্যাজিসিয়ান অদুগী মফমদা অখন্নবা খোল্লে (note ) অমখক্তনা অতৈ লেমহৌবিবশিং অদুদগী হেন্না মক ওইবা নত্তে’। ‘ নখোযনা থিযেটবিকেল আর্টকী পিস অমা অমুক্তংবু যেংখ্রবদ, থিযেটবিকেল আর্টকী মহৎতা ওঁসি নখোযদা শুমজিল্লক্লিবা (thrust তৌবক্লিবা) অদুগুম্বদু হৈনবক্লোই। নখোযগী নফমদ ষ্টেজ মথক্তগী ব্রার্ক ওফ আর্ট অমা লাম্হোবক্তবগী মবমশি মদু পল্লিক্লা পাম্নবোই হাযবগী নত্তে, নখোযগীদমক্তা শেমশাবা ওমগদবা চঙখোল্লবা (craftman)অমত্তা লৈব্রে হাযবদগীসু নত্তে মসি আর্টিষ্ট হায়বদি থিযেটবগী আর্টিষ্ট ব্রাৎপদগীনি, খংগদবা অমনা আর্টিষ্ট অদু পেন্টবদু, কবিদু নত্রগা মিউজিসিয়ান অদুদি নত্তেকো।’

*মতুংদা অমুক মহাক্লা হাযখি :*

'ঐহাক অমুক্কা হন্না পনজগে - মদুদি মহাক্কী খুই অদু থিয়েটরদা কান্নদ্রিবদি রাইটর অদুখক্তা নত্তে। মদুদা কান্নদ্রিবসি ম্যুজিসিয়ান অদুগী ব্রার্ক অদুসুনি অমসুং মদুদা অমুকসু কান্নদ্রিবসি পেন্টর অদুগী খুয়েক অদুসুনি। অহুম্মক অসি সুকান কান্নদে। মখোয়সি মখোয়-মখোয়গী লীদুনা থমগদবা মফম অদুদা অদুম থমজিনজখ্রসনু, মখোয় মশা মশাগী রাজ্য-রাজ্য অদুদা লৈখ্রসনু অদুগা থিয়েটরগীনি হায়রিবশিংদুনা মখোয় -মখোয়গীদুদা হনখ্রসনু। মহাক্কা অমুক মখা তাখি :

'ডাইরেক্তর অমখক্তা লৈবগী মহৎতা তরেৎ লৈবা অদুগা মোৎ অমতং লৈগদবদা মোত মাপল লৈবা'।

'হৌজিক্তি, ব্রেন (কোক) অমদগী হেনবব্র ডাইরেক্সন পিবা য়াহল্লবা মওং অদুদা আর্টকী ব্রার্ক অমা পুথোরক্কনি হায়বসি ওইথোকত্রবনি; অদুগা থিয়েটরদা আর্টকী ব্রার্ক অমত্তা উরক্ক্রবা থোক্লবদি মদুগী মরম ময়াম অমা লৈরম্বা য়াই অদুবু পিজরিবা মরম অসিখক্তনা মতিকচানা ওকচরবনি'।

প্লেরাইট ওইবা, ম্যুজিক কম্পোজরসু ওইবা অদুগা এক্তরশিংগী ডাইরেক্তরসু ওইবা পুন্নমক অমখক্তদা পুল্লপ তাশিন্দুদা য়াওবা খংহৈরবা মাষ্টর কৈদসু লৈবা হৌনদে। চহি চামা চামাগী মনুংদা অমুখক্তংগী ওইনা অখন্নবা মহৈগী লাইন অমখক্তদা, মদুদা হৈশিংলবা লাইপোক (Genius) অমখক্তা পোক্লবা অমসুং স্পিসিএলাইজেসননা চৎনবী ( rule) ওইনরকপা তাইবংপান অসিদা অসিগুম্বা ফজবা ব্রাখললোল (ideal) অসি ফংবা ব্রানা থোক্কনি। অদুনা অনম কনশিল্লক্তুনা ক্রাইগনা অতৈ থিয়েটরগী ফিগরশিংগী মফমদা থল্লম্বা এমফেসিস অদু লৌথোক্লগা, ষ্টেজ মথক্তা প্লেদু থাংজিল্লগা পুথোরকনবগী থবক অদুবু পান্নরিবা মীশক অদুগী মথক্তা মাগী এমফেসিস থল্লকখি। ঐখোয়গা মান্নদনা মমাং থাদদি মহাকপু ষ্টেজ মেনেজর হায়না কৌনরকখি নত্রগা মহাক- থিয়েটরগী মপু, মপুং ওইনা বুজিনেসমেন ওইদুনা লাকখি। অদুবু হৌজিক্তি মহাক স্পীসিএলিস্ত অমা ওইরকপা তারে ; মহাক খ্বাইগা মান্নদনা হেন্দোক্লবা পরারগা লোইননা Regisseur অমা ওইরকপা তারে।

(Regisseur হায়বসি মহৌশানা ballet কম্পনি অমগী ডাইরেক্টরসু ওইবা শিল্লাংবসু ওইবদুনি)

মথোং মরম খংহৌদনা মহাক্কসু মরি লৈনরক্তবা সিনিক ষ্টুডিও অমদা সেত্তিংগী ওরডর পিথোকখ্রবা অদুগুম্বা ফিভমদা, অনৌবা আর্টিষ্ট ডাইরেক্তর অদুনা হাইনা তানবা য়ানবা ডিজাইনর অমদা মাগী ব্রাখল ফিরেপ (concept) খংহনবা তারে অদুগা পুন্না থবক চথমিন্নবা তারে নত্রগনা মহাক মশামক্লা মাগী সীন অদু ইনৌ নৌনা শাগৎচবা তাই। মহৌশা হান্না মশা মশাগী ওইবাidiosyncrasy শিং develope তৌনবগী পাকচাওরবা লাইসেন্স পায়বা এক্তরশিং ঙাক্তা ঙাইরম্বা থোক্লগনা, হৌজিক মখোয় টোটেল প্রদক্সনগী ওইনা লৈববা আর্টিষ্ট ডাইরেক্টর অদুগী কনসেপ্ট অদুনা য়াৎপা লিমিট অদুগী মনুংখক্তদা থবক তৌরকপা তাই।

(Idiosyncrasy হায়বসি মী মশা মশাগী ওইনা তোঙান্না লৈজবা শাজৎকী, মাগী থবক্তা মানা খনবা ব্রাখলগী, ব্রাখল খনবগী মশাগী কাইদা কাইদা অদুনি। অমরোমদা মবন্নাই মীগা মান্নদবা তোপ-তোপ্পা মওং লৈজবা মশাদনা হেন্না লুশিনজবা eccentricity লৈজবগী মওংদুনি।)

বিহারর্সেল তৌদ্রিঙৈ মমাংদা কনাগুম্বনা টোটেল পারফোর্মেসকী মপুংফারবা ব্রাখল মিয়েং অমা উবগা লোইননা কুইনদগী ইহান হানবা ওইনা থিয়েটরগী আর্ট অসি পুল্লপ ওইনা উরক্কদৌরি হায়বসি ভাব তান্নরকখি।

চহি কুনগী মনুংদা ; আর্টিষ্ট ডাইরেক্তর অদু মেনেজর অমগী খুনেক ওইরম্বদগী, লীলা কুম্মী শংলাকপি অমগী মীনাই ওইরম্বদগী, অমদি তোল্লবা তেংবাংবা অমা ওইরম্বদগী মোর্দন থিয়েটরগী ওইনা মপুং ওইবা মীশক (key figure) অমগী থাক য়ৌখৎনা খুমাং চাওখৎলকখি। প্লেগী মগুন খক্তদগী নত্রগা চঙখোনবা এক্তিংদগী নত্রগা মিংকী কুম্মৈ (spectacle) অদুদগী তোপ-তোপ্পা চোংথোক্তুনা প্রডক্সন হায়বসি মরু ওইরিবা পোৎ অমা ওইরকখি। ১৯১৫ দগী হৌদুনা প্রডক্সনগী মাষ্টব ওইরিবা রেজিসিওর অদুবু থিয়েটরদা খ্বাইদৈ হেন্না ক্রিএতিভ ওইবা আর্টিষ্ট ওইনা শকখংনরকখি।

আর্টিষ্ট ডাইরেক্তবনা মওং তারকপা অসিনা মরম ওইদুনা ষ্টেজ

আর্টকী মগুন অমা ওইরক্কুবা 'ফোর্ম' থিনরকপদা মহৈ মহৈ ময়াই কানরকখি। 'ফোর্ম ' না মশক উখোরকপা হায়বসি পুনশিল্লবা ষ্টেজ প্রডক্সন, ষ্টেজগী মচাকশিং মপুং ফানা শিজিন্নবা, মচল (element) পুম্নমক মিয়েং অমগী মনুংদা পুশিল্লকপা - অসিনচিংবগী খুত্থাংদা ওইথোক্কনি অদুবু মদু আর্টিষ্টশিংবু লমতাক্লিবা আর্টিষ্ট ডাইরেক্তর অসিগী থবকনি। চেন্থবগী খোংজেল (flow) লেপতনা চথবা (continuity) পুক্লিংদা নুংঙাইবা পোকহনবা নুংগী ঈচেল (sensous under current), থৱাইরোলগী ওইবা ঈঙ্গিৎ ( spiritual overtone) মখোয়শিং অসিনি মহাক্লা চেকশিন্না শেন্নগদবা।

তৌইগুম্বশুং, তঙাইফদ্রবদি, চহি কয়া নৈনববা মতুং অদুদগী চারোল কযা, থা কয়া বিহাবর্সেল তৌরবা মতুং হায়বদি অহানবদা মসি মাগী ৱাখলগী মিযেংগী মমাংদা পুশিল্লক্লগা, মথংদা চান্নবা এক্তবশিং খন্নবা অমসুং চান্নবা ষ্টেজগী নাক-য়েৎ শেমশান্নবা থৌরাং লাংলগা ; রিহাবর্সেলগী খোংজেল অমুক্লা তপথ, অমুক্লা যাংশিল অসুম অসুম তৌদুনা পাবফোর্মেন্সকী মতোল য়ৌরক্লবা লান্থেংনবগা মহাক্লা করম্না মাগী ৱার্কশিং অদু ষ্টেজদা পুথোবকখিবগে হায়বদু কনাগুম্বা অমনা ভাবনা হেক্তা শং-শংনা উবা য়াই। অদুগা পুক্লিং চংশিন্বগী ময়াইচবুক (centre of attention) না মতাং চানা sound sequence খুথা অমুক্তা কলর চেন্থহনবা, অদুদগী অমুক ষ্টেজ অদু dull ওইহন্নবা খংহনবা। অসুম্না মীকুপতুগী ওইনা ষ্টেজদু হাংহল্লগা লাই তোংলবা ড্রামাটিষ্ট অদুনা মতম অদুদা মতেং ওইগদবা মচলশিং য়াওববা ৱাহৈ পরেংশিং পিথোরক্কনি। অসুম্না উরবা অমসুং উদ্রিবা মচাকশিংগা লোইননা work তৌদুনা রেজিসসিউর অদুনা থিয়েটর ওইবগী মচৎ (theatrical) অদু অসুম চৎথরকপা শরক শিদবা শুস্মৎয়াই (unbroken appeal) অদু অমসুং ষ্টেজ-ফোর্ম শাগৎলক্লিবা অদু মথং মথং মপুং ফাহল্লকই। অদুনা মচাক (element) অসিনি মমাংগী ষ্টেজ অদুগী 'অনৌবা' ষ্টেজ অসিনা থোইদোক হেন্দোক্লিবসি।

(The Theatres Three thousand years of
Drama acting and stagecraft)

- ২ -

# মরী লৈনবা ৱারোলশিং

*মতম অমা বিটল লাকখিবা :*

অদুমওইনমক খুনিংৱাংবা খোংউপ, নিংজোলদা তপনপশিনবা জিন অসিনচিংবনা মচাক ওইরিবা লাইওং-মপৈ (syndrome) অমগী শরুক অমা ওইনা বিটলগী অশাংবা মশমদুনা মতৌ কলম্না চঙ্গারক্লিবা হায়বসিগী মরমদু শেংনা ঐখোয় ইখং ।ংনদে। মসি নিপা ওইবগী ইচং থৌজিনবা (masculine aggresiveness) না নুপীওইবগী মোইথেম (female allure) তন্না চংশিল্লভুনা নিংহন্নরকপা (large retreat) অমগী লাইওং অমা ওইবক্লে। লিতবেচব অমসুং আর্টতা হায়বগনা অনিসিনা camp হায়না খংনবা style অদোমদা চংশিল্লকপনি।

( Camp = নুপাগা লোইননিংবা নিপাগী মচৎ)

(Leslie A. Fielder)

*পানদম লৈতবা আর্ট :*

ঈশৈ নোংমাইগী অনৌ অনৌবা মওং পান্বা (Music Avant Garde) শিংনা পন্দোম লোম্লবোইদবা পন্থুং তন্না ঐখোয়বু লমজিংক্লি মদু তন্না চংশিনগদৌরিবা অদুগী পাঞ্জলফমসু লেপথোক্তে। শোয়দনবুদি লেপকনি হায়না ভাবনা শাবা নত্তনা মসিনা আশা অমত্তা পোকহন্দে। অসিগুম্বা চৎকদবা মাইকৈ তাক্তবা, লেংঙম-শাঙমদবা (unkinatic ওইবা) আর্ট

অসি চেকশিন্না অনম তান্দুনা হোৎনরগা ওইহল্লকপা খংদে নত্রগা তান চারুবদগী ইনৌ নৌনা শাগৎলকপা খংদে, ঐদি মসিবু anti teleological art হায়না কৌগনি।

(Teleology হায়বসি জগৎ সংসার, তারি-উরিবশিং অমদি মহৌশাগী লাইরেশ্বীনা চথরক্লিবা থৌওংশিং অসিগী পাঞ্জলফম নত্রগা পান্দম অমা তম্না চথরক্লিবনি হায়বা doctrine নি। Anti teleology না মসিগী ওন্নতৈনবনি।)

লিংজেন্দা, থবক ওইনা তৌথোরকপদা অমসুং খ্বাইগী ওইবা ফজরোলগী শকউৎ (general aesthetic outlook) তা anti teleological art অসিগা existentialism না ঈথিল পিবা art অদুগা মান্নবা কমন ওইবা য়াম্না লৈ। এন্টি তেলিওলোজিকেল ওইবা ফজরোল (aesthetic) কা নোংপোক লোমগী ফিলোসোফি - অখন্নবা জেন বুদ্ধিজমগা লৈনবা মরীসিনা হেন্না হকথেংনৈ অমসুং ময়েক শেংই।

(Existentialism - অপান্বা খনবগী নিংতম্বা অমসুং মশানা তৌজরুবা থবক্তুগী ওইনা লৈজবা মশাগী দায়িত্যদা ইমফেসিস পিবা ফিলোসোফি, অমরোমদা existence হায়বদি ওইবা লৈবা হায়বসি করিনো হায়বদু নৈনবা ৱাংঙুরোল)

এন্টি টেলিওলোজি ওইবা ফিরেপনা কুইনদৈ চৎনরকপা নাৎ (tradition) চৎনরক্লবা কাংলোন (system) অমদি মসিগা মান্নবসিং অদু ফত্তবা (evil) মক্তনি হায়না লৌই মরমদি মখোয়না ৱাখল অমসুং থবক্কী নিংতম্ববু পংখৈ নাইহল্লি, হকচাংদা ফাওবা ঈহুলদা অমসুং পুক্নিংগী ঈহুলদা লাকপা ঐখোযগী নাশিং ঈহুল (sensibility চেতনা) বু পংথহল্লি, অরোইবদা প্রকৃতিগী শরুক অমা ওইরিবা মীওইববু প্রকৃতি অদুদগী ইম্থোক্তুনা থম্বী।

কেজগী ৱাহৈদা - আর্ট হায়বসি পুন্সিবু চুম্মী নত্রগা পোজিতিফ ওই হায়না লেপ্পা affirmation of life অমনি - চরাং-খোইরাংনবা

(chaos) তগী তংদু লৈতাবগী ফিভম পুবক্লবা হোৎনবদু নত্তে, লৈশেম (creation) বু ফগৎহন্নবা ব্রা হৌদোকপা (suggest তৌবা) অদুসু নত্তে তৌইগুম্বশুং ইচম-চম্না ঐখোযনা হিংলিবা পুন্সি অসিমক্তদা হিংননবা যাকাইবগী লম্বী অমনি। কনাগুম্বদুনা মশাগী মবুক্লিং অদুবু অমসুং মসিগী লম্বেলদগী মশাগী অনিংবা অপাম্বা ফংজববা অমসুং মসিনা যানিংবগী মতুং ইন্না মথৌ তৌহনবিববা, খুদক অদুদা পুন্সি অসিমক অসুক্কী মতিক চঙখোনগনি।

প্রকৃতিগীদি অওইবমক, পান্দম নত্রগা পাঙ্গল অমত্তা লৈতে। মসিদি ইচম চম্না অদুম ওইজবনি (it simply is) অদুনা প্রকৃতিগুম্না আর্টসু ইচম চম্না পোৎথাক ওইনা লাম্বোক্লগা লোইবে। Ranschenberg না হাযবগুম ' কানভাস অমসি কৈদসু হাংনা লৈতে।'

(Leonard B. Meyer গী the End of Renaissance তগী লৌথোবক্লগা হন্দোকপা)

*কবি :*

ছন্দ, তাল নাইববসু, নাইদ্রবসু শৈহেক শৈদাগী পবেং (verses) হেক্তা ইবক্লগা মখোযদু ঐনদি কবিনি হায়বোই। তাইবংপানবসিবু মতিক চাওনা হোংহনবা ঙম্বা মীশক অদুবু ঐনা কবিনি হাযগনি।

-Miller
(Literature of silence তগী)

*মিয়েং অমদা আর্ট :*

আর্ট হাযবসি খাজিন্দুনা থমখ্রবা লবুক অমনি; অসুম্না মোল্লোযনা সমুদ্র খোংবানগী বীচতা নুঙ চুপ্পুনা লেনবগুম, আর্ট হাযবসি permutation গী ওইথোক্রবা খুশান্না (absurd game) অমা ওইবকই অমসুং মসিনা তাইবংপান অসিদগী মমায় লৈনা চৎখিদুনা 'লোল' বু অশেংবা বেসিও (pure ratio) দা হম্বহনখি।

' আইন কাইবগী থবক (crime) হায়বসি তাইবং মপু গোডকা লোইননা কাইহৌরকই।' অসুম্না মিল্লরনা এয়ার কন্দিসন তৌরবা মমঙ অমদা হায়খি। ' মসি-মীদুনা গোড অদু ফংবা মতমদা মীদুগা লোইননা লোইশিনখিগনি।'

- ইহাব হসসন-

(Literature of silence তগী)

*সামুএল বেক্কেৎ :*

লোল হায়বসি করিমত্তা য়াওদবা (void) হায়বদু ওইরকএ, মরম অদুনা ব্রাহৈশিংসিনা মখোয়গী ইহাং হাংবগী মতৌ (emptiness) অদু খক্তা উখোক্কুনা তাকপা ঙমই। লৌশিং মঙাল (knowlegde) দা শুকশোই শোইদবী অরেপ্পা (certainty) লৈগনি হায়বসি মখা তানা ওইথোক্লিংঙাই ওইদ্রে। মরম অদুনা epistemology না parody ওইরক্লগনি। লাইনিং (ধর্ম) অমসুং মেতাফিজিক্সকিনা মশা মশাগী ওথোরিতি মাংখ্রে; মরম অদুনা ঐখোয় অরেম্বদা ........... ঙাইখিনি। মীওইবৈ লৈন-মবিনা তমথিরবা থাক আঃ লৈখা ইথং থংবদা লৈখ্রে; মরম অদুনা নুংশিবা হায়বসি পাঙ্গল (power) গী অরোৎপা মশকনি অদুগা পাঙ্গলনা ইংনা চিকপা (solitude) কী অরোৎপা মশক্লি।

(Epistemology - লৌশিংগী মরমদা নৈনবা: ফিলোসোফিকেল থিওরি। Parody - নোক্লদুনা পোকহন্দুনা রাইটর নত্রগা কম্পোজর অমগী style বু করেম্লনা নোক্লদুনা মতৌ তম্বা।)

(Metaphysics - ওইবা-লৈবা (existance) কী মচৎ, অচুম্বা অমসুং লৌশিংগী য়ুমফম ওইবা নিতি (principle) নৈনবা ব্রাঙুবোল মছা অমা। পংঙাং-ঙাংনবা colloquial ওইনা হায়রগনা মচি (essence) খক্তা চিংথোক্লগা নৈনবা নত্রগা ইবা নত্রগা খনবা abstract thinking, descussion or writing)

নোরমান ও ব্রোউননা মাগী লভ'স বোডিদা হায় - ব্রাহৈশিংগী

অচুম্বা ৱাহনথোক্তি হকচাংগী ওইবা ৱাহ্নোকশিংনি। তোংশাগী ওইবা লৌশিং (carnal knowledge) অমসুং হকচাংগী ওইবা ৱাহন্থোকশিংনা ৱা ওইনা ঙাংথোক্তবা ৱাহন্থোকশিংনি। তুমিন্না ৱা ঙাংদুনতা লৈবিবদি হকচাং অদুনি। ৱাহৈদুবু হৌবকহন্নবা মরু হুনজিনখিবা মফম শিযোম (matrix) অদু তুমিন্না লৈবা (silence) নি। তুমিন্না লৈবা হাযবসি মমারোলনি।

ইহাব হসন

(Literature of the silence তগী)

*এবসর্দ দ্রামা :*

পেবিসতগী হৌবকপা 'থিয়েটব ওফ দি এবসর্দ ' অসি বেক্কেৎকী প্লেশিং অমসুং আইওনেস্কো, ব্রিয়ান অমদি ব্রিত্রেগী প্লেশিং ইংলিসতা হন্দোরকপশিং অদুনা ইংলন্দা শক তাকপা হৌবকখি। মসিনা পিন্টব, এন: এফ সিমসন, সাউন্দবস, স্লাপপার্দ অমসুং কেম্পটোনদা অকনবা শাফু, খন্নবা যানা পিখি। লোইননা অল্বী, গেলবব অমসুং কোপিৎনা ইবা আমেবিকান এবসদিষ্ট প্লেশিং অমসুং স্বিস মচা, ফ্রিস্কনা ইবা প্লেশিং মফমসিদা পুথোক্লনা শান্নবকখি।

এবসর্দগী ৱাখল ফিরেপ (concept) অসি ইহান হানবা ওইনা কামু (Camus) না মীওইবৈ চাবে হাযনা লৈরবা মরম (human reason) গা অচৌবা আশা (aspiration) গা অনিগী মবক্তা থোকপা ইচু চুশিন্নৌ যাদবগী মওং অমসুং তাযোন্নবা অমদি যেংথিনবা তাইবং মালংপান অসিবু থিন্দুনা তাক্লবগীদমক ফোরমুলেং তৌখি। অদুবু মহাকসু সার্টকা মান্ননা মহাক্কী অকনবা থাজবা ৱাখলদু ট্রেডিসনেল ড্রামাগী ফোর্মদা ফোংদোকখি।

এবসর্দকী প্লেরাইট খুদিংমক এক্সিস্টেনসিএলিষ্ট ওইগনি হায়বা লৈতে অমসুং মখোয় অযাম্বনা তাইবং মালং অসিগা মরি লৈনবদগী লোজিক্কী পাম্বৈনা শেংনা শিনি হাযনা লেপথোকপা ঙমদবা মীওইবৈ খুন্নাই (irrational human soceity) অসিগনা হেন্না মরি লৈনশিল্লি। টেক্নিগ অমা ওইনা মখোযনা কমন ওইবিবা পোশক্তু করিনো ? মখোয় পুন্নমক্লা কুইনদৈ চৎনবক্লবা অওইবা উৎপৈ মচৎ (traditional realism) বু

লংথোকখি। অদুগা উজার-মেলা শারবা ফিভম মতাশিং, অহল ওইরবা মপা মমাবু ডসবিন্দ ফাজিন্দুনা থম্বা অসিগুম্ববা অব্রাবসু, নোক্লিংবসু য়াওবা পোৎশকশিং য়াওনা, নাতৈ -নওং চাদবা মতৌ (absurdity) অদু ফোংদোকই।

এবসর্দতা সরেএলিজম (সবকন্সসিউস হায়বদি থনুংগী খংইল ইনশিল্লকপা লৌশিংনা উবা খংবদু মঙ-হাদা উবদৌনা য়েকথোকপা লাইয়েক মখল অমা) গী মচাক অমা য়াওই; অদুনা মিস বাদব্রুকনা মসিগী মমিং, মঙ-হাগী কুম্মৈ ( থিয়েটর ওফ ড্রিম) হায়না থোনবনা হেন্না ফগনি হায়বগী ব্রাফম হৌদোকখি, মরমদি প্রোভিনসিএল ষ্টিট অমদা শামুগন্দানা চত্তুনা শান্নবগুম্বা, মিকপ থোক্লিঙৈ, লৌশিং তারিঙৈ ফিভমগা মরি লৈনদবা পোৎশকশিং অমসুং থৌদোকশিং থংন-থংননা থম্বা অসিফাওবসি লৌশিং তাদ্রিঙৈগী মঙলানগী পুক্লিং (unconscious dream) দা থোকপনি। পেন্টরদা মঙ-হাগী ঈশিংমপালগী লমদম অমা মহাক্কী মবুক্লিংদা থুক লাওনা খংখং খংলকপগুম তৌই অদুগা সিম্পসননা রিএলিজমবু ঞ্জান তানা শেমদোক শেমজিন তৌই।

Fresch না ' দ এবসর্দ ' অসি মী শিধবা লীলা (satire) গীদমক্তা য়াম্না মহে য়াল্লবা খুলাই (effective vehicle) অমা ওইনা শিজিন্নরবা য়াই হায়বসি তৌবা ঙম্না উৎখি অদুগা আইওনেস্কো অমসুং সিম্পসন গুম্বা অয়াম্বা এবসর্দিষ্টশিংনা পোৎ য়োনবশিং অমসুং রাজনিতিব্রালাশিংনা মোৎহন্দুনা মতমসিগী 'লোল' না ওক্তবী খল্লিবা অসিগী ফিভমসিবু করেম্ন রগা লীলা ইনরকখি অমসুং অমগা অমগা ব্রাখল হোদোক্লনবগী পাম্বৈ (means of coommunication) অমা ওইনা লোলনা মচেৎ-মচেৎ কায়থরকপগী মতৌ অদু উথোক্লবা য়েংবদা তল্লবা মওংদা মবুক শিৎলবা (vapid emtiness) কী ব্রারি খুশান্ন শিজিন্নরকখি।মসি খরমখৈগী ওইনা মখোয়না লোল হায়বসিদা থাজবা থম্লক্তবদগীনি। অদুননি মখোয়না হেক্তো নোক্লিংবা পোকপা পোশকশিং অমসুং মমি (image) শিংগী মতেং লৌরকখিবসি। অসুম্না টোটেল থিয়েটরগী অয়ৌবী পংক্তি তম্না পাকথোক শন্দোরকখি।

*নেচরেলিজম :*

ড্রামাদা শিজিন্নবিবা ' নেচরেলিজম' হায়বসি রিএলিজমগী অখন্নবা মওং অমা ওইনা লৌবা য়াই অদুনা অনিসিগী মবক্তা ময়েক লাববা লৈই অমা চিংবা হায়বসি অবাইবসু নত্তে, চিংবসু পাল্লোই।

নেচরেলিজমনা হেক যাবিবমখৈ থজবা থমদুনা পুন্সিদা অওই অওইবতা ওইনা থেংনবিবশিং অদুবু রেকোর্দ তৌনবা হোৎনৈ অদুমওইনমক ইচম চম্মী, অমসুং প্লেবাইটকী থিওবিনা অকাইবা থোকহল্লক্তনা নত্রগা কলা চেনবা শাওং (artistic form) দা কা হেজিন্না মরি লৈনশিন্দুনা পুন্সিবু লান্থোক্লবা হোৎনৈ। নেচরেলিজমগী অফবা মগুন্দি থাজবা থম্বা (fidelity) অমসুং মশা মদোম ফুদোকচবকপা (spontaneity) নি। মসিগী খুদোংথিবা অমনা মসিনা ' আর্টষ্টিক ফোর্ম অমসুং ক্রক ক্রক চিংনবগী মতিং (tension) মাংখিবা য়ানা অসুক্কী মতিক পুন্সিগা নকশিন্নবা যাই। অসুম্না মসিনা টেপবেকোর্দবগী ষ্টেজ ভর্সন অদু ওইবকই।

(Pears cylcopadea)

*স্লাইস অফ লাইফ প্লে : (Slice of life play)*

মসি নেচবেলিজমগী কা যাম্না হেনাজিনবা মখল অমনি। অইবনা হিংলিবা অওইবা পুন্সিগী মশা মদোম অদুম ফুদোকচবকপগী মওং অদুদা থাজবা থমনিংবগী অসুক্কী মতিক নুংনাংবা পোকখ্রে মদুদি মহাক্না মশা উচিবাই কাবকপদগী ফোর্মশিং লংথোরকখি অদুগা মওং কায়রবা ফোল তাহল্লকই।

*রিএলিজম :*

গালসৱোর্থিগুম্বা রিএলিষ্টিক ড্রামাগী অইবশিংনা, নিংথিজনা শেমশারবা প্লেগী মেদিউমদা হৌনশা ওইনা, অওই-অওইবা পুন্সিগী ষ্টেজ মিত্রং (stage illusion) অমা শাগৎলক্লবা হোৎনৈ। রিএলিজমগা মসিগী

কা হেনজিল্লবা মওং অমা ওইরিবা নেচবেলিজমগা অনিগী মবক্তা খেৎনবা পুথোকপা অরাইবা নত্তে অদুম ওইনমক ফন চোংথোক্তুনা লৈবা খেৎনবা অমদি নেচরেলিজমনা পুন্সিগী ঈচেল (flux of life) তা অরানবা পের্টন অমা নমশিল্লকই হায়বগী ৱাখলদা ওর্গনাইজ তৌরবা প্লোত লংথোকখি।

(Pears cylcopadea )

*ৱেল মেদ প্লে :*

ৱেল মেদ প্লে হায়বা মিংথোলসি হন্থনা যেংবা মিয়েং লোমদগী খ্বাইদে হেন্না তোয়না শিজিন্নবা ৱাহৈনি। ইরিক বেন্টলীনা মচা খায়না তাক্লম্মী ৱেল মেদ প্লে হায়বসি হৈ শিংনা প্লোট অদুদা পুক্লিং চিংশিন্নিংঙাই ওইবা ফিভম মতা (arresting situation) লৌতুনবা, পুক্লিং নুংওনবা (suspense) নচিংবা যাওহনন্দুনা শাগৎলক্লবা মগুন হন্থরবা ক্লাসিকেল ট্রেজিদিগী মওং অমনি। প্লে অদু মেকানিকেল ওই অমসুং মথ্বাই পান্দে (feeling য়াওদে)।

(Pears cylcopadea)

*ড্রমাতিক আর্টকী থবক:*

আর্টকী মথৌ অসি ৱাবোল (statement) অমা পিবা নত্তে অদুগী মহুৎতা পুক্লিং খুৎশেমগী চুশিন্নবা ইহুল অমা ( অয়েংবা/অতাবা অদুদা) পিবক্লবা ইনশিনর্বনি, imaginative response অমা Induce তৌবনি। অমসুং অযেংবদুনা ফংলিবসি ৱাহং অমগী পাউখুম নত্তে, থেংনরুবা লৌশিংগী মযাই (experience) অমনি।

(Pears cylcopadea )

*লাইরিক নৈনগনবা মী :*

মী অমবু ৱাংঙুরোশুবা (philosopher) ওইহল্লিবসি মাগী ৱাখল খনবগী মওং অদুননি। য়াম্না পাবা অমসুং নৈনবা হায়বা থবকসি মহাক

মশামক অদুগী ওইনদি ব্রাখল খনবগী থবক্তা মাং তাক্লিংঙাই ওই, নাকল নামতদা চৎখিনিঙাই ওই অমসুং মসিগা চপমান্ননা যাম্না ইবা অমসুং তম্বীবগী থৌওংবু চথরুববদি, মী অদুদগী ব্রাখল পুংশেং শেংলবা অমা ওইবগী হৈনবীদু মাংখিনি। মহৈ হৈববা অযাম্বনা তম্বীবা অমসুং ইবা ঙম্বা হায়বদু ওইবকপা ঙম্নবা লাইবিক নৈনৈ ঔবাই। মহাক্কী মকোকতু চাকখাও অমসুং থিরিল অমগুম্বনি মদু ফাওদুনা চাশিল্লুরবা চিঞ্জাক্কুনা চৎখ্রগা চিঞ্জাক্কু কবিমত্তা তুন্নমদনা অমাংবা ওইনা থোকখি।

- অরথব স্কোপেনহাউঅর -

*কবি :*

ঐগী খুত্থ (work) তি অসুম অসুম লৌথোকখ্রগতা শাগৎলকপনি, অদুগা থম্মোইদা ফাওবকপা এমি (impression) অমা তিংখ্রবা অদুতদা ইনৌ নৌনা ফংলকপা অচৎম্বা অমা পোল্লকই। মসিগী অখন্নবা অমম্বা (particular darkness) অদু তোঙান্না খাইদোক্কুনা থম্না ঙম্নবা অমসুং ঐনা অমম্বা পুংথোই থোইবা (darkness absolute) অদুদগী ফাওবকপা ইহুল অদুগী মনুং তম্না অসুম অসুম চংশিনখিবা ঙম্নবা ঐনা থম্মোইদা তারক্লিবা মমি অসি মৈ চুখৎলি অদুগা পুংতুম তুম্না চাকথোকহনখি। মাং-তাকহনবা হায়বসিনা ঐগী Beatrice নি।

-Stephane Mallarme-

*পেন্টর :*

আর্টিষ্ট অদুনা মহাক্না উরিবা অদু যেকথোরক্কে অদুগী মহুতা অতৈবু যেংহনগদৌবিবা অদু ওইনা য়েকই। মহাক্না কবি তৌরিবগে হায়বদু মহাক্না মখা তানা খংলক্কুবা মতম অদুখক্তদা পেন্টর অদুনা অফবা থবকশিং পাংথোক্লবনি।পিকচর অমা হায়বসি খ্বাইদৈ ইহান-হানবদা আর্টিষ্ট অদুগী কল্পনাগী পোথোক অমনি; মসি কৈদসু অতৈদগী শিন্দোবকপা (copy) অমা খক ওইরোইদবনি।

- Edgar Degas-

# অলবর্ট কামুগা শান্নবা ৱারি ৱাতাই

## ( আর্টিষ্ট অমসুং মাগী মতম):

১। আর্টিষ্ট অমা ওইনা অদোম witness অমগী রোল লৌবীবা ঙম্বীগদ্রা ?

মসিদা ভাবনা য়াম্না শাজিনবা হৈবা নত্রগা শিনফম অমা ওইনা চত্থবগী মথৌ চংই- মদুমক্তি ঐঙোন্দা অৱাৎপা অমনি। ইশাগী ওইনদি করিগুম্বা রোল অমগী ৱাফম ঐহাক খল্লুদে অদুবু ঐগী ওইনা অতৈ অমা নত্রবসু অশেংবা শিনফম (vocation) অমদি লৈ। মী অমা ওইনা নুংঙাইবা হায়বসিনা ঐগী ওইনা হেন্না পামজবনি; আর্টিষ্ট অমা ওইনা, লাল নত্রগা লো কোর্টকী মতেং য়াওদনা ঐসি হিঙ্গৎলকপা ঙম্নবগী ইরমচৎশিং লৈজরিব্রা হায়না নিংলি। তৌইগুম্বশুং মী মরন্নাই (individual) খুদিংমক্লা মশাবু থিদোকচবগুম ঐসু ইশানা থিদোকচরে। হৌখ্রবা মতমগী আর্টিষ্টশিংদি য়ামদ্রবদা মীওৎ মীনৈ মাইয়োক্নরবফাওবদা তুমিন্না লৈথোকপা ঙম্নরম্মী। হৌজিক মতমগী মীওৎ-মীনৈদি হৈশিংবা হেনগৎলে; মখোয়না হৌজিক হৌজিক, তুমিন্না লৈথোকপা নত্রগা মবক্তা লেপথোক্নুনা নিউত্রেল ওইনা লৈবদু য়াবীউ হায়বদু য়ারক্ত্রে। মী খুদিং লেপকদবা অমদা লেপ্পা তাই। মীচংদরা নত্রগা মাইয়োক্করা ?হোয় ঐগী ওইনদি ঐহাক মাইয়োক্তা লৈ।

২। ঙসিগী তাইবংপান অসিদা আর্টিষ্ট অমনা করি তৌবা ঙমগদগে ?

ঐখোয়না মোরেল অমসুং রেলিজিঅস প্রিন্সিপলবু সুকয়া য়াদবা ৱাখল্লোল নিহিলিজমবু হুন্দোক্নুনা থম্বীরম্নবা থবক চত্থবা হৌরক্লবা মিকুপ অদুদা মীওই ফুরুপকী মমলগী মিচংদা লেপতুনা, ইপং পংনা মহৌশাই খুৎশেমগী মমলবু সুকয়া য়ানিংদবা নত্রগা মহৌশা খুৎশেগী মিচংদা লেপতুনা ইপং পংনা মীওইবগী ফুরুপকী মমলবু শুকয়া য়ানিংদবা অনিসিগী মরক্তা অমা খল্লু হায়রকপসি ঐদি শোয়দনমক্কী অপাম্বা অমত্তা খল্লোই। ঐগী পুক্নিংদদি অনি অসি অমনা অমদগী শেত্তোক্নখিদুনা থম্বা য়াবা অমত্তা নত্তে।

আটিষ্ট অমা হেক্তা খল্লো, Molier, Tolstoy নত্রগা Melville অমগী greatness খল থাবগা ওহ্লোক্তুনা যেংবদগী খংই। মহাক অদুসু অনি অসিগী মবক্তা হাইবদুনা লৈখি। ঙসিসু থোক্লিবা থৌদোকশিংগী নম্বুবক্লিবা পোৎলুম অদুগী মখাদা ঐখোযসু চপ মান্ননা অদুগুম্বা tension অদু কদাইদনো অমা থাংদোকখিবা তাবকই। মবম অসি লৈবর্নানি অযাম্বা আটিষ্টশিংনা পোৎলুন অসিনা নম্বুদুনা মখ্বাং তেক্কদৌববদা, নিতিজাবগী উবিবা পুন্সিগী অওই অওইবা (reality) শিং যেংবদা মিৎ নাববশিং অদু যেংনিংদবগী মখোয মশা মশাসি মীযাম্না লৈত্রে হাযনা খলহন্নবগীদমক্তা মখোয মশামক নাথৈদুনা লোক্তুনা লৈফম ওইবিবা (Ivory Tower) দা চংজফম লৌদুনা লোৎনাব। অতোপ্পা অমনা মদুগী ওন্ন-তৈনবদা খ্বাইনা যানববা মীযামগী লাইশং নত্রগা চর্চকী মকম থুপ্পবি। অদুদু ঐগী ওইনদি খল্লিবা অপাম্বা অনিমকসি তুশোন্ননা অরাবা পংখাং খাংবা, অযম্বা অমগুম্না resign তৌবগী থৌওং অমগা মান্ননা লৌই। ঐখোযনা মতম অমওদা অরা অনং (suffering) অমসুং ফজবা (beauty) গী সেবা তৌগদৌবনি। লোন্না-শিংনদুনা লৈবা (secret cunning) হাযবিবশিংসি ঐখোযদা দবকাব ওইবিবা নৌথোকপা (renascence) পু লিংখৎলক্কদৌবিবা পুন্য (virtue) শিংনি।

ব্রাফম অমত্তংগা পঞ্জহৌখিগে। ঐহাক খংই পাযখৎকদৌবিবা খোংজং অসি খুদোংথিবা (danger) অমসুং মীনা নুংশিদবা (bitterness) যাওদনদি মাইপাক্পা পাংথোকপা ঙম্মোই। ঐখোয খুদোংথিবশিংদু মাইযোক্লগদবনি; আবাম চৌক্রিদা ফন্নগা থবক তৌবা আটিষ্টশিংগী ঈরা (Era) অদু লোইখ্রে। তৌইগুম্বশুং মীনা নুংশিবোইদবা মীনা খাগদবা (bitterness) অসিবুদি ঐখোয যাবোইদবনি। আটিষ্ট অদুদা মিহৌহল্লক্লিবা টেমতেসনশিংগী মনুংদগী অর্মাদ মহাক মশামক, মশাসি ইংনা চিক্লা solitary দা লৈজববনি হাযনা গাজবিবা অদুনি অদুগা অশেংবদদি, হন্থবা থাক্কী নুংঙাইবা কবিগুম্বা অমা যাওনা মসি মঙোন্দা লাওশিল্লকপদু মাসু

তারিবনি। তৌইগুম্বগুং মসি চুমদে। চপমান্নবা থাক্তা ৱাংসু ৱাংখৎতনা, তাসু তাথদনা, থবক তৌরিবা অমসুং লাম্তেংনরিবশিং অদুগা লোইননা মহাকসু পুন্নমক্কী মরক্তা লেপ্লি। মহাক্কী চপচাবী শিন্থোং (vocation) দি ওৎ-নৈরকপগী মাইয়োক্তা লেপ্তুনা জেলগী থোং হাংদোকপনি অদুগা পুন্নমক্কী অৱাবা অমসুং নুংঙাইবদা খোল্লাও অমা লাওবনি। আর্টনা মসিগী য়েক্লবদুগা মাইয়োক্লরিবা মফম অদুমক অদুদনি আর্ট হায়বসি কনা অমত্তগী য়েক্লবা নত্তে হায়না প্রমান তৌদুনা মশানা মশাবু চুম্মী তাক্কদৌরিবা জষ্টিফাই তৌগদৌরিবসি। আর্ট মশামক্লা মরম ওইদুনা নৌনা অমুক পোকপা (renaissance) পুরকপা ঙমদবা য়াই। ফোর্ম য়াওদবা হায়বদু ওইরকপা য়াই, অদুনা মরম করিসু নত্তবা হাযবদু ওইরকপা য়াই। কলচর অমসুং মরি লৈনবা নিংতম্বা (relative freedom) য়াওদবদা মসিনা তাক্লিবসি সমাজ অসি মপুং ফাজরবা মতম অদুদা ফাওবা জঙ্গল ওইরকপা নত্তনা অতৈ অমা ওইরক্লোই। মরম অসিননি পুংশেং শেংনা শাগৎপা (authentic creation) অমসু ওইসনু , অমসু ওইসনু, মদু তুংগী ওইনা তমলিবা খুদোলপোৎনি।

(ALBERT CAMUS)

*ট্রেজদিনা তুংদা ওইরক্কদবা :*

(এথেন্সতা পিখিবা অলবর্ট কামুগী লেকচর)

হিষ্টরি ওফ আইদিয়াগী তাংকক খুদিংদা মী মদোম মদোম্না শেংলবা ৱাখল ফিরেপশিংগী অপুনবা হকচাং (corpus of sacred concepts) অমদগী তপ্পা-তপ্পা মশা নাম্থোকচরকই। অদুগা অকি অখংনা থল্লবা অমদি ভক্তিগী ওইবা থাইনগী তাইবং (the ancient world of terror and devotion) অদুগা মায়োক্লনা শাথেংনৈ। তাংকক খুদিংদা ঐখোয়না কলাগী থৌরমশিংদা ritual tragedy হুন্দোক্লগা অমদি religious festival

থাদোক্লগা psychological tragedy তন্না চংশিন্নরকখি। তাংকক খুদিংদা ইনদিভিদুএল রিজননা অরোইবা জয় লৌদুনা মরিশুবা সেনছুরিদনা গ্রীসতা, তরানিপানশুবা সেনছুরিদনা ইউরোপতা যুগ কয়াগী ওইনা ট্রেজিক প্রডক্সন অসি পুংকাং কাংখি।

মদোম লাকচবা ইহৌ (evolution) অমা লাকখি; ইভোলুসন অদুদা মী হায়বসিনা ভাব তানবু ওইরবসু তাদনবু ওইরবসু, সমাজগী অরিবা শাওং (older form) অমদগী মশাবু মনিং তমহনজরকই অমদি মশাবু পেলহনজগদবা অনৌবা শাওং (new form) অমা ফংদ্রিঙৈ মতমদা অরিবা শাওং অদুগা শেৎন- কাইনখি। হায়রিবা ইভোলুসন অসিগা ট্রেজিক এজ অদুগা ইতৎ-তৎতনা ফাংজিন্নৈ হায়না খ্বাইনা হায়নরিবা ব্রাফম অসি খ্বাইদৈ ইহান-হানবদা লৈরে। ঐঙোন্দদি অসুম্না থোকপগুম তৌই মদুদি ১৯৫৫ অসিদা ঐখোয় থাক অসি য়ৌরে অমসুং মরম অদুনা ঐখোয়না ঐখোয়গী ব্রালর্দ অসিদা অসিগুম্বা নুংগী খোইরাংবা অসিনা ট্রেজিক এক্সপ্রেসন অমা ফংবা ঙমগদ্রা নত্রগা ঙম্মোইদ্রা হায়বা ব্রাহংসি হংবা ঙম্লনি।

ইহান-হানবমক্তদা ট্রেজদি অমা হায়বসি করিনো ?

লিতরেরি হিষ্টরিয়ানশিং অমসুং রাইটরশিং মখোয় কাংবু অনিমক 'দ ট্রেজিক ' হায়বসিগী মীংখৈরোল পিনবা হোৎনবদা অব্রাবা ব্রাখলদা লুপশিন্নদুনা লৈনখ্রে অদুম ওইনমক ফোর্মুলা অমা পুথোরক্লুনা খ্বাইগী ওইনা য়ানবা (universal agreement) অমত্তা ফংবা ঙম্মদ্রি। থিংকর কয়া অমনা নিজিং মাংজিনরিবা প্রোব্লেম অদু সোলফ তৌরে হায়না দাবীদি ইতৌ তৌদনা, ঐখোয়না নাকল অমদা comparative method অমা লেপথোক্লবা ঙমগনি, খুদম ওইনা দ্রামা অমসুং মেলোদ্রামাগা, ট্রেজদিগা করম্না খেৎনরিবনো হায়বদুদি ঐখোয়না define তৌনবা হোৎনবা ঙমগনি। ঐঙোন্দা ফাওজরিবসি খেৎনবা অদু মাল্লি : ট্রেজদিদা মুকসিনরিবা ফোসশিং

অদু চপমান্ননা নিযম চুম্নে, legitimate ওইনৈ, চপমান্ননা justified ওই। ওন্নতৈনবদা দ্রামা নত্রগা মেলোড্রামাদনা ফোর্স অমখক্তংমক লেজিতিমেৎ ওই। ৱাহৈ অমবোমদা হাযরগনা, ট্রেজদিদি ৱাহঙ্গোক চরোংনি ambigous ওই অদুগা দ্রামাদনা ৱাখল ইচম চমই। ট্রেজদিদনা ফোর্স খুদিংমক মতম অমা নত্রগা অমদা অফবসু ওই, ফত্তবসু ওই। অদুগা দ্রামাদনা অমনা অফবনি অমনা ফত্তবনি। (অদুননি ঐখোযগী মতম অমসুং যুগ অসিদা, প্রোপেগন্দা প্লেনা মেলোড্রামাগী হিয়াং অথৌবা (নৌনা হিংগৎলকপা/ resurrection) নত্তনা অতৈ অমা ওইদ্রিবসি) এন্টিগোনেসু চুম্মী অদুগা সেরেওনসু চুমদবা নত্তে।

মেলোড্রামা হাযবসি অমখক্তনা চুম্বা অমদি চুম্মী হায়না চেকশিন্না তাকপা য়াই অদুগা মপুংফারবা ট্রেজিক ফোর্মুলানা ' লোইনমক চুম্মী উৎলগা. কনা অমত্তবুনা ' অচুম্বা ওইদ্রবা অদুগুম্বা মওংদু ওইবতাই।

লাইগী লাইয়াৎ (divine order) দা ৱাহং চংদ্রবদি অমদি পাপখক্তনা অনুতাপ তৌনিংঙাই ওইরবদি, ট্রেজদি হায়বা অমত্তা লৈত্রে।

অসুম্না রেলিজিঅস দ্রামাদি ওইথোকপা যাই অদুবু বেলিজিঅস ট্রেজদিদি ওইথোক্লোই। নাকল অমরোমদা ইন্দিভিজুএল খুদিংমকপু মনিং মখা তমহল্লিবা অমদি তাইবংপান (universe) অসিবু মহাক অদুগী অপুনবৈ ওইবা মীওই পথাপ (wholly human law) দা মকওইনা ওইবা লৈবগী মরমদা খংদনা ঙকপা (mystery of existance) বু লংশেক্লগা চংজহল্লিবা পোৎশক খুদিংমক্লা অমুকসু ট্রেজদিবু মাং তাকহল্লি। লাই থাজদবগী নত্রগা যুক্তিবাদিগী (atheistic or rationlistic) ওইবা ট্রেজদিসু অসুম্ন া চপমান্ননা ওইথোক্তে। পুম্নমক মিষ্টেরীখক্তা ওইরবদি ট্রেজদি হায়বা অমা লৈতে। পুম্নমক রিজন (যুক্তি) লোইনা ওইরবদি মদুসু চপ মান্নে। ট্রেজদি হায়বসি মঙাল অমসুং মরুম (light and shade) অনিগী কারক্তা অমসুং

অনি অসিগী লান্থেং (struggle) দগী শাগৎখিবনি। অদুনা মসি খংবা ঙম্লিংঙাই ওই। রেলিজিঅস অমসুং এথেষ্টিক ড্রামা অনিমকতদি প্রোব্লেম অদু তশেংনমক হান্ননা সোলফ তৌখ্রে। ওন্ন-তৈনবদা আইদিয়েল ট্রেজদিদদি মদু সোলফ তৌদ্রি।

মীওইবৈ শাসন (human reign) অসিনা লাই ওনহনখ্রবগী মতুংদা গোড অসিগী মাইযোক্তা ' মী' না অমুক্কা হন্না ওনশিল্লক্লে। মহাক্লা লান্থেংনবি, মতম অমত্তদা পুজারি অমসু ওইনা, রিফ্যুজি অমসু ওইনা মহাক খমথেংনা মতিক লৈরবা আশা (absolute hope) অমদি অবোইবা চিংনবা (final doubt) অনিগী মবক্তা শেগাইনরে। অসুম্না মহাক্লা ট্রেজিক ক্লাইমেট অমদা থবক তৌরি। মতৌ কবম্না ট্রেজদিনা অমুক হন্না পোল্লকক্লবা হোৎনবিবনো হায়বদু মসিনা শুগাইনা তাক্লশ্না যাই। লালহৌ (revolt) অদু মনিং তম্না তানবদা চংদ-য়াদবশিং অদু পেংনবদা মশাগী ওইনা পনখৈ নাই হাযবা খংনা খংনা ঙসিদি 'মী' না মশাগী লালহৌ (revolt) অদু লাওথোক্লি, অমসুং মনুংদা মুকখাইনজনিবা, অনিথোক্লা চিংখাইনববা, মীওঙবগী লাক্কদৌবিবা অমসুং ঐতিহাসিক ওইবা ব্রাহম্ভোক মবোং লোংবা অদু খংজবিবা মী আস তঙাইফদনা ট্রেজিক ম্যান অদুনি। পুম্নমক ইফ-ফরবা (all is well) ওইনক্লবা নুমিৎ অদুদা ওইথোক্কদবা মী অদুনা মশাগী ট্রেজদিগী ফোর্মুলা পুথোবক্কদবা মাইকৈ অদু তম্না মী অদু মখোং থাংজিল্লক্লিবগুম তৌই।

অদুনদি অশেংবা মোদর্ন ট্রেজদি অসি কাবিনো হাযবদু মযামগী মযমদা ঐহাক পাথোকবম্লোইদৌবি; মবমদি হৌজিক ফাওবদি মসি লৈত্রি। মদু খোবকহনগে হায়রবদি, মসিদা চংলিবসি ঐখোয়গী অনম কনবা অমদি (ঐখোযগী ইরক্তা) লাইপোক খোবকপা অদুনি।

(From Albert Camus)

- ৩ -

# লীলাগী ফিজংশিং

কেননেথ টাইনান

*বৃটিশ থিয়েটর :*

চুরুপ থক্তুনা, অমগা অমগা তোপিক অমদা চক্রি য়েৎনবদু কুম্মে অমা ওইনরম্মী। ‘ অদুবু মৈখু শিজিন্নবা থিংখ্রবা, মী মরন্নাই মরন্নাইগী ওইবা চক্রি পুথোক্লদুনা য়েৎনবদু তোকহন্দুনা ডিবেত ঙস্বশিংনা মীযামগী ব্রাঙাংলোই (cross section) ওইনরকপা অসিদদি য়েৎনবা নৈনবগী নুংঙাইবদু মাংখ্রে। থাঙ্গেশেংনা হায়রবদা ফাগী জুগাই তোক্লখ্রে; অদুনা ড্রামা পুন্নমক্লা থম্মোইগী ওইবা পোথাফম পিবা পিদবদু থিদনা ইহান হানবদা য়েংবদা ফাগী জুগাই ওইহনবা তাই।

নাইনটিজগী মতমদা মতিক লৈববা ইবসেননা শিংনবকখিবা অদুঙৈগী ইংলিশ ইন্টেলেকচুএলশিংসি ড্রামাদগী মমাই লৈথোক্তুনা মহে মহে হাইদোক্লখি। সিঞ্জ, পিরান্দেল্লো অমসুং ও' কেজিনা মতম শাংদনা মখোযবু ফাজিনবা ফাওবদি ফাজিনখি অমসুং জিবাউদৌবু পল্লুববদি মখোয মোমোন নোঙবা ঙমদে।

*ডাইরেক্টরগী ডাইরেক্টর ঙাক্তা :*

ইংলিশশিংনা তশেংনমক থিযেটরগী ডাইরেক্টরশিংবু হৱাও-হৱাও থক তৌরকখিদে। শক্তি শুপচিন্দুনা পায়রে হায়রিবা মেয়েরহোলদ অমা ওইসনু, রৈনহর্ত অমসু ওইসনু, মখোয়দা চংদে, অদুদি লায়থোক্লদুনা গোর্দোন ক্রাইগ অমগী প্রোফেৎ কুম্না ইচং থৌখিবা অদুফাওবা টু -ডেমোক্রেটশিংগী অশাওবনা মবম ওইদুনা তাম্মোরকপদগী ফ্রান্সতা চেনখিদুনা রিফ্যুজি ওইনা লৈখি।

"The Director is the Theatre" হায়বা লাইরিক অদুদা লৌশিং তানা অমসুং মোং হাদনা হন্টনা 'ক্রিয়েতিফ ডাইরেক্সনগী মতাং পনখি : ' ঐখোয়না ' মহাক্কা হংখি ' চপ মান্নবা মতমদা অইবগী অনিংবদুগী মওং কাইহন্দুনা থিয়েটরিকেল আর্টকী পোখোক অমা পুথোকপা ঙমগদ্রা ?' মদুগী পাওখুমদি 'ঙমগনি' হায়বসিনি মসি মশাগী মশক মানবা মশাই লাই অমা যেকপিউ হায়দুনা মী অমা লাইয়েকফমদ্গী মনাক্তা ফম্মী। অদুবু য়েকথোকক্লপদদি মহাক্কা মশক মান্নদবা ফজবা লাইয়েক অমা য়েকথোরকখি। পুন্নমক থৌদৌদুগা অন্ধানি। ঐহাক মতাং অসিদা মি: হন্টকা মোত তিন্নরুরে।

রাখললোলগী স্কুল অনি, নোচুপলোমগী এক্তিংগী মবমদা য়েৎনবি। অমনা, আমেরিকাদা কালিযা কাজন অমদি শতে অতোপ্পা মার্বলো ব্রান্দোগুম্বা ডাইরেক্টরশিংনা শন্না প্রেক্তিস তৌরিবা স্তানিস্লাভস্কিগী যোৎলম লুথনা খোইববা ' নেচরেলিজম'দগী লৌবকপনি। অতোপ্পদুনা, নোংপোক বার্লিন্দা লেজ ওইবা বেবটোল্ট ব্রেখটকী ' ইপিক থিয়েটর ' নি।

স্তানিস্লাভস্কিনা 'ইলুজন' (মিত্রং) বু মরু ওইশিনহন্দুনা মহাক্কী এক্তরশিংবু মাগী মাগী পার্ট অদুদা লুপশিনখিনবা তম্বী; অদুগা ব্রেখটনা 'ইলুজন' বু হুন্দোক্লগা, ষ্টাইলাইজ তৌবরা তেনতক তেনতকপা এক্তিং মখল অমা শিজিন্নদুনা মবি লৈনদবা তম্বী। অসুম্না এক্তরদুনা ' থম্মোয ঈথিলশিং ' ফোংদোক্লনা মশামক অওইবা ' কেরেক্টর ' অদু ওইরর্বান হাযদুনা তৌশিন্নবা তৌদে। অদুগী মহুত্তা খ্বাইগী ওইবা থিম অমা উৎনবা প্রোফেসনেল পার্ফোমর অমনি হায়না মশানা মশাবু লাওথোকচৈ। স্তানিস্লাভস্কিনা মাগী ওডিএন্সতা হাযা - ' পুন্সিবু যেংদুনা নখোয় দ্রোইং কম অমদা ফম্লি '। অদুগা ব্রেখটনা হায় - ' নখোয় এক্তরশিংবু যেংলদুনা থিয়েটরদা ফম্লি '।

*জীন-গিরাউদোরা :* (Jean Giraudaux)

প্লেরাট অমা হায়বসি মতম কুইনা অতোপ্পা মীশিং অসুম ওইবকখিবদগী মহাক মশামকপু কাওথোকচখ্রবা মীশক্লি। অদুগা কবি হায়বসিনা

মহাক মশামক কুইনা ওইমল্লদুনা অতোপ্পা মীবু কাওথোকপা ওম্না মীশক্লি। গিরাউদোৱাদদি শিম্থোং (vocation) অনিসি হকচাং তাইশিন্নদুনা পোল্লবা ফাইবোক (siamese twine) নি।

*কলানা কলাগীদমক :*

ফত্তবা শৈরেং-লীলাশিং লৈবদৌনা ফত্তবা প্রোপেগন্দা প্লেশিংসু লৈ হায়বা কনানসু য়াদবা তৌদে। তৌইগুম্বশুং প্রোপেগন্দা য়াওবা প্লে লোইনমক, ডিফিনিসনগী মতুংইন্না, লোইনা ফত্তে হায়রুবা তারবদি ফজ-ফজরবা দ্রামা অয়াম্বগী যুমফম ওইরিবা আর্টকী থিওরি অমদা কাউন্টর তৌবা শক্কনি।

## ফ্রান্স থিয়েটর :

*নোংপোকলোমদগী লাকপা থৱানমিচাকশিং :*

লাল মতুংগী মহৌশাগা মান্নদবা থৌদোক অমা থোকহনখিবা ব্রেখটকী ট্রুপনি। ট্রুপ অসিগা চাইনিজ ওপেরাগা মান্নবা কয়া লৈদুনসু, ট্রুপ অসিনা চিনাদগী চহি ১২০০ নহা ওই। মখোয়না ড্রামা, বেলে, অমসুং ওপেরা অহুমসি তোঙান তোঙানবা ক্রিতিক অমমম চংলরোইদবা মওংদা মখা তানা অমুক তোঙান তোঙানবা আর্টশিং ওইবক্লোই হায়বগী মাংজৌননা খুদম পিখি। জগোয়, মাইম, ৱাঙাং, অমসুং ঈশৈ অসিবু মখোয়গী খমথেংলবা ঈশ্বর, -ৱারি লিথোকপা হায়বসিগী থৌগলদা য়ানশিন্নখি অমসুং অনিমক খ্বাইনা পাম্নরবা ফোমনি, মদুদা অহৈবা খরতনা খংগদবা অথুপ্পা লোন্দা (esoteric) অমত্তা য়াওহন্দে। হাপচিল্লিবা চাইনিজ থৌরম অদুসু অশাংবা খুৎইদগী লৌথোরকপনি, ইতেল-তেল্লি, মদুবু ঐখোয়না ওপেরা হায়না কৌগনি; মসিগী অয়াম্বা শরুক ওইরিবা হৈশিংলবা মওংগী মন য়ুংবা, ওনবনা ফজরবা ৱারি অমা লীবগী থবক্তা শিজিন্নৈ।

হনুবা অমনা নুপীমচা অমবু তুরেল অমা, হি মচা অমদা লাম্থোকপি, অদুবু তুরেলসু লৈতে, হিসু য়াওদে ; পারফোর্মরশিংদুনা, হৌদোংশিংগী তনৌ তনৌরবা শাজৎ-শাথেক্কা লোইননা থবকশিংদু মাইম তৌই ./. মসিদা লুথনা ফাওগদবা অমত্তা থোকখিদ্রে হায়না অদোম্না যেৎলকপা য়াই, তৌইগুম্বশুং মুকথোক মুকশিন তৌরিবা মনুংগী ৱাহম্থোক (simile) ফোংদোক্তুনা, অদুগা ইচম-চম্না কবোংচাক যুংবা অমনা উপমা (Metaphor) ওইদুনা অসুক্কী মতিক থৱাই যাওশিন্না হকচাংগী লোল ঙাংলিবা, চঙখোন্না চোংলিবা হকচাংগী লেংবা -খোৎপা অদুগী খুফোংদোক অদুবু আ য়ৌনা নুংঙাইহন্দুনা অমদি মচু তানা ফজহন্দুনা থিবগা পুথোরক্লিবা আর্ট অদু মপাম্থোংখক্কগী ওইবা (superficial) নি হায়বা ঐহাক্তি ঙম্মোই।

বেরটোল্ট ব্রেখটকী ইপিক থিয়েটরনা চাইনিজ থিযেটরদগী য়াম্না চাউনা পুই ; হকচিনবা পিরিবসি ক্লাসিকেল ওইনা থৌদোক কবম্না থোকখিবগে হায়বা অসিদনি, রোমান্টিকেল ওইনা মখোয়দা থোকখিবা থম্মোই ঈহুল (emotion) অদুদা নত্তে। জেনেরেলসন অমদা অম্নকখক্তুং ওইনা, তাইবংপানবনা ৱারি অমা লীথোকপগী ইনৌ নৌবা মওং অমা পুথোক্লে। ৱারোল অসিগী লম্বীগী মাইকৈ তাকপা পাথ ফাইন্দবদি ব্রেখর্টনি।

বৃটিশ থিয়েটরদদি লিদিং কেরেক্তরশিং অদুগী সেমপেথি ফংনবা হোৎনবদা লৈজবা খিবিক কথোকনৈ। ব্রেখটকী ওইনদি, সেমপেথীগী ৱাফম মফম কৈদসু লৈতে; লীথরক্লিবা ৱাবিদু তশেং তশেং চৎখিনবখক্কীদমক্তা খুদিংমক কথোকই। থম্মোয় নুংওন হনবা ক্লাইমেক্স পুরক্লবগীদমক অরেম্বদা মতম মাংহনদে। পুক্লিংগী অশাওবা ফোংদোক্লুনা চৈ-থাংলকপগী শাংলবা ৱাঙাং অদুগী ক্যাশিংদুগী ওইনা ঐখোয়গী প্লেরাইটশিংনা পাল্লিবা সিচুএসন অদু অচেনবা শগোলগী মখোংনা কুদুক কুদুক থাংবগী মখোলদা ঈরাক্লহল্লি নত্রগা রু-রু লাওবা মখোলনা ককথৎলি। ষ্টেজগী নাকলদা ফম্বা কমেন্টেতর অহুম্না মথংদা করি লাক্কদগে হায়বদু শমপৎনা লিথোকই।

ঐহাক ব্রেখটকী এক্টিংগী থিওরি verfrem dungs effeket নত্রগা alianation effect কী মরমদা মনুং থিংনা পাখ্রবনি। থবক ওইনা মহাক্না খপতোরক্লিবদু খম থেংনা ইচম-চম্বনি। অপিক-অপিকপা পার্টশিংদু লোইনা চপ মান্ননা তেমথোকই generalise তৌই। মখোয়না মচিল ফাওবা কুপশিনবা মাক্সশিং উপ্পী, মমাইদু Bosch নত্রগা Brueghel গুম্বা মাল্লি অমসুং অদুক্কী মতিক কা হেনজিনখ্রে মদুদি হেক উবদা ঐখোয়না খংই কবম্বা মখলগী মীদানো মখোয়সি - করি হায়নি য়ুদা য়ুমাই তাবক্লবা, নুপীদা চোপমন্দুনা মিত্তা চুমদ্রবা, মরাইবক থিরবা - হেক লৈরিবমখৈ অসুম্না ঐখোয়না মাক্স উপতবা, মেক-অপ তৌদবা অয়ৌবী রিএলিজমদা শান্নরিবা মকোক থোংবা কেবেক্টরশিং অদুদা পুক্লিং তাশিনবা ঙম্মী। Ernst Busch না জজ শাই ; Angelia Hurwiez না গ্রুশা শাই- (অনোইবা নুপীমচানি অনোইবা মাবু শাহনবগী মরমদি ব্রেখটনা, হকচাংগী শুম্মৎনিংঙাই ওইবা ওইদবদা এক্তরগী অফ-ফত্ত লেপথোকতে) অদুবু সপোর্টিং প্লেয়রশিংবু মহাক্না থৌওইবিদবসু তৌদে।

*মমিগী মরুমদা ফ্রান্স :*

তৌনবিবসি এক্টিং ঙাক্তনি; অসিগুম্বা নুংশুক-নুংজানববা পেবিস সিজন অসিদা এক্টিংখক্তা তৌবশিং অদুদি নমদুনা নিংহন্নবা তাখি। (থবক লেপ্পা তাখি) মবমদি নেসনেল থিয়েটরশিংগী বেক স্টেজ ষ্টাফশিং ষ্ট্রাইক তৌবি। অদুবু মখোয় মুন্না খংলমল্লোই ; ফিভমসি লাকপসিদা, চিলহাও থিদবা (easy ওইবা), মখল মথেল তৌ হায়বা হেক্তা ঙল্লবা প্লেয়ারশিং ( ব্রেখটকী লোইনা তম্বীববা এক্তর এক্ত্রেসশিং)দি মখোয় মশাগী লাইতিং অমসুং সীন পেন্টিংশিং গেসচর অমসুং ভোইসকা লোইননা মখোয় মশা মশানা অদুম তৌজে। মসিনা কারিগুম্বা মতাংদা যানিংদবা উৎপা, লেংজুম শুক্লবশিংগী মনুংদগী মখোয় মখৈদি শোখনা লৈজবিবনি তাকথোকচরবশিং অদু অতৈ ফ্রান্স লোইনমক্কী মিযেং-নায়েং-অনিংবা অমসুং এতিচুটতা ময়েক শেংনা

উথোকচদ্রা ? তৌইগুম্বশুং তবামাপলশুবা শতাব্দীগী কুনশিংদা লৈবম্বা wealth hunter (লন শাদাম্বা) হায়বদি যেশা উপাই তৌদুনা লল তানবশিংবু কাবেম্লদুনা ইবা Le Sexe Foibe, Edourd Bourdet কী সটাইব (Satire) শিংদি চপচানা অমসুং মযেক শেংনা মদুদা যাওশিল্লমদে, মদুগী মনুংদগী Comedie-Frncaise তি হিংবা হিংদবগী অগ্নি পবিক্ষা হন্দক্তা থেংনখ্রে।

*আইওনেস্কো :*

মতাং অসিবাইদা, অবোইবদা, মশামক মযেক শেংনা হায়বগনা এন্টি বিএলিষ্ট অদুগা নাকচেপ ওইনা হায়ববদা এন্টি বিএলিতিনি হায়বা যাবা মশাবু এন্টি থিযেটর্বদি হায়না লাওথোকচবা মীশক অমা লৈবে। ব্রাহৈশিংসি ব্রাহন্থোক যাওদ্রে অমসুং মীওইবা মশেল অমগা অমগা হোদোন্নবা (communication)গী থবক লোইনমক ওইথোক্লে হায়না লাওথোক্লবা থৌবাং তৌবম্বা বাইটব অমসু লৈবম্মী।

আইওনেস্কোগা অসি কবিগুম্বদনা হবাও তযাম্বা, কবিগুম্বদনা নির্শিংহনবা, কাইহৌবা, অমুকসু অসিমক অমত্তা ওইদবা, অদুগুম্বা থৌদোক্তা মখোয় পুংচোক চোকথনা লৈবম্বা থেংনবা অদুগুম্বা মখলগী বালি খুশান্নগী cartoon strip ballon শিংগী নাইতোম তাববা বোবোৎশিংগী সংসাব অমনি।

আইএনেস্কোনা শোযদনমক্তি, ' বিএলিজমদগী নাম্থোকপা ' অমদি পিবিবি অদুবু নাম্থোক্লগা অমুক কদোমদা ? অথমবা লৈবক (blind alley) অমদা মদুসু ' তাচিষ্ট মুবালস ' হায়বদি ইশা ইথন্তনা ওইহনজবা নুংশিৎ নুংশা চংদবা পুংহাং (vaccum) মদুগী মনুংদা অইবদুনা ঐখোযবু পাখৎহনবগা লোইননা নুংশিৎ অমত্তা লৈতবগী ফিভমদু কুপথনা যেংলুনবা পাখোল শিবকপা অদুগুম্বা অমনা লৈবক অদু লৈতেংলম্বা যাই। ... এম

আইওনেস্কোগী থিয়েটরসি নমথি অমসুং ময়াই কাই অদুবু মসি থৈদোক্নুনা চৎপা (diversion) অমদি অদুম ওই।

*আইওনেস্কোদা থমজবা অহেনবা পাওজেল :*

এম আইওনেস্কোনা চংশিল্লক্লিবসি আর্ট হায়বসি সংসারদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক্কা খেৎনবা অমসুং খুদিংমক অদুগীসু মখা পোন্দবা, অদু ওইনা লৌবা আর্টিষ্ট অদুগী মপুক্লিংগী মপানদা লৈবা পোৎশক অমা হেক্তা হায়রো মদুগী য়ানশিন্নদবতা নত্তনা সুকয়া য়াশিন্নরোইদবা আর্ট অদুগুম্না লৌবা পোলেপফম অদু তম্ননি। পরেং/লৈই অদুগী অরোইবদি এক্সন পেন্টিংনি। হৌজিক ফাওবা এম আইওনেস্কো পংথাপ থাপ্না চখোরক্ত্রি। মহাক হান্নগী খোংবানদুদা হায়বদি ক্যুবিজমগী খোংবান অদুদা অদুম নপশিন্দুনা লৈরি। মহাক ক্যুবিজমগী লাই খুয়েকনা কয়ামুক পুংঙাও ঙাওহনখিবগে হায়বদা পান্দমগা পামবৈগগী মরক্তা মহাক চমন্নবা হৌখ্রে। ক্যুবিষ্টশিংনা মদোম ওইজদুনা লৈজরন্না অওইবৈ মশক (objective reality) গী মচৎ অদু পুথোকনবা হায়বদি ডিসকোভর তৌনবগীদমক্তা মওং কায়হনবা (distortion) শিজিন্নখিবনি। ঐনা কিজবদি এম আইওনেস্কো অসি মহাক্কী মওং কায়হনবশিং অসিনা মখোয়গী রাহন্তোক পিনবগী চুনবা থবক থৌদাং ওইরিবা মপান্থোংগী সংসার অসিদগী হেন্না চৎননিংঙাই ওই অমসুং মরু ওইবা হেল্লি হায়না থাজবগী ফিবান্দা (on the brink) তা লৈরে। তৌইগুম্বশুং এম আইওনেস্কো অসি ফিলোসোফিদা হায়রগা সোলিপসিজম হায়না খংনবা অদুগী মিংশেলগী শঙজাও অমদা মশামক চংশিল্লগা শো লোনশিন্দুনা লৈরি হাযবসি কাওথোর্কাখিবগী খুদোংথিবদা লৈরি। ' ব্রার্ক ওফ আর্ট অমা হাযবসি ' ওম আইওনেস্কোনা হায় ' লাক্কদৌরিবা ব্রাখললোল (ideology) শিং অদুগী হৌবকফম অমসুং পোচং (raw material) শিংনি '।

( Action Painting - পেন্টব অদুনা মচুশিংদু পংলংদা লংশিল্লগা নত্রগা চাইশিল্লগা random ওইনা যেকপা abstract painting গী type অমনি।

Solipsism : কনাগুম্বগী existance অদু খক্তুনা অরেপ্পনি হায়বা থিওবিদা থাজবা ফিলোসোফি নত্রগা মী অমনা খংবদা হেক ঙমগদৌবিবসি মশা (self) কী knowlegde অদুখক্তুনি হায়বা থিওবিদা থাজবা ফিলোসোফি)

*জর্মন থিয়েটর :*

ব্রেখটকী এক্তবশিংগা ব্রেষ্টর্ন এক্তবশিংগা মচৎ মান্নদে মখোয়না মশাগী মগুন (personality) না ঐখোযবু নক্কাংতে, অদুগা শুক্কাংহন্দুনা ঐখোয়না মখোযবু নুংশিনবসু থেল্লক্তে; মখোয অসি অযৌবীদা মীচমগুম্বনি তশেংনা আলুদা আলু মানবা মাইদা - বস তোংফমগী ক্যুদা ঐখোয়না হেক্তা থোংনগদনা মীদা।

ব্রেখটকী সেক্তিংগী ফজবদি হেক্তা যেংবদা থক হেক্তা থাগৎলগদৌবা অবং অনাক্কী ভাং অদু নত্তে। মসিদি শিজিন্নবকপদা হেক্তা কুইথনা চৎকদৌবা খুফজ অদুনি।

হায়খ্রিবা অসিমক এক্তবশিংদসু থোকই। মখোয অসি থবক ইঙমদা ঙম্বা, অমসুং থবক পাংথোক্কনবা অমদি ওপন ইযাবদা লৈথোকপা হৈনবা মীওইশিংনি।

ইবক বেন্টলীনা হায়বগুম - ' ব্রেখটনা মনুং হুনজিনবা অওইবৈ মশক (inner reality) অবাংবা অওইবৈ মশক (high reality) নত্রগা হেন্না লুথবা অওইবৈ মশক ( deeper reality) হায়বা অমদা থাজনা থমদে, মানা থাজবদি ইচম চম্না অওইবৈ মশক (reality) হায়বা অসিদানি।

A. effect কী মযেক খ্বাইদে হেন্না শেংলবা খুদম (illustration) সি নেসনেল এনথেম অমদা উৎলকখি। ঈশৈ অদু বেবলিনব ইনসেম্বলনা কবম্না এবেঞ্জ তৌবগে হায়বদা ঈশৈসিনা লৈবাক নিংবগী মহাও

পিবগী মহুৎতা নোক্লিংবা পোকহনখি। মেলোদি অদু ট্রমপেৎ ওবল্লিগাটো অমনা তুংইল্লি ট্রমপেৎ ওবল্লিগেটো অদুগী খোল্লে কয়ামুক নেমথনা চৎপগে অমদি চীংলেমবগে হায়বদা মদুনা জর-জর লুপথরক্লিবা জহাজ অমদা তোংলিবা বেংগুন খোংবা নুপামচা অমবু উইহল্লকই। ওকেসত্রেসন অদুমক ঈশৈ ময়েক ( লিবিক্স) অদুগী ক্রিতিসিজমনি অদুগা মহাও ফাইবোক অমা থোরকই, অসিগুম্বা তায়োন্নবা মহাও (ironic flavour) অসিনি 'A. effect' ।

রিএলিষ্টিক ইল্লুজনদা খুৎ অমত্তা থাদে। পুন্সি মচেৎ অমদা লুশিনহনখিবগী মহুত্তা, এক্তর গ্রুপ অমনা মতম খরগী মমাংদা থোকখিবা ৱারি অমা লিরিঙৈদা ঐখোয়না থিয়েটর অমদা ফল্লি। ঈশৈ অমসুং স্ক্রীনদা থেৎপা অইবা ‘ কেপসনশিং ’ শিজিন্নদুনা ৱারি অদুগী করি ৱারোইশিল মহাক্না পুরক্কদগে হায়বদু  ব্রেখটনা শন্দোক্না তাক্লি। অদুমকপু মহাক্না পাম্মী ঐখোয়গা মহাক্কা খৎনবা নত্রগা ঐখোয়না মঙোন্দ চক্রি য়েৎশিনবা, সীন অদু অদুম্না লোইশিনগদবা নত্তে নত্রগা কেবেক্তর অদুনা চৎলিবা মচৎতু অদুম্বা মওংদা চৎহল্লোইদবনি। থিয়েটরগী মতাৎ (theatrical trickery) খুদম ওইনা, লাইত মসুং সীন হোংবশিংবু মঙোন্দা ফাওবদা কষ্টমর ( অয়েংবশিং) খংহনদনবা লোৎলোইদবনি। মশামক্কী ৱাহৈদা : মঙোন্দ (ভাবোক্তা) হেনমনবা উৎলুনু অদুগী মহুৎ করিগুম্বা খর উৎলু। অদুগা মহাকপু ভাব তাহল্লু মসি মেজিক নত্তে, ৱার্কনি। আর্টগী পোথোক্নি।

মতম লৈবখিবিক্তা, ডাইরেক্তর অমা ওইনা মতাক্না এক্তরশিংদা মহাক্না ৱাবি শাই   ষ্টেজগী থোং ফাওদুনা লান্থোকখিবগী ইচম চম্বা থৌওং অদুখক্তনা মখোয়সি মীওই ফুরুপকী মীযামগা মবি পুংকক ককথৎনববা, তোপ্পা লৈখ্রবা, অশেংবা ওল্লবা জীব (sanctified creature) হেক্তা ওইবা নত্তে। মরম অদুনা তুমিন্না লৈবিউ হায়ববু য়াবিরবদি রিহারসেল মনুংদা মপালগী মী চংবা যাল্লি। অসিগুম্বা মহাক্কী চৎনরোল অসি ঙসি ফাওবা ফিভম খরদা ইনসেম্বলদা চৎনবি। প্লে অমগী প্রদক্সনসি হোৎ-হাউস নত্রগা গ্রীন

হাউসকী অতাংবা পাম্বী য়োকপদৌনা অরোনবা অমসুং অশেংবা কারবারনি হায়বগী আইদিয়া অসি ব্রেখটনা তুক্কচখি। এক্তরশিংনা খোংবাল তৌবশিংগী থবক য়েংলগা অহাংবা মতম লেনবা য়ারবদি মহাক্না হায় - কবিগী খোংবান তৌবশিংনদি এক্তরশিংগী থবক যেংবা যাহল্লোইদৌরিবনো ? হৌরকপদাদ, ব্রাতা অসিদা ইনসেম্বলগী এক্তবশিং মহাক্কী ওপনদোর পোলিসি অসিদা কবিনোনে হায়বিবসিবো হায়না ইঙক ঙক্লবম্মী; অদুমওইনমক মতুংদা মসিনা মখোয মশাদা লৈবম্বা তুফক-তুফাই চনবা (inhibition) শিং অদু লৈহন্দবদা কযাম যাম্না মতেং ওইহনবগে হায়বদু খংজবকখি। শকখংদবশিংগী মমাংদা হাপ্তা কযামুক রিগার্স তৌবক্লবা কাষ্ট অদু লীলা ইহান হান্না উৎপগী অহিংদুদা কিথি-কিকম তৌগদবা মাল্লক্তে।

তাইফেত তাইনা কু্‌চ্‌ ঙাংলৈনবা, মশক্না মাখল মতুম মানবা মীশক অমদা হেক হেক কাষ্ট তৌবয়া ' মিষ্টব পিচম 'হাযবা পার্ট অমা -মতুংদা অমুক চহি কুন্থ্রা শুববা তোংগ নবা, মমিং নৌবা - নোববার্ট খৃষ্টিয়ান কৌবা অমবু শাহল্লকখি - মসি কবিগীনো হাযবা ঐহাক খংবা ঙন্লে। ব্রেখটসি ঐনা অসুম খনবদা, শাবান যেংলগা তৌবা কাষ্ট অসি পামদবজাৎনি। ব্রেখটকী থিযেটবদা মশিং থাবিবসি মী মীদুগী থবক খুতৌ অদুনি, মখোযদা কবি ফাওবিনা নত্রগা মখোযগী মশক্না কমদৌবা হাযবা অসিগুম্বসি নত্তে। থম্মোয নুংওনবদগী এক্সননা, ভাবনা শাবদগী অওইবনা মমাং থাই। "Die Wahrheit Ist Konkret" (অচুম্বসি কোনক্রিৎনি) হাযবসি ব্রেখটনা খোযদাজবা পাওবৌনি। মঙোন্দদি শুংদোক্লবা অচুম্বা (abstract truth ) হাযবা পোৎশক অমা লৈতে। নোংমা কনাগুম্বা অমনা অফবা প্লে অমগী পান্দম কবিনা ওইফম খোকপগে হাযনা হংলুবদা, মহাক্না যুহাব হাখ্রবা মতংদা ওইহৌবা টোকিওগী ফোটোগ্রাফ অমা মেগাজিন অমগী লামাই অনি থন্না যাওবা -অদুগী মবমদা শুগাইনা তাক্লগা পাডখুম পিবকই। তেকপা কাইবা মাংতাকপা মযামদুগী মবক্তা বিলদিং অমা চপযুংনা কবিমত্তা তেকপা খোৎপা তৌদনা লেপতুনা লৈহৌবি। মখাদা থাবিবা কেপসনদু ৱাহৈ অনিখক্তনি "STEEL STOOD" ব্রেখটনা হায মদুদি ড্রামাগী পান্দম (purpose) কবম্না হিংহৌগদগে হায়বদু ঐখোযদা তম্বীবা।

রিহারর্সেল অসুম অসুম চথে- ঙাইবা কনবগা লোইননা মকু অসুম অসুম খোকথরকপগী প্রোসেস চথ্তরকপসিনা মমৈথংদা ফংলক্লদৌরিবসি ইকোক কোক্লা ইচম-চম্বা অমসুং হেক্তা হকথেংনবা (naked simplicity & directness) নি। মসিদনি ইনসেম্বলনা চাওথোকচরিবসি। কুম্মৈ শান্নরিবশিংনা মখোয় মশাগী অওই অওইবদু ওইনা মশাবু য়েংজবা ফংহনবদা পুক্লিং থৌগৎনবা ফুটলাইত পাফমদা য়াম্লা চাওরবা মিংশেল অমা থম্মী অদুগা সেসন অদুগী হৌবদগী লোইবা ফাওবদা অউবা বেকোর্ড লৌহৌনবগীদমক থোকখিবা খুদিংমক্কী ফোটোগ্রাফশিং লৌশিলহৌই। মতুংদা বেকোর্ড অসি এক্তবশিং অদুনা কদাইদা কবম্লা অশোয়-অঙাম যাওখিবগে হাযবদু খন্দোকপদা শিজিন্নবগীদমক্তনি।

ব্রেখটকী ঙল্লিঙেগী মচৎশিং অদু ১৯২২দা জর্মন ক্রিতিক অমনা শমপৎনা পল্লম্মী ‘ লোন অসি লৈদা, ঙৌদা, কনাগী নাকোংদা, কনাগী যাংলেন্দা - ইহুল ফাওহনবা ঙম্মী। ...... মসিনা শাথিবা মওংদা ইন্দ্রিযদা নুংঙাইবা ফাওহল্লি অদুগা নুংশুক নুংজানহনবমখৈ - থোৎ নৌই। মসিদা ফুন-চৈনবগী মীহুল অমসুং মবেপ নাইদ্রবা অৱাবা, মচিং লৈববা পাইরক্কী লৌশিং অমসুং ইতিং তিংবা তেংথা ঈশৈ (Plaintive Liricisin) যাওরকই ’।

ইকুই কুইথদনা তোঙানবা ব্রেখট অমা অমুক লাক্লে। মতম অসিদা মহাক্লা, কুট ব্রৈল্লেৎকা খুৎশম্নবগা নোংচুপলোমগী সহিত্যা-কলানচিংবনা লৈখা তারকপা (decadence) কী তোংশা মচেৎ-মচেৎ শেগাইনবগীদমক মবুক্লিং শোন্থখ্রবা সহব- খুন্নাই অমগী লোয, তান্থা (Rhythm) অমসুং লৈপুং ফম্নে লোন্দা-পুদা (slang) শিজিন্নদুনা অমদি লাল মতুংগী বার্লিনগী সোবোক অচৌবগী কাচিন- কাচিন্দা থিনবকপা শৈবেং-সারদোনিক কোরনব Poetry হাযনা খংনবদু মক হকচিনবা ফম্বাক কুম্মৈ (serious theatre) দা পুশিল্লক্তুনা ‘ দ থ্রি পেনি ওপেরা ’ অমসুং ‘ দ বাইজ এন্দ ফোল ওফ দ সিতি ওফ মহাগোনী ’ পুথোরকপগা লোইননা মীয়াম্লা পাম্নবা ম্যুজিকেল ষ্টেজ (ঈশৈ নোংমাইগী ফম্বা কুম্মৈ) বু নৌনা য়াওলহনখি (revolutionise তৌখি)। লীচৎলোল, লৈঙাকলোল অমসুং শেমিংলোল

উন্নগদবা মফম (where ethics, politics and economies meet) ওইবিবা, মি: ব্রেক্লেৎকী মতুং ইন্না যাম্না পুক্কিং চংশিন্নিংঙাইদি ওইবগা পাকশন্না থৌশাবিবক্তুবা মফম অদু, অমসুং মদুগা লোইননা মযেক শেংনা উবগদবা মফম (vantage point) অদু তম্না ব্রেখটনা মাংজৌননা চংশনখ্রে। মফম অসিমক মহাক মশাগী ওইনা শিজিন্নগদৌনবানি। মাগী কম্যুনিষ্ট বাখল চংবা, মশুং মান্নবা, লেফট কন্টেম্পোরেরি অযাম্বনা তৌনবগুম ব্রেখটপু শেলমিংলোলগী চথনবিবা থৌওং (economic process) শিংবু মখে যালহন্না ড্রামাটাইজ তৌনবগী মেথদ অমা থিখি। মতম অমদাদ শেল অমসুং চিঞ্জান্নবা ড্রামাগী মক ওইবা থীম ওইনা পবাব অমসুং সেক্সকী মনুং শিল্লকপা, মহাক্লা উবগনি হায়না আশা তৌখি। মখোংদা লাকখিবা ব্রেখটনা ইপিক থিয়েটরব প্রাক্টিস তৌখিবা অমসুং মসিগী শব্দো ক্রেশ থিওরিষ্ট অমা ওইনা ব্রেখট অদুনি। "ইপিক থিয়েটর" হায়না পাউ চংবা (phrase) অসি কুনশুব চহিচাগী কুনাশংদা এর্বিন পিসকাটরদগী মহাক্না পুখির্বানি (borrow তৌখির্বানি), অদুগা মাগী পুম্নমক পোলেম ফাওবদা লেপতনা মহাক্লা মশিং ডিফাইনসন পিদুনা লাকখি আমেরিকাদা ওইনা। শংনাবিবা ব্রেখট অদু মদু ওইবশা তাই মথং লৈনা থাজপকে খোংনাবহনখিবা ভুন্না ইবিক লেউনী মত্তাকপু থাগৎচবি। ব্রেখট প্রদক্ষন অমথক যেংগন আমেরিকান মাং ফুদিংমক্তী ওইনা, এলিনিএসন ইফেক্টকী, সসপেন্স মুথৎপগী, থম্মোয ঈবাংদ শাথু কন্না তৌহনগী মহুত্তা, মহু মযাই চমহন্নবা ম্যাডক্সপু মওং অমদা শিং অমবগী, জেনেরেল ইল্লুমিনেসন শৌগৎলগা অটমোস্ফিয়াবক লাইতা হনেং ফখ্খা অতে অতে কষ্ট্যুম অমসুং প্রোপকী মতাংদা আর্ট চিযান এক্সপার্ট ওইনা লোশং লাশং লৈ। ব্রেখটনা নেচরেলিষ্টিক এক্তিংগী মাইযোক্লা লেবাঙ্কবাস মহাক্লা কন্না তকশিনবগী মতুংইন্না (মি: ইসগ্লানপা নিষ্টতা যাওবিবা) ইলিজবেথান জপানীজ অমসুং ইন্দিযান থিযেটব, গ্রীক ট্রেজিদদা শিজিন্নবা কোমস, ক্লাউনশিং অমসুং fair ground entertainer (মেলা লম্পাক্কী কুম্মৈ ফিযোং তৌবশিংগী) টেক্নিক অস্ট্রিযান অমসুং বাব্রাবিযানগী ফোক্ক প্লেশিং অমসুং অতৈ মযাম অমা যাওহল্লগা পোপুলাব থিযেটবগী অবিবা ফোমশিং অদুদা ওনশিল্লপা অমনি। ১৯৩৬ তা ব্রেখটনা মাগী বাখল মওং (attitude) ফোংদোকলকখি।

ড্রামাতিক থিয়েটবগী ভাবোক্তুনা হায ' হায়, ঐঙোন্দসু মখোযনা ফাওরিবাদুমক ফাওই। ঐসু মসিমক্কা চপ হেক মান্নে। মসিনা ওইরিবসি নেচর তাবা হায়বদুনি। মসিগা মান্ননা অদুম লৈখিনি। তাইবংমীশিংগী অৱা-অনা অসি ঐঙোন্দা পাল্লি মবমদি মাগী ওইনদি মসিদগী নাম্থোকফম লৈজদে। মসি যাম্না ফজববা আর্টনি মসিদা থাদোকপা ঙমদবদগী খুদম ফংই। ষ্টেজদা মখোয়না কপ্লকপগা - ঐসু কপপী মখোয়না নোক্লকপদনা ঐহাক নোকই।'

ইপিক থিয়েটরগী ভাবোক্তুনা অমুক হায় ' ঐহাক অসুম্না খক খল্লোই। মসি অসুম্না তৌগদৌবা নত্তে। মসি খ্বাইদৈ হেন্না খাংঙক ঙকপা পোকপনি, কয়া থাজনিংঙাই ওইদে। মসি লেপহনবা তাবনি। তাইবংমী মীগী অৱাবা ঐঙোন্দা পাল্লি মবমদি মঙোন্দগী তাম্থোকখিনবগী লম্বী লৈগনি। মসি ফজববা আর্ট অমনি। ষ্টেজদা কপলিবশিং অদুগী খল্লুবদা ঐহাক নোক্লিংই, নোক্লীবশিং অদুগী ওইবগনা কপনিংই '।

## ৱারোলগী মচং শমজিনবা শরুক :
### (পেরোরেসন)

গ্রীক্কী হাক্তক্তে অদুম ড্রামা হায়বসি সোসিএল আর্টনি, ফুরুপ অমগী এক্সপবিএনসনি হাযদুনা ঐখোয়দা তাকপিদুনা লাক্লি অমসুং হৌজিক্কী মতমদনা ফিক্সন ওইরক্লবা অচুম্বদু ঐখোয হৌজিক ফাওবা যাবি। ঐখোয ড্রামা শাগৎলিবনি (লীলা তৌরি) হায়বা মপুংওইবা ৱাখলসিগা লোইননা লীলা য়েংবা চৎপবু মরুওইবা থৌদোক-কুম্মৈ অমগুম্ন। ৱাবি তৌনবকপগা লোইননা ঐখোয কর্মসিএল থিয়েটবদা মপুম ওইনা মাংলবনি। পুন্সিগা লৈননা মরি অমা আর্টকী ওইনা লৈবম্মী, মসিনা পুন্সিদা ঈথিল পিবসু ঙম্লম্মী। ........ দে ক্লুইন্সিনা আর্টপু idem in alio নি হায়না ডিফিনিসন পি। মাগী মিংখেরোলসি অচুম্বগা হেন্না নকশিন্নরে। idem in alio হায়বদি, চপ মান্নবা পোৎশক্কু অতৈ অতোপ্পা form দা য়াওবা হাযবনি। মসিনা পিবিবা ৱাহম্থোক্তি আর্টনা পুন্সিদা পেরাসাইতিক ওই হায়বনি। অশাবা মুর্ত্তি অমা হায়বসি লৈবাক নত্রগা মার্বোলগী মনুংদা য়াওরিবা মীনি; প্লে অমা হাযবসিনা

থিয়েটরগী টার্মশিংদা প্রোজেক্ট তৌবা মীওইবৈ ফিভম মতা (human situation) অমনি। মী অদু যাওদনা মুর্ত্তি অদু ওইবা লৈবা (exist তৌবা) মখা তানা ঙম্লবোই। মতৌ অদুগুম্না হ্যুমেন সিচুএসন অদু যাওদনা প্লে অদুসু ওইবা লৈবা ঙম্মোই। মপুংফানা এলিও ওনথোকপ্লবা আর্ট হায়বা ইদেম অসি অওইবৈ মশক (reality) নি ঐখোয়গী অওইবৈ মশক্কি। ঐখোয়না লেপথোক্কদবা অমা লৈবিবসি ঐখোয়না ঐখোয়গী ড্রামাসি পুন্সিগী লিপষ্টিক তুমহল্লগা নত্রগা পুন্সিগী ঈ চুপ্লগা হিংহনবা পামাসল্লা অসিনি। থিয়েটরগী ওইনা পুন্সি নুংশাংবগী অবোনবা লাইৱাদি হৌখ্রবা অদুগীদমক চেকশিনবা অদুসু নত্তে, তুংগীদমক্তা থৱাই ৱাবীবা অদুসু নত্তে, মসিদি হৌজিক হৌজিক্কা মবি লৈনৈ। ঐহাক রিভোলুসন অমগী এড্ভোকেৎ তৌজদে : চুম্নদা ড্রামাদি ঐখোয়গা তৎন থানবা যাদবা অমনি হায়বা থাইনগী ৱাখল ঈচেল (idea) অদুদা অমুক হল্লকপা অমখ'..., মসি পাকথোক শাংদোকপা অমনি অমসুং কনিগুম্বা অতোপ্পা পোৎশক অমা নত্তে, ঐখোয়গী এক্সপ্রেসনসতা মঙাল পিশিন্দুনা ঙাম্থোকহল্লগা উহনবা অদুনি অমসুং আর্ট চংবা (আর্টিষ্টিক ওইবা) অদুনি অমসুং পোত্থানিংনা থাপ্তোক্লবনি - হায়বগ ৱাফম অসিবু শীগৎচবা অদুনি।

স্ট্যানিস্লাভস্কিনা এক্টর অমগী ইমাজিনেসনবু কনম্না ঙাম্থোবকহন্নবা চুখৎকদগে অমসুং মযাই কাহনগদগে হায়বগী মেথড অদগী মরমদা ৱা ঙাংলম্মী। মহাক্না হংখি - ' মসিবু কনম্না চত্থগদগে ?' পাউখুমসু মশাক্না পীখি - প্লে অদুগী সবজেক্টকা ঙসিগী অওইবা পুন্সি (real life) না ঐখোয়গী মিৎকী মমাং মতুদা হাংদোক্লনা উহল্লক্লিব। অসিগুম্না অওইবা পুন্সিদা উবকপা প্লেদুগী তোঙান তোভানবা মিকুপ (moment) অদুগা মবি লৈনহল্লগা মসি চত্থবকপা ঙমগনি। যেংবা অমসুং তাবা তম্মু। প্যান্সবু নুংশিউ। মসিবু আর্টতা পুশিল্লকপা তমউ। পাওতাক অসি এক্তরশিং খক্তদা নত্তনা প্লেবাইটশিং অমসুং ওডিয়েন্সতসু, অমসুং ক্রিতিক যাওনা ঐখোয় অমত্তা খাক্রমদনা লোইনমক্তা পানশিল্লবনি।

(CURTAINS দগী লৌথোকপা)

# - ৪ -

# লোইনশিল্লোলবু শাগৎপা

(R.A. SCOTT & JAMES)

*পাকশন্না পাবা অমুসং লোইনশিল্লোল শাগৎপা :*

অওইবা য়াঙমদি, পুক্লিং খুৎশেমগী লোইন-শিল্লোল (imaginative literature) গী সংসার অসি সংসাব মযাম ওইনা লৈতে. মসিবু শকক মযাম অমা থোক্লা খায়দোকপা যাজববসু অমখক্তনি। মহাক অদুসু আর্টিষ্টসু ওইসনু নত্রগা ক্রিতিকসু ওইনসু, খংবা ঙম্বগী অমসুং পুক্লিং খুৎশেম শান্নবগী লৌশিং পাঙ্গল (faculty of understanding and imagining) লৈখিদ্রবদি অমসুং করম্বা পাঙ্গলশিংনা লোইনশিল্লোল অমগা অমগা হোদোক্লগা যাবা (communicative) ওইবক্লিবনো হাযবদু নৈনবক্তুবদি কনা অমত্তনসু অৱাংবা মগুনগা লোইননা মসিদা চংশিল্লকপা ঙম্মোই।

*ওাজএঙ্গকী দায়িত্ব:*

অইবা খুদিংমক, অইবা অমা ওইনা মাগী চাউববা দায়িত্ব অদু খংগদবনি অদুগা পাবিবা খুদিংমক্লসু ওডিএঙ্গ অমা ওইনা লৈবিবা দাযত্যশিং অদুগী মনুংদা মহাক্কী মশক্নক অদু খংগদবনি।

*স্বগদগী লাকপা মঙাল :*

লেসসিংনা হায়খি " আর্টকী ক্রিতিক খুদিংমক লাইপোক লোইনা ওইগনি হাযবা লৈতে।" তৌইগুম্বশুং লাইপোক খুদিংমকক্তি আর্টকী ক্রিতিক ওইনা পোক্লকই। মহাক্তি মশাদা চৎন-কাংলোল (rule) শিংগী সাক্ষি পুদুনা লাকই।

*লিতরেচর ওফ পৱার :*

দে কুইনসিনা য়াৎলম্বগী মতুংইন্না ‘ লিতবেচর ওফ নোলেজ ’ অমসুং লিতবেচর ওফ পৱাব ’ অনিগী মরক্তা মপুং ওইনা খেৎনবিবসি ‘ অহানবগী অসিগী থবক্তা তম্বীবনি, অনিশুবগী অসিনা থবক্তা ঈহুল ফাওহনবনি।’ ‘ লিতরেচর ওইবিবা পুম্নমক্তা শক্তি (power) হোদোবক্কবা (communication তৌনবা) হোৎনৈ; লিতরেচব নত্তবা পুম্নমক্তা লৌশিং (knowledge) হোদোরক্কবা হোৎনৈ।

মহাক্তা অম্মকসু মখা তাখি :

‘ লিতবেচব ওইবগা লিতবেচব নত্তবগা অনি অসি পুল্লপ্না সমাজগী চাওববা কযাৎ অমনি - পুনশিল্লবদি ঐখোযনা মদুবু অদুম লিতবেচব হাযনা খংনৈ। অসিগুম্বা সমাজগী চাওববা কয়াৎ, লিতবেচব হাযনা খংনবিবা অসিদা তোঙান তোঙান লৈবগনা লোযশং (office) অনি তোপ-তোপ্পা থম্বা যাই; অনিসি যানশিন্নবসু যাই অমসুং মার্নাশন্নদুনতসু লৈ। তোঙান তোঙান লৈবগনা অমমমনা মশা শোক্তনবা, মশা ঙাকথোকচদুনা লৈবা ঙম্মী অমসুং অমগা অমগা ইন্থোক্কবা ঙম্মবা মহৌশানা শেমশাদুনা লৈ। অহানবদা লৈবিবসি লিতবেচব ওফ নোলেজনি অমসুং অনিসুবা অসিনা লিতবেচব ওফ পৱাবনি। অহানবা অসিগী থবক্তা তম্বীবনি; অনিসুবা অসিগী থবক্তা থম্মোইদা ঈহুল ফাওহনবনি, অহানবগীসিনা হিমায চুমফম বদ্দব অমনি: অনিসুবা অসিনা নৌ নত্রগা পাং (মাষ্টুল) অমনি। অহানবা অসিনা মচা-মবোং মবোং লোংথোকখিবা ৱাখল লৌশিংদা (discursive understanding) দা বা ঙাংথোকই; অনিসুবা অসিনা অবোইবী ওইনা ৱা ঙাংথোকই; মসি তেন্না বাংখৎপা খংন-লৌশিং (higher understanding ) ফাওবকপদা নত্রগা অচা-চাদা মবম (reason) থিবদা লাকপা যাই তৌহ গুম্বশুং পুক্লিং নুংঙাইনা (pleasure) অমসুং অতৈগীদমক ৱাবিবা ( সহানুভূতি)বু লুনা নিংথিজবগী খুথাংদদি ইতৎ- তত্তনা লাকই।

লিতবেচব ওফ নোলেজদা পার্নাশনবা য়াবা ক্রিতিসিজম অদু ‘ লিতবেচবি ক্রিতিসিজম ’ নত্তে।পাওতাক চেনবা লোইনশিল্লোল

(didactic literature) দি মসি চুম্মী নত্রগা লাল্লি হায়না প্রমান পিনদুনা য়েৎনবা য়াই। তৌইগুম্বগুং শৈরেং, ড্রামা অমসুং ফিক্সন অসিদি আর্টিষ্টিক ওইনা লৌরবা মতমদা চুম্মী, লাল্লি হায়না প্রমান তৌনরুবা য়াবা নত্তে। মখোয় অসিদি চক্রিলোল (লোজিক)না নিকপদা চৎকদবা নত্তে। মখোয়দি মশা মশাগী লোগী মখা পোনজবনি; মখোয়বু খংবা গুল্লিবসি মশা মরোং-মরোং পংলোংদা লোংথোকপা অচাবা মরম (discursive reason) পিনরগা নত্তে; অরোইবা খুথা ওইনা খংলাক লাকপা লৌশিং (instuition), পুক্লিং খুৎশেম্না নৈনবদগী থোরকপা, ফজরোলগী ইন্দ্রিয় (imaginative, aesthetic sense) তনা খংবা গুম্মী। লৌশিং মখল অনিমক অচুম্বগা মরি লৈনবা য়াই তৌইগুম্বগুং মখোয়না তোঙান তোঙানবা লম্বেলদগী অচুম্বা অসি য়ৌরকই - অহানবনা অচুম-চুমদা ৱায়েল তৌরগা অনিশুবা অসিনা খংলাক লাকপা লাইতাক লৌশিং লাক্লগা।

তাশিন খোমজিনবা, থাংদোক থাংজিন, খন্দোক খনজিন তৌবা, টিকা তৌবা, ইডিতিং তৌবা অসিগুম্বা হিরমশিংদা য়েৎশিন্নবা থবক তৌরিবা লিতেরেরী হিষ্টোরিয়ানশিংদি অয়াম্বা মতমদা অশোনবা লিতরেরী ক্রিতিক ওইগল্লি। অদুগা অশোনবা লিতেরেরী ক্রিতিক্লা লিতরেরী হিষ্টোরিয়ানগী থবক পাইখৎলগসু অশোনবা লিতেরেরী হিষ্টোরিয়ান ওইগল্লি। অনেম্বা থাক্কী সাহিত্যগী পোথোক ময়াম অমবু হন্না য়েংনিংদবা, মদুবু লোইনা কুপথনা নৈনদুনা মাষ্টর তৌনবসু হোৎননিংদবা খ্বাইদে হেন্না মীচং মীখাই নাইবা লিতেরেরী ক্রিতিক অদুনা ফাষ্ট রেটকী লিতেরেরী হিষ্টোরিয়ান ওইরকপা হায়বা অসিমসু পংথোক থোক্তে।

## *মতৌ তম্বা (IMITATION):*

প্লেটোনা মাগী লাইরিক Ion দা রাপসোদিক শিংনা য়ান্নরম্লবা কুইনদগী চৎনরক্লবা মিয়েং (traditional law) অদু য়ানিংদবা ৱাখলগা লোইননা শুগাইনা তাক্লম্মী।

(Rhaphsody হায়বসি থম্মোই-নুংঙোলগা লোইননা ঈশৈ ওইনা মনিং-তম্বা মওং কয়াদা লেংলম্বা গ্রীক্কী শৈরেং শৈদানি। মসিগা মরি লৈনববু rhophsodic কৌই।)

*(গ্রীক্কী লাইনিংথৌ জেউসকী মচানুপী লাইনুরা মাপল লৈরম্মী। মদুগী মনুংদা মিউজ কৌবী অমা য়াওই। মহাক অসি শীল্লৈমানি, স্বরস্বতীগুম্বীনি, সাহিত্য কলানচিংবদা ঈথিল পিনবীবা লাইরেম্বীনি।)*

প্লেটোনা হায়রম্মী : ' পুন্নমক্কী অহানবদা মিউজনা মীশিংদা মশামক্না ঈথিল পিশিল্লি। ( লাই ওইনা তোংশিল্লি) ইপিককিসু ওইসনু, লিরিক্সকীসু ওইসনু অফবা কবি পুন্নমক্না মখোয়গী ফজ-ফজবা কবিতাশিং লেংই - মসি আর্টনা নত্তে, মখোয়দা ঈথিল পিরকপা অমসুং লাই তোংখিবননি। মতৌ অদুগুম্না কেরিবানসিয়ানগী লাইহরাওলোয়শিংনা জগোয় শারক্লিবা অদুসু মখোয়গী মপুক্লিংশিংদু চুম্না লৈরক্তবগী ফিভমদা লৈরকপদগীনি। অসুম্না লিরিক্স পোইটশিংনা ফজ-ফজবা ঈশৈ ময়েক লেংলিঙৈ মতমদা মখোয়, মখোয়গী অশেংবা পুক্লিংদা লৈতে। করিগীনো হায়বদা কবি হায়বসিদি অয়াংবা, মছা পানবা অমসুং পুংশেং শেংবা পোৎশক অমনি, অদুনা মঙোন্দা ঈথিল পিরক্লিবমখৈ অমসুং মশামক্না লৌশিংগী ব্রাংমদা লৈত্রিমখৈ, অমসুং মাগী মবুক্লিংনা মঙোন্দ মখা তানা লৈরক্তবগী ফিভমদু য়ৌরক্লিবমখৈ, মঙোন্দা অনৌবা অমা পুথোরক্লবগী শক্তি লৈজদে। মহাক্কী অসিগুম্বা থাক অসি য়ৌদ্রিবমখৈ মঙোন্দা শক্তি অমত্তা লৈতে অমদি মহাক্কী লাইবাও অমত্তসু ফাওরকপা ঙমদে'। (Ion)

অফবা সিতিজেন অমবু মওং তাহনবদা কান্নবা পিদুনা ঈথিল হেক পিরিবমখৈ - প্লেটোনা লিতরেচর নত্রগা আর্টতা ইন্টরেষ্ট লৈখিগনি। অতৈ করিগুম্বা অমত্তনা মহাক্কী ষ্টেট ' অদু মোৎশিনহনবা য়ারোই। শৈরেং নত্রগা অইবা অদু শুম্মৎনিংঙাইনি, থাগৎনিংঙাইনি নত্রগা অশেংবনি হায়বা ফাওবগী মতাংদা চক্রি য়েৎনরোইদবনি (Rebublic III, 398)

ফজরোলগুবশিং (aesthets) কী চক্রি অদুফাওবা মখোয়না তম্বীরক্লিবা অদু লৈবাক শেন্নরোইশিং (guardians)না য়াৎলকপা মওং অদু তাদ্রবদি অরেম্বনি। মহাক্না হায়ন-তান্নবা য়াদবা -পামদ-পামদবমখৈ ককথৎপা (unrelenting censorship) কী চৎনরোল অমা লিংখৎলম্মী অমসুং মদু পাংথোক্লবগী য়ুমফম ওইনা লিচিংৱা (Principle) রিপব্লিক-বুক টু অমসুং থ্রিদা ময়েক শেংনা য়াৎথোক্কুনা থম্লম্মী।

অদু ওইরবদি হোমর, হেসিওদ অনিবুসু চুমদবা লীচৎ তম্বীবগীদমক মরাল লৈরে হায়দুনা চৈরাক পিবতাই অমসুং ট্রেজদিয়ানশিং অমসুং কমেদিয়ানশিংবুসু লৈবাক্লা পাওথোকপা তাই মরমদি ট্রেজদিশিং অমসুং কমেদিশিং অসি মতিক চাদবা পোৎশিংগী মতৌ তম্মী। মাগী আইদিএল ষ্টেটতা মখোয়গী মফম অমত্তা লৈতে।

ফজবা লীচৎ শৌগৎপা (Moralist) অমা ওইনা, অমুকসু পোইত্রিবু মহাক্লা য়াদে মরমদি, পোইত্রিসি মচৎ চুমদে/মচৎ ফজদে। ফিলোসোফর অমা ওইনসু মহাক্লা মসিবু য়াদে মরমদি মসি ওইদ-পাদবদা য়ুমফম ওই। মহাক্কী আইদিএল ম্যান ( ফিদমলৈবা মী) দি লীচৎকী ফিদম (moral ideal)বু তান্নে; মরন্নাই মী অমা ওইনা অচুম্বা থিবদা চপয়ুংনা লেপ্পী। তৌইগুম্বগুং আর্টতি চোইদ্রং-পাদ্রং (illusion) গী থৌওং ঙাক্তা লোইনৈ।

মহাক্লা ঊখিবগী চাংদা, আর্টিষ্টনা অউবা মপালগী মশক খক্তগা মরি লৈনৈ নত্রগা অহোইনদুম মপালগী শক্তম অদুগীসু অমুক অউৎপা শক্তম অমগা। অসিগুম্বা অউৎপা শক্তমশিং অসিনি আর্টিষ্ট অদুনা মতৌ তন্লিবসি অওইবা (reality) অদুগী নত্তে।

অদু ওইববদি, হোমর অমসুং হেসিওদ অনিমকসি লোই থাদোকখিবা তাই। ট্রেজদিগা কমেদিগা থাপ্লা চৎহনখিবতাই। ঐখোয়না পোইত্রি খরসু য়াবীবা তাবগনা লাইশিংবু শিংথাদুনা শকপা Hymn অমসুং অঙম-অথৌশিংবু থাগৎপা শৈথাবা ঈশৈ অদু খক্তদগী হেন্দোকপা য়ারোই।

য়েংবিউ - প্লেটোগী অশোয়বসি হৌজিক ঐখোযগী অসিদদি পনখোকপদা কয়াদা লায়রবনো ?

## ' দ পোয়টিক্স '

আর্টপু মতৌ তম্বা অমগী মতৌ তম্বা অমা ওইন অচুম্ববু অনিরক হন্না মকু খোকতোকখ্রবা অমা ওইনা য়েংলিবা প্লেটোগী মিয়েং অসি শাথিনা শেমদোকপা হোংদোকপা য়ারোইদবা অমা মাল্লি।

পিকচব অমা নত্রগা পোইম অমা ওইনসু, আর্টকী পোখোক অমা (a work of art) হায়বসি ফজবগী পোৎ অমনি ( পোয়টিক্স); অমসুং মসিনা, মসিগী মজাৎ অদুগা চুশিন্ননা পুক্লিংগী নুংঙাইবা (pleasure) পিবক্লিবা অদুনি। (পোযটিক্স

' এরিষ্টোটলনা মাগী ট্রেজদিগী মোদেলশিং অসি সোফোক্লিস অমসুং ইউরোপিদিসতগী লৌই; কবিগুম্বা মহাক্লা ঐখোযগী অসি উবল্লবদি মাগী মবুক্লিং হোংদোক্লম্বা যাই '। দ্রাইদেননা হাযখি।

মিষ্টর গোর্দন ক্রেইগনা হাযবম্মী - লাইগী ওইবা পোৎশকশিংবু থম্মোই ঈহুল কন্না ফোংদোক্তুনা পুখৎলকপা নত্রগা ওক্ত -নুংদগী ব্রাথোকশিংবু ফগৎহনন্নিংবা, শেমদোক্লিংবগী ব্রা হৌদোকপৈ মওংদা মচাক পুশিন্দুনা নত্রগা নাওচাওহন্দুনা হাযবদি মতম চানা ব্রাবক্লহৌদবদগী ইমুং মনুংগী অচিকপা মাংলকপগী বাথোক লৌখৎলক্তুনা নত্রগা ইমুং-মনংগী মচ মচিদা চিবোন-চিবোন উংখৎনবা, কপ্ল-লাওনবকপা থৌদোক কয়া পুশিন্দুনা প্লেশিংদা পাংথোকপা হাযবসি ওইথোক্লবোইদবা অমান '

*ট মিংখৈরোল/শক্তাকলোল :* (প্লে ব্যাচবগী খুহন্দোক্তুগী)

' অদুনদি ট্রেজদি হাযবসি, শিজিন্নবিবা লোল অদুদা আর্টকী ওইবা লৈতেং মখল খুদিংনা লৈতেংদুনা, রাবি লীথোরকপগী মওং নত্তবীদা, এক্সনগী

মওংদা প্লে অদুগী তোখায়-তোখাইবা শরুকশিংদা অয়াম্বা অর্থ চেনবা লৈতেং মখলশিং য়াওদুনা (লৈতেং মখল অয়ামবনা লৈতেংদুনা); মীনুংশি অমসুং অকিবা পোকপগী খুথাংদা, অকিবগুম্বা থম্মোয়-ঈহৌশিং অসিবু চামথোক্তুনা মরু হকচিনবা, মপুং ফাবা, মতিক মগুনগী ওইনা লৈবা অরেপ্পা চাং অমগী এক্সন(থবক) অমবু মতৌ তম্বনি'। কবি হায়বসি অচুম্বগা মরি লৈনৈ অদুবু কুম্বারোল পাবশিংগী পুৱারি শুবশিংগী নত্রগা ফোটোগ্রাফ চপ চানা নমথোকপদৌনা তৌবা অওইবৈ মশক্কী নোভেলিষ্টশিংগী অচুম্বা অদুগদি মরি লৈনদে।

কবিতাগী ওইবা অচুম্বা অদুগা মরি লৈনখ্রবা কবি অদুগীদমক্তদি অওইবমক্কী ওইনা পোৎশক (থৌদোক) অমা থোকখ্রবনি হায়বদু য়াম্না মরু ওইশিনবা অমা খক ওইদে।

পুন্সিবু শাগৎলক্লিবা থৌদোকশিং অদুগী চেপটব (পন্দুপ) অদু ' থিম' অমা নত্তে। অথৌবা ওদিসসিঅসগী মপুন্সি পুল্লপ অদুনা ' ওদিসী' হাযবা মহাকাব্য অদু ওইদে।

ট্রেজদিনা অয়েংবা অদুগী থম্মোয় ইহুলগী ওইবা কয়াৎ অদুদা চৈথেং পি হাযনা হায়রদুনা এরিষ্টোটলনা ব্রাহৈ পবেং অমা অনিখক্তনা প্লেটোগী চক্রি, পোইত্রিনা অচাবা মরম (reason) দা আপিল তৌদে, থম্মোয ঈহুল (emotion) দা অপিল তৌই, থব্রাইগী খ্বাইদৈ হেন্না মমল লৈত্রবা শরুক অদুবু ময়াই কাহল্লি, পুক্লিংদা ফাওহল্লি অমদি মপাঙ্গল কনখৎহল্লি হায়বদু য়ৈথৎখি।

*রেটরিক্সগী চহি চাশিং :*

(Rhetorics হায়বসি অতোপ্পবু ইনশিন্নবা নত্রগা ঈথিল পিশিন্নবগী পান্দম্না মরু ওইহল্লগা ফজনা, লেমজনা অমসুং মহয় য়ালহন্না ইবা নত্রগা ঙাংবগী আর্ট অদুনি।)

---

অসুম্না, এরিষ্টোটেলনা রেটরিক্স হায়বসি থবক্তা ইশিন্নবগী হেক লৈরিবা পাম্বে মখে কুপথনা ব্রায়েল তৌদুনা উশিনবা ঙম্বগী ব্রাখল লৌশিংগী পাঙ্গল (feculty )অদুনি হায়না মশক তাকই।

*ইহান হানবা রোমান্টিক ক্রিতিককী আর্ট :*

চহিচা কয়ামুক চুপ্লা পাওতাক পিবা অমসুং মদুদা পেন্থোক্কুনা নুংঙাইবা হায়বসি কবি অদুগী য়ান্নরক্কুবা পান্দম ওইদুনা লাকখ্রে। অদুগা ইনশিনবা হায়বসিনা ' ব্রাঙাংহৈবা (orator) অমসুং ব্রারেংশিংবু ইরিবা অদুগী পাঞ্জলফম ওইরম্মী।

*লোংগিনসনা হায় :*

' চীংলেম্বা হায়বসি লোলগী করিগুম্বা মরেপ-মঙাল চাওবগী চাং যৌশিনবা অমসুং হৈশিংনা মপুং-মরৈ ফাবা অদুদা লৈ, অমসুং মসিননি, অমদি মসি খক্তননি - মতিক মগুন লৈববা অইবা অমসুং ব্রাবেং লেংবশিংনা খ্বাইদৈ হেন্না মমিং চৎপা অমসুং কুইনা লৈহৌরগদবা মিংচৎ ফংনরিবসি।' মহাক্না অমুকসু মখা তারকই :

' কবিগীনো হায়বদা লাইপোক অমগী আর্টকী পোখোক্না ইনশিনবদা নিশান থাদে, থাই - অয়েৌবী নুংঙাইবৈ ঙরং (ecstacy) দা নত্রগা অপাবা অদুবু মশামক্কী মপান্দা থাংদোকখিবদা ।'

*ডান্টে :*

ডান্টেদি, ব্রর্সব্রার্দকী মিয়েং, পোইত্রি হায়বসি মপাঙ্গল লৈবা পুক্লিং ইহুলনা মশা মদোম অদুম পাথোকচরকপা অদুমক্কী হায়বা নত্রগা অছৈবদি মীনা তশেং-তশেংনা শিজিন্নবিবা লোল অদু খনবদা পেনজগদবনি হায়বা অদুগা হেক ওইবা য়ারিবখৈ থাপ্লখ্রে। ডান্টেগীদমক্তদি 'শৈরেং হায়বসি মশা মদোম মথন্তা ঙাংথোকচরকপা ' অদু নত্তে। মহাকী ওইনা ওন্ন-তৈনবা

মিয়েং থম্মী। পোইত্রি অমসুং মসিগা চুনবা লোল থিবা হায়বসিদা য়াম্না ৱানা হোৎনবা চংই। মহাক্না মরমদমগী লোল (vernacular) শিজিন্নবা পাওতাক পিরম্লিবসি চুম্নগী খ্বাইগী পুন্সিদা শিজিন্নরিবা লোন্দা পুদা অসি ওইনা নত্তে, মসিগী ওন্ন-তৈনবদা ' চাওখত্তবা লোন্দা পুদা থাদোকউ ' হায়না মহাক্না হায়রম্মী।

ঙাংথোরকপা ৱাঙাং (speech) হায়বসি অহৈবা অমগী মফমদদি শগোল লাম্মী অমগী মফমদা শগোল অমনা ওইরিবা মওং অদুনি হায়না মহাক্না হায়খি।

এরিষ্টোটলনা প্লোটনা খ্বাইদৈ ইহান হান্না লৈগদবা পোৎনি হায়না লাওথোকখি, অদুগা ডান্টেনা ইহান-হান্না থম্লিবনা অছেবগী মপুংওইবা হিবম (subject) অদুগী দাবীশিং অদুনি। মহাক্না লেপথোক্লগা থম্মী খ্বাইদৈ ফরবা হিরমদি ' সালুস, ভেনস অমসুং ভরচু ' নি ( তেক্ত-কাইদবা, নুংশিনবা অমসুং চঙখোনবনি)

*ড্রাইদেন :*

অছেবা অমা ওইনা ড্রাইদেননা মহাক মশাগী পান্দম ইতিং-তিংনা হাযদোকচৈ -' ঐনা মপুং ওইনা হোৎনজবিবসি ঐনা হৌজিক হৌজিক লৈজবিবা যুগ অসি হবাও নুংঙাইহনবনি।'

বিএলিষ্টিক নত্রগা নেচবেলিষ্টিক পাওতাকলোল (doctrine) অমত্তনা ড্রাইদেনবু পেলহনবা ঙমখিদে ; মহাক্না চুন্নে হাযনা লেপথোকখিব' আর্টিষ্ট হাযবসি ফজববা খুথাং ( মেদিউম) দা প্নাক্লংগী নুংঙাইবা পোকহনবা অদুগা মবি লৈনৈ হাযবা ৱাখল অসি লৈখিবনা, মসি পুন্সি অদুমাক্ল হায়বগীদমক পুন্সিবু মহুৎশিন্না লাম্তোকপা (representation) অদুদা মহাক্না ইন্টবেষ্ট লৌবা ঙমদে, মহাক্না থৱাই চংখিবদি মসিনা তেক য়াথিবমখে

ফজরবনি হায়বা পুন্সি অদু খক্তগী মহুৎশিন্না লাম্থোকপা অদুখক্তনি। ড্রাইদেনগী মতুংইন্না আটিষ্টনা নিশান থারিবসি পুন্সিদগী খর হেন্না ফজবা করিগুম্বা অমা শাগৎলকপদনি। ড্রাইদেননা হায় - ' ৱাখলনা পংশা শাদুনা শান্নবা (fency) হায়বসি দরকার ওইবা মপুংওইবা মগুননি।' করিগুম্বা অমগী ওইনা মহাক্না লৌরিবসি ঐখোয়না পুক্নিং খুৎশেম (imagination) হায়না হায়নরকপদা লৌনরিবা ৱাপু অদুমক্নি।

য়ক লাওবা বিএলিজম, মীনাইগুম মবুকচেল লেপ্তবী মওংদা মহুৎশিন্না লাম্থোকপা (slavish representation) হায়বসি মহৌশা লাইরেম্বী (nature) দগী ইচম চম্মা হুরাল্লকপা হুরালপোৎনি - মসি ইমাজিনেসননা মশক তোংহল্লকপা পুন্সি নত্তে।

*পেন্টিং অমসুং পোইত্রি :*

' পোইত্রি হায়বসি ৱা ঙাংলিবা পিকচরনি অদুগা পিকচরনা পাঙাংদবা পোয়জি ( শৈরেং-শৈদা)নি।' হায়বিবা অসোমলোমদা প্লুটোনা চংশিল্লম্মী.

লেসসিংনা হায়নিংলিবদি পাল্লিবা মহৈ (effect) খরদি চপচানমক ফংগনি হায়বা নত্তে তৌইগুম্বশুং মখোয়বু তোঙান তোঙানবা পাম্বৈশিংনদি শোয়দনা ফংগনি।

পোইত্রি হায়বসি ৱা ঙাংলিবা পেন্টিং নত্তে। পোইত্রিগী কাংলোল (লো) শিংদু পেন্টিংগী লো কবিগী ওইদ্রিবনো হায়বগী মতাংদা লেসসিংনা হায়বা চুম্মী। অদু নৎলমদ্রবদি অমমম্মা কোনশিল্লিবা তোঙান তোঙানবা লম অদু পুক্নিং ইহুল নত্রগা খংলাক লাকপা লৌশিং(intuition) গী লোন্দা মশক তাকপা ঙম্লোই। হোয় ফোংদোকপগী মখোলদি ৬মগনি। আর্ট অমদা প্রাক্টিস তৌরিবা অমনা , ময়েক শেংনা অতোপ্পগী ওইবা মচাক কয়ামা পুই হায়বসি চিংনিংঙাই ওইদবা য়াই । তৌইগুম্বশুং মহাক্না অতোপ্পদুগী

খুৎথাংচংফম (মেডিউম) অদুদি পুরুবা ওল্লোই। মহাক্না শিজিন্নরিবা মেডিউম অদুনা মহাকপু পুন্দুনা থম্মী। মহাক্কী মিকুপ লাকপা মতমদদি মসিগী লমখৈবু মাইথিবা পিরকই।

*আর্ট অমসুং লমচৎ-শাজৎ :*

সাইন্টিষ্ট অদুগী মশিলনা, নৈনবা খংবা অমসুং প্রমান তৌদুনা উৎপনি। রেটরিসিয়ানশিংগী মশিলনা তম্বীবনি। আর্টিষ্ট অদুগী মশিলনা উৎপনি। ' পুন্সিসি মদুগা মান্নবতাই ' - মোরেলিষ্ট অদুনা হায় ' -পুন্সিদি মদু মাল্লি ' আর্টিষ্ট অদুনা হায়।

আর্টতি থবক (action) না দরকার ওইরিবদুনা লেপথোকপা ঙমদে, মানা উরিবা মিয়েং (vision) অদুনা অসি তৌ হায়না তাক্লক্লিবা অদুখক্তনা লেপ্পী।

*এক্সপ্রেসসনিজম :*

পিবান্দেলোনা ইরম্মী ' এক্সপ্রেসনিষ্ট ' প্লেশিংদা মতাক্লা বেনিডিতো ক্রোচকী প্রিন্সিপলশিংবু খুদম ওইনা উৎখি হায়না মাগী মকুপ মপাংশিংনা ক্লেম তৌই। ক্লেম অসি নাতে চাদবনি, মরমদি ফজবোলগী থিওরি পুম্নমক্তা এক্সপ্রেসসনিষ্ট অমা ওইনা শুগাইনা হায়বা য়াবা অখন্নবা মখল অমা হেক্তা হায়রো, ঐহাক্লা থাজবদা, অদুফাওবা য়াওনা শৌগৎপা, চুম্মী তাকপা ব্রাহৈ পরেং অমদি য়াওই।

এক্সপেঅসসনিজম অসি আর্টকী ফোর্ম অমখক্তগী অখন্নবা মগুন নত্তে, আর্ট পুম্নমক্কীনি। অদু ওইরবদি, আর্টিষ্ট অমা হেক্তা হায়ডৌ - মহাক ক্রোচকী শীষ্য অমনি

(Situation অমগী মপাঙ্খোংদগী (realistic aspect) অদুগী মহুৎতা নুংগী emotional reality অদু হোদোরকপনা পান্দম ওইবা আর্ট, য়ুমশা-কৈশা, সহিত্যগী movement অদু expressionism নি।)

*ক্রোচ:*

ফংলকপা লৌশিং (knowledge) গী মখল অনি লৈ : খাংখং-খংলকপা লৌশিংগী (intuitive) ওইবা অমা নত্রগা লোজিক্কী ওইবা (চক্রিলোলনা নৈনরগা থোরকপা) অমা; পুক্লিং খুৎশেমবু অসুম শান্নরগা ফংলকপা নত্রগা খংবা ওস্বগী পাঙ্গল (intellect) কী মথাংদা ফংবা অমা, ব্রাখলদা তাবকপা মম্নি (image) গী নত্রগা ব্রাখল-ফিরেপকী পোৎথোক অমা।

ক্রোচনা পুক্লিংদা তারকপা কাওঙমদ্রবা মম্নি (impression), ইন্দ্রিয়দা ফাওবা ইহুল (sensation), থেংনরকপগী লৌশিং (experience)কী পুংকোক কোকপা পোৎচাক (matter)গা - খংলাক লাকপা লৌশিং (intuition)গা খেৎনবদু উৎখি। Intuition অসি মথৌ তৌনবিবা কযাৎশিংগী মপুম ওইবা মতৌ (mechanism), শোন্থবা অমসুং মপুং-মরৈ ফাবা অদুদৈ হেনবা কবিগুস্বা পোৎশক অমনি। মসি পুক্লিংদা তাবকপা মম্নিবু মশাখিংনা ফোংদোকপা অর্দুন।

' অশেংবা intuition খুদিংমক নত্রগা মহুৎশিন্না শক্তম্লাংলকপা (representation) খুদিংমকসু ফোংদোকপা' হায়বদুনি। ফোংদোকপদা মশানা মশাবু পোৎশক নাইহনজবক্তুবদি (objectify তৌদ্রবদি), মদু intuition খংলাক লাকপা লৌশিং) নত্রগা মহুৎশিন্না শক্তম্লাংলকপা (representation) নত্তে, চুমগী ইন্দ্রিযদা ফাওবা ইহুল অমসুং মহৌশাগী মহৌশা অদুম ওইবৈ মতৌ (naturality)নি। শাগৎতুনা মওং তাহল্লক্তুনা, ফোংদোক্তুনা হোৎনবকপা নত্তনা অতৈ পাম্বৈ অমগী মপান্দগী থব্রাই মিরেলনা intuition বু ফংবা ওমদে।

ক্রোচকী ফিলোসোফিদা, আর্ট হায়বসি খংলাক লাকপা লৌশিং নত্রগা পুক্লিংদা তারকপা মম্নিসিংবু (পুক্লিং মনুংদা) ফোংদোকপা অদু নত্তনা অতৈ অমা নত্তে।

আর্টিষ্ট অসি তরং তরং উবা ওস্লা মীশক্তুনি; মহাক্কী উবগী তরং তরংবৈ মতৌ (vividness) অসি ফোংদোকপগী তরং-তরংবা মতৌ অদু নত্তনা অতৈ অমা নত্তে। চঙখোনবৈ মতৌ অসি, অসিবু উরকপা খুউ (vision) অদুদা লৈ অমসুং পুক্লিং খুৎশেমগী ওইবা শক্তিগী মপুং ফারবা মথৌ তৌরবা মতুংদা পুক্লিংদা তারকপা মমিদুদা খ্বাইনা খংনবা মওংগী মফোংদোক (expression) পিবদসু লৈ।

' আট্রিষ্টশিংনা আর্টিষ্টিক ওইরে হায়না দাবী তৌরদুনা থল্লবা খুলাম্হোক (work) শিং অদুগী মরিদা, ক্রিতিক অদুনা হিরম (theme) নত্রগা মথিবোং (content) অদু আর্ট ওইনা মতিক চাদে অমদি করেম্ম নিংঙাইনি হায়না য়েংখৎলক্লবা ( লালহৌরক্লবা) থোক্লবদি, মফোংদোক (expression) শিং অদুনবু তশেংনা মপুংমরৈ ফারবা -মতাং অদুদদি ক্রিতিকশিং অদু লেংবীখ্রো আর্টিষ্ট অদু চিক্লা অমুক্তা থাদোকপিরম্মু হায়না পাওতাক পিবা নত্তনা অতৈ উপাই অমা লৈতে, করিগীনো হায়বদা মখোয়দা impression পিরক্লিবা পোৎশক অদুদগী নত্তনা অতৈ অমদগী মখোযনা ঈথিল অমত্তা ফংবা ঙমলোই। নেচরদা অথিবা অমসুং হস্থবা লীচৎকী মশক লৈরিবমখৈদি অমসুং মখোয় অদুমক আর্টিষ্ট অদুদা নমদুনা মমি তাশিল্লক্লবদি, অসিগুম্বা পোৎশকশিংবু ফোংদোকপদা অথিংবা পিবা হায়বা অসিসু ওইথোক্তবা অমনি।'

ঐনা অপাবশিংবু মথক্কী পেসেজ অসিদা পুক্লিং থিংজিনবিনবা হায়জনিংই মরমদি ঐখোয় মসিদা অমুক হনজিল্লকপা তারি। মতৌ কবম্না আর্টিষ্ট অদুগী মকোক খক্তদা লৈরিবা থিম অমদা ক্রিতিক অমনা ব্রাযেল চথবা ঙমগদগে নত্রগা মপানথোংদা ফোংদোরক্লিবা অমগী মরমদা কবিনো হায়বা ঙমগদগে হায়বসি খংবদা ব্রানা থোক্লিবসি কুপথনা য়েংলবদি মিকুপ তমখক্তা চংগনি।করিগীনো হায়বদা ক্রোচনা মশিং থারিবা ষ্টেজ অসি ফাওবদদি ফজরোলগী নত্রগা নৌনা শাগৎলকপগী থবক পরিং (aesthetic or creative process) অদুগী থবক খুদিংমক আর্টিষ্ট অদুগী মবুক মনুং খক্তদা থোকপনি অসিগুম্বা তারকপা মমিশিং (impression) দা অথিংবা লৈরিবসি

নৈত্রবা খংলাক লাকপা লৌশিং অমবু, আর্টিষ্ট অদুগা মান্নবা করম্না নৌনা শাগৎপা ঙমগদগে ? ' ডান্টেবু নৈনদুনা ব্রায়েলগে হায়রবদি, ঐখোয় ইশামক মাগী থাক অদু য়ৌনা ব্রাংখৎখিবা তাই'। মহাক্না হায়খি। ' ঐখোয় ডান্টেমক ওইগদবনি ' হায়বা ব্রাহে অসিমসু মহাক্না হাপচিল্লম্বা ফবনি।

অমুকসু আর্ট হায়বসি ইচম-চম্বা ইন্দ্রিয়দা ফাওবা ইহুল (sensation) অদু নত্তে হায়না মহাক্না শুগাইনা তাক্লিবা অদুদি চুম্মী। সেনসেসন নত্রগা থেংনরুরিবা এক্সপরিএন্স অদু পুন্সিনি অদুবু আর্টিষ্ট অদুনা ব্রাখল মুন্না তৌবগী (contemplation)গী নিংথিজরবা মঙালদা মখোয়বু নৌনা অমুক শাগৎতুনা অমসুং মাগী মতিংশিং লোইনা পুথোক্তুনা মশামক্কা মখোয়গা ঙমজবা থাক খর ফাওবদা মরি ককথৎদ্রিবফাওবদি মখোয়শিংদু আর্ট হায়বদু ওইদ্রি।

অতোপ্পনা ' আর্টকী পোখোক অমা ' অমসুং ' ফজবগী পোৎশক অমা ' হায়নরিবসি মাগী ওইনদি আর্ট নত্তে অমসুং ফজরবা অমা নত্তে মসি সুপ্নগী অয়েংবা অদুদা ফজরবা খংলাক লৌশিং (beautiful intuition) অমা কাপশিনবদা ময়াই হাপলিবা physical stimulant অমনি।

থিম অদুনা থব্রাইরোলগী ওইবা খংলাক লৌশিং (spiritual intuition) গী ওইবা পোৎ ওইরবদি, ক্রিতিক অদুনা মদুগী মরমদা করিমত্তা খংলরোই।

থাঙ্গেশেংনমক অওইবা পুন্সি অসি মিকুপ অমদগী মিকুপ অমদা অসুম হোংদুনা লৈবি অদুগা আর্টনা খোংচৎ অসিবু খোংচৎ ওইনা অমুক নৌহৌনা পুথোক্লবা হোৎদে অদুগী মহুৎ মসিনা খুচৎ অদুদা ফোংদোরক্লিবা মচৎ অদু লেংদনা থম্লবা হোৎনৈ। মতাং অসিদদি ঐখোয় ক্রোচকী মীচংদা লৈ।মঙোন্দদি আর্টতৌবা হায়বসি মচৎ তাকপা (charaterisation) নি।

(The making of Literature দগী লৌথোকপা)

# মোর্দন আর্টনা শিংনরকপা :

**Allen Leepa**
Art Dept., Michigan State University.

' ফজরোলগী মহৌশারোল (science of aesthetics) অসি হৌরকফম ওইনা ক্লাসিকেল আর্টতা যুমফম ওই। ক্রোচকুম্বা মতম অসিগী আর্টকী ব্রাংঙুরোলশুবা অমদা ফাওবা গ্রেইকো-রোমান অমসুং রিনাইসাঁগী চৎনরক্লবা নাৎকী ঈ-পাও (data) শিংবু কৈদসু হুন্দোক্তুনা থমদে। অদুমওইনমক মোর্দন আর্টগা চৎনরক্লিবা নাৎ (tradition) অদুগা চপচানা কায়নবগী ফিরেপ লৌখ্রে। অমসুং হৌখ্রবা ইতিহাসকী তাংকক অমদগী লৌবা ব্রায়েলবগী লমওন চৈ (criteria of judgement) না মোর্দন আর্টকী পোথোক অমদা পাশিল্লুবদা খন্নবা য়ানা চম্মনবা পোকহনখ্রে'।

- হরবের্ট রীদ -

*অয়েংবশিংগী ব্রাংঙুরোল :*

আর্টকী হীরমদি তাইবংমী অসিমক্লি।

আর্টকী পোথোক অমনা আর্টিষ্ট অদুদা ফাওরকপা অওইবৈ মশক্কী ব্রাখল ইহুল ফোংদোকই।

আর্ট হায়বসি অওইবৈ মশক (reality) বু লোন্দিননা মিংশেলদা মমি তাহনবা (mirroring) থবক্তা শিজিন্নবা শেমনিংবা মওংদা শেম্বা ঙম্বা খুৎলাই (plastic tool) অমনি। অওইবৈ মশক অসি মরম চাবা নত্রগা চাদবা (rational and irrational) ওইবা য়াই নত্রগা হেক্তা হকথেংনগী (formal ওইবগী) নত্রগা ফোংদোরকপগী ওইবা (expressional) ওইবা য়াই।

পিকাসসো - “ ঐখোযনা কিউবিজম হৌদোকপা মতমদা কিউবিজম হৌদোক্কে হাযনা চপযুংনা নিংখিবা অমত্তা লৈখিদে।ঐখোযনা পামখিবদি ইচম-চম্না ঐখোযদা কবি লৈবিবগে হাযবদু ফোংদোকপনি’।

(Cubism হাযবসি Pablo-Picasso অমসুং George Braque না হৌদোবকপা অঙনবা ২০শুবা শতাব্দীগী painting গী movement অমনি। মসিদা পোৎশকশিংবু geometrical shape শিং ওইনা যেকথোবকই।)

‘ আর্টকী পোথোক অমদা মদুবু শাগৎলক্লিবা মহাক অদুগী রাংঙ্গবোলগী মমি তাই, হার্যাববা মতম অসিমক্তদা লোইদুনা পুথোবক্লবা পোথোক অদুবু যেংলুবগা পোল্লকপা [illegible] শাক্ক (reaction) শিং অদুদনা অযেংবা মীশক অদুগী [illegible] মমি তাই ’

(পিকাসসো)

[illegible] মদা শোইনাইবা :

[illegible] (form) [illegible] (realism) [illegible] থাকহান্দ্রা

*মবন্নাইল্লিচৎনবা আর্ট (Individualistic Art)*

আর্ট অসিমক শমচৎ তম্বীবা (moral) নত্তে ; মসিনা খ্বাইগী উচল-উবাং (social frame) অমগী মনুংদা মথৌ তৌজবদসু, মসিদা চুম্মী, লাল্লিগী লমওনচৈশিং (criteria) থমদে; ইনৌ নৌনা শাগৎলকপগী ওইবা মফোংদোক (creative expression ) অসিনা থাজপবৈ (belief)শিং অমসুং থম্মোয় ঈহুলগী মমলশিংদা কথোকপগী থৌওং অমা ওইজববসু,

লমচৎকী থাক (moral standard) না আর্টতা চেল্লিবা ফজবোলগী ওইবা (aesthetic) অদুবু ৱাযেনবসু ঙমদে। ঙসিগী ওইবিবা সংসাব অসিদা অচুম্বা থিবা হাযবসি কনাগুম্বনা মহাক্কী মশা নত্রগা মথৱাই (self) অমসুং সংসাব অদুগা মহাক্কা লৈনবা মবি অদু থিবগা পুথোবকপা অদুনি। মসিনা মশাগী মবন্নাইগী ওইবা ৱাহন্থোকশিং অমসুং থেংনকুবগী ফংলকপা লৌশিংবু থি-হুম্বা অমা ওইনা মহৈ যাল্লকই অমসুং মসিদ নৌনা শাগৎলকপগী ৱাহন্থোক (creative meaning)শিংদা শিজিন্নবা পান্বে অদুমক কুপথনা থিগৎপা অমদুসু মনুং চনশিনখিবা যাই।

আর্টিষ্ট মশামকসি শন্না হাযববদা মশামক্কী পোত্থোক্কী সবজেক্ট মেটব ( হিবম মচাক) অদুমক্লি।

' আর্ট হাযবসি অচুম্বা নত্তে হাযবা ঐখোয লোইনমক্লা খংই। আর্ট হাযবসি ঐখোযবু অচুম্বা, যামদ্রবদা খংবা ঙমগদবা অচুম্বা অদুবু মশক খংহল্লিবা মীনম্বা অমনি ' পেল্লোপিকাসসো (The Arts -1923)

থাঙ্গৈশেংনমক আর্ট যেংননবগী অবেপ্পা লম্বী, অবেপ্পা ষ্টেন্দার্ডকী সেট অমসুং চপ হেক্তা চানববা ultimate formulae অমত্তা লৈতে।

আর্ট নৈনবকপদা, ৱাখল ফিবেপ (concept) মীবৎ-নাবৎশিং (attitudes) খুচংশিলশিং (approaches) অমসুং পুক্নিং ইহুলশিং (feelings) অসি - খন্নবা যাবশিংগী মনুং চল্লি।

অমগা অমগা হোদোক্নবগী খুত্থাংচৎফম (medium of communication) অদুনা থেংনবকপৈ লৌশিং (experience) অদুবু ফোংদোকপা অমসুং শিনলাংবদা মযাংলেন ওইনা মথৌ তৌই।

' ফোংদোকপা হাযবসিদা, ঐনা খনবা খুখনগি ওইনা হাযজবা তাববদি মীওই অমগী মমাযদা মিংশেলগুম মমি তাবক্লিবা নত্রগা তমথিববা হকচাংগী ওইবা শাথেক (violent gesture) অমনা নমথাক তৌদুনা ফোংদোক্লকপা অকনবা পুক্লিং ঈহুল (passion) অদু যাওদে। ঐগী পিকচবগী

ওইনা পুল্লপ চত্থবিক্লিবা খুশিন থৌবাং (whole arrangement) অসি ফোংদোক্লবখক্কী ওইবনি (expressive)নি। খুযেকশিং নত্রগা পোৎশকশিংনা কনশিল্লিবা মফম, মখোযগী অকোইবদা লৈবিবা অহাংবা চাংদম চান্নবসিং খুদিংমক্না শবক যাই।

(Henri Matisse. 1908)

' আর্টতা খুমাং চাওশিনবা (progress) হাযবসি পাকথোক শাংদোকপা (extension) দা যাওদে, তৌইগুম্বশুং পংখৈশিং খংবদদি যাওই। পেন্টবশিংনা মওং অমসুং মচুগী মবোলদা ৱাখল তৌই। চনগে খল্লিবা পাঞ্জল অদুগা থৌদোক নত্রগা মীশক অমগী মবমদা লিথোকপা ৱাবি মতেক মতেক অদুগী ওইবা অওইবা (anecdotal fact) অমা চনখৎপগা মবি লৈনদে। কনা অমত্তনসু মহাক্না শাগৎপা পাল্লিবা অদুগী মতৌখক তল্লোইদবনি।'

(George Braque. 1917)

## মহুৎশিন্না য়েকথোরক্লিবা মমিশিংবু ৱাহন্থোক লৈহন্না শিজিন্নবা (Interpretive use of representational image)

মথৱাই নুংঙাইতবনা লাকহৎলবা মীশক অমগী পিকচব অদু যেংবদা নুংঙাইবা পোক্তে। তৌইগুম্বশুং ঐখোযনা খমথেংলবা পুক্লিং হকচাংগী অবা অনং (agony) গী ৱাখল মওং অদুগী ৱাংমদা, অসিগুম্বা ' থীম ' অমবু যাওশিন্না থেংনকবগী লমখৈনুংদা ফোংদোবক্লিবা আর্টিষ্ট অদুগী মবুক্লিংগী ঈহুলশিং অদু যেংশিল্লুববদি, ফজবা লৈবম্বা থেংনবা ঙমগনি। ফজবা অদু লৈইশিং অমসুং শাওং-শাদা (shape) খোল্লে, (tone) অকুং-অবল (texture) অমসুং মচু (colour)বু মিৎশিং নাশিংনা শিজিন্নবগা শাগৎলকই। পুন্নমক্কী মথক্তা অমুক মসি আর্টিষ্ট অদুগী মশামক্কী যান্না মশাই মবন্নাইগী ওইবা থম্মোই ইহুলগী - নাশিং ঈহুল,(emotional

sensibility)শিংদু উথোরক্তুনা মপুম ওইনা পোথোক অদুদগী কাপথোরকপা মপা লৈত্রবা থম্মোই ঈহুলগী ওইবা, ফোংদোকপে গুন অমনা অমুক উহল্লকপনি। অসিগুম্বা মওং অসি পিকাসসোনা য়েকপা ' কপ্লিবা মকোক ' (weeping head) হাযনা মিংথোনবা লাইযেক অদুদা উবা ফংই।

*থম্মোয় ঈহুলগী শাথেক (Emotional Gesture) :*

আটিষ্ট অমনা মশাগী থম্মোয ঈহুলশিংবু যাকাইহন্নবগীদমক (অতোপ্পদগী) ঈথিল লাকপা মতম চুপ্পা ঙাইদুনা খক লৈথোক্তে, মশামক্লা অদুম কাইহৌজে। পুক্লিং ইহুলগী কনবগী চাং (Intensity of feeling) হাযবসি ব্রাহৈ অমবোমদা আর্টকী ওইনদি হৌবকফম (basic) নি।

আর্ট হাযবা অসি নুংঙাইবা পোকহন্নবগীদমক্তনি, তৌইগুম্বশুং নুংঙাইবা পোহনবগী মখল যাম্না লৈখ্রে। আইস ক্রিমগী ফোতোগ্রাফ অমা যেংবদা পোকপা পুক্লিংগী নুংঙাইবদগীদি আইস ক্রিম কপ অমা চাবনা হেন্না পুক্লিং নুংঙাই। (দৃশ্য অমগী পিকচব অমা যেক্লবসি, পিকচব অদু যেংবগা, অশেংবা দৃশ্য অদু যেংবগা কবম্বনা হেন্না নুংঙাই ?) অহেনবা খবদি লৈ, বাহৈ অমবোমদা হাযবগা, অশেংবা দৃশ্য অমগী অযেকপা লাই অদু যেংবনা অশেংবা দৃশ্য অদু যেংবদগী হেন্না নুংঙাইবা পোকই।

অথন্নবা পুক্লিং চংশিহনবগী মগুন লৈহল্লবা - আর্ট পোথোক অমনা পিবকপা নুংঙাইবা পোকপগী মগুন অদুনা পোথোক অসিতনা পিবা ঙমগদবা থম্মোয ইহৌ পোকহনবা - থেংনবকপে লৌশিং (emotional experience) অদু ওইনা নৈনৈ।

আর্টনা মী অদুগী মপুন্সিদা চৎখিবা মচৎ অদুগা মবি লৈনৈ অমসুং পুন্সি অদুদা যাওশিল্লুবা, থেংনকবা (experiencing) গী যুমফম ওইবা মচৎ (fundamental) অদুগসু মবি লৈনৈ।

'মসি তৌগদবনি, ওইগদবনি হাযবা অমা আর্টতা লৈতে, মবমদি আর্টতি মনিং তম্বনি।'

(Wasily Kandisky - 1914)

মনিং তম্বা ! কবম্বা ৱাখল মিযেংদা ? মসি মশা মথন্তা ফোংদোকচবগী ওইনা মথন্তা খংজবকপগী ওইনা, যাবিবমখৈ মতিক যাম্লা চাওবা অমসুং ৱাখল পাকথোকহনবনা (খ্বাইগী ওইনা চংনবা যাবা) যুমফম ওইহল্লগা মশাগী এক্সপবিএন্সপু মশাগী ওইনা অমগা অমগা মতেং পাংননা মওং তাহল্লকপগী হাযবদি ওর্গানাইজ তৌবগী ওইনা মনিং মখা তম্বা অদুনি।

*আর্টিষ্টনা ৱা ঙাংলি। :*

আর্টকী মবেপ লুথবা ৱাহন্থোক্তি আর্টিষ্ট অদুগী মপুক্লিং অমসুং থম্মোয ঈহুলগী খুফোং অমা ওইনা পেন্টিং অমা (নত্রগা অতৈ আর্টকী পোথোক অমবু) মনুং খংনা থাগৎলকপা (appreciation) গী থৌওংদা লৈ। আর্ট হাযবসি যাওকবৈ থেংনকবৈ ৱাখল মওং (experience) পু মেডিউম অমগী খুত্থাংদা অতোপ্পদা হোদোবকপনি নত্রগা লাপ্থোবকপনি।

আর্টপু মনুংথিৎনা উবগা থাগৎলকপা (appreciate) তৌবকপা হাযবসি মশা- মশাবু খংজবনি। আর্টকী খোংহৌবকফম (source) খংবা হাযবসিনা মসিনা মতৌ কবম্লা মীওইবৈ অবাৎপশিংবু মেনখৎনবা (পেলহন্নবা) মথৌ পাংথোকপগে হাযবদু খংবনি।

'অতৈ পোৎশকশিংগা লোইনবিবা অদুগুম ঐহাকসু পেন্টিংগা লোইনৈ থোংনাও অমগী মপান্দ ঐনা যেংথোকখিবা অদুমক ওইনা ঐনা থোংনাও অমা যেকই। হাংদোক্লবা থোংনাও অমনা পিকচবদা শোযনা উববদি ঐনা পর্দাদু চিংশিল্লি অদুগা থোংনাওদু থিংজিল্লি - ঐনা ঐগী কা মনুংদা হেক্তা লৈববদৌনা।'

(Picasso)

'মোর্দন আর্ট পুম্নমক তিবম অদুনা ওৎনৈবদগী হেন্না মবি লৈনবা নিংতম্বা (relative freedom) না তোপ-তোপ্পা মশক তাকই।'

' নাৎকী পুন্নাবিগী লিশাং শিংপদা আর্টনা উৎথোক্লুনা তাকখ্রে মদুদি মালেম পুম্বগী ওইনা চৎনবা ফজবা হায়বসি ফোর্মগী অখন্নবা মচত্তগী থোবক্কে, মসিগী নুংদা যাওজবক্লবা লৈনবা মাবগী নত্রগা লেংশিনবগী খুলেংশিন্দা যাওবা মশা খিংলবা তাম্বা (dynamic rhythm) অমসুং মওং (ফোর্ম) মশেল লৈনবা মহৌশাগী মবিদগী থোবকই।'

(Piet Mondrian -1945)

*মোদন আর্টনা করি হৌই ?*

কনটেমপোরেরি পেণ্টরশ না মবম লৈনা সবজেক্ট মোদ (হিবম মচাব) হুন্দোক্লবে।

পেন্টিং হায়বাসি মেনহৌজেগা মাঙ্গল অমসুং থকসি খাঁস থাকপগা মহৌ অদানি। (থকসি খাসিদা মচাবা মবম reason হৌই) মাহেন অমসু অচোবা মবম (reason, অদানি কান্না নাবিগুম্নদা হেক হেক হৌখাইনবকই।

অচাবা মবমগা, মাঙ্গলগা অমগা অমগা সাংত্রং পাংনবা শাথ্ক মাশিন্না তৌনবগা অশেংবা লৌনা শাগৎলকপগী মহৈ অমা থোবকই। থকসি খাসি নাইদ্রবা মাঙ্গলনা অচোবা মবমদগী তেম্না মপাঙ্গল কনখৎখিবা থাক্লগনা, এক্সোধনা অশোননা পেন্টিং থেংনগনি। অমুকসু মচাবা মবম (reason)না লাকশিনখ্রগনা আর্টকা পুক্ফোং মদু মোছিনা নম্না তৌগনি (mechanical ওইগনি) নত্রগা সেনতাগ্রফ অমসুম্না মলুৎশিন্না মশাক উৎলক্কনি।

*এক্সপরিএন্সনা আর্টকুম্না থবক তৌবকপা :*

এবষ্ট্রেক্ট আর্ট : মোদন আর্টকী মশক থেংকপা মচৎশিংগী মবক্তগী অমদি সংসাবগী মপাম্বোংদা উবিবা অউবা মশক আসবু হুনজেক্লুনা লাকপা

অদুগা ময়েক শেংবা ব্রাৎপা, লাকশিনবদা ব্রাবা খ্বাইদৈ হেন্না কুপ্পা মকুপ (subtle) অদু ফোংদোক্তুনা লাকপা অসিনি। থবক পরিং অসিবু (abstraction) হায়না কৌই। এবষ্ট্রেক্ত তৌবা হায়বসি লৌথোরকপা, চিংথোরকপা, খাইদোকপা অমসুং শুপচিল্লকপা হায়বনি। পোৎশক অমবু এবষ্ট্রেক্ত তৌবা হায়বসি অতৈশিংদুগী মচল অমা নত্রগা অনি, মরু ওইদবদগী মরুওইবদু তোখাইনা লৌথোরক্লগা পোৎশক অদুগী মনুংদা খেৎনবা/মান্নদবা লৈরিবশিংদু মশক থোকহনবনি। মসিদা পোৎ অদুগী মচি (essence) অদু শুংদোকপা নত্রগা মনিল ওলহল্লগা মহি অমুক ওলহন্দুনা (distillation তৌদুনা) লৌথোকপগী থবক অমা চংই।

রিএলিজম কদায়দা য়াওরিবগে হায়না থিরগদি এবস্ট্রেক্ত আর্ট অসি খংবদা ব্রাগদবা মাল্লি, তৌইগুম্বশুং আর্টকী পোৎথোক অদু যাওদবা পুক্নিংদা ফাওরকপা শক্তিশিংগী মনুংদগী খরবু হকথেংনববদি মসিগী ব্রাহন্থোক্তু মযেক শেংলকই।

*এক্সপরিএন্স :*

পেন্টিং অমা হায়বসি আর্টিষ্ট অদুগী মবুক্নিং অমসুং ঈহুলাশিংদা, অহিংবা জীব অমগুম মশাগী চাওবেপ তাল্লকই; লোইননা চাওবেপ তাল্লকলিঙৈগী তোঙান- তোঙানবা থাকশিংদা মহাক্কী আর্টকী থনক্কা মশাগা অমগা অমগা হোদোক হোজিন তৌনৈ (inter-act তৌনৈ)। মশাগী মশিল মুন্না খংদবা (Layman) অমনা কবিনোমা শাথেংনকরগা কবিনো হায়বদি ফোংদোকপা ঙমদে অদুবু ঙমদ্রিবদু কবিনো হায়বদু আর্টিষ্ট অদুনদি খংই। আর্টিষ্ট অদুনা মশাগী অশেংবা পংশা শাগৎপা ব্রাখল (fantacy) শিং, পান্দমশিং, অনিংবা-অপাম্বশিং অমসুং থম্মোয় ইহুলশিং মহাক্কী মেডিউম অদুগী খুথাংদা মনিং তমহল্লকই, তৌইগুম্বশুং মেডিউম অদুগী ওইনা মশাগী ওইবা পংখৈশিং লৈজে। অখন্নবা মেডিউম অমদা মহৈ য়াননা ট্রাসলেত তৌবা ঙমগদবা অমসুং ঙল্লোইদবা পুক্নিং ঈহুল কয়া অমসু লৈ। পংখৈশিং অসিগী

ওইনা খন্নকবদা, মাগী পোৎচাকশিং কবম্না হোংদোক্কদগে অমসুং পোৎচাক অদুনা মাগী খুফোং অমসুং মাগী খনথ্রবা ৱাখল (conception) শিং অদুবু কবম্বা মওংদা অদসু হোংনখিবা য়ায় হাযবদুসু য়াওনা আর্টিষ্ট অদুনা শোযদনা খংবা তাই।

মসি, নাকল অমদা লৈবিবা, মপান্থোংগী সংসাবগী পংখৈশিং নত্রগা আর্টকী মেডিউমগী পংখৈশিং অমসুং অতোপ্পা নাকলন্দনা, মশা মদোমগী ওইনা দবকাব ওইবশিং - অনিসিগী মবক্তা থোবক্লিবা উংখৎনবা অদুদা লৈবনি, অদুদগী পুন্সি অমসুং আর্টকী মকুওইবা প্রোব্লেম অমা থেংনবকই।

মসি থম্মোয ঈহুলশিংবুসু পেলহনগদবা অদুগা মেডিউম অদুগী দবকাব ওইবিবশিং অদুবুসু থুংহনবা অমুকসু পুক্লিং, ঈহুলগা ৱাখল-থৌবাং (idea)গা শুংজিনহন্নবা হোংনবা মসিদগী থোনকপা লোইশিন্নবদা ৱাগদবা নাথোক (problem) অসি পাক চাওথোক্লনা মিযেং অমবোমদা হাযবগনা কনাগুম্বগী নুংগী অৱাৎপাশিং মপুংফানা মেনখৎপা অদগা অমুকসু মপান্থোংগী সংসাবগী দাবীশিংবু মপুংফানা থুংহনগদনা অন আসদগী থোবকপা মতম চুপ্পগী ওইবা লোইশিন্নবা ৱাগদবা ৱাথোক (enternal problem) অদুনি। ৱা লোইশিন্ননবগী পান্থদি -শোন্থনা যাশিন্নবা (passive compromise) দা লৈতে, শাগৎলকপগী চুশিন্নহনবা (creative adjustment) অমা যৌবকপদা লৈ। আর্টিষ্ট অদুগী পোথোক অসি মশাগী ওইনা অমসুং অওইবগা নবি লৈনবাশংদগী ৱাংমদা লৈন। মইনা, অযেংবশিংগী ওইনা ৱাহন্থোকশিংনা থল্লি।

Paul Klee না হাযখিবগুম : ' চংজবক্লবগুম মাগী হকচাংনা দন্দবোৎ তাদুনা লৈজবিবা (চোকথমনবনা খবেক থবেক তাববা) ফিভম অদুগী তাযোন্নবদা, মীওইবগী ৱাখল থৌবাংনা মালেমগী অমসুং লাইগী ওইবা মফম থুংনা ওইনিংবা মওংদা হুৎচিন্দুনা চংশিল্লুবা ঙন্বা অসি মীওইবগী ট্রেজদিগী হৌবকফমনি। শক্তি অমসুং চংজবক্লবগুম তুশোন্না লৈবগী ফিভম, অনি অসিগী লান্থেং অসিনা খংহল্লিবসি মীওইবৈ ওইবা -লৈবা (human

existance) কী মনুংদা থোক্লিবা অমগা অমগা যানদবা (discord) অদুনি। তংখাইনা মছা পানবা ( মনিংতম্বা), তংখাইনা ফাজিন পুন্সিনবা মদুনি মী হাযবদু।'

*মোর্দন আর্টকী বেকগ্রাউন্দ :*

পেইন্টবনা নৌনা ফংলকপা অদু ফোংদোকপা যাবক্রুবা মতমদা হেক হেক মখোয অদুগীদমক অনৌ অনৌবা মওং (form) শিং শাগৎপা নত্তগা ফংনবা থিবা তাবকই। আর্টকী standard লেপলকপদা হাযহৌগদবা ব্রাফম অমা লৈ মদুদি মতিক মগুন লৈববা আর্টকী পোংোকশিংনা emotional experience কী যাম্না লুথববা মবেপ অদু শাক্ত লৈনা হোদোবকপা ওন্মী। মহৌশা লৈবম্ব' শিন অমগী sentimental ওইবা বাহল্লোক পিবকপা অমদা emotion গা idea গা লোযনমিন্নবা অসিগা মসিগা চপচানা খেৎনৈ।

*অয়েংবশিংবু তাম্বিবা :*

আর্টতা শাগৎলকপগা লোইননা যাওশিনবা, হকথেংনবা (experiencing) তৌবা হৈহনবা মহে লৌশিং পিবা মথৌ তাই। মসি আর্ট মখল অতেদস্নি।

*মিংশেলগুম্না পুন্সিগী মমি তাবিবা আর্ট :*

পুন্সিগী মমি তাহনবা ঙমদ্রবা আর্ট অদু মাইপাক্রুবা অমনি। পুন্সিগী মমি তাহনবা হাযবসি পুন্সিগী মতৌ চপচানা তম্বা (copy তৌবা) নত্তে। আর্টিষ্ট অদুনা ইচম চম্না মাগী মতমশিংগী ফোতোগ্রাফিক বেকোর্ড লৌশিনহৌবা অদুখক্তা তৌগদবা নত্তে। অহোযনদুম মহাক্কী পোত্থোক অদুদা মহাক্কী চক অদুগী খোংজেল (tempo) মীবৎ-নাবৎ (attitude), পাম্না নিংলুবশিং (aims), ওইনি-ফংনি খল্লুবশিং (hopes), ক্রক ক্রক চিংনখিবশিং

(tension), মাইপাকখিবা অমসুং মাইথিখিবা লোইনমক মমি তাহল্লি। পুম্ন মকসি মহাক্না মহাক্কী আর্টতা থাংজিন্দুনা থম্মী। মহাক মশামক খুন্নাই অসিগী মীওই অমা ওইবা মরমনা, মাগী খুন্নাইদুনা হুল্লিবা মীহুল অদু মহাকী খংলাক লাকপা লৌশিংগী খুথাংদা ওইনা ফোংদোকই।

আর্টকী পোৎখোকশিং অসি খুন্নাই অদুগী খর হেন্না নুংওনগনবা মীয়ামদুগী অয়াম্বা শরুক্কী পুক্লিং ঈহুল অমসুং খল্লকখিবা ৱাখলশিংগী লেংদবা রেকোর্ডশিংনি।

*থায়নগী মরমদা খংজিনবা :*

আর্টিষ্টশিংনা, অওইবমক, মহাক্কী মশাগী শাগৎলকপগী লাম্লেংদা থোক্লিকখিবা, শাগৎলকপগী ওইবা থেংনবকপশিংগী অচুম্বদু খুদুম চেংনা পাযবিঙৈদা, মাংদা চৎথ্রবা আর্ট ফোর্মশিং অদুনা ময়াই কনখৎহনবা পোৎশক (catalyst) অমা ওইনা থবক তৌরকই।

আর্ট হাযবসি, শাগৎলকপগী চংদযাদবা অমা ওইবগী, ফিভমনা য়াদদুনা ৱাখল খক্তগী ওইবা (abstract) গী মওং হেক্তা লৌবকই।

মোর্দন পেইন্টর অদুদি মশানা মশাবু হেন্না খংজে; মশাগী ওইবা পুক্লিং ঈহুলশিং অমদি অরাকপা বাখলশিংবু হেন্না খংই, মদুবু চাংযেং তৌবদা হেন্না মানং মখা তৌই, অমসুং মদুশিংদুদা হেন্না কনশিনবা শাফু পিশিল্লি। হাযবিবা মতাং অসিমক্তদা, হৌথ্রবা মতমগী আর্টিষ্ট অদুনদি মখোযগী আর্টপু শাগৎলকপগী মচৎ খংনা খংনা মহৌশাই মহৌশাগুম ওইহনল্লিংবা ৱাখললোলগী ইথিল চংবা পোৎশকশিংগা শম্নদবা ঙমদে অমসুং মোর্দন আর্টিষ্টনা তৌবগুম তোঙান্না খাযদোক্তুনা মখোয়শিংদুদা ৱার্ক তৌবসু ঙমদে।

থাইনঙৈদা ওইবকখিবা হোংলকপগী মখলশিংনা মতাং অসিদা ঐখোয়দা ইন্টরেষ্ট পিরিবসি খল্লকপা ৱাখলগী ওইনা য়েকথোরকপা (conceptual drawing) দগী ইন্দ্রিয়দা হেক্তা কাওরকপদু হেক্তা

য়েকথোকপা (perceptual drawing) দি হোংলকপা, অঙনবা নুংগী যুগ (palaeolithic)তগী রোমান ফাওবদা হোংলকপা, অমসুং বাইজানতাইশিং হায়বদি খর লুশিনবা অরোন অথুপ ওইনা লৈবা, হোংদোকপা য়াদবা রোমান ইমপয়ারগী মনুংদা লৈবা নোংপোক থংবা লম Byzantium গী আর্ট ফোর্মশিংদগীনা বিনাইসান ফাওবদা হোংলকপা অদুগুম্না সিম্বোলিক্তগী ভিজুএল রিপ্রজেনটেসনশিংদা হোংলকখিবশিং অদুনি।

হৌজিক মতমগী মহুৎশিন্না শক্তম্লাংদবা (non-representational) আর্ট অসিনা সিম্বোলিক আর্টকা খেংনবিবসি অহানবগী অসিনা খ্বাইগা মান্নদনা হেন্দোক্লবা ইন্দ্রিযদা লাই তোংদুনা লৈবগী লৈবাক (super sensory mystical realm) অমগা শম্নদবা তৌদবা, অদুগদি ইন্দ্রিয়দা থেংনরকপশিং (sensual experience) গা লোইননা থবক চথবা অসিগী মতাংদনি।

*হৌজিক্কী মতমদা আর্ট :*

এক্সপ্রেসননিজম : Odillon Redon(1840-1916)না sub-conscious হায়বদি জ্ঞানদি পিবকপা কানিনোদি খংদবা বাখলগী পাঙ্গলগী সংসার অদুগী মনুং চংদুনা থি হুমখি। অদুগা ইবম্মী - মহাক্না ফোংদোক্লি লিবা বিএর্লিতিদু মাগী মপুক্লিংগী মমিত্তা উবা ফংলে। বেদোননা মসিগী পাউখুমসি আর্টকী ওইনা মহাক্কী রাখলদা শাগৎপা মুর্ত্তি (imaginary)গী মনুংদা পিননবা হোৎনখি। Vincant Van-Gogh (1853-1890) না নিতিজাবগী থোক্লিবা দৃশ্যশিং উকবগা মঙোন্দা পোক্লকপা রাখল চৈথেং (reaction)গী মনুংদা, মহাক্না উখিবশিংদু, রাংনা মবন্নাইগী ওইনা সংসাব অসিগী রাহন্থোক ফোংদোকপা, থৌরগী ওইনা অর্থ হন্দোক্লম্মী (translate তৌবম্মী) লিবিকসকী ওইনা থবক তৌরমখি। অযেকপা লাইশিংদগী সবজেক্ট মেটবশিংবু পুংহুল হন্দোক্লম্না অমসুং লৈইশিং, মচুশিং অমদি অকুং অবলশিংবু মরু হকচিন্না শাগত্তুনা মতুং

লাক্কদৌরিবা আর্টকী স্কুল অদুদা মশক থোক্লা দান তৌরম্লা মীশক অমা হায়রবদি Wasily Kandislay (1866-1944) নি।

*পোষ্ট ইমপ্রেসসনিজম :*

Paul Cezzane (1839-1906) অসি ইহান হানবা Impressionist অমা ওইরম্মী। ইমপ্রেসসনিষ্ট অদুনা মশাই মবন্নাই ওইবা, থম্মোয় ঈহুলগীসু ওইবা থেংনরকপশিংগী অমসুং প্রকৃতিদা অমুক হল্লকপা অমগী মওংদা থবক তৌনরিঙৈ মতমদা, Ce'zzane না ৱাখল মওংশিং অসি শুংজিনবদা, চাওরেপ তাহনবদা অমসুং মরু হকচিনহনবদা মাইপাকখি। মহাক্না শাগৎলকপগী থবক্কী ময়াইচবুক (heart) অদু পেন্টিংদা থিখি। মহাক্না মহুৎ শিন্না শক্তম্লাংবগী ফোর্মশিং অদুদা ইন্টরেষ্ট লৌবদগী শাগৎলকপগী ওইবা ফোর্মশিংগী প্রোব্লেমদনা হেন্না মথৱায যাওখি।

*দাদাইজম :*

ওল্লিইঙৈগী দদাইষ্টশিংনা মতৌশা লৈজরম্লা পোৎশকশিংগী মগুৎ মশা, মশা মবেং তমাথোনা ককথৎপিখি, অনৌবা মর্মশিং অমসুং ইন্দ্রিয়গী মীহুলশিং (sensations) শাগৎখি অদুগা মখোল, লাংনা, আউতোমোবাইলশিং অমসুং নেডিওগী অনৌবা য়ুগ অমবু ফোংদোকখি। অসুম্না মখোয়না মোর্দন এজগী মখোং যাংবা (dynamism) বু হকথেংননা ফোংদোক্লম্মী।

*ক্যুবিজম :*

মখা তাবকপা আর্টকী থবক অর্থাৎ ১৯০৯দগী ১৯১১ ফাওবা চৎনরম্বা এনালাইতিক ক্যুবিজম হায়না খংনবা ক্যুবিজমগী ইহান হানবা স্টেজ অদুনি। থৌওং অসি, ফোর্মশিং অমসুং হেক্তা যেংবদা খংগদবা পোৎশকশিংবু খুগাইরগা পুংপাক পাকথোকপা (plane)শিং ওইনা ওন্থোকপা অমসুং অহাংবদা ইকোম কোম্না থল্লকপা অদুনা শক তাক্লকখি।

শন্দোকখিবা মাইকৈ অহুম (three dimensions)গী ওইবা অহাংবা অমসুং ইন্দ্রিযদা ফাওবকপা ঈহুলগী ওইবা মওংগা শন্দোকখিবা মাইকৈ অনি (two dimension)গী ওইবা পুংপাক পাকপা লৈমাইগা লৈনবা মবিদু খংহন্নবগী পান্থে অমা ওইনা সবজেক্ট মেটব (তিবম মচাক) শিজিন্নবম্মী।

ক্যুবিজমনা অসুম অসুম অহাংবদা বেক্তেংগুলাব প্লেনশিং অমসুং কাইআবোসক্যুবো (খব ঙান্থোকপা অমসুং খব মমশিনবা মচু) শিজিন্নদুনা ডিজাইন অদুমক ফোংদোক্লবগীদমক্তা হিবম মচং হুন্দোকখি। পিকাসসোগী থবক্লা ফগৎলকপগা ইবোইননা, মহাক্লা প্লেন ওইবা, খব হেন্না চম্বা লাইনশিং ইযাম যামদনা শিজিন্নখি অমসুং হেন্না কনখৎনা শিন্দোক-শিনজিন তৌববা ডিজাইনশিংনা শিজিন্নখি। ইপাক পাকপা লৈমাই (plane) শিং মযেক শেংনা মশক তাক্লকই; কাইআবোসক্যুবো তপ্না তপ্না লৌথোবকখি; পোৎশকশিবু অমুক হন্না পুশিল্লকপা অমসুং অকুং অবন্দা মবুক্লিং হেন্না চংশিল্লকখি। মসিনা অমুক পিকাসসোবু (Synthetic Cubism (1912-1921) হাযনা খংনবা মাগী আর্টকী মতম তাংকক অদু তান্না পুবকখি। পিকাসসোনা শাগৎলকপগী ওইনা থিজিন-হুমজিনলুবা অদুগী পাউখুম ফংলদুনা মহাক্লা মাগী মেডিউম ইবাই লাইনা খুর্জি পাযদুনা শিজিন্নবা ঙমখি। পোৎশক অমবু মবুক খাইদোক্লগা যেংবা (dissection) গী মহুত্তা মাগী শাগৎপগী ওইনা দবকাব ওইহনবদুগা মসিগা লৈনবিবা মবিদু হৌজিক মহাক খব হেন্না মযেক শেংনা খংলকলে অমসুং মানা নৌনা খংলক্লিবা অসিগী মতুংইন্না ইকোম কোম্না থবক চখবসু মহাক্লা ঙম্লকখি। ডাইমেনসন অহুমগী অহাংবদা শেমগৎ শাগৎপশিং (three dimensional space constructions), অকুং অবনগী মতৌ শিজিন্নবা অমসুং শেমদোক্লবা খোল্লে-খোন্দা (modulated tone) গী মহুত্তা মযেক শেংনা মচুগী এবিযা শিজিন্নবা অমসুং কানভাস থুংনা ডিজাইনবু হেন্না মশক থোক্লা কনট্রোল তৌবা পুম্নমকসিনি মহাক্লা চখখিবা।

*সরবিএলিজম :*

ডডাইষ্টশিংগী পোৎখোকশিংদা সববিএলিজমগী অহানবা মচাকশিং অদু হায়না মবা তাখ্রবনি। মসিবু ঐখোযনা অচাবা মবমগা চুশিন্নদবা ব্রাখল মমিশিং (irrational images) নত্রগা চুম্না খ্বাইগা ইতোৎ তোৎনবক্তুবা হিবম (subject)শিং পুনশিন্নবা অদুনি হায়না মশক তাকপা যাই। মসিগী পুক্লিংদা তাবা মমিগী লৌবকফমদি মঙ-হাশিং, যাই যাদে হায়বগী অথিংবা লৈত্রবা ব্রাখল মমিশিং, পুক্লিং খুৎশেম অমসুং অতৈ পাক্লং লকানুংগী খ্বাইগা মান্নদবা মশক (psychological phenomena) অতৈ অতৈনি। সর্বাবএলিষ্টনা ব্রাখল মমিগী নুংগী সংসাবগা ইন্দ্রিযদা ফাওবিবা মপান্থোংগী সংসাবগা অনির্সিগী থেৎনবা হেন্না কনশিলহল্লি। মহাক্না মাগী নুংগী মিৎনা যেংই অদুগা মদুদা উবকপা (খোবকপা) বাখল মমিশিং অদু প্রোজেক্ট তৌনবা হোৎনৈ।

মীনা মশাবু খংজবা চাওবাক্লা ঙমদে, অমসুং মাগী মবুক্লিংনা কবম্না থবক তৌবিবা অদুসু খংদে - মহাক তংখাই ওইনা মঙ-হা মানবা জ্ঞান মাংদুনা লৈবা তাইবং অমদা লৈ হাযবা ব্রাখল পোমিৎ অসিনা সর্ববিএলিষ্টকী খুফোংদোক্তা চৎনবা যাবগী গুন (validity)প। তৌইগুম্বশুং খুফোংদোক অদু মকওইনা লৌশিং তাববা যাকাইববা শাগৎলকপগী ওইবা থেংনবকপা(creative conscious experience)কা মবি লৈনহনগদর্বান অদুগা মমিগী ওইবা অওইবৈ মশক (reality)গী মহুৎশিনবা অমা ওইহল্লক্লোইদর্বানি। মাস মপুং ফাহনবদা সালবাদো ডালিদি মার্যাখি অদুবু জোআন মিবো পাউল ক্লি, মার্ক চাগাল্ল অমসুং পিকাসসোদ সবএবিলিষ্টগী মতম (phase)দা লৈবিঙদা ঙমখি।

সববিএলিষ্ট আর্টিষ্টনা মহাক্কী শাগৎলকপগী থেংনবকপা (creative experience) গী মনুংদা ওইবক লৈবকপা পুক্লিংলোলগী মচাকশিং (Psychological factors) যাওহন্নবগী লম্বী থি। মহাক্লা আর্টি

ষ্টিক এক্সপ্রেসনগী ওইবা পুক্লিংলোলগী হৌরকফমবু শিজিন্নে। ইনৌ নৌনা শাগৎপৈ লিচৎ চৎপা আর্টিষ্টনা মাগী মঙ-হাশিংবু কোপী তৌদে, মখোয়বু চুম্না শিজিন্নবদনি মরমদি মঙ-হাদা মীগী মবুংক্লিংগী নুংগী থবক তৌবিবা মওংদুগী মমি তাই অমসুং মঙ-হাশিংনা নৌনা শাগৎলকপা আর্টকী থবক্তা ঈথিল পি।

নৌনা শাগৎলকপগী থবক পবিং (creative process)কী চপচাবা পুক্লিংলোলগী ওইবা মচৎ তপ্না তপ্না হাংদোবকপা অসিতনি। অসুম্ন া হাংদোবক্নুনা উথোবকপা (revelation) অসিদা আউটোমিজম অমসুং সর্বিএলিজমনা মতেং পাংনবগী লম্বী থিবকই।

*আউটোমেতিজম (Automatism) :*

আউটোমেতিজম হায়বসি ইশানা তৌগে খন্দনসু মশামখত্তা অদুম তৌজনবকপা থৌওং (Involuntary action) না ভাকশেন্দনা লমজিং লকপা লাইযেক মখল অমনি। অসিগুম্বা মশা মদোম থবক তৌজনবকপগী খ ইনা ইনশিনবা নাহিলশিং অসি মদোম ওইনা মীনা পোথাবিদ্রে মতমদা থাইদ হৌনা তোমনা থোক্কাল্লি। কানভাস মথক্তা লৈইনাচংনবা নওংশাং খাংলক্লনবা, মচু হাপ্লক্লবা অমদি মিতম (image)শিং যেকথোনক্লনা থংইনা ইনাশল্লকপা অসি আর্টিষ্টনা থবক চথাবিদুদা চপচানা মশা মদোম তৌজনকপনি। অউটোমেতিক ওইবা থবাক্কি হায়বগসু মাগী পংখোং খোং হুনা শানবা (scribbing) নত্রগা পংযেক যেক্কুনা শান্নবকপা (doodling) অদু শোয়দনা ওইনা হায়বাদ লৈতে, তৌইত্তুস্বত্তা, মসি পংযেক যেক্কুনা শানবকপা (doodling) গাদ মান্নবা/তিন্নবা মওং যাম্না লৈ।

আউটোমেতিজমগী চপচাবী ওন্নতৈনবা অমা হায়রবদি, লৈইশংগা মওংগা লৈনবিবা মবিদু মীগী মনুংগী তাইবংপাননা চপচানা লেপথোরকপা নত্তবা চিংশিনবৈ শায় (gravity) অমসুং এতোমিক ষ্ট্রকচবনা লেপচবকপা ফোতোগ্রাফিক বিপ্রজেনটেসননি। আর্টকী তাইবংদদি, পেইন্টিং অদু মশক থোকতনবসি গ্রেভিতিনসু নত্তে এতোমনসু নত্তে। মসিদি হকচাংগী শাথেক,

লেং ওৎপশিং অমসুং ৱাখল মত্তা (idea)শিংগা ডাইমেন্সন অনিগী লৈমাইশিংগা interact তৌনবগী তাইবং অদুনি।

মোর্দন আর্ট হাবসি, মী খবনা লৌনবগুম, মকুদা - অথং অহৈগী ওইবা (intellectual) নত্তে, মসিদি খংলাক লাকপা লৌশিংগী ওইনা ফোংদোবকপা (intuitive expression) বু থিবগা পুথোবকপা অমসুং মযেক শেংনা লিক্লাই ওলহল্লকপা (crystallisation) নি।

*আর্টিষ্টনা কবম্মা থবক চৈথ :*

মা হায়বাসিনা মশাগী থবক্কী মনুংদা মশাগী ইথৌ নৌনা শাগৎলকই। মহাক্কী মহাক্কী খ্বাইদগী হেন্না মনুং চংশিনবগী মশাই মিৎসেল (self তা মশাগী) ফোংদোক্কনা হোৎনৈ। অদু [illegible] তৌবকপদা ফোংদোক্কবগী খুৎলাই চৎকম (medium of communication) মহাক্কী ওইনা চংদবা যাদে।

[illegible] (experience) [illegible] (vitality) [illegible] মতে ফোংদোক্কবগী পাম্বৈশিং যাওনা থাই।

ফোংদোকপগী ওইবা (expressive art) না মতৌ তম্বগী ওইবা (imitative) আর্টতগী হেল্লিবসি মতৌ তম্বগী আর্টনা মতৌ তমদুনা ফোংদোকপা ঙম্লবোইদবা পোৎশক অদু ফোংদোকপৈ ওইবা আর্ট অসিখক্তনা ফোংদোকপা ঙম্মী হায়বৈ মতাং অসিদনি : ইমিতেতিফ আর্টনা মওং (ফোম)শিংগী খন্ননিংঙাই ওইবা মপান্থোংগী অখন্নবা শকক (aspect)

অদুবু কোপী তৌই। হায়রিবা মতম অসিমক্তদা এক্সপ্রেসসিফ আর্টনা মদোম তাবা পোৎশক (individual object) অমসুং মালংপান (universe) অনিবু মপুম ওইনা পুল্লগা লেংওৎহন্দুনা অসুম থম্মী, অদুমক্তদা অনিসি পুন্না ফাজিন্দুনসু অদুম থম্মী। নৌনা শাগৎলকপগীসু ওইবা ফোংলকপৈ আর্ট (creative expressive art) না মেডিউম অমগী খুথাংদা অমসুং আর্টিষ্ট অদুগী, অমসুং ভাবোক অদুগী নাশিং ঈহুল (sensibility)শিংগী খুথাংদা তেংবানবা অসিবু শাগৎলকখিবা মাংলপানগী শক্তিশিং (cosmic forces) অদুবু ইনৌ নৌনা শাগৎলকই।

মী অযাম্বনা ৱাখল অমদা ইতাও তাওরিঙৈ মতমদা হেক হেক য়েক্লক-খোৎলকপা, করি তৌনিংদুনা তৌরিবনো হায়বদু ইখল খল্লুদনা, মদু করিনো হাযবসু থোইদোক্লা খংবা তৌদনা পংয়েক য়েকপা পংখোৎ খোৎপা doodle হায়বসি সাইকাত্রিষ্টশিংগী লাইওং লাইরম থিজিন্নবগী হিরম (subject) ওইদুনা লাক্লি। অসিগুম্বা doodle শিং অসি আর্টতদি মমল লৈ, মরমদি মখোয়না সব-কন্সিঅস এক্সপরিএন্স হাযবদি প্ল্যান তাবি তাবি তৌরিঙৈদা থেংনবকপশিং অদু ফোংদোকই।

আর্টকী থবক অসি অমগা অমগা মফম মওং চান্ন-চান্ননা পুনশিন্নবা অমনি অদুগা ডিজাইন(শাগৎলক্লিবা থৌরাংগী মওং নমুনা)দগী চিবম মচাক (subject matter) পু নমহাদুনা (arbitrarily) খাইদোক্লহনখিদে। লাক্লিবা পোমিৎ অদুদি হিরম মচাক শিজিন্নবসি অযাম্বা আর্টিষ্টশিংগী শাগৎলকপদা থেংনবা (creative experience) কী চংদ-যাদবা শরুক অমনি হায়না নাকল অমদা লৌনরিঙৈদা অতৈ খরনা থেংনবা অসি খংহৌদনা থক হেক্তা থেংনকুবা (incidental) ওইনা তৌবনি-থোইনা দরকাব ওইদবা অমনি হায়না লৌই। আর্ট অসি য়েলহৌঙৈগী ওইনা পুক্লিং অমসুং পুক্লিংদা ফাওবকপা ঈহুল অমসুং হকচাংগী পাউখুম (body response) অহুমশিগী পুনশিল্লবা থবক থৌদাং অমনি। মীপুম খুদিংগী ঈথিলগী হৌবকফম তোঙান তোঙাল্লি; অদুগা অয়েংবদুনা মেডিউম অমগী খুথাংদা আর্টিষ্ট অদুনা মাগী থেংনরকপা (experience) অদু হোদোক্লবরা হাযবদু ৱায়েল তৌই।

‘ পিকচর অমা হায়বসি হান্না ৱাখলনা খলদোক্লগা পুথোরকপা অমসুং হান্না লেপথোক্তুনা থমখ্রবা অমা নত্তে। মসি শাগৎলিঙৈ মতমদা আর্টিষ্টতুগী ৱাখল হোংলকপগা মসিসু হোংলকই।’

-পিকাসসো-

*হনটুইসন :*

‘ খংলাক লাকপা লৌশিং (intuition) হায়বসি খংলকপগী থবক অদুমক্কী য়ুমফম (fundamental)’দনি।

‘ মসি বাইও-সাইকোলোজিনা 'organising acting as whole' হায়না খংনবা অদুগুম্বা হকচাং, পুক্নিং অমসুং থৱায় মিরেল অহুমসি শৌজিন্নবা অদুনি।’ ‘ খংলকপা (knowing) গী মথাং (phase) অনি লৈ : অহানবদা Organisism (হায়বদি তোঙান তোঙানজরবসু অমগা অমগা মখা পোন্নবা কয়াৎশিং অদুনা পুনশিন্নরগা অমত্তা ওইনা লৈবা) অদুবু মপুমনি হায়না হেক হৌবকপদা খংবা (primal awareness); মসিনা মতম লৈবখিবিক্তা মাং থাদুনতা লৈবা ; অনিশুবদনা মসিগী হেন্না মরিক চুশিনবা লৌশিং কয়াৎ ইন্দ্রিয়শিংদা ফাওরকপগী অমসুং চিন্দ ঙাংথোবকপনা লিশিন্দুনা থমহৌবা (sense perceptual and verbal documentation) অদুনি।’

-(Herold Rugg, 1947)-

(Chapter VI, Foundation of American Education)-

Intuition হায়বসি হান্ননা মচেৎ ওইনা খংলবা নত্রগা মচেৎ ওইনা ফোল তারবা অদু করিনো হাযবদু ময়েক শেংহল্লকপা মনুংথিৎনা উশিনবগী নোংথাং অদুনি।

আর্টিষ্টতি অদুম থিদুনা লৈরি। মহাক্না পাঞ্জলফমশিং তম্না থবক তৌরি; অদুবু থিরিবা অসিনা মহাক্কী থবক অদুগী ফংগে নিংজবা পান্দমদি নত্তে।

'ফোর্ম অদুনা মপংওইবা মালংপান (Concrete Universe) অসিগী মতৌ তল্লবসু, তমদ্রবসু আর্ট হায়বসি শকমান্নবা (resemblance) অদুনি হায়না ইচম চম্না খল্লুবা থোক্লবদি মহাক শোয়রবনি। লুরিবা ফিভম অসিগী মরুওইবা ময়াই চবুক (heart) অদু মফম অসিদদি লৈতে।'

-Joan Bazaine-

' আর্টতা ফোংদোক্লিবা অদুনা লন্নাই ওইবা হেক হেল্লিবমখৈ, মসিগী খুন্নাইগী ওইবা মশক থোকপা ৱাহন্থোক চেনবা অদুসু মান্ননা হেঙ্গৎলকই। আর্টকী ওইনা দবকাব ওইবসি লন্নাইগা খুন্নাইগী হকচাংগা অনিগী মরক্তা খল মান্নহন্না থম্বদা মতেং পাংবদুনি। মসি করিগীনো হায়বদা আর্টনা ফুরুপকী ওইবা (national) আর্ট ওইবোইদবনি, তৌইগুম্বশুং লন্নাইগী আর্টনা অমা অদুখক্তা ওইবা ঙমগনি ; পোয়ত্রি হায়বসি ঐ- ৱাখল (ego)না ফবগী চাং লেপ্পা (standarization)গী মাইয়োক্তা লৈবকপগী খুলাই অদুনি।'

-Mata Echaurren-

*তাংকক অসিগী ৱারোইশিল :*

আর্টকী খোংহৌফম (basis) অসি মেছিন ওইনা হায়বদি তেংবানবা অসিদা লৈবিবা পোৎশকশিং অসি physics অমসুং chemistry গী ওইবা থবকপবিং প্রোসেসকী মহৈনি হায়না থাজবা থিওবি অদুগী মতুংইন্না ৱাহন্থোক পিরকপা (Mechanistic interpretation) অদু থল্লগা অমগা অমগা মখা পোন্নবা কয়াৎশিংনা পুনশিন্নরগা থবক হিংদুনা লৈহনবা অদুগী ওইনা হন্দোরকপা ৱাহন্থোক (organismic interpretation) অদুদা শাগৎলকপা চৎনবোলগী ওইবা অরুবা ৱাফম (formal problem) অদু খংবনি।

আর্ট হায়বসি থম্মোয ঈহুলশিং (emotion) দা য়ুমফম ওই।

শাগৎপা অমসুং খংদুনা নুংঙাইবা (creation and apprecia-tions) অনিমক মরুদা ইমান মান্নে, মরমদি ঐখোয়না থেংনরকপগী মতুংইন্না

ফোংদোবক্লিবা পোৎশকশিং লোযনমক, অনিমক্তা চপচাননা মকুওই (fundamental ওই), অসুম মখা চথবিবা অমসুং চাওবেপ তাল্লক্লিবা মকোই (cycle) অমদা মশা মদোমগা মেডিউম অমগা অমনা অমদা ঈগিল পিনবা (interaction between the individual and a medium) অসি চংদযাদবনি। নৌনা শাগৎলকপনা অযেংবগী মিহুলদা শকনাইবা মওং(concrete form ) পিবক্কে তৌবিঙে মনুংদা পুল্লপ ওইনা শাগৎলবা আর্টকী পোৎশক অমগী মনুংদা হান্না লৈবমলবা মবিদা appreciation না খুদক খুদক্কী ওইবা response, পিবিবমখৈ appreciation গী থবক্কা creation গী থবক্কা অনি অসি খেন্নবি। মিহুনশিং অসিনা control তৌবিবা কানভাস অমগী মথক্তা লৈবিবা পোচাক মচলশিং অসিগী লৈনবা মবিসি ৱাৎনা fix তৌই। অদুগা জুত চান্নহন্নবগী চথবকপা থবক পবিংদনা হেন্না fix ওই।

এপ্রেসিএসন অমসুং ক্রিএসন অনিমক, কনশিন্না শরুক, যামিন্নবা খংলম উবমদবা পুথোকপা (discovery) অমসুং লেপতনা চথবা থবক থৌওংশিং অমসুং চাওবেপ তানবা (growth) চেন্নবা থাক ৱাংনা শাগৎলকপগী থৌদাংশিংনি। অনিসিগী অমমন্না থবক অনিমক্তা যান্না হৈববা মাষ্টবসু ওই, নৌনা খোংদাবিবা (Novice) সু অনিমক ওই, নৈনবোযসু তল্লীবসু অনিমক ওই, থাক যৌবা ঙল্লবা (standard seter)সু - মখোযগী ৱাহন্থোক থিবিবসু অনিমক ওই, শাবা ঙল্লবা (builder)সু মোবামোত তৌবসু অনিমক ওই, অহলসু, নহাসু ওই।

মোর্দন আর্টিষ্টনা মশামক পুংতোন তোঙানবা পোজিসন অমদা লৈবা খেংনজবে মদুদি মহাক মখা তানা পেট্রোন অমগী মহাওগা চান্নবা চান্নদবা থিকুবগী মথৌ তাবক্তে। মহৈ ওইনা থোবক্লিবা পোৎথোক অদুদা মান্নবক্ত্রিবদু মযেক ফজনা শেংলে। মতমসিগী ফোংদোকপৈ মওং অসিনা মশামদোম (individual) দা মহাক্কী নুংগী তাইবংদা হেন্না কনশিনবা শাফু পিশিল্লি। মোর্দন আর্টিষ্টনা শাগৎলক্লিবা মথিবোং (content) অদুসু মতিক চাওই। মহৌশা লৈজবল্লবা তাইবংপানগী মপান্থোংগী ওইবা মশক্তা পিশিল্লম্বা

শাফু লৌথোরকপদা, মহাক্না মহাক্কী নুংগী তাইবং অমসুং মসিগী মতিংশিংদা অখন্ননা মবুক্লিং তাশিনবিগদবনি নত্রগা ফোংদোক্কদবনি হায়বগী ব্রাফমদি লৈতবা য়াই।

অদুম ওইনমক এক্সট্রেক্সন্নিজম, নন ওবজেক্টিভিজম, আউতোমেতিজম সবরিএলিজম, মেজিক রিএলিজম, সিম্বোলিজম অসিনচিংবা ময়াম অমা লৈজরবসু, মখোয়দা মরুদা চুম্বা অমদি ইমান মান্ননা লৈ। মখোয়সি মখল অয়াম্বা দীগ্রীদা মখল মখাগী লম্বীশিংদা মীওইবৈ নুংগী তাইবংগা, মাগী ব্রাখল থৌরাংশিং অমসুং পুক্লিং ঈহুলশিংগা মরি লৈনৈ; অমসুং মশাগী নুংগী তাইবং অসিবু ফোংদোরকপদা মীওইবৈ মচৎকী অমসুং খুন্নাইগী চিংখাইনরকপগী য়ুমফম ওইবা শক্তিশিং অদু আর্টিষ্ট অদুনা উহল্লকই অমসুং মহাক্না ফোংদোকপগী ওইবা খংন-খুদম (symbol) শিং শাগৎচৈ। ব্রাখল অমদা হায়রগা, ঙসিদি থাক ব্রাংনা মরন্নাই তানবা মাইওন (highly individualised trend) অমা লৈরে। পুন্নমক পাম্থে-পাওরৌগী ওইনা তৌবা পুক্লিংনা শাফোংলকপনি।

- ৬ -

# মোর্দন আর্টকী য়ুমফম

-OZENFANT-

*আর্ট, পোয়ত্রি অমসুং প্রোজ :*

রেনাননা য়ামনা চংখোন্না তাকপিরম্মী : ' মওংগা মথিবোংগা শেত্তোক্লবা য়াদ্রবা আর্ট অসি খক্তনা, মসিগী মপুম ওইবা মওং পুম্নমক্তা আঃ তুংগী চারোল ফাওবা মথং মথং খুত্থাংশিংনা খুশিন্নখিবা ওম্মী।'

পোয়ত্রি হায়বসি, থায়নঙৈ মতৌগুম, খনবদগী থোরকপা ৱাখল ঈথিল (idea) নত্রগা থম্মোই ঈহুলখক্তগী থৌইশিলগী ওইবা ফিভম মতাশিংবু লৌখৎতুনা মচুতানা লাম্ভোরকপা অদু মখা তানা তৌনরক্লে অদুগী মহুত্তা পুক্লিংদা তাবা মমিশিং, খোম্ভোকশিং, তালশিং, ইন্দ্রিয়দা ফাওরকপশিং অমসুং খনবদগী থোরকপা ৱাখল ঈথিলগী মচেৎ মকাইশিংগী মতিক মঙাল অদু ওইনা লৌখৎনরে।

ৱারেং লিচৎনবা (prosaic) হায়বসিদি মতম লৈবখিবিক্তা ৱাখলদা লৈ - মওংদা লৈতে। ' চানবিদুনা থাবিরকউ; ভাবা পিজখ্রে, টুথ ব্রস ৫০০০ নম্বর ৭২৭ ' মসি ৱারেংনি; ৱারেং লিচৎনবনি।

মচু তারবা ৱারেংদি কৈদসু ৱারেংলিচৎনদে; মচুতারবা ৱাখল ঈথিল (fine idea) অমা হায়বসি মতম লৈবখিবিক্তা শৈবেংলিচৎনৈ (poetic ওই) : মসি শোয়দনা চুম্মী মবমদি মসি মচু তাই। মতম অসিগী ৱাখলদি কুপ্পী (subtle ওই), অমসুং মসিগী ওইনা বাহৈশিং ফংননবগীদমক্তা লোলবু ময়া ফেংদোক্লুনা মওং শেমদোকই।

# মচুগী লাইয়েক (পেইন্টিং)

*ফোর্মুলা অসি য়েংসি :*

Epoch অমগী অচংবা = মতম চুপ্পগী ওইনা চংবা + হন্দক মরক্কী ওইনা চংবা + হয়েংগী ওইনা চংবা

মওংনা মপান্থোংগী ওইবা অওইবৈ মশক্কী মখা পোনবা অসুম অসুম হন্থরক্লে; ফোংদোক্লিবা অদুনা মদু ফংনবা তানবদা শিজিন্নরিবা পান্থে (means) অদুগী অচুম চুমদগী ৱায়েল তৌরে (justified the means)।

লম মচেৎ অমগী মিয়েংফম (Landscape) শিং অদু মথক মখা ওন্থোক্লে, মিৎপু নমথাক তৌনবা লৈতেং নত্রগা পোংশক খরনা মশক লোৎশিল্লে (camou flage তৌরে), অদুগা অঙকপা পুকোক মমিং অমা থাজিল্লগা যেংনিংবশিংবু য়েংহন্নবা উৎপফম ৱার্ক ট্রেক অদুদা খিনজিন্দুদা থম্লে। অসুম্না 'মহুৎ শিন্দনা শক্তল্লাংবা মচুগী লাইযেক (non-representational painting) ' হায়বদু তাইবংপান অসিদা পোক্লকখি।

' পিকচব অমগী হিবম অসি ' Cezzene না হায়খি-' মসিদা যাওরিবা শৈবেং লীচৎনবা (poetical or lyrical) গী মগুন অদুনি।' - ৱাহৈ পবেং অসিনা খুদিংমক শুগাইনা তাক্লবনি। অদুমক্তদা পুন্নমক চপমান্নবা, অসিগুম্বা খল্লুবা ৱাখল অসি থবক ওইনা থোরকহন্নবা করিগুম্বা মখল অমগী মওং (form) পুথোরক্কদবা লৈখি। হিরম লৌথোকখিবগী থবক তৌখিবসি পিকাসসো ওইরম্বা য়াই।

ক্যুবিজম হাযবসি মরি লৈনবা ফোর্মশিং ওইনা ৱাখলদা মরু হুল্লকপা পেইন্টিংনি। মবি লৈনবা ফোর্মশিং অসিসু অমুক মবি লৈনরিবা ফোর্মশিং অদুগা মরি লৈনবা করিগুম্বা অওইবগীমশক (reality) অমত্তনা লেপথোক্লকপা নত্তে।

ফেসন সো খুদিংমক্তা, মখোয়না মচু অমসুং মওংগী শুম্মৎনিংঙাই ওইবা নত্রগা পুংঙক ঙকপা চাংদম খেৎনবশিং (contrasts) উগনি। মদুনি আর্টিষ্ট শিংদগী পাল্লিবা, অঙকপনি! ইকুই কুইদ্রিঙৈগী মমাংদা টুপিশিংসি চাওদ্রিক চাওদ্রিক চাওরম্মী, অদুনদি হৌজিক্কী ফেসন ওইবা য়াবা মেদেলসি খন্নবদা টুপিশিংদু অপিক অপিকপনা ওইহনবা তারে হায়না লেপ্লখি। মসিদি ফজেহে অদুবু হয়েংদি অমুক মীনা নোক্লিংঙাই অমুক ওইরক্লনি। ফেসনগী মপাল তাংফমসি ঙকহনবনি আর্ট নত্তে।

পিকাসসোসু মতম লৈবখিবিক্তা ঙকহন্নবগী পান্বে থিদুনতা লৈখি। ঙকহনবা হায়বসি আর্টকী মনুংদা য়াওবা মচাক অমনি, মসিদা আর্টকী পান্দমফমদি ওইরোইদবনি।

সিম্বোলিজমনা সিম্বোলশিং শিজিন্নদুনা ঐখোয়গী হকচাংগী লৌশিং কয়াৎশিংদা মদোম তশেং তশেং ওইহনজদুনা লৈবগী মতৌ (objectivity) অদুবু মওং অমদা উহল্লি, ফাওহল্লি। সিম্বোলিজমসি থুনা য়ৌগদবা লম্বেল অমদি ওই অদুবু সুকশোই শোইদবী অমদি ওইদে : মসিগী ব্রাহন্থোক পিনবগীদমক মসিনা চৎনরক্লবশিংগী মখা পোল্লি; অদুগা অতৈ আর্ট অমা হেক্তা হায়রো, মদুদগী খর হেন্না কুপ্পা য়েংলিবা নত্রগা পারিবা মীশক অদুগী পুক্লিং খুৎশেম imagination) গী মখা পোল্লি।

‘ মঙ-হাশিং’ অসি লায়না পুন্নমক ফহনবা হিদাক (Panacea) অমদি নত্তে, অদুমওইনমক মঙশিংসি অতোপ্পা অওইবৈ মশক (reality) অমনি : মসি ফজবগা অথিবগা লোইনবা রিএলিতি অমনি।

*মেছিনগী মরমদা :*

মেছিনগী (mechanical) ওইবা পোৎশক অমনা করিগুম্বা মতাং খরদা ঐখোয়দা করিনোমা ফাওহল্লি, মরমদি শারক্লিবা পোৎশকশিংগী মওংশিং জিওমেট্রিক ওই ; অদুগা ঐখোয়না জিওমেট্রিদা ব্রাখলনা পাউখুম

পি। অসুম্না ওইবসি চিংননিংঙাই লৈতে, চৎনরক্লবা অখন্নবা রুলশিংবু থাক ব্রাংনা ককথৎপা খরা পাংথোকপদা মখা তানা মতেং পাংখ্রে মদুনা পুক্লিংগী নুংঙাইবা অমা ওইরকখ্রে হায়বগী পুক্লিং ইহুল অমা, অদুমক্তদা ঐখোয়না ঐখোয়গী লৈবা-ওইবা (being) বু ঙাকশেল্লিবা লোশিংবুদি ঙাক্লা চৎলে হায়বগী পুক্লিং ইহুল অমসু জিওমেত্রিনা ঐখোয়দা খংলাক লাকপা লৌশিং ওইনা communicate তৌরকই।পুম্নমক চপ মান্ননা মসিগী থম্মোয় ঈহুল ময়াই কাহনবা ঙম্বগী চাং অসি পংখৈ নাই।

লোলদা মাংখিবা খুদিংমক অমত্তা চুশিন্নদে, করিগীনো হায়বদা মসিগী মরম ঐখোয় করিমত্তা খংদে অমদি ঐখোয় ইশাবু ইমেজশিংনা লৌনমহনবা নত্তনা করিসু তৌবা ঙমদে। পুম্নমক পান্থে-পাওরৌগী পাওরৌ(metaphor ) ঙাক্তা ঙাই!

*সাইন্স : রেলিজনবু চিংনব : জ্ঞান*
*আর্ট : মশা মদোম লৌনমজবা*

*য়েংবগী আর্ট:*

মচু তৈবা হাযবসি ঐখোয়গী ইশক লোৎপনি : দ্রোইংনা ফাওদোকহন্দুনা শুম্বা (squeezing though) নি তৌহগুম্বশুং আর্টতি ফাওদোকহন্দুনা শুম্বগী ব্রাফম অমা ওইদে।

*মোদেলরশিং :*

মেথমেটিক্সকী constant শিং অসি মশা মদোম ইজিপ্টকী অমসুং গ্রীক্কী আর্টশিংদা চপমান্ননা ফজবগা লোইননা চুশিনজখি। মখোয়সি ঐখোয়ন ফজে হায়নরিবা প্রকৃতিগী পোৎশকশিংদসু পানশিল্লি। মদু হায়রগা হেক্তা আর্টিষ্ট অদুনা প্রকৃতিগী মচৎ-মওং (norm) শিংবু মশাদা ফাওরে অমদি

আর্টতা মখোয়বু শিজিন্নরে হাযনা লৌরগদ্রা ? ঐখোয় হায়বা ঙমদে । অদুম ওইনমক, ঈজিপসিয়ানশিং, আববশিং, পার্সিয়ানশিং অমসুং পিএরো-দেল্লা ফ্রান্সেশকো অমসুং লেওনার্দোগুম্বা বিনাইসান খরদি মেথমেতিক্সকী যুমফমদা মখোযগী আর্টশিং শাগৎখি অমসুং মখোযগী আর্টতা এবিথমেতিক্সকী ওইবা নত্রগা জিওমেত্রিগী ওইবা প্রিন্সিপলশিং পানশিনখি। নাকল অমবোমদা মোর্দনশিংনা অসিগুমবা প্রিন্সিপলসশিংবু থওইনদ্রবসু মখোয়দা পুক্লিং চংশিনবা ময়াম অমসু লৈবি। ( মখোযদু মোদেল্লরশিংনি।)

*পুংশেং শেংবা আর্ট :*

পুংশেংবা আর্ট হাযবসি পুংশেং শেংবা মশক (purity) ওইনা ফংলক্লিবা অদু নত্তে; ঐনা খংজবদা মসি পান্থেশিং শিজিন্নবদা খম থেংবা ইকনমী শিজিন্নবদগী পিথোবকপা খ্বাইদে বাংবা চাংগী হৈশিংবা, কনশিনবা অমসুং মগুন লৈবা আর্ট অদুনি।

## ব্রাংখৎনা থাঙ্গৎপা :

- (Elevation) -

মতিক মগুন লৈবা আর্ট হাযবসি অতৈবু ব্রাংখৎনা থাংগৎলিবা অদুনি। লেমহৌবিবা অতৈশিংদুনা মতম লেন্নবা পংশান শান্নবা (pastime) শিংনি, কবিসু লৈতবদা নিশা কাবনি, স্পিসিএলিষ্টশিংগী ঙমখৈ নাইনা নৌনা পুথোকপগী থবকশিংনি; অওইবমক্কী ওইনা চপচানা মকওইদবনি।

আর্ট খুদিংমক্কী মাষ্টবপিস খুদিংমক্লা ঐখোয়বু নুংঙাইহনবা যাই নত্রগা নুংঙাইহন্দবা য়াই, অদুবু মসিগী থিংবা ঙমদ্রবা শক্তি অদুবুদি ঐখোযবু ফাওহল্লি।

(Foundation of Modern Art তগী)

# ইরেসনেল ম্যান

(অচাবা মবমগা চুশিন্নদবা তাইবংমী)

William Barett

*এক্সিষ্টেনসিএলিজম থুংলৈঙে :*

ফিলোসোফি ( ব্রাংভুবোল) হাযবসি থব্রাইনা মুক্তি (salvation) থিবা অদুনি। মুক্তি হাযববিবসি প্লেটোনা মহৌশাই তেংবানবা অসিগী অব্রা অনং অমসুং ফত্তবদগী মনিং তম্লকপা অদু ওইনা ব্রাহম্হোক পি।

পোজিতিভিজমনা ইচম চম্না মতমগী মীনা মচেৎ-মচেৎ তানা ওইবিবা খুওই-খুলে অসিবু যাই অদুগা মসিবু কনখৎহন্নবা ফিলোসোফি অমা যুংখৎলকখি। মদুগী মহুত্তা এক্সিষ্টেনসিএলিজমনা মাইপাক্লবু ওইববসু পাক্তনবু ওইববসু মীওইবৈ অওইবৈ মশক (human reality) গী মশক পুম্নমকপু ' মী ' হাযবসিগী পুল্লপ ওইবা পিকচব অমা শাগৎলক্লবা তাশিন-খোমজিন্নবা হোৎনৈ।

মাক্সিষ্টকী মীনা থবক্তা হৈশিংবা জিবনি, মহাক মশামক খনগৎলবা শিন্মী মকুপ (collaboration) কী মীওই (collaborator) অমা ওইবক্লিবা ইতিহাস অদুদা ঐগীদি সিনি হাযবা লৈতবা (মীচং মীখাই নাইদবা) মওং অমগী ধর্মদা থাজপবৈ থম্বা থবক শুজবিবা অমসুং ইচম চমজবা শা অমনি

(Positivism - ভাবনা পংশা শাজিনবা নত্তবা, উব-খংলবা নত্রগা প্রমান তৌববা পোৎশকশিং অদুদা যুমফম ওইবা ফিলোসোফিগী সিষ্টেম অমনি।)

(Marxism - ইতিহাসকী ওইনা লাকপা অহোংবগী নাকন্দা ক্লাস-মশেল লান্থেংনবা (class struggle) হাযবসি শক্তি অমনি অমসুং কেপিটেলিজম অসি ক্লাস লৈতবা সমাজ অমসুং সমাজবাদনা শোযদনমক্কী মহুৎ শিনগদবনি হাযবা কার্ল মাক্সকী পোলিতিকেল অমসুং ইকনমিক থিওবিনি।)

মাক্সিষ্ট অমসুং পোজিতিফিষ্ট ওইবা মীগী লাইয়েক (পিকচর) অসি মরম অদুনা পাদ্রিক পাশিল্লকপ্রে অমসুং কা হেন্না চমথোকহনখে। অসিগুম্বা হেনজিন্না চমথোকহনখিবা অসিগী মাইয়োক্তা হৌরকপা লালহৌ অমা ওইনা existantial phylosophy না মী হায়বসিগী existance দা ইমম মমলিবা ৱাহং হংনিঙাই ওইরিবা পুন্নমক খংবা ঙমহনবগী থবক তৌরিবা মফম অদু তান্না চংশিন্দুনা মী মপুম (whole men) অদুগী মমি খুবাম চেৎনা পাইশিন্নবা হোৎনৈ।

*তিঙ্গা কোক্কা শাথেংনবা, লাইনিং লীচৎনা মরাইচায়থরকপা :*

হৌজিক্কী মতমদা লাইনিং লীচৎ (religion)না লৈখা তারক্লিবা/ মরাইচায়থরক্লিবা অসি ইচম চম্না লাইনিং লীচৎ হায়বসি কনামত্তনা য়েৎপিরক্তবা মী পুনফম (uncontested centre) অমা অমুক ওইশিল্লক্রে অমসুং মসিনা ' মী' হায়বসিগী পুন্সিগী লৈঙাকপা (ruler) হায়বদু ওইরক্রে অদুগা লাইনিংশঙ (চর্চ) না মহাক্কী (মীগী) ওইবা লৈবা (being)গী অরোইবা অমসুং য়েৎননিংঙাই লৈত্রবা ময়ুম অমসুং চংজফম (asylum, আশ্রম) ওইরক্রে হায়বদু তাকপনি।

*খুন্নাইবু অচাবা মরম নত্রগা লোজিক্লা*
*য়ুমফম ওইরগা শিল্লকপা খুশিলশিং।*
*(Rational Orderings of Society)*

থাদখিবা শেনফম অদুগী মথক্তা লাকপা শেন্দোংগী ওইজ ওইথক ফংবা বেলেন্স অদু উৎলক্লবা, পোৎথোকপু মবমচানা শিল্লাংদুনা শোয়দনা পুথোরক্কদবা থবক পায়খৎলিবা অমসুং অঙ্ক খোৎলিবা পুক্নিং অদু ওইনা কেপিটেলিষ্ট অদুনা লৌচা পথাপকী খুন্নাইদগী চোংখৎলকই। ' মী 'বু লৌ-শিঙ নত্রগা লমগী মমিনা ৹মথবিদুনা থম্বগা লোইননা লৌচা পথাপকী লীচৎ (Feudalism) হাযবসি মশক মওং নাইবা (concrete) ওইবা অমসুং শাগৎলিবা মচেৎশিংনা অমনা অমগী মখা পোন্নবা মপুম

(organic whole) অমা ওইবা মতমদা কেপিটেলিজমনা ব্রাখলতগী ওইবা পোৎশক (abstract)নি অমসুং মতিংদা অক্ক খোৎতুনতা লৈবনি অমদি ' মী ' হায়বসিবু মালেমসিদগী শেৎন-খাইনহল্লগা থম্বনি।

চাওখৎলে হায়রিবা মী অদু, কম্যুনিষ্টসু ওইসনু নত্রগা কেপিটেলিষ্টসু ওইসনু হৌজিকসু অদুম মী হায়বদুগী ব্রাখলতগী ওইবা মচেৎ মকাই (abstract fragment) অমখক্তা ওইদুনা লৈরি।

আমেরিকা মচা অমা ওইনা হেনবি জেমসদা ইউরোপয়ান সিভিলাইজেসনগী শুম্মৎনিঙাই ওইবা মগুন অমসুং চঙখোনবশিং অদু থেংনদুনা মুন্না মশক খংলুবদগী, মদুনা মাগী খুৎই পুম্নমক্কী অয়াম্বা শরুক্তা সেন্ট্রেল থিম ওইদুনা লাকখি। অদুগা মফম অসিদনা মাগী মীকুপ অমগী ওইনা খাংহায় খংজিন ওইনা লাওরকপা অমদা ইউবোপ লোইনমক্কী চীংলেল্লে অমসুং ফজবে হায়না তৌবিবা মতৌ অসি, মীওইবৈ নরক কোমগী মচিল মক্তদা মওং তাদনা ইরং লংখৎহন্দুনা মমল য়াওদবা পোৎনা লৈতেং ওইবা অদুগুম্বা ইউরোপয়ান লোইনমক্কী স্বরূপ কায়রবা শক্তম অমা ওইনা মাগী মবুক্লিংগী মিত্তা উহল্লকপগুম লাওরকখি।

মী মবন্নাই, মবন্নাইশিংবু খুন্নাইনা পিবিবা চংজফম মকোল অদুদগী লাক-লাক্তুনা লংশেকপিরকখি।

অদুদগী হেন্দোক্তুনা অঙম অথৌশিংতগী ওইনা ওন্থোকখ্রবা (bureaucratized তৌরবা), মরন্নাই মীশক নাইরক্ত্রবা মীয়াম খুন্নাই অমগী মরক্তা, ময়ুম লৈজদবগী, নাইতোম তবক তাবকপা নত্রগা মীতোপ ওইনা লৈরকপগী ' মী 'গী পুক্লিং ঈহুল অদু মপাঙ্গল কনখৎলক্লি। মহাক মশামক্কী মীওইবৈ খুন্নাই অসিমক্কী মনুংদা লৈনা লৈনা ফাওবা মহাক মশামকসি মীতোপ অমগুম মশাদা ফাওজবা তারকখি। মহাক অসি অহুমলক ওইনা ইস্থোকপিরে ঈশ্বরগী মফমদগী,প্রকৃতিগী মফমদগী, মহাক্কী দরকার ওইবা মখে পিবিরিবা খুন্নাইগী খুজু খুলাই অদুদগী ইস্থোকপিদুনা মীতোপ অমা হায়বদু ওইরে।

তৌইগুম্বশুং অতে অদুনসু মদু তম্না চংশিন্নরকল্লিবা, নাইতোম তাহনবগী নত্রগা মীতোপ ওইহনবগী খ্বাইদৈ ফৎত্রবা অমসুং অরোইবা মওংদি মী মশামকসি মশামক্কী ' মশা ' অদুদগী ইম্থোরল্লবা অমা ওইরকপসিনি, মী অদুগী ওইনা মহাক্লা অহেনবা তান্নদুনা মশাগী অখন্নবা খুন্নাইগী থবক পাংথোকপা অদুখক্তা দরকার ওইবা খুন্নাই অমদা, মী হায়বসি মাগী থবক অদুনা মশক তাক্লরক্লে, অদুগা মাগী ওইবা লৈবা (being)গী লেমহৌরিবশিং অদুনা হেক ঙম্বমখৈ য়াম্না ফজনা, মহৌশাগী ওইনা লৌশিং তাবগী থাক (consciousness) কী লৈমাই অদুগী মখাদা থাদবিখিদুনা অমসুং পুংকাও কাওথোকখিদুনা হিংহল্লি।

*সাইন্স অমসুং পংখৈ নাইবগী মওং :*

হৌখ্রবা, পুৱারিগী ওইনা চুম্বা ৱাকম লোইনমকসু এক্সিস্টেনসিএল ফিলোসোফিগী থীম ওইরক্লে। ফিলোসোফি অসিদা মশামক্কী পুৱারিগী পল্লুং তম্না চৎখিগদবা মাইকৈদা মমায় চুমথোক্লবগী পাম্বৈ থিদুনা মতমগী মরমদা মথন্তা চিংনবা, ৱাহং হংজবা অদুসু মশক নাইনা ফোংদোকই। তশেংনমক, এক্সিস্টেনসিএলিজমগী খংবদা ৱাবা ৱাফমশিং অদু পুৱারিগী ওইনা ফিভম মত্তা অসিদগী তোপ্পা তাহনল্লকপসিদগী অমসুং চান্নরম্বদগী য়েংথিনরকপা অসিদগী মীওইবৈ পুন্সিগী তাংদাংবা লৈজদবা অমসুং তেক্কন-কাইগনবগী মওং ওইবা, existance কী মরেপকা শাথেংনরিবা অচাবা মরম (reason)না মপাঙ্গল শোন্থরকপা, তিঙ্গাকোক (nothingness, শুন্যতা)না কিহল্লকপা অমসুং কিহল্লকপা অসিগী মাইয়োমক্তদা মশা মরন্নাই (individual) অদুগী তরক তাবা অমদি চংজফম লৈত্রবা ফিভম অদু হাংদোক্লুনা উখোবকই।

পনখৈশিং অমসুং লমখৈশিংবু মশক খংলকপা অমা হায়বসি পাঙ্গলনা কোকচিক্লা ৱান্নরক্কদবদগী কনবা ঙমগদবা অমত্তা ঙাইরবা পোৎশক

অমা ওইবা য়াই। মপুংফানা অচাবা মরমগী য়ুমফমদা শাগৎলকপা শারং (completely rational structure) অমগী মনুংদা অওইবৈ মশক (reality)বু খাজিন্দুনা থম্লিংখিবা হেগেলগা ব্রাখল মান্নদনা চহিচা অমগী মমাংদা কিএরকেগ গার্ডনা মীওইবৈ ওইবা লৈবগীদমক ওইথোকপা য়াবা পোৎশক নত্রগা কয়াৎ কাংলুপ অমনা অপুনবা অমা ওইনা থবক তৌমিন্নবৈ মওং (system) অমত্তা লৈতে-হায়খি। ঙসিদি অসিগুম্বা সিষ্টম অসি অঙ্কগী ওইনসু, লাই-লৈতবৈ মতৌ অদুগী ওইনসু ওইথোক্লিংঙাই ওইদ্রে।

আর্ট হায়বসি মতম তাংকক অমগী পুন্সিল্লবা মঙ অমনি; মঙ অসিদা উবা ঙম্বা মিৎ ঐখোয়দা পাল্লবদি মতম অসিগী মাইথোংদগী মীগী মচৎ খংবা ঙম্বা আর্ট (physiognomy) অমা খ্বাইদৈ হেন্ন ময়েক শেংনা খোংগুল লিবা ঙমগনি।

## মোর্দন আর্টগী টেষ্টিমোনি :

### (সাক্ষি জবান)

মোর্দন আর্টপু মপুম অমা ওইনা লৌরগা মসিগী মবমদা অমত্তা ওইনা পুনশিল্লবা জ্ঞান ফংগে হায়না হোৎনরিবা মহাক অদু তিংখংগী মোশোং অমদা তাশিল্লুবগী য়ামনা হৈনদবা ঈহুল অমা থেংনদবা য়াবোই।

মোর্দন আর্টনা ইচম চম্বা সিতিজেন অমগী, মশানদি সুকখং খংজদবদা অপাৎপা মফম নত্রগা অপাৎপা মফমশিং কয়া মকমদা হয়িং ওইনা তোংশিল্লি। মোর্দন আর্ট থেংনরুবদা মঙোন্দা হৈনদবা হাক্কচবা অদুক্কী মতিক পোক্লিবমখৈ, মহাক, মহাক্কী মশা অমসুং মাগী সভ্যতা পুন্নমক আর্টিষ্ট অদুগী খুউৎ অদুদা উৎতুনা খংহল্লে হাযবা অচুম্বসি লান্না লমজিংনবা হেন্না হেন্না হোৎনরক্কনি।

হেমিংৱেগী ষ্টাইলনা মায় পাকখ্রিবা অসি কনাগুম্বনা শেংনা মশাগী ঈন্দ্রিয়দা ফাওরকপা অমসুং মপুক্লিংদা ঈহুল ফাওরক্লিবদু করিনো হায়বদু উননবা ' এবসট্রেক্সন 'দা অহোংবা অমা পিবা ঙমখিবসিনি।

এক্সিষ্টেনসিএল ফিলোসোফিগী ফোর্মুলা পুকথোত্রিঙৈ মমাংদা ফাওবা মীগী মরমদা খনবা অনৌবা অমসুং হোংদোকপা পাম্না খন্নরিবা ৱাখল অমা মতম তাংকক অসিগী মনুংদা থবক্ চথবা হৌরকখ্রে হায়বা মোর্দন আর্টতগী ঐখোয়না খংবা ঙম্মী।

মোর্দন আর্টকী মনুংদা খ্বাইগী ওইনা য়াওনরক্লিবা মশা মশাই ৱাখল মিয়েংদগী ফিরেপ লৌনরকপা (subjectivity) অসি মোর্দন সোসাইতি অসিগী মনুংদা পুন্সিবু পাকথোক চাওথোক্না মপান্থোংগী ওইবা পোৎশক ওন্থোরকপা (externalization) অসিনা মাংহল্লম্বদু ফুগৎনবা পুক্নিংলোলগী ওইনা লৌবকপা ক্ষেতিপুরন (Psychological compensation)নি অমসুং এক্সতরনেলাইজেসন অসিগী মাইয়োক্তা শাফু কল্লবা লালহৌ হৌরকপনি। মোর্দন আর্টিষ্টনা য়েকথোরক্লিবা তেংবানবা অসি এক্সিষ্টেনসিএল ফিলোসোফরশিংগী হীরি কোনফম ওইরিবা তেংবানবা অদুগা মান্নৈ। করম্না তেংবানবা ? মদুদা মীনা শকখংনদবা মীতোপ অমা ওইরবা তেংবানবা অমা।

পুংপাক পাকথোকহন্নরকপগী খ্বাইগী ওইবা থবকপরিং অমা লৈ। মদুগী অখন্নবা কয়াৎ অহুম পনবা য়াই :

১। পিকচর অদুগী অতেম্বা লৈমাই (লৈই) অদুগী মথক্তা অতেম্বা লৈমাই পুন্নমক পুংপাক পাকথোকহনখিবা।

২। আর্ট অমসুং লেটবেচরদা য়াওবা ' ক্লাইমেক্স 'শিং পুংপাক পাকথোক্লরকপা।

অহৌবা, ময়াই অমসুং অবোইবা হায়বা অমা লৈতবা অদুগুম্না

মখল অদুনি ষ্ট্রকচব যাওদবা ষ্ট্রকচব। মসি তম্না মোর্দন লিতবেবি ব্রার্কশিংনসু পান্দম্নবক্নি; মসিগা মান্নবা মওংদা, পেইন্টিংদা মাংগী লম (foreground) মযাইগী লম (middle ground) অমসুং মনিথংবা লম (back ground) হাযনা খাইদোক্কদবা লমখাযনফম মযেক শেংনা লৈনবক্রে।ঈশৈদু থক হেক্তা শকপা হৌবকই, অদুম চথৈ অদুগা খাংলেপ লেপখি।

৩। অমুকসু মমলশিং (values)বুসু পাকথোহন্নবক্নি। অওইবসি থংগে হাযবর্বদি পেইন্টিংদা পোংশক অচৌবগা মচাগা মমল চপমান্নবগুম থম্নবকপা মতাং অদুদগী ইচম চম্না হেক্তা হৌবা যাগনি।

নোংচুপলোমগী আর্টতা কামখৎলম্বা মমলগী নুংশিৎ থাদোক্লখিবা (হন্থহনখিবা) অমসুং পুংপাক পাকথোকহনখিবা অসি লমচৎ শাজৎলোলবু সুকথা শাজদবা (ethical nihilism) অদু উৎপনি হাযনা হেক্তা লৌগদবা নত্তে। মদুগী পুবা ওন্নতৈনবদা ওইবা লৈবা (existance)কী থনজেকপিববা মচাকশিং অদুদা ঐখোযগী মিৎ পাংথোক্তুনা যেংবদা আর্টনা ঐখোযবু মপুং হেন্না নত্রগা ব্রাৎনা ফাববা তাইবংপানগী নুংঙাইববা কুম্মৈ অমা তম্না লমজিংবিবকপা যাই।

Jasper গী ব্রাঙাং শিজিন্নববদি 'মোর্দন' লিতবেচবনা খমথেংলবা ফিভম মত্তা (extreme situation) শিংগী লিতবেচব অমা তম্না চংশিন্নবক্নি।' মসিনা ঐখোযদা উৎলিবসি পুন্সিগী নিতিজাবগী থৌগাইদা লিংথোকফম অমত্তা অসুক্কী মতিক লৈতবা, অমোৎ অকাই অসুক্কী মতিক থিদবগুম তৌবিবা, নিতিগী তৌদুনতা লৈববা থৌগাইশিং অদুসু বাহং পাওহংদঙৈ অসুক্কী মতিক যাদুনা লাকপগুম তৌববা পুম্নমকসিগী ওইনা মথম্মোয থেমজিনবগী লম্বী লোইনা ককথৎপিখ্রবা, খাংবা ঙম্বগী পংথৈ লান্থোক্কদৌববা ( কোনথৌবি মতোন্দা যাল্লবা ষনগুল্লবা) 'মী' অদুনি।

# নোংচুপলোমগী চৎনরক্লবা নাৎতা

## এক্সিস্টেন্সিএলিজম

*হিব্রাইজম অমসুং হেল্লেনিজম :*

হিব্রুশিংনা শাজেন (practice)কা মরি লৈনৈ অদুগা গ্রীকশিংনা লৌশিং (knowledge) গা। চপচাবা নত্রগা অচুম্বা লিচৎকা হিব্রুশিংগা য়ৌশিন্না মরি লৈনৈ; চপচাবা নত্রগা অচুম্বা ব্রাখল খুখলনা গ্রীকশিংগা।

*লাই থাজবা (faith)কী ওইবা হিব্রুগী মী :*

'লো' হায়বসি অওইবমক্কী ওইনা হিব্রাইজমগী ময়াইচবুক্তা লৈতে। ময়াইচবুক্তা লৈরিবসিদি লো অদুগী শাগৎলক্লবগী ব্রাখল ময়োলশিং অমসুং যুমফম অদুনি। মসিবু য়াওদ্রবদি খ্বাইদগী হেন্না ফরিসিশিংগী ওইবা চৎনরক্লবা নাৎতা ফাওবা 'লো' হায়বসি ইহাং হাংবা কুয়োম নত্তনা অতৈ করিসু ওইরোই।

( ফারিসিশিং হায়বসি যিহুদিশিংগী শাগৈ নত্রগা সমপ্রদায় অমনি। নুমিৎ খুদিংগী ওইবা পুন্সিগী কুপথবা ব্রারোলশিং য়াওবা রুলশিংগা কনশিন্না মরি লৈনবা, প্রোফেৎ মোসেসনা য়াৎলম্বা কাংলোলশিংবু য়াম্না চেকশিন্না ব্রাহন্থোক পিবা কাংবুনি।)

*অরনোন্দনা পিরম্বা মরূদা খেৎনবশিং :*

১। হিব্রাইজমগী ফিদমনিংঙাই ওইবা,(ব্রাখল মপুংফারবা) মীশক অমা হায়রবদি মহাক অদু থাজপরৈ লৈজবা মীশক অদুনি।

২। থাজপরৈ লৈজবা মীশক হায়বসিনা মশা পুল্লপ ওইনা শকওং নাইবা মীশক (concrete man) হায়বদি উনরবা খংনববা মীশক অদুনি। হিব্রাইজমনা তাইবংপানগী ওইবা অদুতা খন্নবা (universal) অমসুং মচি খক্তা লৌখৎনবা (abstract)কী মফমদি হন্না ফাওবা য়েংদে; মসিগী ব্রাখলদা

মতমচুপ্পা উরিবদি শক্লাইবা (খংন-উনরবা) অখন্নবা, মরন্নাই ওইনা লৈজবা মী অদু খক্তনি। নাকল অমরোমদা, গ্রীকশিংদি পুব্রারিগী মনুংদা অহানবা ব্রাখল খনবা (thinker) শিং ওইখি; মখোয়না 'তাইবংপানগী ওইবা (universal), পুক্লিং ব্রাখল খক্তদা লৈবা ব্রাখল মচি (abstract), মতম নাইদনা লৈরবা মচিশিং (timeless essences), মওংশিং (forms) অমসুং ব্রাখল যৌরাং (idea)শিং পুথোকখি।

৩। গ্রীকশিংগী ওইনা মখা তারক্লিবসি বুদ্ধিগী লম্বেল অমা ওইনা সংসারগা মরি থদংনবা (detachment) দা মপুং ফারবা ব্রাখল চেনবা নত্রগা ফিদম অদুনি। লম্বেল অসিদি ফিলোসোফর খক্তনা চংপা ঙমগদবা লম্বীনি। Theory হায়বা ব্রাহে অসি গ্রীকলোলগী Verb- 'Theatai' হায়বা ব্রাহে অদুদগী লৌরকপনি। মসিগী ব্রাহয়োক্লা য়েংবা অমসুং উবা, খংবা হায়বনি অমসুং মসি theatre হায়বা ব্রাহে অসিগীসু Root নি। থিয়েটর অমদা ঐখোয় ইশামক্তি চেন্নরুদবা এক্সন অমগী অয়েংবা ঐখোয়না ওই। মসিগা ব্রাহয়োক মান্ননা ' থিওরি' হায়বসিদসু চপমান্ননা থোকই।

হিব্রুশিংনা কনশিন্না থল্লিবসি মসি তৌরগে খন্না লেপ্পা (commitment), কনশিনবা ইহুলগা লোইননা ' মী 'না মশামক্কী শিবা নাইবা থব্রায় (খুদক্তা শদোং অমসুং থব্রায় মিরেল ওইবা)গা লোইননা, মাগী মচা মশু, ইমুং-মনুং, ট্রাইব অমসুং তাইবং মপুগা লোইননা পুন্সিদা গরুক য়ামিন্নবা হায়বসিদনি।

৪। লেংদবা(eternal) হায়বসি খংবা ঙমদবসু য়াবা,তমথিরবা তাইবংমপু অদুগী মশাই ওইবা মগুন্দা য়াওশিনখিবা অদুখক নত্তনা, মসি হিব্রুশিংগী ওইনদি মমি শামি তৌবা ব্রাখল মওং (shadowy concept) অদুমক হেন্না ওই। গ্রীকশিংগী ওইনদি, লেংদবগী মতৌ (eternity) হায়বসি করিগুম্বা অমনি। করিগুম্বা অদুদা ' মী' না শেম শাদুনা লৈ অমসুং মশাগী পিথোরকপা লৌশিং(intellect)কী খুথাংদা লেপ্পা লৈতনা চংশিন্দুনতা লৈ।

৫। গ্রীকশিংনা 'লোজিক' পুথোখি। মীবু ব্রাখল খনবা নত্রগা অচাবা মরমগী ওইবা শা (rational animal) অমা ওইনা পিরিবা মহাক্কী (definition) অসি লাইরিক্কী ওইনা হায়রগদি লোজিক্কী ওইবা শা নত্রগা (Zoon logikon) হায়বনি। খরগা অমুক হেন্না লাইরিক্কী ওইনা ব্রাহস্থোক পিরগনা মাগী 'লোল' লৈজবা শা হায়বনি, মরমদি 'লোজিক' হায়বসি গ্রীক্কী verb-'legein' হায়বা ব্রাহৈ অদুদগী লৌরকপনি; মসিগী ব্রাহস্থোক্লা ব্রা হায়বা, ঙাংবা নত্রগা ব্রাঙাং (discourse) হায়বনি।

হিব্রুশিংগী ওইনদি লোইনরকপা লৌশিং (intellectual বুদ্ধি)গী ষ্টেটস অসি ইপং পংজবা, খন্নরিবা ব্রাফমদুগী ময়োন্দি ইশোক শোক্তবা, জোবনা চক্রি য়েৎনবা মরুপ মপাংশিংদা চাওথোকপগা লোইননা চবেং চবেং পংঙাংদা ঙাংবা ঙমবদুগী মরৌশিং ওইনদুম খুদম পিবা য়াই।

## গ্রীক্কী ওইবা অচাবা মরম:

-(Greek reason)-

সাইকোলোজিগী ওইনা হায়রবদা প্লেটোগী ' থিওরি ওফ আইদিয়াস' গী ব্রাপুথোক অসি ইন্দ্রিয়দা য়াওরিবা অওইবৈ মশক (sensory reality) অদুদা পিরম্বা হকচিনবগী মহক (weight of emphasis) অদু অহেনবা ইন্দ্রিয়দা ফাওবা অওইবৈ মশক (supersensory reality) রোমদা হোংদোকখিবা অদুনি।

ওইবা লৈবা (existance) গী ওইনা তৌবগী মহুত্তা মচি (essence)গী ব্রাংউরোল অমদুম ওই। আর্টিষ্টকা ব্রাখল খনবা হৈবা (থিংকর)গা কনানা হেন্না মগুন চাওই ?

*খৃষ্টিয়ানশিংদগী লৌরকপশিং :*

থাজপরৈ অমসুং অচাবা মরম (faith and reason)

থাজপরৈ হায়বসি থাজপরৈনি, তিঙ (vital)নি, শুগাইনা তাক্লিংঙাই ওইদবনি। (হায়বদি মসিদা লোজিক, রিজন পুশিন্দুনা নৈননিংঙাই ওইদবনি।)

থাজপরৈগা অচাবা মরমগা অনিগী মরক্তা য়ান্নদ্রিবসি মতিংগী ওইবদুগা অচাবা মরমগী ওইবদুগা(vital গা rational গা)অনিগী মরক্তা য়ান্নদ্রিবা অদুমক্নি।

শিরবা মতুং হিঙ্গলকপা (resurretion) গুম্বা অঙকপা থৌদোক (miracle) অমনা ইচম চম্না প্রকৃতিগী মথং মনাও নাইবা মচৎপু চয়েৎনহল্লকই অদুগা লাইগী শাইওন (incarnation)না, নাকল অমদা, লোজিকপু চয়েৎনহল্লকই।

' তাইবং মপুগী মচানিপাদু পাঙ তিংখি ; মসিগীদমক ঐহাক ইকাইবা পোকচৈ মরমদি মীশিংনসু মসিগীদমক ইকাইবা পোকফম থোকই। অমসুং তাইবং মপুগী মচানিপাদু শিখি; মসি ষেশা উপাই তৌদুনা থাজগদবনি, মরমদি মসি নাতৈ-নওং চাদবা (absurd)নি। অমসুং মহাকসু ফুমজিনখি অদুদগী অমুক হৌগৎলকখি, অওইবা থৌদোক অসি শোয়দবনি মরমদি মসি ওইথোক্তবনি।'

-কিএরকেগার্ড-

মী হায়বসি করিনো হায়না প্লেটো অমসুং এরিষ্টোটলনা হংলকপা মফমদুদা, সেন্ট অগষ্টাইননা মশাগী মরাল confess তৌবগী মতমদা 'ঐ কনানো ' হায়না হংজখি।

' ঐ কনানো' হায়বসিনা শাগী তাইবংপান অদুগী শম্বল অদু হুত্তোক্তুনা চৎখ্রে। গ্রীক্কী ৱাখল খুখলদা চৎনরম্বা 'মী'গী পুরা খেৎনরবা ৱাখল মিযেং অমা তম্না চংশিনবা য়াগদবা থোং অমা অগষ্টাইননা অসুম্না ফাত্তোকখি।

ফত্তবা পুম্নমক, অগষ্টাইননা ঐখোয়দা হায়খি - ওইবা লৈবা (being) গী মরমদা শান্নবা ৱারি ৱাতাই অমনি, মরম অদুনা ওইদ-লৈতবা (non-being) গী মওং (form) অমা ওই। অওইবরোমদা চংশিনবা (পোজিতিব ওইবা) ওইবা লৈবা (being) না অওইবা (real)ওইবগুম্না ওন্ন-তৈনবরোমদা চংশিনবা (negative) অসি অওইবা (real) নত্তে অসুম্না ঐখোয় উপাই অমা তৌদুনা ইশাবু থেমজিনবা তাই।

### *Existance Vs Essence :*

পোৎ অমনা কবিনোমা ওইরিবদু পোৎতুগী মচি (essence)নি : ওইবা লৈবা (existance) না পোৎ অমনা ওইরি-লৈরি হাযবগী মপুংফারবা অওইবা (fact) অদুগী লাংলা লংজিন হেন্না য়ৌশিন্না পি। অসুম্না ঐনা 'ঐ মী অমনি' হায়না হায়রকপা মতমদা 'ঐ -নি' হায়বসিনা ঐহাক ওইরি লৈরি হায়বদু খংহল্লি। মতম অসিদা 'মী' হায়বা predicate অসিনা কবম্বা মখলগী ওইবা লৈবনো ঐনা ওইরিবসি মসিনি হায়বদু খংহল্লি। খুদম ওইনা ' মী অমা '।

অখন্ননা Sartre কী খুইশিংদা, মোর্দন এক্সিষ্টেনসিএলিজমনা ওইবা লৈবা(existance)না মচি (essence)দগী মাং থাই হাযবা বেসিস অদুগী মতাংদা অয়াম্বা ফোংদোকখ্রে।

প্লেটোগী অসি ক্লাসসিকনি অমসুং মহাক্কিদি reality গী ওইন যেংলুবদা essence না existance গী মাং থাই হায়বগী মোৎ লৈ।মসিগী ফিলোসোফি অসি essentialism হায়না ঐখোয়না থোন্নিংঙি মসি মীনা কোপী তৌনিংঙাই ওইবা মশাগী origin ওইবা খ্ফোংদোক অমা তশেংনা ওই।

*Pascal গী ৱাফম :*

' থিংকবশিংনা নৈনবিবা জীবসি 'মী' হাযবদু ওইবম্বা যাই তৌহগুম্বশুং য়ামদ্রবদা মহাক অদু ঐখোযগদি শক মান্নদে' -সেন্ট থোমাস-

খংলাক লাকপা লৌশিংগী মী (intuitive man) হাযবসিনা বাজর্নিতিৱালাসু ওইসনু, অঙম্বসু ওইসনু নত্রগা নুংশিবোইসু ওইসনু মখোযগী ইন্দ্রিযদা লৌশিংদু ফিভম মত্তা অদুদা ফাওহল্লকপা ঙমলিবসি নিংথিজনা ডিফাইন তৌববা লোজিক্কী ওইবা ৱাখল গৌবাঃ (logical idea)শিংগী মপান্দগী নত্তে।

পাসকালনা শেংনা উবা ঙমখ্রিবসি মী মশামক অসি অমগা অমগা যৈখাইনবশিংগী অমসুং অশেংবা লোজিকনা মদুবু খুদম চেংনা পাগাশিনবা খক ঙম্লবোইদবা পুক্লিং ইহুল মখল মখা পুংতিন-তিন্ননা ফাওবা (ambivalance) কী জীব অমনি হাযর্বাসনি।

পুম্নমক্কী মথক্তা অচাবা মবম (reason)না লাইনিং লীচৎকী ওইবা থেংনবকপশিংগী থম্মোয মনুং যৌনা চংশিনখিদে।

*কিএবকেগগার্দ :*

হৌনলোনচৎলোলগী থাইনদৈ চৎনবক্লবা মওং অদুদা ফিলোসোফবশিংসি অফবা.ফত্তবা, অচুম্বা, অবানবগী ৱাখল্লোলবু মচা খাযদোক্লা নৈনববোমদা অমসুং অসিগুম্বা প্রেদিকেতশিং অসি কবম্বা পোৎশত্তা নপাশিনগদগে হাযবগী ৱাবেপ লৌববোমদা মহৈ মহৈ হোৎচিন্নবক্তুনা লাকখি। মসি থাঙ্গৈশেংবমক চৎনবী ঙাকপা মখলগী মচা খুখায (formal analysis) অশেংবনি; হৌজিক্কি মতম অসিদনা অমুক মখোযগী থিজিনবগী থবর্কাসি হৌনলোনচৎলোল (ethics)কী লোলবু মচা খাযদোক্তুনা যেংশিনবগী মাইকৈবোমদা মফম হোংদোক্লখ্রে। অসিগুমবা লোলবু মচা খাযনা

নৈনবা অসিগী ওইনা মসিবু মশা মদোমতনা শাজখিবা মী হাযবদু হৌনলোনচৎলোলগী ওইনা লৈ হাযবগী রাফমদু যামদ্রবদা কবিমত্তা দবকাব ওইবক্তে।

কনাগুম্বগী মমল অসুমনা চেদা তাদুনা (ইদুনা) হন্থহন্না থমখিবা যাই তৌইগুম্বশুং মহাক্কুগী অওই-অওইবা পুন্সিদি ইথিক্সকী ওইনা হিংদ্রবগুম অদম চথদুনা লৈ। মদুগী মপান্না ঐখোযনা ঐখোযগী পুন্সিদা মমলশিং (value)বু লাকহনবা, অদুগুম্বা হৌনলোচৎলোলগা চৰ্শিন্নবা খুহিংগা যুমফম ওইনা থনক অদুগীদমক্তা ওইনা শাগৎখিবা থিওরি অমা ওইবমদনা থোক্লবদি ইথিক্সকী ওইবা চৎনবী থিওরি অদু মপুংফানা পুংভাং হাংলবা 'থিওরি অমা ওইবমগনি। হৌবকপগী ওইনা ঐখোগনা অপাম্বা খনাগদৌবিবর্সি, 'কএবাকগগার্দনা হায়, অফবা অমসুং ফত্তবগী যেংথিনবা মমলশিংগী মবক্তগা ঁপান্না অমা খনবদু নত্তে, অদুগী মংভা থল্লিনা অপাম্বা অদুগী মপান্না ঐখোযনা ঐখোয ইশামক্কী ওইবা লৈবা (existance)তা অফবা অমসুং ফত্তনবু কৌশিন্দুনা পুশিল্লকপা খুখল (choice)অদুনি। অসিগুম্বা অপাম্বা খনবগী খুখল অসি যাওদনাদ বাখলতগী ওইনা লৈনা ইথিক্সকী সিষ্টেম (an abstract system of ethics) অসি তাংজম কবিমত্তা যাওদ্রনা হাযবদি চৎনদ্রবা চেগা শেল মচেক, কর্নেন্সি নোট অমগা অসুক্কী মতিব মান্নগনি।

*হৌলোনচৎলোলগী ওইনা চুম্বা :*

হৌনলোলচৎলোলনা মপুং ওইনা লৈবম্বা যিভম অসিগা কাযনবকপা অসি চৎনবা যাগনি হাযবগী শোযদনী অমা পিবা ওমগদবা অমা কবিগুম্বদা লৈবম্বা থোক্লবদি, মদু প্রিন্সিপল অমং ক্লদি ওমগনি। হাযবিবা প্রিন্সিপল অসি অতৈ অমা নত্তে, কিএবকেগগার্ডকী এক্সিস্টেন্সিএল ফিলোসোফি অমসুং মহাক্লা খৃষ্টিযানশিংদা থাল্লিবা থাজপাবে (faith) অদুগীসু মযাংলেন ওইবা প্রিন্সিপল অদুনি। খুদম ওইনা হাযববদা 'প্রিন্সিপল আসনা

পল্লিবসি মবন্নাই মশা মদোম (individual) না খ্বাইপুম্বে ওইনা লৌনবা (universal) হায়বা অদুদগী হেন্না ব্বাংই হায়বসিনি। (মসিনা তাক্লিবসি মবন্নাই মদোমনা পুল্লপ পুন্সিনবা অদুদগী মমলগী মিযেংদা মতম লৈবখিবিক্তা ব্রাংখৎনা লৈ।) খ্বাই মযামগী ওই হায়বিবসিনা খ্বাইমযামগী ওইনা চৎনবা হৌনলোনচৎলোল (universal ethics) অসিনা চপচাবীদা হায়ববদা 'ঐ' হায়বা ইরোমদোম অসিবু ঐগী, উনবিবা, তানবিবা খংনরিবা শক্লাইবা মওং (concreteness)তা পুন্না খংবা ঙম্মোই।

## অদুম ওইজরন্নবা অচুম্বা অমসুং থৌবু থৌবুগী তুংইনবা অচুম্বা

## (Objective truth and subjective truth)

অদুম ওইজবন্নবা অচুম্বা হায়বসিদি ইবাই লায়না হেক্তা খংবা ঙম্মী। তৌহ গুম্বশুং লাইনিং-লীচৎকী অচুম্বদি অসিগুম্বসিগা সুকমান মান্নদে ; মসি ঐ ইশাগী মশা (persons)গী ওইবা লৈবা (existance)তা, হুৎচিন্দুনা শোযদনা চংলক্কদবা অচুম্বা অদুনি নত্রগা মসি কবিসু নত্তবা (nothing)নি ; (মশাদু নত্তনা অতৈ অমা ওইদবা অদুনি); অমসুং ঐহাক্না শোযদনমক্কী ঐগী পুন্সিগী নুমিৎ খুদিংদা মসিবু নৌখোকহন্নবা কন্না হোৎগনি। মতাং অসিদা ব্রাহং হংনিংঙাই ওইবিবা বাফর্মদি, কিএকেবগগার্ডনা হায, অচুম্বদু কবম্বা কনাগুম্বদুগী মশা মবন্নাইগী ওইবা পোৎ ওইবা ঙমগদগে, অচুম্বদুনা মশাদা appropriation তৌবা ঙমগদগে হায়বসিনি। Appropriation হায়বা ব্রাহৈসি লেটিনগী ব্রাহৈ Proprious হায়বা Root অদুদৈ লাকপনি। ব্রাহম্মোক্লা 'মা মশামক্কী' (ones own) হায়বনি।

নোংপোকলোমগী ধর্ম্মগী অমসুং শাস্ত্রগী সংস্কৃতিদা অচুম্বা হায়বসি Intellect হায়বদি বুদ্ধিগী ওইবা পোৎশক অমা ওইনা খক মশক তাক্তে। মখোযগী ট্রেদিসন অসিদি শিষ্য অমনা মঙাল ফংলবা অমা ওইববা নত্রগা ওইদ্রিববা হায়বদু, মহাক্লা মহাক্কী শাজৎ-কবম্মা চৎলক্লিবা, কবম্বা মীশক

অমা মহাক্না ওইরক্লিবা হায়বদু আর্চায্য অদুনা মুন্না য়েংলগা খংবা ঙন্মী। অদুগা শিষ্য অদুনা সুত্রগী ব্যাখা মরমচানা হেক্তা পিরকপা ঙল্লগা মহাক অদু মঙাল ফংলবা অমা ওইনা শক-খংবা খক তৌনদে। অসিগুম্বা মখলগী অচুম্বসি intellect কী অচুম্বা অমা নত্তে, মী মপুম (whole men) অদুগী অচুম্বনি। য়াম্না চেকশিন্না হায়রবদা থৌবু থৌবুগী মতুংইনবা অচুম্বা (subjective truth) হায়বসি ঐনা ফংলকপা অচুম্বা অদু নত্তে, ঐনা ওইরিবা অচুম্বা (the truth I am) নি।

## NIETZSCHE

ঐখোয়না খংলকখ্রে মদুদি মী হায়বসি মশামক্তা লমলানবা (stranger) অমা ওইরে অদুনা মহাক কনানো অমদি মহাক্কী ঞাহন্থোক্লা কবিনো হায়বদু পুথোকখিগদবনি নত্রগা অমুক হন্না নৌহৌনা পুথোকখিগদবনি।

মতম অসিগী পুন্সিসি লোইশং কয়া থোক্লা খাযদোক্লখ্রে (departmentalised তৌনরে), অখন্নবা লম্বী খল্লগা চৎনরে (specialised তৌনবে) অদুগী মহৈনা ' মী' গী ওইবা লৈবা (being) অসিসু মচেৎ মচেৎ কাযখ্রে। ঐখোয় হৌজিক মচেৎশিংদু মপুম অমা ওইহল্লক্লবা তাশিল্লক্লবগী ল্যরবা থৌদাং অমা মাইয়োক্লরি।

থাইনদৈ চৎনবক্লবা লমচৎ-নুংচৎ (traditional morality) পুল্লপসিদা, মতাক্না (Nietzsche) থার্জখি - পুক্লিং নৈনবোলগী অওইবা (psycological reality) অদু খুবাম চেৎনা পাইশিনবা ঙমদ্রে, মবম অদুনা খুদোংথিবগী মশক যৌনা নাকল নামতগী ওইখ্রে। অমসুং অশোযবা /অবানবা অমসু ওইরে।

Nietzsche না হায়খি - আর্ট হায়বসি আর্টিষ্ট অদুগী মতিং অমসুং শক্তি পিথোবকপা অদুনি।

# হৈদেগগর্দ :

' ঐখোয়না, চহিচা কযামা মগুন লৈহল্লক্লবা অচাবা মবম (reason) হাযবসি ৱাখল খনবা (thinking)গী খ্বাইদৈ হেন্না লম হেল্লবা যেক্লবনি হাযনা ঐখোযনা খংলকপগী মিকুপ অদুখক্তদগী ৱাখল খন্নবা ' হাযবসি হৌবকই।'

হৈদেগগর্দ-

*ফেনেমোলোজি অমসুং হ্যুমেন এক্সিষ্টেন্স :*

(Phenomenon : ইন্দ্রিযদা ফাওবা ঙস্বা প্রকৃতিদা নত্রগা সমাজদা থোকখিবা থৌদোক নত্রগা অওইবা।

(Phenomenology :Phenomena বু কুপথনা যেংশিনবা অমসুং শুগাইনা তাকপগী Science

Etymology : ৱাহৈশিংগী হৌবকফম, চাউখৎপগী থাক যৌবকপা অমসুং অমসুং মখোযগী ৱাহন্থোক নৈনবা।)

অচুম্বা হাযবা অসি ওইনা লৈবা গ্রীক্কী ৱাহৈ, 'a letheia' হাযবসিগী ইতিমোলোজি খংবা হাযবসি হৈদেগগর্দগী থিওরিগী থোং হাংদোক্ল বগী অতোপ্পা শো অমা ফংবগুম্বনি; লাইবিক্কী ওইনা লৈখিবা ৱাহৈ অসিগী ৱাহন্থোক্তি লোক্তুনা থমদ্রবা, শাফোংলবা হাযবনি।

আর্টকী পোৎথোক অমগী অচুম্বা অসি আর্ট অদুনা (লোৎতুনা লৈবা পোৎপু) হাংদোবকপা, উথোবকপা অমা ওইবদা থোবকই তৌইগুম্বশুং উথোবকপা (revelation) অসি জ্ঞানগী ওইনা চুম্লবা ষ্টেটমেন্ট অমদা নত্রগা ষ্টেটমেন্ট চবুন অমগী মনুংদা যাওদে।

পোৎ খুদিংদা চিংনবা থমদুনা দেসকার্টিসনা, অমখক্তা ঙাইবা সুংশোই শোইববোইদবী, ৱাবোইশিন অমদা লাকখি · মহাক মশাগী

যাকাইলৌশিং (consciousnes )কী ওইবা লৈবগী ৱাফমদা -মাগী মমিং চৎলবা Cogito, ergo, sum হায়বদি ' ঐ ৱাখল খল্লি, মবম অদুনা ঐ ওই '। তাংফম অসিদগীনি মোর্দন ফিলোসোফিনা, মোর্দন ইপোচ অমগা লোইননা চথবকপা হৌবকখিবা ; মী হায়বসি মশামক্কী ' মশানা মশাবু ঐ ওইনা ফাওজবা ' (ego)গী শাবং মনুংদা শো লোনশিন্দুনা থম্মী। মহাক্কী মপাললোমদা লৈবিবশিং অদুনা পোৎশকশিংগী চিংনবনা থল্লবা তাইবংপাল অদুনি। Leibnitz না তাইবংপানবগী কুপপদে কুপ্লবা মচং, মহাক্না 'মোনাদ' হায়বনা মমিং থোনবা অদুগী মবমদা হায়বকপা, অদুগা মোনাদশিং অদুগী ওইনা মশাগী থোংনাওশিং লৈজদে হায়ববদি মখোয় অমগা অমগা পাও ফাওনদে হায়বসু পল্লকপগা লোইননা মপুম ওইবা পোৎশক অদুগী ৱাফম শক্তি লৈববা পাওবৌ শিজিন্নদুনা ফোংদোবকখি।

মপালগী ওইবা তাইবংপাল অসিবু চিংনবগী মিকুপশিংদা মশামক লুপশিন্দুনা লৈবম্বা থোক্কবসু, ডিসকার্টিসকী ওইনা লৈবিবা অওইবা বাফম অদুদি 'মী'গী ওইবা লৈবা (being) খংলক্কবা মতমদা পোৎশকশিংগী ওইবা লৈবনা হান্না মাং থাখি। অদু ওইনবদি মপালগী পোৎশকশিং অদুবু কবিনো ? হকচাংশিং, অতাংবদা মফম কল্লিবা পোৎচংশিংনি। ওন্না তৈন্নবদা মশানা মশাবু ঐ ওইনা খনবা (ego), 'ঐ' হায়বা অদু মচাক যাওদবা পোৎ মচংনি ৱাখল খনবা পোৎ মচং। মগুন ওইনা লৈবা মখল মথলশিং অদুমক হকচাং নায়বা পো- মচংশিংদা পক্কুনা লৈবা, মচু, শওং-শদা অসিনচিংবা, থৱায় মচংদা পকপা ঐখোয়না 'সাইকিক স্টেট' শিং ওইনা কৌনবা প্পাক্লিং মনংগী যি ভর্মশিং প্পাক্লিং ফিভম (mood) নত্রগা ৱাখলশিং।

হৈদেগগর্দনা ডিসকার্টিসনা পিবিবা লাইযেক (cartesian picture) অসি শাফু অমখক্কদা লোইশিনখি: মী হায়বসিবু মচং ওইনা মশক থোকহল্লিবসি, মহাক্না হায় - মহাক তাইবংপান অসিদা লৈবা ' ওইবা লৈবা' (being) নি হায়বা অসিনি। লিবনিৎজনা মোনাদশিংগী থোংনাও

লৈজদে হাযবকপা মতমদা হৈদেগগার্ডনা পাউখুম পিবকই -‘মী’না মাগী (ego)দগী তোঙান্না লৈবগা কবিগুম্বা থোংনাও অমত্তদগী মপালগী তাইবংপাল অমদা যেংথোবক্তে ; মহাক্তি হান্ননা থোংশিংগী মপালদা অদুম লৈজববনি। মহাক তাইবংপান অসিদা লৈ মবমদি - ওইদুনা লৈদুনা/হিংদুনা মহাক মপুংফানা মসিদা চেন্নদুনা লৈ। ওইবা লৈবা (Existance) হাযবা অসিমক, হৈদেগগর্ডগী মতুংইন্না. মশামক্কী মপালদা লেপতুনা লৈবনি, মশামক্কী ব্রাংমদা অদুম ওইদুনা লৈজবনি। ঐগী ওইবা লৈবা ঐগী উনছাগী কুযোমসিগী মনুংদা থোক্লিবা কবিগুম্বা পোৎশক অমা নত্তে (নত্রগা উনছা অদুমক্কী মনুংদা লৈবা মচাক য়াওদবা পোৎ মচং অমা নত্তে); ঐগী ওইবা লৈবদি, অহোযনদুম, লবুক নত্রগা লমদম অমদা শন্দোকক্তুনা লৈবিবদুনি। লবুক নত্রগা লমদম অদুনা মসিগী চেকশিন্নিংঙাই ওইবা, থরাই যাওনিংঙাই ওইবা তাইবংপান অদুনি। হৈদেগগর্ডগী মীগী (নত্রগা ওইবা লৈবগী) থিওবি অসি field theory of man নত্রগা field theory of being হাযনা কৌবা যাই। মসি Einstein গী Field theory of matter গা প্রমান তৌবা যাই।

মযাইদা যোৎচাবীগী মচৈ অদু যাওদবা magnatic field অমা ভাবনা শাউ, মীগী ‘ওইবা লৈবসু’ অসিগুম্বা ফিলদ অমনি তৌইগুম্বশুং ফিলদ অদুনা শন্দোবকপগী হৌবকফম ওইবিবা মযাই চবুক অদুদা থরাব মচং নত্রগা ঐ ব্রাখলগী মচং (ego substance) হাযবা কবিগুমবা অমত্তা লৈতে।

অঙাং অদু চুম্মী (right ওই)। মহাক্কী মমিং অদু, মাগী উনছাগী কুযোম মনুংদা থোক্লিবা ওইবা লৈবা (existance) অমগী মমিং নত্তে।

মদু পুন্নমক ওইদুনসু, ঐগী ওইবা লৈবগী ‘ঐগীনি’ হাযবা ব্রাখল অসি ঐগী ফিলদদা ‘ঐ’ মচং অমা লৈ হাযবা ব্রাফম অদুদা যাওদে, অদুগী মহুত্তা অহোযনদুম, হাযবিবা ‘ঐগীনি’ খনবা অদুনা ঐগী ওইবা লৈবগী ফিলদ পুম্বদা চুশিনহন্দুনা চংখি।

মদুদা ঐখোযনা লৈবিবা, মখোয়না কাওথোকচঙ্খবা নত্রগা খংজদ্রবসু ডিসক্কার্টিস অমসুং হ্যুম যাওনা লৈবিবা নিতিজাবগী ওইনা লৈবিবা ফিলোসোফিগী তাইবংপান অসিদা, ঐখোযগী ইবক্তগী কনা অমত্তসু মপালগী পোৎশকশিংগী তাইবংপানগা মাইযোক্লনা লান্থেংনবিবা লন্নাই মশা (private self) অমা ওইদে। ঐখোয কনা অমত্তা ইশামক (self) হাযবদু ফাওবা ওইদে। ঐখোযদি ময়াম- হাযবদুগী মবক্তগী ইচমচম্মা অমা হাযবদুনি ; ঐখোযগা মহৈ তস্মিনবিবশিংগী, ইমান্নবা সিতিজেনশিংগী, ঐখোযগী শাগৈ কোলুপ অদুগী মমিংশিং অদুগী মবক্তগী মমিং অমনি। অসিগুম্বা ঐখোযগী ওইবা লৈবগী নিতিগী ওইবা প্রজা মীযামগী মগুন অসিবু হৈদেগগর্ডনা ‘ অমা’ (the one) হাযনা কৌই। হাযবিবা অমা অদু মীশক নাইদবনি অমসুং মহাক্না ঐ অমা, অশেংবা ঐ হাযবদু ওইবক্ত্রিঙৈ মমাং ফাওবদি ঐখোয খুদিংমক্না মীযামগী জিব ওইবি। কনা অমনা পুন্সিদা অসিগুম্বা থাক্তা লৈবে, কনা অমনা অসুম অসুম তৌবা শাজৎ চৎহন্নিংই,অমনা অসি তৌই, অমনা অদু গুম্বদু তৌদে - অসিনচিংবা, অসিনচিংবা। অসুম্না ঐখোয 'লৈখা তাবগী মশক' (fallen ness /ver fallen heit) কী মওং মতা অমদা ওইবি-লৈবি, হৈদেগগর্ডগী মতুংইন্না হাযবগনা ঐখোয হৌজিকফাওবা ওইবা লৈবা (existance)কী থাক্কী মখাগী মখাদ লৈজববা ফাওবদা ওইবা লৈবগী থাক অদু যৌনা কাখৎলকপা ঙম্বগী ওইথোকপদি অদুম লৈবি। অসিগুম্বা মপালগী ওইনা ওন্থোকখ্রবা, মীযামগী ওইবা খুওই -খুলৈ অসিগী শিযোমনুংদা ঐখোযনা হেক অসুম লৈথোক্লিবমখৈ, ইশা অমা (a self) ওইবকপগী আক অনাং অমসুং লেমজবৈ মতৌ(dignity) অদুদগী ঐখোযবু নাথৈদুনা থম্বিবি।

লৈখা তানবু লৈজববসু নত্রগা কাখৎতুনবু লৈজববসু, থাংঙ্গৈশেংবমক ওইববসু থাংঙ্গৈশেংদবদু ওইজববসু, শাশিন্ননা মওং মালহনবদু ওইজববসু, মশাগী অশেংবা হান্ন-হান্নগী অদুমক ওইজববসু মীওইবগী ওইবা লৈবসি খ্বাইগী ওইবা মচৎ অহুম্না মশক তাকপা ঙম্মী। (১) পুক্নিংগী ফিভম (mood) নত্রগা পুক্নিংগী ইহুল (feeling) (২) খংলকপা (understanding) (৩) ঙাংথোবকপা ব্রাঙাং (speech)

মখোয়সিবু হৈদেগগর্ডনা existentialia হায়না কৌখি অদুগা existance কী basic catagory শিং ওইনসু লৌনিংখি।

### *(১) পুক্লিং ফিভম (mood)*

চেকশিন্না হায়রবদা, ইমুং-মনুংগী কাংথক অমদা পৈশিন্দুনা থন্নগা ঐখোয়গী ওইনা 'লৈরে' হায়না ফরনিচরগী পোৎলম খরদা ঐখোয়না লৌরিবা ৱাখল মওং অদুদা, পুক্লিংগী ওল্লক-ওল্লকপা পা ফিভম (mood)শিং অসি ঐখোয়গী ওইনা 'লৈরে -খোৎলে' হায়রুবা য়াবা নত্তে। পুক্লিংগী ফিভম (mood) অদুনা,মদুগী মহুত্তা, ঐখোয়না ওইরিবা ওইবা লৈবগী ফিলদ মপুম অসিদা হুৎচিন্দুনা চংখি, ঐখোয়-ওই-করিগুম্বা নুংঙাইরকপা, অৱাবা, অকিবা মখল অমা। মসিনা ঐখোয়গী ওইবা লৈবা পূল্লপতা (য়ুশুংনবা) যাংলি থাজিল্লি (অহোংবা পী) অমসুং মখুল কয়াদা চংশিন্দুনা চুপশিনহনখি। অমসুং পুক্লিং ফিভম খুদিংমক্তা মরক মরক্তা করিগুম্বা পাম্বৈঅমদৈ নত্রগা লম্বীদা ঐনা ইশামক (myself) তম্না লাকখি।

ওইবা লৈবা (being)না মশামদোম শাফোংজহল্লগা 'মী' অদুদা মৈঙাল পিশিল্লগা ঙাম্হোকহল্লি অদুবু মীনা শাফোংলগা ওইবা লৈবদা মৈঙাল পিশিন্দুনা ঙাম্হোকহনবদি তৌদে।

### *(২) খংলকপা (understanding)*

হৈদেগগর্ডনা মতাং অসিদা মবি মখোং পিরিবা খংলকপা (understanding) হায়বসি ভাবখক্তগী ওইবা (abstract) নত্রগা ৱারিতগী ওইবা (theoritical ওইবা ) অদু নত্তে; মসিদি, মদুদা ঐখোয়গী হিংলিবা খুহিং খুওইনা মরা তাফম ওইরিবা অদুগা মদু য়াওদ্রবদি 'অচুম্বনি' হায়না দাবী তৌবা ঙমগদবা 'থবক তৌরক্লবা হৌদোরকপা ৱাফম (proposition)শিং নত্রগা থবক পোরম য়াৎথোক্লবা ৱারি ৱাখোং (theory)শিং শাগৎপা ঙল্লোইদবা, অদুগুম্বা ওইবা লৈববু খংলকপা (understanding of being) নি।

ঐখোয়না অয়ুক্তা ইমিৎশিং পাংথোকই অদুগা তাইবংপালনা ঐখোয়গী ইমাং মক্তদা হাংদোক্লুনা লৈরম্মী। য়েংবগী ইচম চম্বা থবক অসিদা করি থোকখিবগে হায়বদুগী মরমদা ঐখোয়না চপচানা খন্থরুদে। (ৱাখল নুংখল য়াওদবীগী খুহাংদোক openess নি বুদ্ধিগী ওইনা খংলকপা intellectual understanding নত্তে।)

অসিগুমবা খুহাংদোক (openess) অসি য়াওদনদি মহাক ওইবা লৈবা ঙম্মোই, করিগীনো হায়বদা হিংবা (to exist) হায়বসি মহাক্কী মমাংদা হাংদোক্লুনা লৈরিব তাইবংপান অমদা মশামক্কী ৱাংমদা লেপতুনা লৈবা হায়বনি। মহাক্কী মমাংদা লৈরিবা তাইবংপাল অসিনা মঙালগী মখাদা হাংদোরকপদা পোৎশকশিংনা লোৎপা তৌদনা লৈ (অরোৎপসু অদুমক লৈ), তৌইগুম্বশুং লোৎশিন্দুনা থমদবৈ মতৌ নত্রগা উহন্দনা থমবদবগী মতৌ অসি হৈদেগগর্ডগী ওইনদি 'অচুম্বনি', মরম অদুনা 'মী'না হিংলিঙৈ নত্রগা ওইরি লৈরিঙৈ, মহাক অচুম্বগী মনুংদা হিংলি, ওইরি লৈরি। (চপমান্নবা মতম অসিমক্তদা মহাক মতমচুপ্পদা 'অচুমবা নত্তবদা' হিংই, ওই, লৈ) অচুম্বগা ওইবা লৈবা (being)গা অনিসি, মঙোন্দা য়াওরিবা পোৎশকশিংগা লোইননা তাইবংপাল অমনা মীদুনা ওইরি লৈরিঙৈ, মিকুপ অদুদা মহাক্কী অকোইবদা হাংদোরকই হায়বা ইচম চম্বা ৱাখল অসিগা, শেৎনা খায়নবা য়াদে অমসুং মতম লৈবা খিবিক পুন্না পুন্না লৈমিন্নৈ। মসি, মখোয়বু য়ানিংদে হায়না হায়নবা অচাবা মরমশিং ঙাংথোরকপদা মতম কুইনা চংজরবসু ঐখোয় শোয়রে হায়বা খংলকপা অদুগুম্বা আইডিয়াশিংগা ঐখোয়গা মাইয়োক্নরকপা মতমদা ঐখোয় খুদিংমক্তা ফাওরকপা লৌশিং (understanding)গী মখল অমনি। খল্লগা থোরক্লিবা (idea)শিংদু য়ানিংদনা থমখিনবা চিন্দা অচাবা মরম (reason) হায়দোরকপদা মতম শাংনা চংজরবা ফাওবদসু খল্লগা থোরক্লিবা (idea) শিংদু অরানবা (false) ওইগনি হায়বা ঐখোয় খংই।

### *(৩) ঙাংথোরকপা ৱাঙাং (speech):*

হৈদেগগর্ডগী ওইনদি লোল হায়বসি, মরুদা খোন্থোকশিংগী অপুনবা থৌশিল (system) অমসু ওইদে নত্রগা খোন্থোকশিংদুগী মহুৎশিনবা খুয়েক (mark)শিং চেদা খোৎলকপা অদুসু নত্তে।

মী অনি ব্বারি শান্নমিন্নৈ। মখোয় অমগা অমগা ভাব তানৈ। অদুদগী মখোয় তুমিন-তুমিন লৈনখি -য়াম্না কুইনা লৈবা তুমিন তুমিন্নি। অসিগুম্বা তুমিন (silence) অসি লোলনি।

পুক্লিং ফিভম, খংলকপা অমসুং ঙাংথোরকপা ৱাঙাং (মফম অসিদা ৱাঙাং অমা হায়রিবসি তুমিন্না লৈবদু ওইনা লৌগনি) অহুম অসি অসুম্না অমগা অমগা ইরোন-লোনশিন্নে অমসুং পোৎশক অমখক্তা ওইদুনা লৈ। ব্বাহম্বোক লৈবা, ৱাঙাং ঙাংথোরকপা তুমিন লৈবা অসিনা, খোম্বোকশিং নত্রগা য়েকপা-খোৎপশিংনা লোলগী মচি অদু শাগৎলকপা নত্তে হায়বা ঐখোয়দা উৎলি। অদুগা তুমিন লৈবা অসি চবেং-চবেং ঙাংবগী মরক্তা শরক শিবা অদুসু নত্তে ; অহোয়নদুম মসি মদুগী খোম্বোকশিং, অয়েকপা খুদমশিং অমদি ওন্থাং ওনশিন তৌবগী পোৎশিং ওইনা লোল পুন্নমক্কী ময়োল চোংখৎলকফম ওইরিবা, ওইরি লৈরিবা পোৎ (existance) অমগা অমগা শিয়োম নুংগী ওইনা তাল চান্নহল্লিবা (premordial attuncment) অদুনি। মরম অসিননি অসুম্না তুমিন লৈবা ঙল্লিবা অমসুং মহাক্না ৱাঙাং অচুম্বা (authentic) ঙাংবা ঙল্লক্লিবা। তুমিন লৈবা অদুদা মরা তাশিনবা অদুনা লেপখ্রবদি, মহাক্কী ব্বারি ব্বাতাই পুন্নমক পংলোল লোনবা ওইনা থোক্কনি।

## শিবা, নুংনাংবা অমসুং পংখে নাইবৈ ফিভম
## (Death, Anxiety and finitude)

*শিবা :*

কনা অমত্তনা ঐগী মহুৎশিন্দুনা শিবা য়াদে; অদুনা ঐ ইশাগী ওইনদি ইশাগী অব্রা-অনংদু ঐনা শোয়দনা নংগদবনি। মরম অসিনা শিবা হায়বসি খ্বাইদৈ হেন্না ইশা ইশাগীতা ওইবা অমসুং ওইথোকপা য়াবশিংগী মনুংদা খ্বাইদৈ হেন্না ইশাগা তোৎনবা অমনি।

*নুংনাংবা :*

নুংনাংবা হায়বসি অকক্লবা পোৎশক অদুবু নত্রগা অসিবু কিজরুবদগী পোক্লকপা অকিবা অদু নত্তে, করিসু নত্তবা (nothing) অদুখক্তবু কিরুবগী ইপং পংনা হুল্লকপা পুক্নিংইহুল অদুনি। মসি চপচানা হায়রবদা ঐখোয়না কিরিবা পোৎশক অদু ওইনা পুক্নিংদা ফাওরিবা অমসুং ফাওরক্লিবা করিসু নত্তবা (nothingness) অদুমক্নি।

হৈদেগগর্ডগী মোত মতুংইন্না করিসু নত্তবা (nothingness) অসি অতৈ পোৎশকশিংগী মরমদা ঐখোয়না পুক্নিং লুপশিন্দুনা লৈরিবা চিক্লবা ঈমাই অদুগী মখাদা চথরিবা নুংগী মনিক (inner quaking) অদুগী মনুং, ঐগী ওইবা লৈবগী মনুংদা মতম লৈবখিবিক লৈ।

*পংখৈ নাইবৈ ফিভম (finitude) :*

মী হায়বসি পংখৈ নাই হায়বসি মহাক্কী ওইনা পুক্নিংলোলগী ওইবা মচৎ অমা নত্তে নত্রগা মাগী মজাৎকী মচৎসু নত্তে। মালেমসিদা লৈবা য়াবগী মাগী চহি মশিং পংখৈ নাই হায়বা অসিখক অসিনা মরম ওইদুনা মহাক্লা পংখৈ নাই হায়বসু নত্তে। মহাক পংখৈ নাই মরমদি ‘ নত্তে-ওইদে (not) হায়বা ওন্ন-তৈন্নবগী ৱাপু (negation) অসিনা মহাক্কী ওইবা লৈবগী ময়োল মত্তুদা হুৎচিনখি। অমসুং ‘ নত্তে-ওইদে ’ হায়রিবা অসি কদাইদগী লৌরক্লিবা ? মসি, being অসিমক্তদগী লৌরকপনি মরমদি মীনা being বু পংখৈ নাইনা খংবা মখং অমগী মনুংদা হিংই অমসুং লেং ওৎলি। মসিনা তাকপদি অতৈ পোশকশিংগী মরক্তা তৌনবগুম অচুম্বা নত্তবা(untruth) না মীওইবগী অচুম্বদা মতম চুপ্পা হুৎচিন্দুনা লৈ।

## সার্ত্র (Sartre)

ওইবা লৈবগা সুকশা শাথেংনরোইদবগী শরুকপুদি কনাগুম্বা অমগী ওইবা লৈবগা শাথেংনবনা হেন্না ফৈ।

খ্বাইদৈ হেন্না দবকাব ওইবা নিংতম্বা, খ্বাইদৈ হেন্না মতিকচাবা অমসুং ইবোই লোয়বা নিংতম্বা, মী অমদগী লৌবা ঙম্লোইদবদি 'নত্তে ওইদে' (No) হাযনা হায়রকপনি।

মখোয়বু চিংনবা হেক পোক্লিবমখৈদি, থাজবা লোইনমক হুন্দোকখিনবা, মহাক্কী খংবা ঙম্বা অদু, মদুমক্কী মঙালগী মতুংইন্না লৈখায তাদ্রিবা ফাওবা 'হোয' হাযবক্কবা থেম্বা মোইথেম পুম্নমক থিংননবা ডিস্কার্টিসনা প্রস্তাব তৌবকখি; মবম অদুনা মহাক মশামক্কী, মশাগী হকচাংগী, মহাক্কী নুংশিবগী অমসুং ইন্দ্রিয়দা ফাওরকপশিংগী ওইবা লৈবা অদুদা থম্বা থাজববুদি লংথোকত্রগা অহোযনদুম মপাম্থোংগী তাইবংপালগী অমসুং পুক্নিংশিংগী ওইবা লৈবা (existance)তা থাজবা অদু ওইনা লংথোকখি।

'মী' গী নিংতম্বদি 'নত্তে-ওইদে' (No) হাযবা ঙম্বা অসিনি অদুগা মসিগী ৱাহন্থোক্লা মহাক অসি ওইবা লৈবা (being) অর্দুনি। ওইবা লৈবা অসিমক্লা কবিসু নত্তবা (nothingness)বু ওইবা লৈবা (being)দা লাকহল্লি।

ডিসকার্টিসনা ঈশ্বরদা পিরম্বা নিংতম্না মখল অদু 'মী' দা পিরম্লগা সার্ত্র লোইশিনখি।

অসিগুম্বা কার্টেসিআন গোড (ডিসকার্টিসকী ঈশ্বর) অসি মীওইবনা হেক পুথোবকখিবশিংগী মনুংদা খ্বাইদৈ হেন্না মনিং তম্লবা ঈশ্বরনি। অসুম্না সার্ত্রনা হাযখি।

*মশামক্কীদমক ওইবা লৈবা (being for itself)*
*মশামক্কী মনুংদা ওইবা লৈবা (being in itself)*

সার্ত্রনা হায় (being) হায়বসি মরুদা মখল অনি থোক্লা খাযদোকই,

(১) মশামক্কীদমক ওইবা লৈবা Being for itself (২) মশামক্কী মনুংদা ওইবা লৈবা Being in itself

*মশামক্কীদমক ওইবা লৈবা* : Being for itself (সাত্রগী ওইনা pour soi) হায়বা অসি যাকাইলৌশিং (consciousness চৈতন্য)গী লমদমগা ইবোইননা পুন্না পাকথোক শাংদোকমিন্নে অমসুং যাকাইলৌশিংগী মচৎতি মসিনা মতম চুপ্পগী ওইনা মশামক্কী ৱাংমদা লৈবনি।

*মশামক্কী মনুংদা ওইবা লৈবা :* Being in itself (Sartre কী ওইনা en-soi) হায়বা অসি পোৎ অমগী ওইবা লৈবগী মনুংদা মশা মদোম যাওজদুনা লৈবদুনি। থৌদু নুং অমদি থৌদু নুঙনি; মসি মসিনা ওইবিবদুনি; অমসুং ওইবা লৈবা (being)গী মনুংদদি চপচানা হেনসু হেন্দে, যাৎশু ৱাত্তে; পোৎশকশিংগী ওইবা লৈবদি মশামক্কা লোনশিন্নে (concide তৌনৈ।)

মীওইবৈ হিংবা/ওইবা লৈবা অসি অয়ুম্না মতম চুপ্পগী ওইনা মশা মদোম মীওইবৈ লৌশিংগী লমখৈ লান্না চৎখিবা (self transcendence) অমনি ওইবি -লৈবিঙৈদা ঐখোযসি মতম চুপ্পা ঐখোয ইশামক্কী বাংমদা লৈ।

মওং পুন্নমক্তা ঐখোযগী ওইবা লৈবসি চপচানা মশামক্কা কৈদসু লোলশিন্নদে (concide তৌদে)। মসি, ঐখোযনা পোৎশক অমগী ওইবা লৈবগী মশামদোম যাওজববা মওং (form) অদুদা ন্নপথখ্রবদি অসুম্না তৌবা চমগনি অমসুং ঐখোযনা লৌশিং যাকাইবগী ফিভমদা লৈবা (conscious ওইবা) লেপখ্রবা মতম অদুখক্তদা মসি ওইথোক্লিংঙাই ওই।

সার্ত্রনা ঐখোযবু অসুম অসুম চিংখৎলক্কবাদ ঐখোয নোংপোকলেমদা চৎলুবা তাই, অদুগা ঐখোযনা নচাক থাওদনা থবাই, শনাক্মনগী বাখললোল শন্দোকপা বুদ্ধিষ্ট ফিলোসোফর নাগার্জুন থংনগনি; অদুদগী মাগী যেংবদা কোক চিকান ঙাই ওইববা ওন্নতৈনবা বাগ (negation)শিংগী পবেং অমসু থেংনগনি। বুদ্ধিজমদা তৌবতুম সার্ত্রনা নৈনবিবা থৱায (self) অদু থাংহন্দেশেনমক কোঙ্গোল অমনি অদুগা কোঙ্গোল অমগীদি মদুগী মযাই চরুক্তা কাবসু লৈতে।

*ইযেঙ্গৈ অমদু নুংশী যাখৎ*

নাকল অমবোমদা, সার্ত্রগীদমক্তদি থব্রায নত্রগা 'ইশা' হায়বসিগী কবিসু নত্তবে মতৌ (nothingness) হাযবসি থবক তৌনিংবগী উইলগী হৌবকফমনি ; কোঙ্গোলদু ইহাং হাংই অমসুং মুৎখিগনি, অসুম্না ঐখোযগী ওইনা থম্নীবন্নিবদু, কোঙ্গোল অদু মুথুৎনবগীদমক পুথোক্কদবা তিং অমসুং অকনবা পুক্নিংগী ইহুল (energy and passion) নত্তবা অতৈ কবিনো ? মীগী ওইবা লৈবসি মহাকপু মশক ফাওবা খংবিদবা জগৎ-সংসাব অসিদা নাতৈ পুতৈ চাদবা (absurd) নি। মহাক্না মশামক্তা হেক পিবা ঙন্নিবা অমত্তা ঙাইববা ব্রাহস্মোক্তি মহাক মশাগী nothingness তগী মহাক্না থৌবাংলকপা মনিং তম্বা ফংনবগী থৌবাং অদুগী খুথাংদনি, সার্ত্রনা মীনুংশিদা নত্রগা অশেংবগী মতৌ (holiness) লোমদা ওনশিল্লকপগী মহুত্তা লালহৌবগী থৌদাংশিং পাংথোক্লুবদগী খংলকপা মীওইবগী মনিং তম্বগী মাইকৈবোমদা ওনশিল্লকই।

'এক্সিষ্টেন্স'না 'ইসেন্স'কী মমাং থাই-হাযবসিবু চুমগনিহাযবগী অকনবা মোৎ ফোংদোকপা বাবোল (proposition) যাওবা মহাক্কী এক্সিষ্টেনসিএলিজমগী ফান্দামেন্টেল থেসিস অদু সার্ত্রনা খুমাং যাম্না চাওশিলহল্লম্মী। মসি হৈদেগগর্ডগী মোংকী মতুং ইন্নসু চুম্মী, অদুতা নত্তনা মী হাযবসি 'মহাক ওই' (what he is) হাযবদু ওইবক্লবা 'ওইবা লৈবা' গী মনুংদা লাকখি হাযবগী মিযেংদা পুব্রাবিগী ওইনসু, খুন্নাইগী ওইনসু মী, মাগী মপুন্সিগী ব্রাবিগী ওইনসু চুম্মী। তৌইগুম্বশুং হৈদেগগর্ডগী ওইনা অমুকসু মসিদগী হেন্না বেসিক (যুমফম) ওইবা অতোপ্পা অকনবা মোৎ ফোংদোকপা বাখল অমসু লৈবি মসিদনা being না existance কী মমাং থাই হাযবি। কবিগীনো হাযবদা মদুগী মনুংদা মীনা মশাগী পংখৈ লাম্হোক্লুনা চংশিনখিবা ঙম্বা, 'ওইবা লৈবা' (being) অসিবু তশেং তশেং হাংদোক্লুনা থম্মদনদি, মহাক পুন্না হিংমিন্নবা ঙম্মোই খুদম ওইনা মশামক্কী ব্রাংমা লান্না লেপ্পকপা ঙম্মোই।

মীওইবা ফুকপকী মবাদি মী হাযবসিনি হাযনা মার্ক্সনা থম্লম্মী। অদু ওইববদি মীগী মবা (মক) না কবিনা ওইবা তাবগে ? মীগী মবা (হৌবকফম

(reason)দা যুমফম ওইরগা লাকথোক লাকশিন তৌবা control তৌবা অমসুং মথং-মনাও নাইহনবা হায়বসিদা নিশান থাই অদুগা অনি অসি হায়বদি টেক্নোলোজি অমসুং ব্যুরোক্রেসি অসি ঐখোয়গী পুন্সিগী লৈঙাক চুম্লী পায়শিনবদা অসুম অসুম কা হেনজিল্লকখ্রে।

মেছিনশিংনসু পোৎচাক্কী পোথোক (material product) খক্তা শারক্রে; মসিনা পুক্লিংশিংবুসু শারক্লে। মী মীলিওন কয়ামা মচি চিংথোক্নুনা শুংবগী মতৌ (abstractness) কী খ্বাইদে হেন্না হু চেল্লবা মওং লৌরবা মীয়াম্মা শাগৎপা আর্ট(mass art)কী চপ-মান্নবা মওংলৌবা (stereotype) ওইনা হিংনরি অমসুং মীওইবৈ অওইবা (human reality) মখল অমা হেক্তগী ওইনা মখোয়না তৌবা ঙম্বগী মপাঙ্গল খোংজেল য়াংনা মাংশিল্লক্লি।

কিএর্কেগাডনা মাগী মতমগী মচিগী ৱাখল্লোল (abstractness) অদুবু মমি তাহনবগী যুগ(age of reflection) নি হায়না করেম্নরদুনা য়ানিংদবা ফোংদোকখি; তৌইগুম্বশুং মাগী মবুক্লিংদা মপুং ওইনা লৌরম্বা য়ারিবসি, অওইবা পুন্সিবু উদবা অদুগী মহুত্তা মহাক্তুগী মপুক্লিংদা তারকপা অওইবা পুন্সিগী রিফ্লেক্সন অদুতা উবা proffessional intellectual শিংগী abstractness অদু ওইগনি।

রেসনেলিষ্ট ট্রেডিসনগী ৱাখলগা ওন্ন-তৈনবদা, ঐখোয়না হৌজিক খংলিবসি মীবু মী ওইনা শাগৎলক্লিবসি মাগী (reason) অদুনা নত্তে, অদুই মহুত্তা -হায়রিবা reason (অচাবা মরম) অদু, মহাকপু অওইবমক ওইনা 'মী' ওইনা শাগৎখিবা পোৎশক অদুগী তারকপা মহৈ অমনি।

(Irrational Man দগী)

# লৌশিংগী মচাক লৌফম

## (গৌরিয়া বৈষ্ণবকী ৱাখল্লোলদা)

-ঔদে বিহারিলাল কাপুব-

শ্রীচৈতন্যগী পুন্সি বাবিশিংদা লৌশিংগী মচাক লৌফমগী মবমদা পাকথোক চাওথোক্লা পিবন্বা ৱাবোল অমত্তা থেংনদে। মবক-মবক্তা প্রত্যক্ষ নত্রগা ঈন্দ্রিযদা অসুম ফাওবকপা, অনুমান নত্রগা খন্থবগা লেপথোকপা(inference) অমসুং শব্দ নত্রগা লাইবাও - হাযবিবশিংসিদা মবি মখোং পিবদি লৈ (চৈতন্য চবিত্রামৃত মধ্য - vi-81, আদি -v, 18,101)। অদুবু শব্দ (লাইবা ও) অসিবু অমত্তা ঙাইববা অমসুং মওং তাববা লৌশিংগী মচাক লৌফম অমা ওইনা মযেক শেংনা শকখংই। চৈতন্য চরিত্রামৃতদা শ্রীচৈতন্যনা সনাতোনদা চপচাবা লৌশিং (right knowledge) ফংনবগী অমত্তা ঙাইববা লম্বেলদি লাইনিং লাইবিকশিং নি 'আমা সবজীবেব হয শাস্ত্র দ্বাবা জ্ঞান।' (থরাই পানবা ঐখোয পুন্নমক্কিদি শাস্ত্রগী মতেং থক্তনা জ্ঞান ফংগদবা ওই) হাযনা তাকপিখি হাযনা পল্লি (চৈতন্য চবিত্রামৃতল মধ্য -xx-293)।

শ্রীজীব গোস্বামী, মহাক্কী 'সর্বসংবাদিনি' দা জ্ঞানগী চৎনবক্লবা তৌবকফম পুন্নমক্কী মবমদা কুপথনা পনবা ৱাবোল পিবিবন্মী। প্রতাক্ষ, অনুমান অমসুং শব্দ -হাযবিবশিংসিগী মথক্তা উপমা নত্রগা পান্থে (analogy), অর্থাপত্তি নত্রগা নাকচেপ ওইনা খংহল্লকপা, সংভব নত্রগা নকশিন্ননা মান্নবা (equivalance) ঐতিহ্য নত্রগা নাৎ ওইনা চৎনবকপা (tradition), আর্ষ নত্রগা মমূৎতানা খংল-উববা (ঋষি)শিংনা ফোংদোকপা মৱাহে মপাও, অনুপলব্ধি নত্রগা শকখংবিদবা (লৌশিন্নিংঙাই ওইদে হাযবা মখৈ খপতোকখিবা), অমসুং চেষ্টা নত্রগা হকচাং যাওনা হোৎনবদগী ফংলকপা

লৌশিং হায়বদি অরুম্বা থাঙ্গৎলুবদগী কয়াম লুম্বা অসিনচিংবা খংলকপা অসিগুম্বসি, মহাক্না পনবিরম্মী। মহাক্না হায় মখোয়গী মনুংদগী অর্থাপত্তি (নাকচেপ ওইনা খংহল্লকপা implication), অমসুং সংভব (নকশিন্ননা মান্নবা equivalance) অনিসিনা অনুমানগী (খন্থরগা লেপ্পকপা)গী মখাদা অনুপলব্ধ, ঐতিহ্য চেষ্টানা প্রত্যক্ষ (অসুম খংলকপা perception) গী মখাদা আর্ষ (ঋষি, ঋষিগুম্বগী মরা-মপাও)না শব্দ (লাইবাও )গী মনুংচন্না থম্মী। মখা তানা মহাক্না হায় প্রত্যক্ষ অমসুং অনুমান (অসুম খংলকপা অমসুং খন্থরগা সি ওইবে হায়না খংলকপা) অনি অসি শব্দ(লাইবাও)গী মখা পোন্না মথৌ তৌই অদুগা লৌশিং(জ্ঞান)গী লৌফম নত্রগা হৌরকফম ওইনা মানিং তম্না মথৌ তৌবদি ঙমদে। অসুন্না লাইবাও (শব্দ) অসিখক্তা লেমহন্দুনা থম্লম্মী; মসিন্না সুপ্পগী মনিং তম্না মথৌ তৌনা ঙম্বা অমসুং মঙং চুম্বা লৌশিং (জ্ঞান) লৌফম ওইনসু শক খংই। মহাক্না, মাগী রাখল মিয়েংসিন্না মখাগী গ্রন্থ সুত্রশিং অসিদা মবি মখোং পীবগা শৌগৎলম্মী।

শ্রুর্তাতস তু শব্দমূলত্বাৎ (i. I. 27)
তর্কপ্রতিষ্টানাৎ (ii. I. 2)
শাস্ত্রযোনিত্নাৎ (ii. I. 27)

অদুম ওইনমক, বা ৺গোলগুবা মযাম্বনা অসুম খংলকপ (perception) অমসুং খন্থরগা সিনি লেপথোকপা (inference) অসিখক্তদা লৌশিং লৌফমশিং ওইনা পনখে থম্লম্মী। শ্রীচৈতন্যগী মতুংইন্না অসুম খংলকপা (perception) অমসুং খন্থরগা সিনি হায়না লেপথোবকপা (inference) অসি লৌশিং কযাৎশিং (ইন্দ্রিয়শিং)দা যুমফম ওইবা মনমনা শোযবা নাই অমসুং মসিনা মবোইবে হায়না থাজানিংঙাই ওইদে। (চৈতন্য চরিত্রামৃত, আদি . V. 17-18)। মখোয়না অশোয়বা মবি হায়বদি ভ্রম (অতোপ্পা পোৎ অমবু অদু নত্তনা পোৎ অমা ওইনা লান্না অসুম খল্লুবা), প্রমাদ (ইঙাও ঙাওনা থৌশাক্নদবা), বিপ্রলিপ্সা (মিনম শোরিবা) অমসুং করনাপত্ব (মায়া নত্রগা প্রকৃতিগী শুস্কাংযাইনা নস্কাংখ্রবা ইচম চম্বা মী ওইশিংদা

হেক হেক থোক্তুনতা লৈগনবা লৌশিং কয়াৎশিংগী মপাঙ্গল শোন্থবা) হায়রিবশিংসিনা মখোয়বু মোৎশিলহল্লি। ( চৈতন্য চরিত্রামৃত, আদি ,vii, 101-102)।

(Empiricism- knowledge হায়বসি experiment অমসুং observation তৌরগতা ফংগনি হায়না থাজবা থিওরি নত্রগা ফিলোসোফি। Scepticism- চিংনগনবৈ লীচৎ, fact অমত্তা চপচানা খংবা ঙম্মোই হায়না তশ্বিবা doctrine নি।

Rationalism- কনাগুম্বগী থবক অমসুং থাজবসি, খংলাক লাকপা লৌশিং (intuition) নত্রগা অতোপ্পগী teaching দা য়ুমফম ওইবগী মহুৎতা অচাবা মরম (reason)দা য়ুমফম ওইগদবনি হায়না হায়বা থিওরি অমনি।

Solipcism- কনাগুম্বা অমনা মশাগী লৌশিং অদুখক্তা খংবা ঙমগনি হায়বা থিওরি।

Agnosticism - লাই লৈ হায়বদা থাজদবা, material thing খক্তদা থাজবা।

Gnosticism - লাইশোল নত্রগা হীরী কোল্লগা লাইগা শম্নদুনা ফংলকপা knowledge বু অচুম্বনি হায়দুনা থাজবা।

Monad - খ্বাইদৈ পিকপা being গী physical unit)

ব্রাংঙুরোলগী পুব্রারিদা লৌশিং লাকফম/লৌফমগী মরমদা কয়ামরুম নৈনদুনা লাকখি। অদুবু পিনরকখিবা মখলগী লৌশিং লৌফমগী ব্রারোল অমত্তা পেন্নিংঙাই ওইবা অমত্তা ওইরকখিদ্রি। লৌশিং কয়াৎশিংদা ফাওরকপা লৌশিং (প্রত্যক্ষ)তা য়ুমফম ওইবা ইমপিরিসিজম (চাংয়েং তুংগী লৌশিংলোল) অসি ময়াম্না ইন্থোক্লরবা, চড়ক দর্শন শাস্ত্রদা মহৈ যানখি; অদুগা মতম অসিমক্তদা ইউরোপ্তনা চক্রি ময়াম অমা য়েৎনরবগী মতুংদা

লেপথোরকপা লৌশিং (অনুমান -inference) দা য়ুমফম ওইবা রেসনেলিজম (অচাবা মরমদা থাজবা ৱাখল্লোল) অসিবু লৈবানিজগী মোনাদিজমগা ইখেৎ খেৎনদবা, সোলিপসিজমদা উপায় লৈতবমখৈ অদুম লোইশিনখি।

হরবর্ত স্পেন্সর, কান্ট, হামিলতন, অমসুং মানসেলনা মীওইবৈ অচাবা মরম (human reason) গী লমখৈশিং উৎনখ্রে। মখোয়গী মতুং ইন্না, চংদয়াদবীদা ঐখোযগী ৱাখল (thought)কী ওইনা ফিভম মওংশিং (conditions) চংবগী ৱা নাকোইননা পন্নখ্রে। মরম অদুনা পংখৈ খুদিংমক অমসুং ফিভম মওং পুন্নমক্কী ৱাংমদা লৈবা খম-থেংলবা, পংথোই থোইবা অচুম্বা (absolute truth) খংবা ঙম্মোই। মানসেলনা, মহাক্না বাম্পতোনদা পিখিবা, লিমিত ওফ রেলিজিওউস থোৎ হায়না মিংথোনবা লেকচরশিং অদুদা মথক্কী ৱাফমসিদা য়ুমফম ওইরগা যাম্না শাফু কল্লবা চক্রি য়েৎখি -মদুদি থবক ওইনা তৌদুনা উৎপা য়াবা লাই অমসুং লাইনিং নৈনরোল (theology) অমা পুথোকপা হায়বসি ওইথোক্তবনি। লাই অমদি লাইবাও থাজদবা, এগ্নোষ্টিক অমা ওইনা মহাক্না, মীওইবৈ লোজিকসু, মীওইবৈ ইথিকসু অমত্তা লাইওইনা ওইবা লৈবা হায়বদি ঈশ্বর (divine being) দা পানশিনবা য়াবোই হায়না কন্না য়েত্তুনা লৈরিবা কান্টতগী খোংকাপ খরগা হেজিন্না থাংজিনখি। স্পেসরনা কান্টতগী অমুক খরগা হেজিন্না চংশিনখি অমসুং মানেসেলনা মপুং পুংফা ফাবা (absolute)অদুবু নত্রগা 'ইন্দ্রিয়না তাবা, উবা, ফাওবা ঙম্বা (phenomenon) পুন্নমক্কী খুথাংদা শাফোংলক্লিবা ঙক্কবা অমসুং খংবদা ৱারবা মপাঙ্গল মতিং (The inscrubble power, manifested through all phenomenon) অদুবু মীশক নাইবা (personal) নি হায়রিবা অদুদা য়ানিংদবা ফোংদোকই। মহাক্না পুংথোই থোইবা (absolute) অদুবু ৱাখলনা লামশিন্নবা হোৎনবা খুদিংমক পুংথোই থোইবা মহাকপু মীগী থাক্তা পুথোরকপগা মান্নে হায়না লৌখি। মহাক্না হংখি 'তারি উরি ফাওরিবা থৌওংশিং (phenonmenon) পুন্নমক্কী নাকলদা

লৈরিবা অদু লামশিন্দুনা লৈগদবা ব্রাখল মওং অদুগী মনাক নকশিনবা ব্রাখল ফাওবা শাগৎপা ঙমদনা ঐখোয়গী পুক্লিংশিং অসি কয়াদা য়ৌনা পাংজদ্রিবনো ?' ফিভমগী মখা পোনবা অদুনা ফিভমগী মখা পোন্দবা অদুবু ব্রাখলনা লামশিনবা ঙমদবগী ইশোন শোজবা অদুগুম্বা অশোনবনি হায়না করিগী প্রমান পিদ্রিবনো ? মসিনা মখা তানা অয়ৌবী খমথেংবদা লৈখ্রবা, পুম্নমক ওইহল্লকপগী মরম ওইবা (ultimate cause) অদু হিরম পুম্ন মক্তা ব্রাখলনা লামশিল্লুবা ঙমদে হায়রক্লোইদ্রা, মরমদি হায়রিবদুনা হিরম খুদিংমক্তা ঐখোয়গী ব্রাখলনা লামশিনবা ঙম্বা খুদিংমক্তগী মতিক চাবা যাম্না হেল্লি। হেক লৈরিবা মগুন (attribute) অমা হেক্তা মসিদা পিশিনবগী থবক্তগী ঐখোয তোকথোকপা য়াবোইদ্রা মরমদি পিশিনগদৌবিবা মগুনশিংদু, ঐখোয় ইশাগী ইচৎশিংদগী লৌরকপনিনা ঈশ্বরদা মদু পিশিনবসি মহাকপু ব্রাংখৎনা থাঙ্গৎপিবা নত্তে, মগুন হন্থহনবনি '? ঐখোয়গী জ্ঞানগী পংখৈশিংবু লৌশিং তানা খংবা অসিমক ব্রাখলনা লেপথোক্লবা পংখৈশিংগী ব্রাংমা লান্থোক্তুনা তারুবা অদুবু লৌশিং তানা খংবা অদু ওইনা লৌগনি হায়বা হেগেলগী জ্ঞান মশেল লৈনবা মবিগী ক্রিতিসিজম অসি মানসেলগী মতুংইন্না পংয়ৌ য়ৌশিন্না চংশিনবা ঙমদে। সুপ্নগী ঐখোযগী জ্ঞানগী পংখৈশিংবু লৌশিং তানা খংবা অসি হকথেংননা মশক তশেং তশেং উখোবক্তুবফাওবদা, ঐখোযগী ব্রাখল খুখলগী লোশিংগী মখাদা চংজরকউ হায়বা যাদবা কবিগুম্বা খর লৈবগী ব্রাফম ওইনা নাকচেপতা খংহল্লি হায়বা মসিনা প্রমান পি। 'ঐখোযগী উবা ঙম্বগী পাঙ্গলগী পংখৈ নত্তনা অতৈ অমা নত্তবা, নোংমদোন থককী শংবান্নরবা মকোই অসি তম্না ঐখোয়গী মিৎশিংনা যেংখৎলুবা মতমদা ব্রাংমদা অমসুং মনুংমক্তদসূ অহাংবা (space) লৈ হায়বা ঐখোযগী ব্রাখলদা ফাওবা ঙমদ্রবসু, লৈরমগনি হায়বদু ঐখোয়দা নমদুনা খলহল্লি; ঐখোয়না মিয়েংগী লমখৈসি উবা ফংবগা, উবা ফংদবগা অনিগী তাইনফম অদু ওইনা লৌই। ঐখোয়না ব্রাখল অসুম খন্থবগী থবক চথরিঙৈদা, লৈনবা মবি অমসুং খেৎনবা অসি ওইনা উই, ঐখোয়না খ্বাইদৈ হেন্না নেমথরবা মালং

(nether sphere ) অসিগী ব্রাংমদা লৈবা মশক উখোক্তবা অমসুং ঐখোয়দা লোৎলিবা মপাল নাইদবা অদু য়ৌশিন্না ব্রাখল নুংদা চংশিল্লুবা ঙমদ্রবসু, ঐখোয়না মখোয়বু ব্রাখলনা লামশিনবা ঙম্বগা, ব্রাখলনা লামশিনবা ঙমদবগা অনিগী মবক্তা লৈনবা লমখৈ ওইনা চপমান্নবা মওংদা লৌই।

Relativism অচুম্বশিং অমসুং মমলশিংদি লৈ হায়না শৌগৎতুনা লৈবা অদুবু ফিভম মতম অমদা চুম্বা নত্রগা মরমচাবা, ফিভম মতম অতোপ্পা অমদদি মদু ওইদবা য়াই হায়না লৌদুনা অচুম্বা অমসুং মমল হায়বসি পুংথোই থোইবা (absolute) নি হায়বসি য়াদবা ব্রাংঙুরোলগী ফিরেপ অমনি। মসিগী ব্রাখললোলশুম্বা মীবু relativist হায়না খংনৈ।)

অদুমওইনমক মতাং অসিদা, রেলেটিভিষ্টশিংগী মোৎতা ইন্দ্রিয়দা অসুম ফাওরকপা (প্রত্যক্ষ, perception) অমসুং খন্থবগা লেপথোরকপা (অনুমান, inference) অনিসি মখোয়গী মচৎ অদুনা মরম ওইদুনা মতম চুপ্পদা অওইবা (reality)দা চংশিনল্লু য়াদে; তৌইগুম্বশুং শ্রীচৈতন্যগী মতুংন্না মখোয় অনিসি জ্ঞানবু শেংদোকহল্লবদি চৎনবা য়াবা লৌশিং লৌফম ওইনা লোইনবা য়াই। অসুম্না ভক্তি লৈরবা থব্রাইদুনা লাইওইরবা মশক (divine personality) অদু, ইচম চম্বা মীনা উদি উই অদুমক্তদা উদৈ ।(চৈতন্য ভগবত, মধ্য , x, 243) কৃষ্ণগী ধোবী অদুনা কৃষ্ণবুদি উখি অদুমক্তদা ইবুংঙো মাগী লাইওইরবা মশক অদু উবা ফংনবগী থৌজালদি ফংখিদে মরমদি মঙোন্দা ভক্তিগী মগুন অদু ব্রাৎখি। (চৈতন্য ভগবত, মধ্য, x, 248-51)। মমিৎ পাল্লি হায়দুনসু মকুনা নুমিৎকী মঙালগী মশেক অদু উবা ঙমদে। (চৈতন্যচবিত্রামৃত, আদি , iii-169), অসুম্বা মওংদা ঈশ্বরদগী মমায় লৈথোকপা থব্রাইশিংদা ইবুংঙো মাবু ইন্দ্রিযদা ফাওবা ঙম্বগী শক্তিদু পিনবিদে (চৈতন্য ভগবত, মধ্য, x, 252-53)। তৌইগুম্বশুং ভগবান মহাক্তি কৈদসু মাগী ভক্তশিংগী মফমদা মশামক খক লোৎশিন্দে (চৈতন্য-চরিত্রামৃত, আদি, iii, 70)।

*বৈদুষ প্রত্যক্ষ (লাই তোংবদগী খংলকপা mystical cognition) :*

শ্রীজীব গোস্বামীনা ইন্দ্রিয়দা ফাওরকপা ৱাখল লৌশিং (perception) অসি মখল অনি থোক্লা থম্বিরম্মী - বৈদুষ, ভক্তিনা শেংদোক্লবা মহৈ হৈরবা অমসুং অশিংবশিংদা থোকপা, অবৈদুষ, ভক্তিনা শেংদোক্রিবশিংদা থোকপা। বৈদুষ প্রত্যক্ষ অসি অশোয়বা অমত্তা য়াওদ্রবা অমা ওইবনিনা, মশামক শব্দগী হৌরকফমনি। অবৈদুষ প্রত্যক্ষতি শোয়নিংঙাই ওই।

বৈদুষ প্রত্যক্ষ (লাই তোংলিঙৈদা ফাওরকপা) নত্রগা অশেংবা থৱাই উবা অসি হন্দক মরক মদুগী মরমদা কন্না নৈনখৎলক্লিবা লাইনিং (ধর্ম)গী মনুংচনবা লাইতোংবগী মিস্তিক ওইবা মচাক অদুনি। মসিনা মওং চুম্না লৌশিং লৌফমনি হায়বসিদা য়েৎপিনবসু য়াম্না লৈ। মসিবু শেংনা থৌবুখক্তগী ওইনা চুমজবা (subjective ওইবা) করিগুম্বা অমনি হায়না লৌবতা নত্তনা মশাফাওবা, শোয়নাইবা পুক্লিংগী মচৎ মতৌ অমবু উখোরকপনি হায়নসু লৌনবা য়াওই। অসিগুম্বা লান্না খন্নবা অসি ধর্ম নৈনবদা সাইকোলোজিবু শাথিনা নত্রগা তুক্কচনা শিজিন্নরুবা অদুননি ; মসিগী ময়েক লারবা খুদমদি, থেওলোজি (ধর্ম নৈনরোল) গা সাইকোলোজিগা অনিগী মরক্তা লৈনবা মরিদু লেউবা না পায়খৎলুবা অসিনি। 'ধর্মগী লাইশিং অসি থেংনরকপা লৌশিং (experience) তগী শাগৎলকপশিংনি হায়না ভাবনা শাবা অমদগী হৌরগা লেউবা না মেতাফিজিকেল অমসুং ইমপিরিকেলগী (চাংয়েং তৌরগা লেপথোকপা) থিওলোজি অনিগী মরক্তা য়েৎপা য়াদ্রবা খেৎনবা অমা থম্বরোমদা মখা চত্থরকখি।

(Metaphysic হায়বসি existance কী মচৎ অমসুং লৌশিং অমসুং অরুম্বগী লাইরোল principle নৈনবা ফিলোসোফিগী মছা অমনি। মেতাফিজিকেল হায়রগা, সুপবনেচরেল ওইবা, নত্রগা নাতৈ পুতৈচাদবা অদু ওইনসু খংনৈ।)

মথংদা অমুক মহাক্লা মেতাফিজিকেল থিওলোজিবু য়ারকখিদে মরমদি তাইবং মপু অমা শাগৎপগী ৱাখল মওং (God-idea) অমা ঐখোয়দা

পিবকই; ব্রাখল মওং অদুসু অমুক লাইনিং (ধর্ম)গী অশেংবা মচৎতদি তোৎন-তিন্নবা সুকযা যাববোইদবা অমা ওই। মহাক্না চাংয়েং মতুংগী লাইনিং নৈনবোল (এমপিবিকেল থিওলোজি) অসিবু ইচম চম্বা সাইকোলোজিকেল এনালাইসিসকী ব্রাফম অমা ওইনা লৌখি অদুগা মসিদগী, মনুং হুনজিনখিবা, মীওইবৈ পংখৈগী ব্রাংমা লানখিবা নত্রগা মহৌশাদগী হেন্দোক থোইদোকখিবা মচাকশিং (transcendental or supernatural factors) বু তাম্থোকখি। মাগী মীযেংদা, লাইনিং নৈনবোযশিং অসিনা অকুবা ব্রাফমদা আশা লৈত্রবা চনৈনবা অমা থোকহল্লে অসিনি। অদুতা নত্তনা মসিবু মাইপাক্না নৈনবা ঙমগ্নদবা মীশকশিং অদুদি সাইন্টিফিক সাইকোলোজিষ্টশিং অদুনি।

তৌইগুম্বশুং সাইকোলোজিষ্টশিংনা অমুক - মপাম্থোংগী ওইবা (exoteric) কা নুংগী ওইবা (esoteric) কা, মতম খবগী ওইবা (temporal) গা মতম চুপ্পগী ওইনা লৈববা (permanent)কা, খংহৌদনা থোকপগী ওইবা (accidental )গা, লাইতোংলবা (mystic) অমগী পুন্সিদা দবকাব ওইবা মচলশিংগা, অনি অনি অসিগী মবক্তা লৈবা খেৎনবশিং (থোইদোকপশিং) অদু পুংকাও কাওথোকনিংই। সাইকোলোজিনা ঐখোয়দা পিবা ঙক্লিবসি লাইতোংলিবা (mystic) অদুগী মবুক্লিংদা মথং মথং চথবক্লিবা ফিভম মওংশিংগী পবিং অদুখক্তনি। হেনম্যাননা 'মীবু কাগহৌবিবা, হিংথহল্লিবা অমসুং অমত্তা ওইনা তাশিল্লিবা লাইওইবৈ থৌদাংশিং' হায়না কৌবম্বা অদুবুদি মসিনা ঐখোযদা পিবা ঙমদে। মদোম অদুম লৈজবা মমল (objective value) পিবসু যাবা, পিদবসু যাবা লৌশিং কযাৎশিংগী শিংলি নাওবিশিং (stimuli) দা পাউখুম পিবদা (ফাওহনবদা) পুক্লিংদা থোবকপা reaction শিং খববু শুগাইনা হাযবকপা অদুদগী হেন্না মসিনা অভে কবিসু তৌবা ঙমদে। তৌইগুম্বশুং লাইনিংলিঙৈদা থেংনবা (religious experience) তা মদুনা পিবক্লিবা ব্রাহম্থোক অসি চপচাবীদা নুংলোমদা লৈশিনখিবা নত্রগা মীওইবৈ ব্রাংমগী ওইবা অমসুং মদোম অদুম লৈজবা মচল নত্রগা পোৎশেংশিং (transcendental and objective

elements)শিংনি। হায়রিবা পোৎশেংশিং অসিগা মরি লৈনবা সাইকোলোজিগী ওইনা তৌনিংঙাই কবিসু লৈতে।

লাই তোংঙৈদা থেংনবা (mystic experience) অসি মশানা মশা অদুম ওইজবা পোৎশক্লি (a thing per se)নি। থৌবুতগী ওইবদুগী রাংমা হেন্দোক্লা মবি মখোং পিবা (trans subjective reference) অমা লৈবগী মতাংদা মসিগা চুম্না থেংনবা (ordinary experience) কা খেৎনৈ। বিল্লিযম জেমসনা হায়  মীওইবগী লৌশিং তাবিঙৈ ফিভম (human consciousness) তা অওইবৈ রাখল অমা (a sense of reality), মদোম হান্না লৈজবম্বগী ইহুল অমা (a feeling of objective), 'করিনোমা লৈবে' হায়না ঐখোয়না হায়নিংবা অমা ফাওবকপগী ইহুল অমা, হৌজিক হৌজিক লৈবিবা অওইবাশিং অসি হেক হৌবকপদগী হৌনা উখোক্লুনা। লাক্লবনি হায়না হৌজিক হৌজিক চৎননিবা সাইকোলোজিবু খলহল্লিবা তোপ তোপ্পা অমসুং অথন্নবা লৌশিং কয়াং (sense)শিংগী মবক্কগী অমদগী হেক্তা, হেন্না মলেপ লুথনা অমসুং হেন্না খ্বাইগী ওইনা চৎনবা যাবা অমা লৈবগুম্না তৌই।' টি: এম: বাটনা হায় : 'মসি সাইকোলোজিনা শকখংলবা কবিনোম' হেক্তা ওইহনবগী চৎনবিবা অমসু মথৌ তৌবিবা মবম (valid working cause) শিংদগী মীনমগী বাংমদা ওইথোকই থাজনবশিং (transcendental)বু নদুং চলহনবগী বাফম অমাদ অমসং মীবম বাংমগী পোৎশক অমদা লাইনিংলৈঙগী থেংনবকপা (religious experience)কী মবি মখোং থবা (হায়রদি ঈশ্বরগা পাও তোদোক্লনবাচিংবা ) অসি যানিংদবগী পুবা থেংনখ্রবা বাফম অমা ওইবনি; অদুবু মীবম বাংমগী পোৎশক অসিগী অওইবা (reality)বুদি, মবম অদুনা নকল অমদাদি যানৈ।' হায়না টি: এম: বাটনা হায়।

বিল্লিযম জেমসনা লাইনিংবৈ মখল মথেল শাথেংনবিবা মহাক অদুদা মহাক্কী মনুক্লিংগী মপালদগী লাকপা ঈথিল কয়াগী চৎনবা যাবা মওং (objective validity) শোযদনা মঙোন্দা লৈহনগনি হায়বগী থাজবা

পিবা ঙম্না পুংশেং শেংবা বুদ্ধি (pure intellect)না খংলকপগী মগুন হায়বদি "Noetic" quality অমা লাইনিংলিঙৈগী থেংনরকপশিংদা লৈ হায়বসি কনশিন্না পনবিরম্মী। Otto না ইহান হান্না লাইনিংলিঙৈদা থেংনরকপশিংগী তোপ-তোপ্পা, হেন্দোক থোইদোকপা মগুন অদু শুগাইনা তাকপা য়ানবা 'Numinous' হায়বা ৱাহৈ অসি তোইনা শিজিন্নবা হৌখি। (Numinous হায়বসি অঙকপা ঈথিল পিরকপা, মনাক্তা লাই অমা লেংশিনবিরকপগী ৱাখল পোক্লকপগী লাইওং উথোরকপা হায়বনি) মহাক্না হায়-' মমলগী ওইবা মপা লৈতবা লাই লোইনরুবা ৱাখল মওংগী কাংলুপ হায়বদি (unique numinous catagory of value) হায়বা অমা লৈ, মদুগী মরমদা অমসুং লাই লোইনরুবগী পোক্লকপা ৱাখল মওংগী কাংলুপ অদুনা লৈরকপা মফমদা ইচম চম্না ওইরকপা লাই লোইনরুবদগী ৱাখল মওংদা লৈবা পুক্নিংগী ফিভম অকক্নবা (difinitely numinous state of mind) অমগী মবমদা ঐহাক ঙাংজরকখিনি।' মহাক্কী মিয়েংদদি 'Numinous' হায়বসি মহাক্কী মশাই মবুক্নিংগী থোইনশিনগী ওইদবা অতোপ্পদগী লাকপা (objective অমা) ওইনা অমসুং মহাক্কী 'মশা' (self) অদুগী মপালদগী লাকপা ওইনা লৌখি।

লাইতোংলিঙৈগী থেংনরকপশিং (mystic experience) অসিগী লাই লোইনরুবগী ৱাখল ঈথিলগী মগুন (numinous)বু কনশিনহনবা মুন্দক উপনিষদকী শ্লোক অমসু লৈ :

ভিদ্যতে হৃদয় গ্রন্থিশ্চিদ্যান্তে সর্বসংশয়হ।
ক্ষীয়ন্তে চাস্য কর্মানি যস্মিন দৃষ্টে পরাববে।

মুন্দক উপ ২,২,৪(৮)

শ্রীচৈতন্যগী মতুংইন্না, লাইতোংবগী থেংনরকপশিংগী লাইলোইনরুবগী ফাওবকপা ৱাখল মওংগী মগুন অসি ভক্ত অদুগী লৌশিং তানা লৈরবা ৱাখল ফিভম (consciouness) তা (য়াকাই লৌশিংদা)

শুদ্ধ সত্ত্ব (শেংনা ওইবা লৈবগী মওংমতা) অদুনা চংশিনখিবদগী ওইখিবনি। শুদ্ধ সত্ত্ব হায়বসি, মীরম ৱাংমগী ওইরি লৈরিবশিং, তাইবং মপুগী ওইবা লৈবা ফাওবা য়াওদবা মখল পুম্নমকপু ওইহল্লক্লবগী মরম (ground cause) ওইরিবা তাইবংমপুগী মতিং সন্ধিনী শক্তিগী মচি (essence) নি।(বৈষ্ণব দর্শণ শাস্ত্রগী মতুংইন্না ভগবান অসি সন্ধিনী, সম্বিৎ, হলাদিনি কৌৱ নুংগী শক্তি অহুম্না পুল্লি। অহুমসি মথংশিংনা ওইবা লৈবগী, পুক্লিং মরুগী অমসুং নুংঙাইবা মহাও মচীগী মতিংশিংনি।)

সন্ধিনীর সার অংশ শুদ্ধ সত্ত্ব নামা।
ভগবানের সাত্তা হয় যহাতে বিশ্রাম। (চৈতন্য চরিত্রামৃত, আদি)
(সন্ধিনীগী মচি ওইবা শরুক্কী মমিংনা শুদ্ধ সত্ত্ব।
ভগবান্না পুংশেং শেংবা ওইরগা মফমদুদা নুংঙাইনা পোথাই)

লাইতোংবগী থেংনরকপশিংগী থোইদোক হেন্দোকপা মচৎ অসি হেক্তা লৈরগা মসিদা মপাল্লোমদগী ঈথিল চংবগী মওং (objectivity) লৈ হায়বগী প্রমান লৈতে হায়না চক্রি য়েৎপা যাই। মসিগী থৌবুগী ৱাখল ৱাংমদা পিবা মরি মখোং (trans-subjective reference) অসিনা মরি মখোং পিফম ওইবা (মপালগী) পোৎশক্কী অশেংবা ওইবা লৈবা (real existance of the object of reference) চপচানা লেপখোক্তে ; অমসুং মসিগী তোপ-তোপ্পা মচৎ ওইহল্লিবা শোয়দবনি হাযবগী পুক্লিং ইহুল (truth of certitude) অসিনসু ৱাহং হংনিংঙাই ওইদবীদা মসিগী অচুম্বা মমল (truth value) দু ওইরে হায়নসু চুমতাক খুদম পিদে। মিষ্টিক এক্সপবিএন্স অসিগী চৎনবা য়াই হায়না লৌগদবা মওং (vaidity) অসিমক চেকশিন্না তৌরকপা লোজিক্কী ওইনা চুম্মী হাযনা চুমতাক খুদম পিদুনা উৎপা ঙমবা অমা নত্তে হায়বা ঐখোয য়াজে; মরমদি লাইতোংঙৈদা থেংনবকপশিং অসি মাগী মচৎ অদুমক্লা মরম ওইদুনা অচাবা মবম থিদুনা চাংয়েং তৌরুবা যাবা নত্তে হাযবা মশানা অদুম যাজে। পোরমতমক যাৎপা ৱারি (থিওরি)দা হৈনবা ৱাংঙু রোলশুবা (specticular philosopher)শিংগী মতৌগুম্না ঐখোয়দি মসিগী চৎনববু য়াবসু ঙমদে য়াদবসু ঙমদে। তৌইগুম্বশুং

মসিগী চৎনবা যাবদা থল্লিবা ঐখোযগী থাজবা অসি ইফোং ফোংনা পুথোবক্ল বা অমসুং মসিগী মপুমওইবা মওংগী মবিদা তেক লৈবা চিংনবমখৈ লৌথোকখিনবা অকনবা চপযুংনা লেপ্লবা চক্রিগী অচাবা মবমনা শৌগৎতুনা খন্ননবা পুশিনবিবকপা যাই।

লাইতোংবৈ থেংনবকপা অমবু, মদুদা যাওবা মথিবোং (content) অদু যেংলগা ঐখোযনা ৱাযেল তৌবা ঙমদে, মসি থোক্লিঙৈ মমাংদা ওইবন্বা মসিগী থৱাইবোলগী ফিভমশিং অমদি লাই তোংলিবা মীশক অদুগী মপুম অমা ওইনা যেংবা পুন্সিগী ফিভমদা মসিনা কবি ওইহল্লকপগে হাযবদু যেংলগা ঐখোযনা ৱাযেল তৌবা ঙম্মী। থৱাইবোলগী ওইবা ফিভম (spiritual condition) অদুগী মতাংদদি, মী অমনা হেক্তা চংশিল্লুবা যাবা মী পংথহনবা মহৈগী তবং (hynotic trance )শিং অদুগা লাইতোংবৈ থেংনবির্বাশিং অদুগা মান্নদে হাযবসি খংজিনগদবনি। মখোযসি থেংননবগীদমক, থৌবু অদুগী ওইনা অকনবা থৱাইবোলগী শাজেল (vigorous spiritual desipline) দবকান ওই। লাইতোংলগা মী অদুগী মপুন্সি মশাংদা ফত্ত-হৌদি লৌথোকপা নত্রগা শেংদোকপগী থাক অমা লৈগনি। ' মথম্মোয ইশেং শেংলবশিংদু থৌজাল যংলবনি, মবমদি মখোযনা ঈশ্বরবু উবা ফংলগনি।' বাইবলগী গোসপেলনা হাযবিবা অদুনি। তাইবং ঈবাংদা তাওনিংবগী অপান্বা মাবক মচা অমা ফাওবনা মাগী থম্মোযবু মোৎহন্দুনা লৈবিবা, মাগী ৱাখল খ্বথল অমসুং ভৌগোবকপা থবকশিংনা ইবুংঙো মাগী মকমদা থম্বা নুংশিববা ভক্তিগী ঈচেল অমখক্তদা তাওথদ্রিবা মহাক অদুনা লাইতোংবৈ থেংনবিবশিং অসি ফংগনি হাযনা মাশা তৌনিংঙাই লৈতে ( চৈতন্য চাবত্রামৃত, আদি ,iii. 169-516)। অওইবা পোমিৎ, অসিমক্লা লাইতোংবৈ থেংনবকপশিংবু, মিংচৎ শোক্লিংঙাই ওইবা অমসুং লমচৎ কাযনিংঙাই ওইবা খুদিংমক্তগী ঙাকথোক্তুনা থম্মী।

খবগা হৈন্না মকুওইশিল্লিবসি, মাগী মপুন্সি অমসুং মবমচৎতা লাই তোংলবা অদুগী থৱাইবোলগী ওইবা লৌশিং (spiritual realisation)

না হোংহল্লকপা চাওবাকপা শাজৎ অদুনি। হেবম্যাননা 'লাইতোংবৈ থেংনবকপশিংগী 'পুন্সিবু মমল কাঃনবা মগুন' অদুদা শাফু কনশিহল্লি অদুগা হায ' লাইতোংলিবা অদুগী মপুন্সি অমসুং তম্বিবোলশিং অদুদা লৈতেং ওইনা হেনজিন্দুনা লৈবা ওইনা ঐখোযনা উবিবা মতিক চাওনা ঙাম্থোক্লিবা অমসুং মহৈ যাহল্লক্লিবা শক্তিশিং অদুগী মৈহৌবোল (genesis) অদু, ঐখোযনা খোঙ্গুল লিবগা পুথোবকপা হেক ঙল্লিবমখৈ মখোযসি ঐখোযদা অদুক্কী মতিক মমল কাই। লাইতোংলবা মহাক অদু মপুং মনিফানবা লমচৎ (ফিদম)গী পুমহৈ অমনি। শ্রীচৈতন্যনা সনাতন গোস্বামীদা পিখিবা পাওতাক্কী মনুংদা লাইতোংলবা বৈষ্ণব অমগী বাবোল অমা যাওবম্মী। মহাক অদু মীনুংশি চাওবা, অতৈদা খুদোংথিনিংঙাই ওইদবা, অচুম্বা চৎপা, ইচুম চুম্বা,মনাল লৈগনদবা, পুকচেল চাওবা, নোল্লুকপা, অশেংবা, হক্তনা চৎপা মীগী মতেং পাংগনবা, ইং তপ্পা, বৃক্ষগা মখা পুল্লপ ওইনা লোনবা, অপাম্বদুগী মনিং তম্রবা, ইংখবা, হৈ শিংবা অমসুং তুমিন লৈবা হৈনবা মীশক অমা ওইনা তাকপিবর্মা।

(চৈতন্য চরিত্রামৃত মধ্য. iii, 45-48)। তশেংনমক অশেংবা বৈষ্ণব অমা হায়বসি ভগবান মশামক্লি.( চৈতন্য ভগবত, মধ্য , xxiii, 413,xiv-102)।

লাইতোংলিবগী থেংনবকপশিংগী মীবম ব্রাংমগী ওইনা অসি মসিগী শোম্বনা উবা মতৌ অসিনসু তাকঃ। অসুম্না হায -ভগবান অদু মহাক্না থিবগা পুথোবকপা নত্তে, ইবুংঙো মশামক্না মাগী ভক্তশিংদা মশক খংহল্লকপনি, ভক্তশিংদুনা ফোল অদু তবক্লবা তক্না ওইনা হোৎনাখিবা অমত্তা লৈখিদে। লাইতোংবগী খুখং (mystical cognition) না শবাইদা তৌবক্লিবা মওং অদুগা ইন্দ্রিযদা ফাওবকপা (sensation)না হকচাংদা তৌবাক্লিবা মওং অদুগা চপ মান্নে। মপালগী শক্তি থনগী মখা থরাগনা পোল্লিবা অসি 'পুল্লপ ওইনা অতোপ্পা' (the wholly other) হাযনা Otto না মমিং থোল্লি। মসিনা লাইতোংবৈ ব্রাখললোল (mysticism) অসিবু, লাইতোংবৈ থেংনবকপশিংবু পুক্লিংগী মশা মথন্তদা বা হৌদোকচবগী থৌওং

অদুগী মহৈ (পোথোক) ওইনা থাক হন্থহনখিবা অদুগুম্বা মদোম ৱা হৌদোকচবা (auto suggestion) নি হায়না মবাল শিবকপা অদু the wholly other হায়বসিনা ঙাকথোক্লি।

চুম্না খংনবে, অদুম ওইনমক, মদোম ৱা হৌদোকচবা (auto suggestion) অসিফাওবা লাইতোংলিঙৈ থেংনবকপশিংগী অশেংবা মচং হায়দোবক্লবগী তোঙানবা লম্বী অমনি, মবমদি মসিনা তাক্লিবসি কবিগুম্বা খবগী হৌদোকফম ওইবা 'মশা' (self) অমা অমসুং কবিগুম্বা খবদু হৌদোবক্লিবা 'মশা' (self) অমখক চংই হায়বনি। মতিক হেন্না চাওবা অতোপ্পা ৱা হৌদোবক্লিবা (পাওতাক পিবক্লিবা) 'মশা' অদুনা, কবিগুম্বা মদুদা লাইতোংলিবদুনা মশা পুল্লপ ওইনা চংজবক্রবদি কবি পাংথোকপা ঙমগনি ? হায়নকুবা তৌদনা অদুম হেক্তা ৱা হৌদোবকপা নত্রগা পাওতাক পিবকপা (auto suggestion) অসি গোড়কা মীগসি অমগা অমগা শম্ন বিবা মশেল (conjunct) নি অমসুং থবাইগী মনুং হনজিনখ্রবা মফমদা, লাইগী পাওতাক (লাইবাও)শিং, ঐখোযনা খংবদা ওইথোক্লবোইদবা মওংদা মীওইবগী লৌশিং তাবিঙৈ ফিভম (consciousness) তা লাকই হায়বা যানবগী পাম্বে অমনি। ঐখোযনা মসিবু 'অউতো সজেসন' হায়না কৌবা যাই নত্রগা ঐখোযবু সেন্ট পাউলগুম্না 'মসি ঐনি, অদুমক্তদা . নত্তে' হায়না হায়বা যাই। তৌইগুম্বশুং মসি সাইকোলোজিনা শুগাইনা খংহনবা ঙম্লবোইদবা অঙকপা থৌওং (mystery) অমনি।

মিষ্টিসিজমগী খ্বাইনা খংনবিবা মচংকী মবমদা লান্না লৌননির্বাস লৌশিং কযাৎ, ইন্দ্রিযগী থেংনবশিংগী থক হেক্তা পানবা (immediacy) গা Mysticism গী থক হেক্তা পানবগা ইতৎ-তত্তনা চমম্লবা থোকপা অসিনসুনি। তৌইগুম্বশুং লাইতোংবৈ থেংনবশিংগী থক হেক্তা পানবগী মওং সিনা লৌশিং কযাৎশিংগী থেংনবশিংগী থক হেক্তা পানবদগী থাক ৱাংবা হেল্লি। মসিদি খল্লকপা বাখলগী থক হেক্তা পাল্লকপা অদুনা মগুন

হাপ্লবা থক হেক্তা পাল্লকপগী মওংনি। লাইতোংবৈ থেংনরকপশিংগী অসিগুম্বা থক হেক্তা ওইরকপা অমসুং খংলাক লাকপা লৌশিংগী (intuitive) ওইবা লীচৎ অসিনা, অচুম্বা মশক খংবা হায়বসি করিগুম্বা রাখল অসুম খন্থবগী পথাপ অমগী মপান্দগী ফনা লোজিক তৌদুনা যেৎনরক্লবা ফাওবদা, ককথৎপা ঙল্লোই হায়বসি, চিংনবা লৈতনা উৎলি। তৌইগুম্বশুং মসি হায হায়দুনাসু লাইতোংবৈ থেংনবকপশিং অসি ইন্দ্রিয়দা ফাওরকপদগী থেংনরকপশিংগী মচৎ অদু চত্তে হাযবা নত্তে অমসুং মবম চাদবা অমনি হাযবসু নত্তে। খংলাক লাকপা লৌশিং (intuitive)না থরাযদা অনৌবা থক লাওনা পানবা অমা পি মতম অসিমক্তদা ফিলোসোফিগী অমসুং থিওলোজিগী মনুং উশিনবা (insight)কী রাখলতগী ওইবা রাহন্লোক লৈনা চৎন রাইহ (abstract term) শিংনা 'গোড'পু হকথেংননা খংবা থবক্কী শকক অমা ওইশিনখি। অসুম্না লাইতোংলৈব (mystic) অদুনা ফিলোসোফব অমসুং থিওলোজিআনশিংগী থনকপু মপুং ফাহনখি অমসুং মদু শাস্তোক্তনা খোংকাপ অমা ফাওব থাংজিনাখ। মহাক্না পিবকপা ফিলোসোফিগী অমসুং ধর্মগী ওইবা পাওতাকলোল (doctrine) অদু পাওতাকলোল মখা তানা ওইদ্রে পুন্সি অমদম ওইখ্রে।

মসি তশেং শাংলবা (সাধু) শিংগী পুন্সিনা থবক ওইনা মপাংফানা উৎলি। মখোযনা ইচম চম্বা ফিলোসোফব অমনা অমুক্তসু শাথেংনগাদ্রবা পুন্সি অমা লেপ্লি অদুবু পুন্সি অদুগী ফিলোসোফিগী ওইনা চংগাদবা তানলৌ ওইবা লৈহাওদ রাত্তে। মখোযগী মহৌশাগী মা হাদুমক্না মওম ওইদুনা শাখক খক্লদা শাগৎপা রাংভুরোল (abstract philosophy) অমগী scopeগী রাংমদা তারিবা পুক্লিং ইহুলাশিং অমসুং থম্মোয় ইহুলাশিং অদুনা মখোযগী (সাধুশিংগী) মহৌশা মচংকী মশক থোকপা শকক অমা শাগৎলি হায়বসি চুম্মী তৌইগুম্বশুং মখোয়গী রাংভুবোলগী লৈহাও (philosophical background) অমা লৈজে, মদুদগী মখোযগী পুক্লিংগী অমসুং থম্মোযগী ইহুলশিং চোংখৎলকই হাযবা অসিমসু চুম্মী। মখোয়গী পুন্সিগী ইচম চমজবা

লীচৎ অমসুং লানজদবা মতৌ অদুমক্কা মখোযগী মচৎকী ৱাংঙুবোলগী নাকল (phylosophical side) অদু লোৎশিল্লমবদি যাই অদুবু মসি সুকযাও যাওদবদি নত্তে। Christ কী মবমদা পল্লদুনা হেবম্যাননা হাযখি 'ক্রোস অমসুং মসিনা ৱাহন্থোক পিবিবা লোইনমক অমসুং ক্রোস অদুনা লাইনিংগী থবক থৌদাংশিংগী মতোল লোম্লবা মতাং ওইবিবা অদুগুম্বা লাইনিং থৌবম পুম্বা অদু, কোইনবকত্রবা অমসুং চম্লবা নজবেথকী পুন্সি অদুদগী খুদক্তা হেক্তা মপুং ফানা চাওবেপ তাল্লপা নত্তে, মতম শাংনা অথাং কন্না পুন্সিগী অওইবা পোমিৎশিংদা বাখল উংলদুনা লাকপা অমদগী পিথোবকপনি .. অওইবা পোমিৎ (fact) অমদা বাহন্থোক চেনবা থিওবি অমা যাওদ্রবাদ মদুনা হেক্তা ইশেং শেংনা অনসং মপুং ওইনা অওইবা পোমিৎ অমা হেক্তা ওইবা ওমদে, মবন অদুনা পুক্লিং ফিভম (mood) শিং, খল্লোমযদা তানা নর্মাশিং অমদি ইন্দ্রিযদা যাওবকপাশি গী ইচম চম্বা মথা(set) অমখক অদু নত্তনা তশেংবমর্ক্কী পুন্সি (life in deed) ওইখিনা খৃষ্টগী পনৌবা পুন্সি অদুদা মসিগী মবম চানা থাহন্থোক শোযদনমক যাওগনি।'

মিষ্টিক এক্সপাবএন্সকী বেসনেল কেবেন্টবদা শ্রীচৈতন্যনা কন্না পুক্লিং চাশিল্লম্লিবাস মতাক্তা অনেম্বা অমসুং অনাংবা খুখং (low and high understanding) অনিগী মবক্তা খেৎনবা থল্লাম্লিবা অসিনা ওইনম্বা যাই। অনেম্বা খুখংনা চুম্লগী মী ওইশিংদা থোকই অদুগা হেন্না থাংখৎপদা লাম্লাইশিংদা থোকই। (চৈতন্য চরিতামৃত, মধ্য, xxiv, 121-22) অহানবগী মসিংদবা মবম্লা থবাযবোলগী ওইনা খংলকপা (spiritual realisation)দা মতেং ওইদে, তৌই তুম্ব শুং অকোনবগী অসিনা প্রকৃতিগী ঈথিল চংদা মনম্লা ঈশ্বরগী মশব খংবগী লম্নেল লোমদা লর্মাজংলকই (চৈতন্য চরিতামৃত, মধ্য, xiv 123-24)তশেংনমক কৃষ্ণগী মফমদা ভক্তিগী সেবা তৌবা ভগবত তানবা, শেংলবা মিংলেন শকচ শোনজবা, সাধু সঙ্গ তৌবা, অমসুং বৃন্দাবন্দা লৈবা, ঈশ্বর খংনবগী খ্বাইদে মক ওইবা পাম্বে মঙা অসি 'সুবুদ্ধি' হাযবদি অনাংবা খুখং অসি লৈজববা মীশক অদু খক্তদা মহৈ যাল্লি। (চৈতন্য চরিতামৃত, মধ্য, xxiv, 128-29)। অনাংবা খুখং অসি যাওদ্রবা মীশকশিং অদুদি থৱাযবোল

খল্লক্লবা ফিলোসোফি মখল অদু মহাক অদুনা ওইবা (that he is) গী মী মখল অদুগী মখা পোল্লি' হায়বদু কা হেনজিল্লবা অমা নত্তে। Muirhead না ফিলোসোফিশিং অসি, মশাই মরন্নাইগীনি হায়বা নাইদবতা নত্তনা মশা মরন্নাইগী ওইবা পোৎশক ওইহনদ্রবা (depersonalise তৌরবা) অমসুং অসুম্না ৱাখল মওং অমদা, বুদ্ধি (intellectual)কী মশা মদোম শুগাইনা তাকচরবা পোৎশকশিংনি হায়বা য়ারবা scietific discovery অমসুং 'technical invention' কা চাংদম্নবগী মহুত্তা, মশা মশাগী ৱাখল ফিরেপশিং য়াওহন্দুনা, মশা মশাগী পুক্লিং ইহুলশিং ফোংদোক্তুনা শাগৎলকপা কবি নত্রগা কলাকার অদুগী খুশেম (creation) অদুগদুম চাংদম্নরম্মী।

(Subjectivism-জ্ঞান পুন্নমক মশাগী মোত, মশাগী ৱাখলশিং অসিনচিংবগী মখা পোল্লি মরমদি অচুম্বা, ফাওরকপা ৱাখলনচিংবগী মপালগী ওইবা, মদোম চুজ-লৈজবা পোৎকী মওং (objective form) হায়বা অমা কৈদসু লৈরোই হায়না থাজবা doctrine অমনি)।

লাইতোংবৈ থেংনরকপা লৌশিং অসিদা লৈরিবা থৌবুতগী ওইবা মতৌ (subjectivity) অসি subjectivism গী subjectivity অদু নত্তে। মসি existantialist শিংনা কন্না পুখৎলল্লিবা, 'ঐগা লাইগা কন্না মরি লৈনরিবা অদুগী খুত্থাংদা করিগুম্বা, ঐগী ওইবা লৈবা (existance)কী খ্বাইদৈ হেন্না লুথরবা মরা (deepest root)' থক হেক্তা খংলকপদা পুন্সিনা য়ুমফম ওইরিবা ' মশামক্তা অমসুং ঈশ্বর মশক খংবগী লমদা মশা মদোম মরন্নাই (individual) অদুনা হুৎচিন্দুনা চংশিনখিবা' অদুদা শাগৎপা subjectivity গী মখল অদুনি। মসি, (পুক্লিং, ৱাখলতদা লৈবা) মচি (essence) না ওইবা লৈবা (existance) কী মাং থাই অমসুং মচি হায়বসি পুন্সিগী মপালথোংদা উবা, তাবা, ফাওবা শওং-শদা নাইবা (concrete ওইবা) কুপথবা মচাকশিংদা পানশিন্নিংঙাই করিমত্তা লৈতে হায়না তন্বীবা কান্নদ্রবা intellectualism(বুদ্ধিনা নম্মৎপা ৱাখললোল)দগী

ওইবা লৈবা (existance) লোইনমক্কী ময়াইচবুকলোমদা পুক্লিং মমাই লৈশিল্লকপনি। Objective criterion of truth (লন্নাই ঈথিল চংদনা মদোম চুমজ লৈজবা মওংদা ওনবা অচুম্বগী লমওনচৈ) হায়না কৌনবা মাইকৈ অদোমলোমদগী মীগী নুংগী ওইনা ওইবা লৈবা (inner existance) কী মনুংদা খংলকপা 'অচুম্বা' অদোমদা মমায় ওনশিল্লকপনি। কিএরকেগগার্ডকী মতুংইন্না 'অচুম্বা' হায়বসিগী, থৌবু মশামক্কা চুশিন্নরবা (apropriated ওইবা) নত্রগা মাগী পুন্সিদগী ফাওরকপা অদু নত্তনা অতৈ ব্রাহন্থোক লৈতে।

থৌবুগী ওইনা থেংনবশিং (লৌশিং, মহাও, অচুম্ব)গা মশা মদোম চুমজ-লৈজবা মশা মদোম শুগাইনা তাকচবা মরন্নাই ঈথিল চংদবা লৌশিং (objective knowledge) গা উংখৎনবসি হান্ননা পনখ্রবা মীরম ব্রাংমগী ওইবা লৈবগী লাইরোল (principle of transcendental existance)অমা ওইরিবা, শুদ্ধ সত্ত্ব (পুংশেং শেংনা ওইবা লৈবা) হায়বসিনা মনুংদা চংশিল্লকই হায়বগী থাজবা অসিনা চৈতন্যগী ব্রাখললোলদা তায়শিন্নে। মহাক্কী থম্মোযদুনা পুংশেং শেংদবা, লাইগী মফমদা মানা চংজবিবা অদুনা মপুং ফারবা ভক্ত অদুগী য়াইকাই লৌশিং (conscious-ness/চৈতন্য)দা শুদ্ধ সত্ত্ব ' না চংশিল্লকপা অসি মীরম ব্রাংমগী ওইবা লৈবগা থৌবু অদুগা চংথোক-চংশিন তৌনবা(interpenetration) অসিগুম্না ফিভমসিদা মহাক্কী ব্রাখল, পুক্লিং ইহুল অমসুং লৌশিংতানা ব্রাবেপ লৌবগী পাঙ্গল (will) পুম্নমক পুল্লপ ওইনা মশক হোংলকপা অমসুং মচু তাহল্লকপা অমসুং মহাক্কা অচুম্বগা মমায়-মমায় ওনশিন্নন থেংনহনবগী ফিভম অদু ওইনা মহৈ য়াল্লকই। অচুম্বা অদু মহাক্কী ওইনদি, ব্রাখল খ ল্লগা লামশিল্লুগদবা মপালগী পোৎশক অমা ওইদ্রে। মহাক্কা মসিবু খংবতা নত্তে, মসি ওইনা হিংই।

অদুমওইনমক, জীব অদুগী হৌজিক ওইরিবা থাক অসিদদি মহাক্কী ব্রাখল মিয়েং অদু মসিনা খনজিল্লিনৈ মতাং অমসুং মসিনা অওইবা (reality)বু ইহান হানবা খুথাংদা ফাওবা শাথেংনদ্রিঙৈ অসিদদি মহাক্কী

ওইনা অমত্তা ঙাইবা লৌশিং (জ্ঞান) লৌফমদি লাইবাও চুম্না ফোংদোরকপা (revalation) নত্রগা শব্দনি (চৈতন্য-চরিত্রামৃত মধ্য, xx, 107)। মসি হেক্তা হায়বগা অচাবা মরম (reason)বু পুল্লপ ওইনা লংশেকখ্রে হায়বা নত্তে, তৌইগুম্বশুং অচাবা মরম (reason) অসি মসিনা অচুম্বা ফোংদোরকপা লাইবাও (revalation )গী মখা পোন্না লৈববা মতমদদি কান্ননিংঙাই ওই হায়বনি। Flint না হায় "reason" না য়াম্না শেংলবা মঙাল অমা কাপথোরকই। মঙাল অসিনা, ঙমজরিবা অদুক্কী মতিক ফাওবদি মসিবু থাজগদবনি অমসুং মতুং ইনগদবনি, অদুবু মসিগী মতিক অসি অসুক্কী মতিক পংখে নাইখ্রে মদুদি মসিনা মীওইবৈ মহৌশা মচৎনা পাল্লিবশিংদু থুংনহনবা ঙমদে। অতৈগী মতেং ইয়াও যাওদ্রিবা (বুদ্ধি) (intellect)কী খ্বাইদৈ হেন্না মরেপ লুরবা ডিসকোভরিশিং (হান্না লৈরম্ববু নৌনা পুথোরকপশিং) অমসুং খ্বাইদৈ হেন্না ৱাংনা থবক ঙম্লকপশিং অসি অখন্নবা লাইবাও (revalation)গী খুত্থাং খক্তদা লাকপা ঙম্বা অচুম্বশিংনা মতেং পাংশিনবা দরকাব ওই।'

মপুং-পুংফা ফাবা ইবুংঙো মহাক্কী মশাগী ওইজরক্লবা মচৎ য়েংলুবগদি লাইবাওগী তম্বিবোল (doctrine) অসি মরমচানা চুম্মী হায়বা ঙমগনি। মবমদি মপুং-পুংফা ফাবা (absolute) মঙোন্দদি ফিভমগী মখা পোনবা হায়বদু লৈতে, ইবুংঙো মহাক হাযবগা ফিভম ফিবাংশিংগী ওন্নতৈনবা বাপু (negation of the conditions) অদু ওইনা খংনৈ; মসিখক্তগী মখাদা ঐখোয়গী খন্তবা ৱাখল অমসুং ইন্দ্রিয়দা ফাওবকপা লৌশিংগী থৌবর্মশিংনা চথবা ঙম্না হায়বসি ওইথোক্লিবনি। মরমদি মহাক লোইনা নুংশি হৈ, অদুনা মহাক মশামক ভক্তিগী লম্বেলবু লৌখৎলিবা, পুল্লপ ওইনা অমসুং সর্ত অমত্তা যাওদনা মঙোন্দ চংজবক্লবা অমসুং ইবুংঙো মাগী মীবম ৱাংমগী ওইবা মখোঞ্জেল. নেদ অমসুং পুরানদা থম্না থাজপরৈ ( শ্রদ্ধ) অমসুং লাই নুংশিপরৈ (ভক্তি) যাওনা তারিবা মখোয অদুগী মফমদদি লেংদনা শাফোংবিদুনা লৈ।

*শব্দ (লাইবাও Revalation):*

পুংথোই থোইববা ইবুংঙো মহাক্না লশ্বী অহুমদা, মহাক্কী জ্ঞানবু পংখৈ নাইবা থৱাইশিংদা হোদোকপিবকই। মহাক্না মখোযগী থম্মোযশিংদা লেংশিনবিবগা মখোযগী খংলকপা লৌশিংবু লমজিং লমতাকপি (চৈতন্য চবিত্রামৃত মধ্য, xxii-30); মহাক্না গুরু নত্রগা থবাযবোলগী লাইনিংহলগী শক্তম লৌই অমসুং থবক থৌদোক্তুনা হাযবদি লাইমিং (দিক্ষা) পিবগা অচুন্না মশক খংনবগী থৌওংদা মতেং পাংলকই ; ইবুংঙো মহাক্না তাইবঙ লৈশেম্বা ব্রহ্মাদগী হৌবগা মথং মথং গুরুশিংনা তম্বীবক্লবা আম্নায হাযবদি নাকোংনা তাবা ঙম্বগী মওং তাবক্লবা নুংগী ওইবা লাইৱাশিং, শ্রুত্রিগী শাওং লৌদুনা অমসুং শাস্ত্রশিংদা যাওবিবা বাবোলশিংনা মাগী হকচাং ওইবগা পংখৈ নাইবা তাইবঙ মীগী থাক্তা কুথবীবকই। (চৈতন্য চবিত্রামৃত মধ্য, xx, 108)

গুরু হাযবসি পুংথোই থোইনা ওইবা লৈবা (supreme being) অদুগী শাফোংলবা মওং (manifested form) নি অমসুং ইবুংঙো মাদি মীনুংশিগী পুমহৈ (embodiment of mercy) নি (চৈতন্য চবিত্রামৃত, আদি, i, 27)। মহাক মশামক্না ঐখোযগী থম্মোযদা মনুংদগী ঐখোযগী থৌদাংশিংবু লমজিংদুনা বাবক বাতেমদুনা, থবাযলোলগী ওইবা লাইবোল ( অন্তর্যামীন) অমগী ম ওংদা শাফোংলকপা নত্রগা মপান্দগী ঈথিল পিবিবিবা অমসুং পাওতাক পিনবীবিবা মরুওইবা ভক্ত অমগী মওংদা মহাক্না শাফোংনবা, মওং, মওং অদুগী মতুংইন্না মহাকপু চৈতন্য নত্রগা মহান্ত হাযনা খংনৈ, (চেতন্য চবিত্রামৃত, আদি, i, 29)।

লাইবাও নত্রগা শব্দ হাযবসি অদুমওইনমক, মনল বেদ নবি, মপুং ওইবা পুবান তবানপাল, উপ পুবান তবানপাল (খব তন্ত্বকা পুবানশং) উপনিষদ তবামাংখোই অমসুং মতিক লৈববা অধ্যাত্মিক গুরুশিংনা লেংলম্না সুত্রশিং নত্রগা পাওবৌ (aphorism) শিং যাওববা, আম্নাযগী মবাহৈ অদু ওইনা খংনৈ। মখোযাশং অসিতা চপচাবা লৌশং লৌফমনি। তাইবং মপৃগী মৱাহৈ ওইবনিনা ইন্দ্রিযদা ফাওবকপা (প্রত্যক্ষ -perception) অমসুং

খন্থরগা লেপথোকপা (অনুমান inference) তা তোয়না থোক্কনবা অশোয়বা মরিদুগী অমত্তনসু মখোয়বু শোয়হনবা ঙমদে (চৈতন্য চরিত্রামৃত, আদি, vii, 101-2)।

আম্নায়দি মশা মদোম চুমতাক খুদম পিজবা (self evident) নি, অদুগা অতৈ লৌশিং লৌফমশিংদদি মসি ওইদে। অতৈশিং অদু 'আম্নায়'গী মখা পোল্লি অমদি আম্নায়গা চুশিন্নরিমখৈদি মখোয়সি কাননৈ। তৌইগুম্বশুং মসিগী ৱাহন্থোক্কবু ফিভম কায়হনখ্রবদি, আম্নায়দা য়াওরম্বা মশা মদোম চুমতাক খুদম পিজবগী মগুনদু মাংখি (চৈতন্য চরিত্রামৃত, আদি, vii, 125) ঐখোয়না শাস্ত্রশিংবু নৈনবদা শিজিন্নগদৌরিবসি ৱাহৈশিংগী অহানবা নত্রগা হকথেংনবা ৱাহন্থোক্তা তাংদুনা শুগাইনা হন্দোকপগী মওং অভিধা বৃত্তি অসিনি, ৱাহৈশিংগী অনিশুবা ৱাহন্থোক নত্রগা নাকোইনবা ৱাহন্থোক্তা তাংদুনা শুগাইনা হন্দোকপগী মওং লক্ষনা বৃত্তিনা নত্তে। (চৈতন্য চরিত্রামৃত, আদি, vii, 103-4)। অনিশুবা ৱাহন্থোক্তি অহানবা ৱাহন্থোক্কু শিজিন্নকুবদা লৌশিনবা য়াবা ৱাপু থোবক্তুবা মতাং অদু খক্তদা শিজিন্নগদবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা 'অয়ং শচিনন্দনহ: সাক্ষাৎ নন্দনন্দন এব' হায়বা ৱাফোং অসি খংনিংলবদি লক্ষনা বৃত্তি অমুক শিজিন্ননিংঙাই লৈত্রে। ৱাহৈশিং অসি হেক তাকʼবমত্তদা হকথেংননা ঐখোয়দা খংহল্লিবসি ' শচিগী মচানিপা (শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য) অসি নন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণ মশামক্লি হায়বা অসিনি। অদুবু ৱাফোং 'গঙ্গাযামঃ ঘোশহাঃ' অসি হকথেংননা ৱাহন্থোক পিকুববদি গঙ্গাগী মনুংদা শনজেন্নহাশিংগী খুঙ্গং' হায়না হাযবকপা তাই ; মসিদি নাতৈচাবা ৱাপু অমত্তা থোকহল্লক্তে। মসিগী অশেংবা ৱাহন্থোক অদু ফংনবা লক্ষনা বৃত্তি শিজিন্নবা দরকার ওইবকই। অশেংবা ৱাহন্থোক অদুদি, 'শনজেন্নহাশিংগী খুঙ্গং অদু গঙ্গা মপান্দা (ইচেল ওইনা চেল্লিবা ঈশিংদু নত্তবীদা) লৈ হায়বনি'

মাধবচার্য্যগী মতুংইন্নদি বেদগী মতাংদদি লক্ষনা বৃত্তিগী চন্নফম অমত্তা লৈতে। মহাক্না চক্রি য়েৎলকই 'বেদগী মীবমলেনগী ৱাংমগী ওইবা

ৱাহৈশিংবু শুগাইনা হন্দোরকপদা অভিধা বৃত্তিনা কান্নরক্কবা অদুদবু মসিগী মখা থাবা লক্ষনা বৃত্তিনবু কৈদৌনদৌরিবনো ? খুঙ্গং অদু লৈত্রবদি, মদুগী লমখৈগী ৱাফম অমুক লৈররোই। মমাসু, মপাসু অমত্তা য়াওদ্রবদি মচানিপা অমা লৈবা হৌনদে' (মাধবাচার্য্য ; তত্বমুক্তাবলি-২২)।

তৌইগুম্বশুং বেদসি অসুক্কী মতিক পাকচাওমনখ্রে মদুদি পুন্সিগী মশাংনা অসুক তেন্নরবা কলি যুগ অসিদদি মখোয় লোইনমক মাষ্টর তৌবা হায়বসি ওইথোকনিংঙাই ওইদ্রে। মখোয়সি ৱাহৈসু লীকই অদুগা খংবসু ৱানা থোকই মদুদি মখোয়গী অওইবা মনুংগী ৱা লৌশিনবা হায়বসি অয়াম্বা মতমদা তরায় তরায়দে। মখোয়সি ঋষিশিংনা অসুক্কী মতিক খেৎন-খেৎননা হন্দোক্করখ্রে মদুদি মখোয়গী ৱাহন্থোক্তা মখল মখা লোংথোরকপা অদুনা কনাগুম্বা অমবু হেক্তা চমম্নহল্লি। বেদশিংগী অমম্বা ৱাখলশিং অদু ময়েক শেংহনবা হেক ঙম্লিবা শাস্ত্রশিং অদুদি পান্দম অসিমক থৌওইনা লেংখ্রবা ইতিহাস অমসুং পুরানশিংনি। বেদশিংনা ময়েক শেংদনা তাক্লবা কয়ামা নত্রগা শমপৎনা খংহল্লম্বশিং অদু ইতিহাস অমসুং পুরান্দা চাওরাক্না শুগাই অমসুং পাকথোক চাওথোকহল্লি।

মিয়েং অসিদগী হায়রুরবদি ইতিহাস অমসুং পুরানশিং অসি বেদগী থাগৎপা ফোংদোকপা নত্রগা মপুং ফাহনবা বেদগী শরুকশিংনি। মসি পুরান (অরিবা) হায়বা ৱাহৈ অসিনা তাকচরম্বনি। মপুংফাহনবা শরুকশিং ওইবনিনা পুরানশিংবু বেদদগী তোখায়না থম্বা ঙম্মোই (তত্ব সংদ্রভ-১২)। শ্রীজীব গোস্বামীনা পুরান অমসুং ইতিহাস অসি বেদদগী তোখায়না থম্বা য়াদবনি হায়বসি কুপথনা খন্ন-নৈনৈ অমসুং পুরান অমসুং ইতিহাস অনি অসি পুনশিল্লগা মঙাশুবা বেদ শাই হায়বগী চুমতাক খুদম পিনবা মখল মখাগী লাইরিকশিংদগী ৱারম কয়া লৌখৎলগা পুখৎলকই অমসুং বেদ মরিদা মমুৎ তানা নৈনরমদবা, আখ্যান, উপখ্যান, গথা অমসুং কল্পশুদ্ধি অমসুং হিরম কয়া পাকশন্না নৈনখি।(তত্ব সংদ্রভ -১৩,১৪) হায়নসু লৌনৈ, মসি মখোয়না

বেদগী ৱাখল মপুং ফাহল্লি হাযবা অসিখক্তগীতা নত্তনা, মখোযসি ইবাই লায়না খংবা ঙমই অমসুং ব্রাহ্মন খংদে, শুদ্র খংদে, নিপা খংদে, নুপি খংদে, অহলদসু, নহাদসু মসি ইযাদ-যাবা গুন্মী হাযবদগীসু ওইবস্বা যাই হাযবা অসিগী মবমদগীসুনি। মবম অদুনা বেদদি নৈনববা অদুগা পুবান অমসুং ইতিহাস মপুদি নৈনদ্রিবা মহাক অদু শেংনা মহে হৈববা অমা ওইনা লৌদে (তত্ব সংদ্রভ -১৫)।

ইতিহাস অমসুং পুবান অনিসিগী মনুংদা পুবানবুনা হেন্না মরুওইনা লৌনৈ মবর্মদি ইতিহাসসি মচৎতা ৱাবিলীবা ওইনতা তৌই। তৌইগুম্বশুং যুগ অসিদদি পুবানস্ বেদগী অশেংবা ৱাহস্লোকপু হাংদোক্লুনা উৎপা হাযবা অখন্নবা পান্দমদু মনিং থুংহনবা ঙমদবগুম তৌবে, মবমদি মখোযসি মপুংমবৈ ফাবগী পান্দমদু ইযৌ যৌনদ্রে, চপমান্নবা লাইশিংবু মান্ননা শৌগৎত্রে নত্রগা চপমান্নবা মিযেংসু খন্ননবা মান্ননা পুখৎনবক্ত্রে। মখোযসি খেৎ-খেৎনববা মতমদা তোঙান তোঙানবা ধর্মশিংগা অমসুং তোঙান তোঙানবা মহাওশিং অমসুং তৌবা ঙস্বশিংগা চুন চুননবা ইখিবনি। তোঙান-তোঙানবা চকশিংদা পুবানশিংনা তোঙান-তোঙানবা লাইশিংবু শৌগৎলকখি হাযনা মৎস্য পুবানদা পনবা লৈ। সত্বিকা কল্পদা মখোযনা হবিগী মগুন লংখৎহনখি, বাজসিক কল্পদা ব্রহ্মাবু অদুগা তমসিকা কল্পদনা অগ্নি অমসুং শিববু। অসুম্না তোঙান তোঙানবা কল্পদ মখোযবু ইখি হখিবা অদুগী মতুংইন্না, মখোযবু সাত্বিক, বাজসিক অমসুং তমসিক হাযনা মখল খাযদোকখি। (তত্ব সংদ্রভ ১৭)। সাত্বিক পুবানাশিংনা খ্বাইদৈ হেন্না মবা চৎলি অমসুং অতৈশিংদগী তেন্না ফৈ হাযনা লৌনৈ মবমদি সাত্বগী মগুন্দি জ্ঞানগী তাংবল অদু ওইনাসিনি অমসুং মসিনা 'ব্রহ্ম' মশক খংবগী লম্বেলেলোমদা লর্মজিংবি। তৌইগুম্বশুং সাত্বিক পুবান ফাওবা চপমান্নবা বাখল মিযেং মতম চুপ্পদা ফোংদোকপা তৌদে। কবিগুম্বা মতমদা মখোযনা 'ব্রহ্ম'বু শকনাইবা ওইনা অমসুং কবিগুম্বা মতম অমদনা শকনাইদবা অমা ওইনা, কবিগুম্বদনা লৌশিং চেনবা ওইনা, মতাং অমদনা অমুক লৌশিং চেন্দবা ওইনা তাকই। অদুদি মতৌ কনম্না পুবানশিংগী অশেংবা ৱাখল পবিং অদু কবিনি হাযনা লেপথোক্কদৌবিবা ?

*শ্রীমদ ভাগবত :*

শ্রীব্যাসদেবনা বেদশিং অমসুং পুরানশিংগী ৱাখল ফিরেপ অদু লেপথোক্লবা ইরম্বা মানবা 'ব্রহ্ম সুত্র' অসিনসু থোইদোক্লা কান্নফম খংহন্দ্রে মরমদি মসি পাওরৌগী ওইনা তৌই অমসুং তোঙান তোঙানবা স্কুলগী টিকাকারশিংনা তোঙান তোঙাননা শন্দোকলোল পিনরকখি। পুরানশিংগী মরক্তগী ঐখোয়না বেদ, ইতিহাস অমসুং পুরানগী মচি (essence) য়াওবা অমসুং ইরায় লায়না খংহনবা ঙম্বা অমা য়াওরম্লবদি ঐখোয়গী অরুবা ৱাফমসি ফোল তাহনবা ঙম্লমগনি।

অসিগুম্বা পুরানগী মওংসি ঐখোয়না শ্রীমদ ভাগবততা ফংই। মসিদি বেদ, ইতিহাস অমসুং পুরানগী কুংশিল্লবা মচং (quintessence) অদুনি (ভাগবত, ১,৩,৪) অমসুং শঙ্গোম অফম্বদগী শঙ্গোম মপাল শুংদোরকপগুম বেদ অমসুং পুরানশিংদগী শুংদোরকপনি (চৈতন্য ভাগবত, মধ্য, xxi. 16) মসি অরাম খৌরাংবা পুম্নমকপু কোকহনবা, মরাং কায়হনবগী অথোইবা পামেল ওইরিবা বেদদা পাল্লকপা উহৈশিংনা মমুল ফারক্লবা উহৈ অদুনি। (চৈতন্য চরিত্রা মৃত, মধ্য, xxv, 541)। মসিগী লাইওইরবা তম্বীরোলশিংগী অমৃত অদু থক্লুরবা মহাক অদুদি অতোপ্পা লাইনিং লাইরিক অমা পানিংবগী ইখৌ লাংবসু লৈররোই, দরকারসু ওইররোই। মনুংথিৎনা উবা ঙম্লবা, ঋষি ব্যাসকী মবুক্লিংদা মসিনা করম্না ময়োল চোংখৎলকখিবগে হায়বগী ৱারোল অমা লৈ। মদুনা তাকপদি মসিদি পুরান লোইনমক্লা অপুনবা হকচাং অমা ওইরগা শ্রীমদ ভাগবতনা হকচাং অদুগী কোকথোন্দা থেৎপা মনি মুক্তা অদুমক্লি।

অসুম্না হায়রি -বেদান্ত সুত্রশিং অমদি অতৈ পুরান তরাতরেত ইবা লোইখ্রবা ফাওবদা বেদ ব্যাসকী মবুক্লিং লৈতাফম খংলমদে (চৈতন্য ভাগবত, অন্ত্য, (iii, 507)। অচুম্ববু হেন্না মপুং ফানা খংগে হায়বগীদমক মহাক মশামক লুথরবা ধ্যান অমদা লুপশিন্দুনা লৈখি। অদুদগীদি লাইগী মতিক চেল্লবা মিয়েং অমা পিনবিরক্তুনা মহাকপু থৌজানবিরকখি। ৱাখল মিয়েং অদুদা

শ্রীমদ ভাগবতকী মনুংগী মচাক পুন্না মঙোন্দা উহনখি। অসিগুম্বা লাইবাও অসি লাকপগা মহাক্না ঙাইজরক্লবা নুংঙাইবা অমসুং ইংথবদু ফংবা ঙমজখি।(চৈতন্য ভাগবত, অন্ত্য, iii, 508)।

মরম অদুনা শ্রীমদ ভাগবতপু বেঙ্গল মহৈকোলগী বৈষ্ণবশিংনা খ্বাইদৈ ৱাংনা ফোংদোরক্লবা অচুম্বা য়াওবা অমসুং ব্যাসদেব মশামক্কী ব্রহ্ম সূত্রদা মশামক্না পিবা শন্দোকলোল (commentary) অমা ওইনা লৌনৈ (চৈতন্য চরিত্রামৃত, মধ্য, xxv. 108) শ্রীমদ ভাগবতকী খ্বাইদৈ হেন্না মতিক লৈনা মৱাচৎপগী মগুন লৈবা অমসুং চঙখোনবগী মতাংদা শ্রীচৈতন্যনা অসুম্না তাকপিবন্মী ' ব্যাসগী বেদান্ত সূত্র অসি শিবা নাইবা তাইবং মীওইবগী ওইর্নদি লৌশিংতানা লৌশিনবা ঙমদে। মবম অদুনা, মবুক তপ্লবা মুনি অসিনা মহাক মশামক্কী সুত্রশিংগী ৱাহস্লোকপু শ্রীমদ ভাগবততা মচা খাযনা শুগাইনা তাকপিবন্মী। ভাগবত অসি শেংনা হায়রবদা লেংদবা পুক্লিং মবা তপ্লগী খংন খুদম ওইরিবা মীবমলেন ৱাংমগী ওইবা ৱাহৈ প্রনব নত্রগা ওঁ গী মরেপ য়ৌনা শুগাইনা তাকপা অমনি। প্রনবকা গ্রাইত্রিগা অনিসি চপ মান্নে। ৱাহস্লোক অসি ঈশ্বরনা শ্লোক মবি শুহন্দুনা চাওথোকহল্লগা ব্রহ্মাদা তাকপিরন্মী। ব্রহ্মানা অমুক মাগী পালি ওইনা নাবদদা লীখি, মথংদা নাবদনা ব্যাসতা। ব্যাসকী ব্রহ্ম সূত্রদি শ্লোকশিং অসিবু মযেক শেংনা তাকপদনি অদুগা ভাগবততি সুত্রশিং অদুগী ভাষ্য (শন্দোক বারোল) নত্তনা অতৈ অমা নত্তে।' (চৈতন্য চরিত্রা মৃত, মধ্য, xxv, 76-81)।

অসুম্না শ্রীমদ ভাগবত অসি সাত্বিক পুরানশিংগী মনুংদগী খ্বাইদৈ হেন্না মৱা চৎপা অদু ওই (তত্ত্ব সংদ্রভ -২০)। মসি মশামক্না অদুম মপুং ফাজববনি (তত্ত্ব সংদ্রভ -২১) মরমদ ওইবা লৈবা লোইনমক্কী খ্বাইদৈ হেন্না মপুং ফাবা হায়বদু ওইবিবা কৃষ্ণগা মচি ওইনা মাসগা শকমান্নে (চৈতন্য ভাগবত, মধ্য, xxi. 14)। মচৎতা তঙাইফদনা লাইগী ওইবা গযবদু ওইবনিনা, মসি কনাগুম্বা লনাই অমগী খুৎশেম নত্তে। মৎস্য, কুর্ম অমসুং অতৈ ভাগবানগী অবতারশিংগুম্না, মসিসু মশাগী কুশিদা অমুক মশক

উৎথোরকই অদুগা অমুকসু মাংখি (চৈতন্য ভাগবত, মধ্য, iii, 500-1)। শ্রীমদ ভাগবতমক্তদা অসুন্না হায়-'শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী অধ্যাত্মিক্কী লমদা ধর্ম অমসুং জ্ঞান পুরদুনা পোথাখ্রবা মতমদা, অধ্যাত্মিক্কী মীয়েং মশাদগী মাংখ্রবা জীবশিংবু কোইশিল্লিবা নুংশুক নুংজানবশিংবু তানথোকখিনবা কলি হায়বা যুগ অসিদা তাইবংপালগী তামখ্রবা লমখৈ (horizon)দা ভাগবতকী নুমিৎনা মশক উত্তুনা ঙানথোকপিরকই' (ভাগবত,১,৩,৪৩)।

শ্রীজীব গোশ্বামীনা শ্রীমদ ভাগবতকী মকুওইবগী মতিক অমসুং মরা চৎপা অমা ওইবগী মগুন অসি, মসিবু মীযান্না য়ান্না পান্নবা অদুদা খুদোনবীনা থিল্লগা অমসুং থায়নগী অমদি মহাক্কী মতমগী পন্তিতশিংনা ইরম্বা ভাগবতকী চংখোল্লবা কমেন্টরি (টিকা/ভাষ্য.শন্দোকলোল) শিংগী মরক্তগী খরদা মরি মখোং পিরগা চুন্মী হায়বা উৎলন্মী। কমেন্টবিশিং অদুদি হনুমদ ভাষ্য, বস্না ভাষ্য, সম্বন্ধোক্তি, বৃহৎ কামধেনু, তত্ত্বদীপিকা, পরমহংস প্রিয় অমসুং শুক হৃদয অসিনি। হযশির্ষ পঞ্চবাত্রদা শ্রীমদ ভাগবতকী শন্দোকলোল অমনি হায়না শিংথারিবা, তন্ত্র-ভাগবতসু মহাক্কা মবি মখোং পিবন্মী অমসুং মুক্তা ফল, হরি লীলা অমসুং ভক্তি রত্নাবলিগুস্বা ভাগবতপু নৈনবা লাইবিক অতৈ মখল মখা অযাম্বদসু পনবিবন্মী।

করিগুস্বা মতমদা ভাগবত অসি ব্রহ্ম সুত্রগী মবমদা ইরম্বা ব্যাসদেব মশামক্কী কমেন্টরিনি হায়বসি করিগীদমক শঙ্কবচার্য্যনা য়াবমদ্রিবনো হাযবগী মতাংদা ব্রাহং হংনরকই। ব্রাহং অসিগী পাউখুম ওইনা চৈতন্য চরিত্রামৃতনা পদ্ম পুরানগী শ্লোক অমা লৌখৎলকখি; শ্লোক অদুগী মতুংইন্না শঙ্করচার্য্য অসিভক্তশিংগী মর ক্তগী অথোইবা অমা ওইবিবা শিবগী অবতাব অমা ওইখি, মহাক্লা মশামক থম্মোযনুংদদি ভক্তিদা চেৎনা লুপশিনজবা অমনি অদুমকপু তাইবংপাল অসিদা আচার্য্য (লাইনিংহল নত্রগা ওজা অথোইবা) অমা ওইবগী শক্তমদা কুমথরক্তুনা তৌগদবা মাগী অখন্নবা থৌদাংদি ভগবানমক্কী ময়াথং ইন্দুনা ব্রাহৈশিংবু লক্ষনা বৃত্তিগী মতেং লৌরগা শাস্ত্রশিংবু লান্না ব্রাহম্লোক পিবগা মীবমবু লান্না লমজিংবা হাযবসিনি (চৈতন্য চবিত্রামৃত,

মধ্য, vi. 13)। মহাক্না শ্রীমদ ভাগবতপু মযেক শেংনা অমসুং মপুংফানা লৌশিল্লমদে মবমদি মহাক মশামক্কী পাওতাকশিংদগী চপচাবমখৈ হেন্না ব্রাংলবা পাওতাক (teaching)শিং মসিদা যাওবি হাযবা মহাক্না খংখি অমসুং অতৈ শাস্ত্রশিংগী মতাংদা মহাক্লা লান্না ব্রাহম্ভোক পিখিবগুম শ্রীমদ ভাগবতপুদি মহাক্না লান্না ব্রাহম্ভোক পিবা পাল্লমদে মবমদি মহাক্না মসিবু ভগবানগী ওইনা খ্বাইদৈ হেন্না শেংলবা অমনি হাযনা লৌখি। তৌইগুম্বশুং মহাক্না ইবম্বা গোবিন্দ শতক অমদি অতৈ মান্নবা খুৎইশিংদা মহাক্ল মবক মবক্তা পনবিবম্বা শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাই মশান্নশিং অমদি ভাগবততা যাওবা ব্রাখল পবিংগী খোম্থাং যৈবা লাইবোল শৈবেং (hymn) খবনসু মহাক্না ভাগবতপু শেংনা নুংশিজবদু মযেক শেংনা উৎলি (তত্ত্ব সংদ্রভ, ২৩)।

কবিগীদমক শ্রীচৈতন্য নত্রগা গোস্বামী তকক্কী মনুংদগী অমত্তনসু অতৈ আচার্য্যশিংগী মতৌ তমদুনা, ব্রহ্ম সুত্রগী মবমদা ইবম্বা কনাগুম্বগী মবুকথোক্কী কমেন্টবি অমা হেক্তা লৌবগা, মদুদা যুমফম ওইদুনা মখোযগী ফিলোসোফি শাগৎনবা হোৎনবর্মদ্রিবনো হাযবদুগী মবম অদুনি ভাগবতপু শ্রীব্যাসদেব মশামক্কী শন্দোকলোল ওইনা শক খংখ্রিবা অসিগী ব্রাফম।

অসুম্না, শ্রীচৈতন্যগী বাংঙুবোলগী যাত্রা নুঙদি শ্রীমদ ভাগবতনা ওইখি। মহাক্না ভাগবতপু চেকশিন্না নৈনদবগীদমক নদিযাগী পন্দিত অমা ওইখিবা দেবানন্দবু চৈবা মতমদা মসিমক পনখি (চৈতন্য ভাগবত, মধ্য, (xxi. 7)। শ্রীরূপ, সনাতন, জীব, বৃন্দাবন দাস অমসুং কবিরাজ গোস্বামীগী খুৎইশিং অসিসু মতিক চাওববা পুবান অসিগী মখা পোন্না, শ্রদ্ধাগা লোইননা ইনখি হাযবা ফজনা উৎলি অমসুং মসিদা পিবা মবি মখোংতনা পুংথন থল্লি। সনাতনগী ভাগবতামৃত অমসুং রূপগী সংক্ষেপ ভাগবতামৃতগুম্বা, মযামদুগী মবক্তুগী খবদি শ্রীমদ ভাগবত সিমক্কী মবমদা নৈনবা খুৎইশিং ওইবা মাল্লি। জীব গোস্বামীগী সংদ্রভশিং অদুসু, অহৌবদা মহাক্না হান্না থোল্লম্বা ভাগবত সংদ্রভ হাযবা মিংথোল অদুনা তাকপদি, ভাগবততগী অখন্নবা লৌখৎলকপা

শরুক খরদা পিবা কমেন্টরিগী মওংদা ইখিবনি হায়বা তাকই। শ্রীজীবনা কর্ম সংদ্রভ কৌবা ভাগবততা পিবা রন্নিং কমেন্টরি অমসু ইরম্মী।

শ্রীচৈতন্যনা শ্রীমদ ভাগবতকী মনুংদা য়াওরিবশিং অদুবু পুকোক অহুমগী মখাদা শরুক অহুম থোক্লা খায়দোকপিরম্মী : সম্বন্ধ, অভিধেয় অমসুং প্রয়োজন (চৈতন্য চরিত্রামৃত, মধ্য, xxv, 105)। সম্বন্ধ হায়বদি লৈনবা মরি হায়বনি, মসিনা জীবগা, সংসারগা ঈশ্বরগা লৈনবা মরিদু নৈনৈ। চিৎ (পুক্লিং মরু) অমসুং অচিৎ (পুক্লিং মরু নত্তবা) হায়বা অনিসি ঈশ্বরগী মতিং (শক্তি)শিংনি। তৌইগুম্বশুং জীবনা চিৎকী অদুগা সংসারনা অচিৎকী শাফোংশিং ওইখিবা মরমনা, সম্বন্ধ-জ্ঞান হায়রগদি ঈশ্বরগী মপুংফারবা মশাই শকওং ( পূর্নস্বরুপ) অদু খংবগী লৌশিং অদু ওইনা মরুদা খংনৈ, অদুগা সম্বন্ধ প্রাপ্তি হায়রগনা ইবুংঙো মাগা ঐখোয়গা শেংনা লৈনবা মরি (true relationship) অদু খংবা ঙল্লকপা (realisation)নি। অভিধেয় হায়বসিনা লৈনবা মরীসি ফংবা ঙম্নবগী মাইকৈদা লমজিংলক্লিবা লম্বেল অদু ওইনা খংনৈ, অদুগা প্রয়োজন হায়বসিনা লৈনবা মরিদু থিরকপগী পান্দম অদুনি। মহাক্কী মপুং পুংফা ফারবা মওংদা ঈশ্বরবু পুক্লিংদা ফাওবা ঙল্লকপা অদু সম্বন্ধনি; ভক্তিনা অভিধেয়নি অদুগা প্রেমনা প্রয়োজননি (চৈতন্য চরিত্রামৃত, মধ্য, xxv, 86-87)। অসুম্না শরুক খায়দোকপগী মওংসি অতৈ লাইনিং লাইরিকশিংদসু শ্রীচৈতন্যনা অদুম খায়দোক্কুনা থম্বিরম্মী (চৈতন্য চরিত্রামৃত, মধ্য, xx, 109-110)।

(The philosophy and Religion of Shri Chaitanya দগী)



(লোযববা)



থিয়েটর অমসুং নুংগী রাখেল

# অইবগী পোথোকশিং

দ্রামা :

১। ফতিমা (ফোংথ্রবা)
২। ফাগীগী মাইখুম (ফোংথ্রবা)
৩। ফাংখোং কোইবা (ফোংথ্রবা
৪। নুমিৎ কাপ্পা
৫। দেবযানি (রেডিওদসু শান্নথ্রবা)
৬। অরিবা নৌনা খুম্হোকপা
৭। মিকপ থোক্লুবা
৮। নুংশিরৈ (রেডিওদসু শান্নথ্রবা)
৯। লৈবাক্কে (রেডিওদসু শান্নথ্রবা)
১০। নৈহৎপিরবী থম্বালনু (বেডিওদসু শান্নথ্রবা)
১০। য়ুমদা লাকপা
১২। কায়ন-পাওঞ্জেল (রেডিও দ্রমা)
১৩। জৈব উন্নিশা (রেডিও দ্রমা)
১৪। শ্রীগোন্দি নিব্দপোন (রেডিও)
১৫। চরাংনহৌই ৱাখলশিংদু
১৬। শারং মনুংদা (রেডিওদসু শান্নথ্রবা)
১৭। সনাগী শজি
১৮। নিংতম লান্দা পাওনা (ফোংলবা)
১৯। শিরিবসি কনানো

ৱারেং (হন্দোকপা):

১। থিয়েটর অমসুং নুংগী ৱাখল
২। বাংলা অমসুং নোংচুপকী কুম্মৈ (নাট্যচিন্তা- শিল্পজিজ্ঞাসা)
৩। রাধা কৃষ্ণ লাইরোল (বঙ্কিমগী 'কৃষ্ণতত্ত্ব'দা শিংনবা)
৪। শ্রীচৈতন্যগী ৱাংঙুরোল অমসুং লাইনিংলোল

রেডিও সিরিয়েল :

১। থৌদোক ৱাথোক
২। করিগী মীপাল তাংজরুনি

বিঃ কেঃ ব্রাহেংবনা ......... লাইরিক অসিবু নুংগী ব্রাখলগী নৈনরোল ওইহনগে হায়বগী পান্দমদি থমদে। নৈনবা অমদি দরকার ওইরে হায়বদু ঐখোয়গী মণিপুরী থিয়েটরগী ফিভমসিদা ঈঙ্গিৎ পীবতনি।

মপুং ফারকপা, মুল্লকপা হায়বসি মতম চংঙি। বি কেঃ ব্রাহেংবনা লৌরক্লিবা থৌদাং অসি মণিপুরী থিয়েটরগী প্রেক্তিসনর অমদি ভাবোক্তা ব্রাখলগী তেংবাং খরদি পীবা ঙমগনি হায়বসি চেৎনা থাজজে। হৌখ্রবা থিয়েটরগী ইপা ইপুশিংগী লৌশিং অদু খর মখৈদি মমি লাকশিনবা ঙমগনি থাজজে।

- *পদ্মশ্রী হৈস্নাম কহ্নাইলাল*

## -ঃ মনুংগী লমাইশিংদা ঃ-

গ্রীক থিয়েটর, ইবসেন, শো, অনৌবা ষ্টেজথিওরী, এক্সপ্রেসন্নিজম, লীলা খুপুথোক্লা আর্ট ওইরকপা, বিটল, পান্দম লৈতবা আর্ট, বেকেৎ, এবসর্দ দ্রামা, নেচরেললিজম, স্লাইস ওফ লাইফ প্লে, রিএলিজম, ব্রেল মেদ প্লে, লাইরিক নৈনগনবা মী, কবি, পেন্টর, অলবর্ট কামুগা উন্নবা, ট্রেজদীনা তুংদা ওইরক্কদবা, বৃটিশ থিয়েটর, ফ্রান্স থিয়েটর, আইওনেস্কো, জর্মন থিয়েটর (ব্রেখট), লিটরেচর শাগৎপা, মতৌ তম্বা, ট্রেজদীগী ডিফিনিসন, ডান্টে, ড্রাইদেন, ক্রোচকী থিওরী, মোদর্ন আর্টনা শীংনরকপা, ইন্দিভিদুএলিস্তিক আর্ট, এক্সপরিএন্সনা আর্টকুম্না থবক তৌরকপা, পোষ্ট ইম্প্রেসন্নিজম, ক্যুবিজম, সররিএলিজম, আউটোমেটিজম, ইনটুইসন, মোর্দন আর্টকী য়ুম্ফম, ইরেসনেল ম্যেন (এক্সিষ্টেনসিএলিজম), হিব্রাইজম অমসুং হেল্লেনিজম, গ্রীক রিজন, সার্ত্র, লৌশিংগী মচাক লৌফম (মিষ্টিসিজম)